[illegible]

# ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ

( [illegible] )



[illegible] :—

শ্রীতখেনচংবম গৌরীদাস শর্ম্মা

রাধা হৃদয়

# ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ

অইবা :—

শ্রীতখেনচংবম গৌরীদাস শর্ম্মা




কোংজবা :—

শ্রীতখেনচংবম্ সনাতোম্বা শর্মা.
কিয়ামগৈ অবাং লৈকাই
ইম্ফাল।

কোপী—১০০০,

তাং ১১।১২।৯৩ ইং, পোইন্নু

মমল লুপা ৫/—100

লাইরিক ফংফম :—

অইবগী য়ুম,
কানচিপুর মেন গেট

নম্ফম :— ওরিয়েণ্টেল প্রিন্টিং হোম, হাইস্কুল পুলিশ লেন ইম্ফাল।

# ভুমিকা

## বাহোদোক

মহর্ষি বেদব্যাসনা লেংশুবা পুরাণ তরানিপালগী মনুংদা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণদা থোইদোকপা অথুপ্পা তিল্লী। পুরাণ ময়াম নৈরগা থোকপা মচি অসিগুম্বা পুরাণ অসিদা ফোংদোকই। অসিগুম্বা লাইরিক অসে খণ্ড অনি শুই শ্লোক লিশিংতরানি। তাজবদা পাঠ তৌজবদা মোক্ষ ফংভি দেত শেংভি ভগবৎকী গুণনা তিল্লী। পুন্নামক্তগী থোইদোকই কলিদা পোকপা জীবগী পুকনিং শেংনবগীদনক্ ব্যাখ্যা তৌজে।

পৃচ্ছক, শ্রোতা, ও বক্তা, অহুম অসি শুংডাইবগী মশকনি অসিগী মনুংদা শ্রীমতী রাধিকাগী পোকপগী ৱারি। শ্রীরামচন্দ্রগী লীলা তাজবদা মোক্ষ ফংভি, পুরাণ হাইবা অসিনা থা গুম্না ডাল্ল। উত্তর খণ্ড তাবগা মোক্ষ ফংনবগী ৱারি বর্নন্ ভগবাণ্গী লিলা বর্ম তৌরি। পরমা প্রকৃতি আদ্যা শক্তি শ্রীরাধিকাগী মহিমা সন্দোকপা ৱারি। পুরাণ তারগা ইন্দ্রিগী অমকৃপা কোকই প্রেমানন্দি স্থমিং থোকলগা অর্মম্বনা। মা-থিবগুম্, শ্লোকলিশিং তরাগী মনুংদগী শ্লোক লিশিং মরি অধ্যাত্ম রামায়ণ লেংঙ। অদুবু পাজবদা কয়ামুক শুংডাই মী অদো ভক্তি রসনা তিল্লী। ঈজাহিবা অসিবু অয়াম্বা পণ্ডিত সাধু বৈষ্ণব পুন্নামক্তি মফমদা প্রার্থনা তৌজরি। ঈশিংগা শঙ্গোমগা তিননারব অদুবু শঙ্গোমতা লৌই ডাম্মু কাংডনা। বাজহংসনা।

চংডাগৈদা লৈবা ঐগী ইনাওনিপা শ্রীমান বীধু শর্ম্মনা লাইরিক অসি নম্বদা লুপা ১০০০, মতেং পাংবিখি।

নন্দকুমার ভট্টাচার্য্য কবিরত্ন কর্তৃ সন ১৩৬৬ সাল।

মতম অদুদা পণ্ডিতনা ইরমবা

**রাধা হৃদয় ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ**

মণিপুর লোন্দা ইজবা বৈষ্ণব পুন্নামক্তী মফমদা হয়া হয়া খুরুমজে।

হৈরোক্ খুনোদা লৈবা
শ্রীথুন্দোংবম্ নিংথোম্ব সিংহ

শ্রীতখেনচংবম গৌরীদাস শর্ম্মা
কিয়াম্গৈ অৱাং লৈকাই
সন ১০৯৪ সাল।

শ্রীঅহৈবম ধনঞ্জয় সিংহ।
হৈরাঙ্খোইথোং অহৈবম লৈকাই।

ইং—১৯৮৮।
ইবা হৌজবা

ওঝ অনি অসিনা লাইরিক অসিগী অচুম অরান হেংবিখিবা।

# সুচিপ্রত্র

# গুরুবন্দনা

তাং ২ । ১১ । ৭৬ ইং

শ্রীগুরুগি কৃপাদগী বৃন্দাবন প্রাপ্তি ওইখ ব
উারপোক্ খুমম্লেম লৈকাইদা লৈবা
ওঝা ইবুংগোগি মিং লুক্রাম্ তোম্বা
ওঝা ইবুংঙোগি চরন্দা হন্না ইন্না খুরুমজৈ ।

বন্দে গুরু পরংব্রহ্ম মন্ত্রচৈতন্য দায়কম ।
প্রসন্ন পরমানন্দং সদানন্দ রূপিনম্ ।
জয় জয় গুরুদেব শুদ্ধসত্ত স্বরূপম ।
দ্বিভুজ বরদ হস্তা চারু পদ্ম ত্রিনেত্রম্ ।।
সকল নিগম তত্ত্বং দর্শিতং মুল মন্ত্রম্ ।
তব চরণ সরোজে দেহিমে ভক্তি দাস্যম্ ।।

গুরুব্রহ্ম গুরুর্বিষ্ণু গুরুদেব মহেশ্বর
—। স্নেনতস্মৈ শ্রীগুরুবে নমঃ ২ ।—

ওখেলচংবম গৌরিদাস শর্ম্মা
ক্যামগৈ অবাং লৈকাইদা লৈজবা
সন্ ১৩৯৪ সান্
ইং ১৯৮৮
ইবা হৌজবা

শ্রীনারদ উবাচ।—কিংসুগুহ্য ত্বব্রহ্মাণ মচ্চিন্ত্য মখিলে শ্বরৈঃ।
তন্মেব্রূহি পিত স্তত্ব যোগেশ অয়ি বৎসল ।।১

ব্রহ্মাদানারদনা হঙৎখি ( পিত ) ইবুংগো নহাক্তি খংবত্তমজবা খংবিবা ঈশ্বরনি মরোল অহমগী, মবুংগোনি ইবুংগো নহাক্না অথুপ্পা পুম্নমকপু চানবিহুন তাকপিয়ু যোগগী মপু ওইবা ।।১

শ্রীব্রহ্মাবাচ।— শৃণুব গুহ্য ত্বমং তাত্ত নারায়ণ মুখা চ্ছ্রুতং।
সর্ব্বেশ্চ পুজতা দেবা রাধা বৃন্দা বনে বনে ।।২

ব্রহ্মান হায়খি।–ইবুংগো নারদ নারায়ণগি মুখদাগ তাজবা অথুপ্পা পুম্নমক ঐন হায়রগে তাগো শ্রীমতি রাধিকা ইবেম্ম অহাদ বৃন্দাবনাগ মফম খুদংদ লেংদন লোবিনা চরন্দা পুম্নমক্না পুজা কৎপনি ।।২

রাধা বিপ্রেবকঃ কৃষ্ণো হ্যেকদ. প্রেম বিহ্বলঃ।
রাধা মন্ত্রং জপান ধ্যান রাধাং সর্ব্বত্র পশ্যতি ।।৩

শ্রীকৃষ্ণন মতম পুম্নমক্না রাধাগি প্রেমন তাওহুনা রাধাতমু মন্ত্র ওইনা হোৱানা রাধাতমু নিংতি পুম্নমক্তমু রাধাতমু উই ।।৩

। অস্য শ্রীরাধা স্তোত্রস্য ব্রহ্মা ঋষি।

। অনুষ্টুপ ছন্দঃ। শ্রীরাধাদেবতা।

ক্লীং বীজং। অসিগুম্বা শ্রীমতি রাধিকাগ স্তোত্র আসবু ব্রহ্মান নারদদ অনুষ্টুপ ছন্দঃ ওইনা তাকপি

—ঃ ক্লীং ঃ—

। ক + ল + ঈ + ঁ = ক্লীঁ। ক = কৃষ্ণ। ল = ঈশ্বর। ঈ = সন্তোষ। ং = দুঃখ হরন। ক্লীং = কৃষ্ণই ঈশ্বর।
তিনিসন্তুষ্ট। আমার দুঃখ হরন করুন।

ক + ল + ঈ + ঁ + ং। এই পঞ্চযোগে ক্লীং শব্দের উৎপত্তি।

কেহ কেহ ককারে পৃথিবী, লকারে অপ, ঈকারে তেজ,
নাদেতে বায়ু, বিন্দুতে আকাশ নির্দ্দেশ করেন।

কেহ কেহ ক কারে কৃষ্ণ প্রোক্ত, ল কারে রাধিকা,
ঈ কারে হ্লাদিনী, নাদেতে শ্রীরূপ, বিন্দুতে বৃন্দাবন,

—ঃ নির্দ্দেশ করেন ঃ—

। শ্রীরাধা প্রীত্যর্থে জপে বিনি যোগঃ।

। খিগদবা ওই।

গৃহেরাধা বনে রাধা রাধা পৃষ্ঠে পুরোস্থিত।
যত্রতত্র স্থিতারাধা রাধৈবা রাধ্যতে ময়া।।৪

য়ুমদসু বনদসু মাংদসু তুঙদসু লৈবদসু মফম পুম্নমকসু ইবেম্মবু ঐনা নিংজৈ।।৪

জিহ্বারাধা শ্রুতৌরাধা নেত্রেরাধা হৃদিস্থিতা
সর্ব্বাঙ্গ ব্যাপিনী রাধা রাধৈবা রাধ্যতে ময়া ॥৫

লমেংদ শোঞবা রাধা হায়না তাজবা ইবেম্মগি নাম মিৎন য়েংজবা শ্রীমুর্ত্তি হুকচাং পুম্নমক ঙাকপিবা ইবেম্মগি নামনা হৃদিদা লাংচবস্মু শ্রীমুর্ত্তি ॥৫

—॥ অথ ধ্যানং ॥—

কিশোরি সুন্দরী রূপা রাধা কমল লোচনা।
শ্রীকৃষ্ণ প্রেম্বিতা রাধ বৃন্দাবন বিহারিনা ॥৬

অস্মুম্না নিংগদবা ওই কৈশোর বয়শদা চাংদম্নিংঙাই লৈভনা ফজবী থম্বান্না তমজনিংঙাই ওইবি মিৎ অনি শ্রীকৃষ্ণগা তোঙান্নদবী রাধা বৃন্দাবন্দা শান্নরিবী ॥৬

পুজারাধা জপেরাধা রাধিকা চাভি বন্দনে।
শ্রুতৌরাধা শিরোরাধা রাধৈবা রাধ্যতে ময়া ॥৭

পুজাদা রাধা হাইনা শোঞবা ইবেম্মগি নাম খুরুমজবা চরোনদা তাজবস্মু ইবেম্মগি নাম রাধাওবু ঐন নিংঙৈ ॥৭

গানেরাধা গুনেরাধা রাধিকা ভোজনে গতৌ।
রাত্রোরাধা দিবারাধা রাধৈব্যা রাধ্যতে ময়া ॥৮

নগুণবু ঈশৈ ওইন শকচগে রাধা হাইনা চাবদা চৎপদা তুম্বদা অহিংদা নুংথিলদা ঐনা নিংজগে রাধা হায়না ॥৮

মাধুর্য্যে মধুর রাধা মহত্ত্বে রাধিকা গুরু।
সৌন্দর্য্যে সুন্দরা রাধা রাধৈব্যা রাধ্যতে ময়া ॥৯

পুক্লিং তপ্পদা অমৃতগুম্না নগুণনা জগৎকি গুরু ওইবি নিংথিজবদস্মু ফজবদস্মু চাংদম্নিংঙাই লৈত্রবীনি হায়না ঐন নিংঙৈ ॥৯

রাধাপদ্মা নানাপদ্মা পদ্মোদ্ভব মুপাশ্রিতা।
পদ্মাবিম্বা চিন্তারাধা রাধৈকা রাধ্যতে ময়া ॥১০

রাধা হায়বি ইবেম্মা নহাক অসে পদ্মা হায়নস্মু কৌই পদ্মান্দগী ওইবিনী অস্মুম্না নিংঙৈ থম্বাম্না তমজনিংঙাই ওইবি ( বিম্ব ) থম্মোইদা রাধাবু ঐন নিংঙৈ ॥১০

রাধাকৃষ্ণ স্থিকান্ত্যিং কৃষ্ণো রাধা ত্বকোক্রবং।
বৃন্দাবনে শ্বরারাধা রাধৈক্যা রাধ্যতে ময়া ॥১১

রাধাকৃষ্ণ অনি অসে অমতনি অস্মো অমনা অনি থোকপনি বৃন্দাবনগি মপুওই রাধাবু ঐন নিংঙৈ ॥১১

জিহ্বাগ্রে রাধিকা নাম নেত্রাগ্রে রাধিকা তনু।
কর্ণাগ্রে রাধিকা কীর্ত্তি মনো হগ্রে রাধিকা মনঃ।।১২

লৈরেংদসু রাধাগি নাম শোণ্ডে মিংতসু শ্রীমূর্ত্তি তাজবদসু ইবেম্মগি মিংচৎ পুক্নিংদসু থমজৈ রাধাগি মূর্ত্তি ।।১২

রাধারস সুধাসিন্ধু রাধাসৌভাগ্য সুন্দরী।
রাধা ব্রজাঙ্গনা মুখ্যা রাধৈবারাধ্যতে ময়া।।১৩

রাধাগি রস হায়বঅসে অমৃতগি সমুদ্র গুম্মি কন্নবদা চাংদম্লিংঙাই লৈত্রবী রাধানা বৃন্দাবনগী ইবেম্মাশিংগি লান্বিনবনী হায়না ঐন নিংজৈ ।।১৩

কৃষ্ণেন পঠিতং স্তোত্রং শ্রীরাধা প্রীতয়ে পরংধ্রুঃ।
পঠেচ্ছৃনুয়া নিত্যং রাধাকৃষ্ণো প্রিয়ো ভবেৎ।১৪

শ্রীকৃষ্ণন শ্রীরাধিকাগি পেন্নবগিদমক স্তোত্র অসি থিথি অমুগুম্বা স্তোত্র অদুবু শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিন পেনবিনবগীদমক অত্তংপ লৈতনা হে নারদ। ব্রহ্মা ঐনা থিজৈ ।।১৪

ইতি ব্রহ্মাণ্ডে পুরানে ব্রহ্ম। নারদ সংবাদ

—: শ্রীরাধা স্তোত্র সমপূর্ণং :—

।। অথ শ্রীরাধা কবচ মহামন্ত্রঃ।।

ক্লীং শ্রীঁ রাধিকায়ৈ স্বাহা।। অস্য শ্রীরাধিকা মন্ত্রস্য অগস্তঋষিঃ জগতীচ্ছন্দঃ শ্রীরাধিকা পরমেশ্বরী দেবতা ক্লীঁ বীজং স্বহা ক্লীঁ শ্রীঁ কীলকং শ্রীকৃষ্ণবশ্যার্থে জপেবিনি য়োগঃ।। অগস্ত্য ঋষয়ে নমঃ শিরশি জগতীচ্ছন্দসে নমঃ মুখে রাধিকা দেবতায়ৈ নমঃ হৃদয়ে ক্লীঁ বীজায় নমঃ গুহ্যে শ্রীং শক্তয়ে নমঃ পাদয়োঃ ক্লীঁং শ্রীঁ: কালিকায়ৈ নমঃ।। সর্ব্বাঙ্গেষু।। ক্লীঁ অঙ্গুষ্ঠাভ্যাং নমঃ।। শ্রীং তর্জনীভ্যাং নমঃ।। রাধিকায়ৈ স্বহা মধ্যমভ্যাং নমঃ।। ক্লীঁ অনামিকা ভ্যাং নমঃ।। শ্রীং কনিষ্টিকা ভ্যাং নমঃ রাধিকায়ৈ স্বহা।। রাধিকায়ৈ স্বহা।। করতউ কর পৃষ্টাভ্যাং নমঃ।। ক্লীঁ হৃদয়ায় নমঃ।। শ্রীং শিরশে স্বাহা।। রাধিকায়ৈ স্বাহা।। শিখায়ৈবষট।। ক্লীঁ কবচায় হুঁ শ্রীং নেত্র ত্রায় বৌষট্।। রাধিকায়ৈ স্বাহা।। অস্ত্রায়ফট।। ধ্যাত্বাজলেপৎ।।

বন্দেবৃন্দা বনানন্দাং রাধিকাং পরমেশ্বরীং।
গোপিকাং পরমাং শ্রেষ্টা হ্লাদিনী শক্তি রূপিনীং।।
শ্রীরাধাং পরধঃ রাধ্যাং কৃষ্ণসেবা পরায়নীং।
শ্রীকৃষ্ণাঙ্গ সদাধ্যায়ীং নবধা ভক্তি ধারিনীং।।
শ্রবনং পূর্ব্বরাগেন প্রবাসে চাপি কীর্ত্তনং।
স্মরনং প্রেম বৈচিত্র্যাং রাসো লাস্যেন সেবনং।।

অর্চ্চনং কুঞ্জ লীলায়াং মানেচাপিচ বন্দনং ।
দাস্যভাব সদাযুক্তং প্রেমসেবা বিধায়নং ।।
নিত্যরাসে ভবেৎ সখ্যং সন্তোষায় নিঃবন্দনং ।
যোষা গুণময়ী রাধা বৃষভানু কুমারিনী ।।
দামোদর প্রিয়া রাধা মনোভীষ প্রদায়িনী ।
তস্যানাম সহস্রানি শৃণু ভাগবতো তম ।
ভাবরুদ্ধা চাপরাধং কৃপয়া কুরু সোধনং ।
বাঞ্ছাসিদ্ধি ভবেত্তস্য ভক্তিস্যাৎ প্রেম লক্ষনং ।
লক্ষ্মীতস্য বসেদ্যোহে মুখে ভাতি সরস্বতী ।
অন্তকালে ভবেত্তস্য রাধা কৃষ্ণেচ সংস্মরতী ।।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য বিরচিতং শ্রীরাধিকা শতনাম সম্পূর্নঃ

---

রাধা হৃদয়

# ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ

## উত্তর খণ্ড, প্রথম অধ্যায়ঃ

## প্রলয় বর্ণন

ওঁ গনেশায় নমঃ

প্রথমতঃ মহর্ষি প্রবর শ্রীকৃষ্ণ দ্বৈপায়ণ গ্রন্থারম্ভক
বিঘ্নবিনাশজন্য গনপতি স্মরনরূপ মঙ্গলা চরণ করিতেছেন।

যথা ।—তংপ্রত্যূহ সমূহ নাথমতুলং বেদান্ত দেবো বিদুঃ,
ব্রহ্মেতি প্রতিভান ভানু বিলসৎ সংখ্যাটু ভাট্টারকম।
সর্ব্বান্ত হৃদয়েচ পুরুষবরং সর্ব্বেশ্বরং সর্ব্বগং,
বিশ্বোৎপত্য বনাদি নাশ খধকং বিঘ্ন নাশংভজে ।।১

অম্বাম্বা বিঘ্ন মাংহনবিনবগী মশক ওইবা হুমীংকি মডানগুম্না, জগৎতা ডানবা বেদ বেদান্ত পুম্নমক পুথোকপা জগৎ শেম্বা অমুকস্থ মাংহনবা, পুরুষ প্রধান বেদ পুম্নহক্কা ইবুংঙো নহাকপু ব্রহ্ম হায়্না ব্যাখ্যা তৌরি, তৌজবা থবক্কা অপনবা পিদনব। গনেশগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজৈ।।১

যস্যাংভি পাথো জপয়ো জজস্মা বিভাবয়ন লোকমিমংসনাকম।
আস্তে তপস্বী পরমং তপশ্চরং স্তমীত্ত্য মীড়ে পুরুষ প্রধানম ।।২

ব্রহ্মা শ্রীকৃষ্ণগী খোইদোদগী থম্বাল পুথোকই অতুদগী পোকই হায়্রম্না. পদ্মযোনি কৌই স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল, শেম্মি পুক্কিংনা অওৎপা লৈতনা, কৃষ্ণ নিংহুনা লৈ চাংদম্নিংঙাই লৈতবা পুম্নমক্কী চংজকম ওইব: নরানবু খুরুমজৈ।।২

নৈমিষ্যা রন্য ক্ষেত্রদা মতিক চাওববা শৌনকনচিংবা ঋষি লিশিং হুমকু, চহি তরানিথোই চুপ্পা যজ্ঞ তৌবা লোইরবা তুংদা পুক্কিং বানা লৈরবদা লোমহর্ষগী মচা সুত থুংঙরে, সম্মান তৌহন কুশাসন কৎলপা ভক্তি কৎতুনা শ্রীকৃষ্ণগী কথা হংজখি ।।

শৌনক উবাচা– সাধু সাধু ত্বয়া সাধো সৌতে যৎকথিতংহিনঃ।
প্রশ্নানা মানু পূর্ব্বে স সর্ব্বং সংশয় কৃন্তনম ।।৩

শৌনকনা হায়খি সম্বোধন তৌনা থাগৎপা ৱাইনা,—হে সাধো ! নহাক্কা ঐথোয় পুম্নমক্কী খঙদবা পুম্নমক খঙহৎলবিয়্ পুক্কিং হয়াওনা. তাকপিনবগীদমক ঐখোইনা থাগৎচরি ।।২

সন্দেহ নিগড়াবদ্ধং মাং মোচয়কথয় সিনা।
ত্বদৃতে নাস্তি লোকে লোকে স্মিন বক্তা কশ্চিৎ পুমান পরঃ ॥৪

হে সুত! মরোল অহুম অসিদা মুখি নম্বনা ঐগোয়পুম্নমক্তী চিংনবা কোক্নবা, তাকপিগদবা অমা লৈতে, চিংনবনা থৌরি ওইদুন পুল্লি মুণিগী বাক্যনা, থাং ওইদুনা পুল্লিবা অসে ককথৎপিদুনা, ঐখোয়গী চিংনবা কোকহনবিয়ু ॥৪

অপারভবনীরাদ্ধৌ পতিত্বান সবচঃ প্লবৈঃ।
উদ্ধর্তু মুচিতং সুত বাসুদেবগুনা শ্রয়ৈঃ ॥৫

হে সুত! ঐখোয় ময়াম অসে সংসারগী লানওমদ্রবা ঈপাক্তা তারে মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাদা চংজবা ওইবা নহাকি রাইনা হি ওইদুনা লানবা ওমদ্রবা সংসারগী ঈপাক্তগী অমুক্তা লানবিয়ু ॥৫

দিব্যা মৃতরসৈঃ সুত মৃতান সঞ্জা বয়স নঃ ॥৬

হে সুত! সংসার অসিনদি অনাবগী মশক ওইদুনা জীব পুম্নমক অসিবগুম লৈরে ঐখোয় পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী নমনা হিদাক ওইদুনা হিংহনবিয়ু ॥৬

দুস্পারে পারমিচ্ছুনাং ভগবন নোদ্বিজন্ম নাম।
উরুক্রম ক্রমোদর্গ কৈত্তে স্তুং প্লবে লোম হষনে ॥৭

হে লোম হর্ষন—সুত! অকিবগী মশক ওইবা সংসার সমুদ্র অসিবু ব্রাহ্মণ পুম্নমক্তী মুখদগী শ্রীকৃষ্ণগী লীলা শকচ-শোঞ্জবা অর্থাৎ, হরিসঙ্গীতননা হি ওইদুনা হৃৎ-চন্দা লাল্লি ॥৭

সুতপ্রশংসা।—পাবিতাঃ স্মো বয়ং সর্ব্বে বচসাবদতাং বর ॥৮

হে বদতাম্বর! পুম্নমক্তগী রা ভাংবদা হৈবা সুতা! অমৃতগা মানবা, হরি কথাবু খিকপিদুনা ঐখোয় পুম্নমকপু শেংহনবিয়ু ॥৮

পারায়ন্যাঃ কথাস্তস্ত কথয়ন্তে গিরাঃ সুভাঃ।
অতৃপ্তি র্মথ পচ্ছামো বাসুদেব গুণ স্মৃতৈঃ।
মনোদো তুল্যমানং নঃ পিপাসা বৰ্দ্ধতে ভৃশম্ ॥৯

হে বৎস! শ্রীকৃষ্ণদা মাই ওনশিন্নবা রারি মঙ্গোলগী মশক তাকপিদুনা ঐখোয় পুম্নমক শেংহন-বিদুনা অমসু কোকচরে, অহুমদি ওইদগা অমৃতগা মান্নবা শ্রীকৃষ্ণগী রারি তাজবদা অপেনবা ওইদ্রে মতম পুম্নমক্তা থুংতাইদ্রে মতম অদুনা অতৈপা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণগী রারি লিবিয়ু ॥৯

পুরোক্তং তে বচ স্তাত নিগুনেন গুনাত্মনা।
নির্লেপেন সদানন্দ চিদ্রূপেন মহাত্মনা।
তপস্তপ্তং পুরাকেন বাসুদেবেন চক্রিন ঃ॥১০

হে তাত! মমাংইদা তাকপিখি; (চক্রধর) ওইবা বাসুদেবদি, খিবম পুম্নমক্তা (নির্লিপ্ত) ওই হায়না অদুগা ইবুংঙো মহাত্মা, তপ তৌবগুম করিগী ওইরিবনো গ॥১০

**কস্য বা কেনবা কিংবা লব্ধংবা কত্র কেনবা।**
**উক্তং তে বহুশস্তাত হরি সাক্ষাৎ পরাৎপর ॥১১**

হে তাত। নহাক্না হরিগী গুণবু শন্দোক্না হায়রি হরি হায়বা অত্তুদি, তশেংবা অথোইবদগী অথোইবনি মহাক্ন। কনাগী তপ তৌবগে, মহাক্না তপ তৌরগা, করি ফংবগে করম্না মকমদা তপ তৌবগে? হায়বা অত্তু ভাকপিয়ু।।১১

**নির্গুনো গুণবান কস্মাৎ নির্লেপো লেপবানভুৎ।**
**নিদেহো খোহতা বিষ্টঃ কথঃ ভাতিঃ জগন্ময়ঃ ॥১২**

হে সুত। অত্তুগুম্বা পরমাত্মানা করি মবমগী গুণনা তিনলিবনো অমসুং অমগা মবি লৈনদে অমুক বিষয়গা মরি লৈবগুম দেহা লৈতবনা জগন্ময় হরি অই মরম করিগীনো দেহা পানবা ওইতুনা ফোংদোক্লিববু? ॥১২

**যৎ কেটি কোটি কোটাংশ ব্রহ্মাবিষ্ণু মহেশ্বরাঃ।**
**সর্গাবন লয়ে যুক্তাঃ প্রভবো জগতাং হিতে ॥১৩**

অত্তুগুম্বা হরিগী অংশদগী কোটি কোটি ওইবা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর, পুথোক্লগা জগৎ শেম্বী ভাকই মাংহনবনচিংবা থবক শিল্লী ফনবম্বু তৌরি। ১৩

**তনস্তু ব্রহ্মাণ্ড কোটি পত্তয়ো ব্রহ্মযোনিনঃ।**
**তৎকোটি কোটি কোটাংশ লোকপালা মহৌজসঃ ॥১৪**

ব্রহ্মাণ্ড কোটিনী মপু ওইবা ভগবাননা অবতাব তৌরি ব্রহ্মনা যোনি ওইতুনা, লাই অহুম মখোয়দগী কোটি কোটি ওইবা মশুণ লৈরবা ইন্দ্রনাচিংবা মাইকৈ ভাকপা লাই ময়াম ॥১৪

**তৎকোটি কোটি কোট্যাংশ লোকাশ্চ মনুজৈঃসহ।**
**উন্মীলন্তি জগৎ সর্ব্বং চক্ষুষো যস্য মীলনাৎ ॥১৫**

ইবুংঙো মঙোন্দগী কোটি কোটি ওইবা (অংশ) অত্তকপা ওইবা, মীনচিংবা (সমস্তলোক) ভগবানগী মিত্ পাংথোকপদা, মপান নাইদ্রবা সংসার অসে পুথোকই ॥১৫

**নামা লনাৎ লয়ং যাতি জগৎ সমুরা মনুষম।**
**সৃজত্যবতি সংহারং করোতি শক্তি শক্তি ধৃক্ ॥১৬**

অমুক মীত উইশনবদা মী লাই লোইনবা মাংতি অত্তুবু প্রলয় কৌই মহাক্নি শক্তিনা অতৎপা লৈতনা (সৃজন, পালন, নিধনরূপ, মানা শাস্ত্রে ॥১৬

**এতন্মঃ সংশয় রজ্জুং ছিন্দি বাক্যাসিনা কবে ॥১৭**

হে কবিবর সূত! মতিক চাওরবা ইবুংঙো মহাক্না করিগী তপ তৌম্বিবন, তাবদা চিংনবগী থৌরিনা ঐখোয় পুম্নমকী থম্মোই অসি পুল্লে মুণিগী বাক্যনা থাং ওইতুনা থৌরি অসি ককথৎপিয়ু ॥১৭

যত্তস্মাকং কৃপাস্তেঽস্তি রক্ষুং যদ্দ্ মন্যসে।
বদস্তো বদতাং শ্রেষ্ঠ বাসুদেব কথা শ্রয়ম ॥১৮

হে সুত ! পুন্নমক্তগী ( বাক্যাগনের শ্রেষ্ঠ ) নুংশিবিদুনা, ভগবৎকি বারি লিবদা পনবিগন্নু ঐখোয়
পুন্নমক্তা হংজবদা তাকপিয়ু ॥১৮

শ্রীসুত উবাচা—যৎ বর্ণতঃ কৃষ্ণঃ তমান্যন্তি কৃষ্ণঃ সুতংলদ্ধবতী ব্রতাঢ্যা।
মুনের্ব্বরাচ্ছক্তি সুতাত্ত বাসবা তমীড্য মাড়ে মুণিবর্য্য বর্য্যম ॥১৯

শৌনকনাচিংবা ঋষি মম্নাম্না হংগুবদা সুতনা হায়খি। অত্তুগুম্বা ঋষিবু, মুই হায়তুনা কৃষ্ণ কৌই
পুন্নমক্তা ( মান্য ) তৌই অরেপ্পনি, ( দাস সুতা বাসবী পূর্ব্ব ব্রতফলে ) মুণি পুন্নমক্তগী অথোইবা
( শক্তি পুত্র ) পরাশর মহাক্তি মচাগী মশক ওইনা ফংজবা ব্যাসবু ঐনা হন্না খুরুমজৈ ॥১৯

যো ব্যাস বেদাংশ্চতুর সদা থন ব্যাসত্বম প্যাগু কবি প্রধানং।
তং বেদ বেদান্ত জলজস্যভানু মুপাস্মহে সত্যবতী সুতং তং ॥২০

ব্যাস মহাক্তা অর্থগা লোইননা বেদ মরি শেম্মী হায়তুনা ( বেদব্যাস নাম ), ফংখি পুন্নমক্তগী
মুখোইবুনি বেদ বেদান্তনা থম্বাল ওইরে ব্যাসনা মুমিংকি মশক ওইরে সত্যবতীগী মচাবু খুরুমজৈ ॥২০

জলজ, থম্বালদি নুমিৎ খোক্লিফাওবা শাংতে বেদ বেদান্তনা, অপোম্বা থম্বাল ওইরি ব্যাসনা
নুমিংকি মশক ওইদুনা ফুগাইনা শাৎলি, ( ছয়পাদ ) মখোও অরুক পানবা খোইমুনা লৈহি চুপ্পগুম
বৈষ্ণব থিবিক্তা অমৃতগা মান্নবা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোল্লি ॥ অত্তুগুম্বা অমৃত চুম্মী।

সাধু সাধু ত্বয়া সাধো বচসা স্মারিতো হরিঃ।
কালশ্চিত্তা সমা বিপ্রৌ মনসা গমিতো মম ॥২১

হে সাধো ! নহাকসু সাধুনি হংঙিবা নখোই পুন্নমকসু সাধু ওইবনা হরিবু নিংজবা ওইরি কুইর
কুইরবা বারি হংঙিবা নখোয পুন্নমক অসে সাধুনি হায়না ঐনা নিংজতুনা হরি নিংজতুনা মতম
লেপ্তরি ॥২১

ভাবমান্না পীড়িতানাং রসায়ন মনুত্তমম।
বচলিত্তে শৃনু সংবাদং পিতু দ্বৈপায়ন স্তচ ॥২২
মহ্যং কৃপাতি-স্নেহেন যথোক্তং লোমহর্ষনঃ ॥২৩

হে ঋষিবর ! বেদ ব্যাসগী লোইনহুনা ঐগী জর্মপিতা লোমহর্ষনা ভাংলবা, অত্তুগুম্বা বারি নখোয়
পুন্নমক্তা ঐ মিরপে ত্যামে হরি কথা নতনা অত্তোপ্পা বারিনদি ( ভবরোগ ) কোকপা ওমদে হরি কথানা
হিদাকি মশক্তি ঐগীদমক্তা পিতা লোমহর্ষনা নুংশিবিদুনা মহাক্তা অথুপ্পা বারি তাকপিরম্মি ॥২২-২৩

একদা ভারতী আরে বাসবা মানাম্নাং বিভু।
ব্রহ্মণ্ড কল্পচিন্ময়ং কৃষ্ণ পরায়ন যুক্ত প্রভুং ॥২৪
হরিস্তুতিঃ বংশিপ্রৈঃ সমাসীনং মহাত্মভিঃ ॥২৫

মতম অমদা বাসবীগী মচা শ্বত্তিক চাওরবা বেদব্যাস কুচু মুনা লংওবা থোইদোকপা রাধাদ শ্রীকৃষ্ণদা পুক্লিং থম্বা দেহগী মঙানদি মৈগুম্না লংভি শিষ্যা ময়াম মগুণ লৈরবশিং লোইনবুনা সরস্বতী নদী মপান্দা ফমহুনা লৈখি ।।২৪-২৫

বৈশম্পায়ন পৈলাভ্যাং গর্গ জৈমিনি গৌতমৈঃ।

পিতাংম প্রনতো হপৃচ্ছন ইচ্ছন লোকহিতং তদা ।।২৬

পৈল বৈশম্পায়ন, গর্গ, জৈমিনি, অমদি গৌতমচিংবা ময়াম্না কোইবুনা লৈবা মতম অমুদা পিতা লোমহর্ষনা মফম অবুদা থুংওরে মাঙোন্দা খুম্নবুনা সংসারগী শুহাদ তারবা জিবগী ফনবগী হংজখি ।।২৬

লোমহর্ষন উবাচ। -পরাশর্য্য মহাভাগ মহাযোগীন মহাকবে।

শুশ্রুষবে গুহ্যত্তমং শিষ্যায় প্রদদা ভিষং।

তস্মাদ গুরুরিতি প্রোক্ত স্বয়ম্ভু প্রভবৈঃ সুরৈঃ ।।২৭

থোইদোক্না নোল্লুকপা অ হৈ তারবদা লোমহর্ষনা বেদ ব্যাসদা হায়খি, হে পরাশরগী মচা, হে লাইবক ফবা! যোগী পুম্নমক্কী অথোইবা! কবি পুম্নমক্কী অথোইবা, হরিগী নাম তারিবা শিষ্যশিংদা অথুপ্পা রারি লিগদবা গুপ্ত মরম অবুনা স্বয়ম্ভুনা পোক্লবদা দেবগননা গুরুনি হায়না লৈ অর্থাৎ ঐনা লিরিবা অসে তাগদবা ওই শিষ্যদা অথুপ্পা র রি ওইরবসু গুরুনা শিষ্যদা তাকপিগদবা ওই ।।২৭

প্রসাদাত্তে মহাযোগীন ধাতানি ময়াসকৃৎ।

সেতিহাস পুরানানি পুণ্যাং পুণ্যতমানি চ ।।২৮

হে মহাযোগীন! নহাকি থোজান্দগী ঐখোয় পুম্নমক পুণ্যদগী অথোইবা ওইবুনা অমাম্বা পুরাণ শুপখ্রবা পুম্নমক তাকপিরী। অবেপ্পদি তম্বিবদি নত্তে অবুগী মহৈ অতু চংখোম্না মহৈ য়ানবনি ।।১৮

ইদানীং শ্রোতুমিচ্ছামি কর্ণামৃত্ত রসায়নম।

ভবত্তানুষ্টিতং পুর্ব্বং রাধাহৃদয় সংজ্ঞকম ।।২৯

হে মহর্ষে! হৌজিক তাজবদা অশেঙ্বা হিদাক অথোইবা অমৃতগা মান্নবা রাধাহৃদয় কৌবা থোইদোকপা অহুবু মমাংঙৈদা মহাক্না মপু ওই লৈরম্মি হায়বা অহুবু তাজবা পামজে ।।২৯

একাদশৈক সাহস্রে সাহস্রে শ্লোক সজ্ঞিতম।

রামায়ন মিহপ্রোক্ত ব্রহ্মাণ্ড মুণি সত্তম ।।৩০

হে মুনি সত্তম! শ্লোক লিশিং তরামাথোই ওইবা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণগী মনুংদা, আধ্যাত্ম রামায়নগী লুংশিনবা রারি তাজনিংঙি অর্থাৎ মহুদা মতম কুইরবা রামলীলা চংখোম্না য়াওখে ।।৩০

শ্রোতব্য মধুনা নাথ রাধাহৃদয় সঙ্গিতম।

রহস্যং পরমং পুণ্যং ত্রিকাল কল্মষ পহম ৩১

হে নাথ! থোইদোকপা অথুপ্পা থোইদোকপা অশেংবা অহুবু মতম অহুম লোজবদা পাপ কোকই রাধাহৃদয় পুণ্যাগী মশক্কি হৌজিক নুহাক্না মরি লৈরুবদগী তাহলবির অর্থাৎ তাক পামজরে (ত্রিকাল)

অয়ুক, মুমিংযুংবা, মুমিং তারমদাই, অমনা, নহানমুক্তি মপোক্কা ভৌথিবা পাপকি মপৈ লাইবা কোকই ।।৩১

গুরোত্বচ্চরনাম্ভোজে প্রণমামি কৃপাময় ।
দানানুকম্পিনঃ স্বামিন সাধবো দীনবৎসলঃ ।।৩২

হে গুরো ! খৌজ্ঞানগী মশক ওইবা ঐনা চরোন অনিদা খুরমজুনা হায়জরি হে স্বামিন ! সাধুসিংনা অতোনবশিংবু মুংশিবিগদবা ওই মরম অসিনা নহাক্কা খুঙদবশিংগী মক্ষমদা ফোংদোক্কা তাকপিয়ু ।।৩২

শ্রীকৃষ্ণদৈ পায়ননা, সুতগী মক্ষমদা নুংশিবা নাহৈনা হায়খি । যথা

সাধুভে মনসঃ সুত প্রীতিস্তাদৃগ ধোক্ষজে ।
যচলিতেহহং প্রপন্নায় শিষ্যায় শৃনু গুহ্যকম ।।৩৩

হে সুত ! হৌজিক নহাকি পুক্কিংদা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ খঙনিংবা পোক্লে মতম অসিদা নহাক অসে সাধুনি মতৌ অসুম্বা নহাক তুংইনবা শিষ্যনি মরম অত্তুদগী চিংনগদ্ধু অথুপ্পা ওইবা রাধাগী তত্ত্ব ঐনা নংঙোন্দা লিরগে তারো । ৩৩

শেষে শয়ানঃ ক্ষীরাব্ধৌ প্রাদাৎ কমলযোনয়ে ।
মহাবিষ্ণু পুরাকল্পে রাধাহৃদয় সংজ্ঞকম ।।৩৪

ক্ষীর সমুদ্রদা অনন্ত শয্যাদা চেপ্পগা মতিক চাওবা মহাবিষ্ণুনা অসিগুম্বা রাধাগী অথুপ্পা রারি পুর্ব্বকল্পদা ব্রহ্মাদা হায়খি ।।৩৪

স্বয়ম্ভূরপিদত্রি প্রমুখেভ্যো হিতেচ্ছয়া ।
তেষদনদেব সান্নিধ্যং মহ্যমেতৎ সুদুর্লভম ।
তদহং তেভিদাস্যাবি সাবধানা বধারয় ।।৩৫

হে বৎস ! ব্রহ্মা মহাক্কা মচাশিংগী ফনবগীদমক অত্রিনচিংবা, মকোক ওইবা মচাশিংদা ফংঙমদবা অথুপ্পা রারিবু তাকখি । মহাক্কি কৃপাদগী ঐঙোন্দসু তাকপিখি । অত্তুগুম্বা অথুম্মা রারিদ, হৌজিক নখোয় খিবিক্কা হায়রগে পুক্কিং তপথনা তারো ।।৩৫

নারায়ণায় দেবায় নমস্কৃত্য সয়ম্ভুবে ।
স্বয়ম্ভুভু'ভয়ে নন্দবসুদেব সুতায় চ ।।৩৬

রারিগী অহৌবদা গুকদেববু দেবনারায়ন সয়ম্ভু মমুদ মতাক্কা ফোংদোকখ্‌বা ( ব্রহ্মবিভুতি ) বসুদেবগী মচা অসুমতৌনা গোপী পুমমক্কি থম্মোইগী থম্বাল শাংনবা মুমিৎকি মশক ওইবা কংসগী মক্ষমদা থরোগী মশক, লায় ওইবা ( ভানুস্বরূপ ) মিংনা থম্বাল মানবা গোবিন্দবু হন্না হন্না খুরুমজে ।।৩৬

ধর্ম্মাব্লিং কলিমায়াস্তমনুমায় সুভৈরবম ।
সংত্রস্তখামসো দীনা ম্লানস্যাং ম্যামবর্জকাঃ ৩৭

হে সুত ! থোইদোক্লা অকিবা ওইবা ধর্ম্মবু য়েক্লবা ওইবা কলি য়ৌরক্লনি থল্লুবদা অকিবনা তিল্লে ঋষিশা অবাবা ওইরে মতৌ অসুম্না মখোই অদুগী মচিন ফত্তবা মমাই অকিবা ফংগনি, সংবান্নবা ওইদুনা চংখ্রগনি ।।৩৭

মারিচ্যত্রি পুলস্ত্যা ঙ্গিরঃ ক্রতু পুলহা মুনে।
বশিষ্টঃ সপ্ত মুনয়োঽপশ্যন্তঃ শরনং ন কিম ।।৩৮

মরীচি, অত্রি, পুলস্ত্য, অঙ্গিরা, ক্রতু, পুলহা, বশিষ্ট, অসিগুম্বা ঋষি তরেত্তা হায়রকই নখোয়না অপাম্বদা চঙজহৌর। অর্থাৎ মতম অদুদা ঐখোয়গী করি গতি লৈ ? ঐখোয় পুম্নমক কনাদ চঙশিগে অসুম্না খন্দুনা লৈরি।।৩৮

ভ্রমন্তঃ খং ধরাশ্চৈব দিশো বিদিশো এবচ।
শর্ম্মালভন্ন কুত্রাপি সত্যলোকং ততো হ গমন ।।৩৯

স্বর্গ, মর্ত্য, দিক, বিদিক, মথওশিংনা চংদুনা য়েংবদা ফংত্রবা মখোয় পুম্নমক অদুগী অফবা উত্রে মতুংদদি পুম্নমক সোইদ্রবনি ব্রহ্মলোকতা চংলরগনি। ৩৯

তত্রবাক্ষ প্রজান খং প্রজানাম ভয়ঙ্করম ।
সরস্বত্যালিঙ্গিতোরঃ স্থলমষ্টা জলোচনম ।।৪০

অদগুম্বা বিরজা তুবেলনা কোইবা ব্রহ্মলোকতা ঙ্গিবু পুম্নমক্কি কিদবা পিবা পুম্নমক্কি মপু ব্রহ্মানা ফুগাইনা শাৎপা থম্বালগুম্না মিৎ নিপান্না লৈতেঙবা মাইথোং ব্রহ্মশক্তি ওইবি সরস্বতীগা লোইনদুনা থোইদোকপা আসোন্দা ফমদুনা লৈ ।।৪০

চার্ব্বায়ৎভুজং চারু কুণ্ডলজ্যোতি রাননম।
সরস্বত্যা মারয়ন্তং চর্তুভিঃ কমলা সনৈঃ ।।৪১

আজানুলম্বিত ওইবা পাম্বম মরি অম্সুম্না পুক্লিংথুবা কুণ্ডল মঙান্না মুমিংকুম্না ভানবা নায় মম্নি পানবা ব্রহ্মান সরস্বতীদা পাওতাক কয়া হায়খি ।।৪১

মার্কণ্ডেয়াদি মুনিভিঃ সংলালিত পদাম্বুজম । ৪২

মার্কণ্ডনচিংবা মুণি খিবিক্লা জগৎপু সেম্বিবা ব্রহ্মাগী চরণ থম্বাল সেবা তৌখি ।।৪২

সুরর্ষিসিদ্ধ গন্ধর্ব্ব কিন্নর রগনায়কৈঃ।
বিদ্যাধরো স্পরো যক্ষ রাক্ষ সেন্দ্রৈর্মুদান্বিতৈঃ।
স্তুয়মানং ধরেশানৈর্বাজ পেয়াশ্বমেধভিঃ। ৪৩

দেব, ঋষি, গন্ধর্ব্ব, কিন্নর, ও বাসুকি অসিনচিংবা নাগগন, বিদ্যাধর, অপ্সর, যক্ষ, হিংচাবশী মপুশিং বাজপেয়, অশ্বমেধযজ্ঞ, নিংথৌ ময়াম দান তৌবা কয়া মখোয় পুম্নমক ব্রহ্মালোক ফংওনি পুম্নমক অহুনা হরাওনা মতিক চাওবা ব্রহ্মাদ ভক্তি তৌররগনি ।।৪৩

জলস্থলবনোকোভ গহোকোভির্হিংসকৈঃ।
প্রশান্ত মানসৈঃ স্বচ্ছৈঃ সোবন্তং শান্তমানসম ।।৪৪

ঈশিংদা লৈবা কংকান্দা লৈবা বন্দা লৈবা লাইনিংবা মতৌ অস্নুম্না ব্রহ্মলোক ফংঙগনি পুকচেল কঞ্জবা মগুণ লৈবা জিববু মুংশব, ধম্মা কাইদনা য়ুম পানবা অদুগুম্না মীশিংনা ব্রহ্মাবু সেবা তৌবা ফংগদবা ওই ।।৪৪

শ্রৌত স্মার্ত পুরানেতিহাস বেদান্ত বেদকৈঃ।
মীমাংসাগণ জ্যোতির্ভি মুর্ত্তি মদ্ভিনি ষেবিতম ।।৪৫

পরমাত্মা জগৎপিতা ওইবা পিতামহ মুর্ত্তি ওইদুন চতুর্বেদ, বেদান্ত, আগম, শ্রুতি, স্মৃতি, পুরাণ, ইতিহাস, মীমাংসা, জ্যোতিষ, অসিনচিংবা পুম্নমক মরম ওইদুনা সেবা তৌগদবা ওই ।।৪৫

সুমনোরাজি সৌগন্ধান্বিত গন্ধবহৈঃ শুভৈঃ।
স্থিরচ্ছায়া স্বরতরুপর্ণ শোভা শোভিতম্ ।।৪৬

অদুগুম্না ব্রহ্মলোক কল্পতরু ময়াম্না মশা ফর্ননা হৌবা সংবান্নবা মচু কয়ামুক ফজৈ ফুগাইনা শাংপা লৈগী মনম পুদুনা শিংলি মুংশিংন পুক্লিং হুনা ফজৈ ।।৪৬

দীপ্তেন তেজসা স্বেন ভাসয়ন্তং সভাগৃহম।
প্রানেমু প্রাঞ্জলিস্তোতাক্ষ মাতুর্বর্চনং তদা ।।৪৭

মতিক চাওবা ব্রহ্মা মাগী লংঙবা মঙাম্না মরম ওইদুনা মাঙ্গোপ অদুদা আসন মথক্তা ফমদুনা লৈ। ঋষি পুম্নমক্না খুৎ জোন্নদুনা জগৎ পিতাদ খুরম্নগা মাগী মাগী হায়জনিংবা হায়জদুনা লৈখি ।।৪৭

বশিষ্ঠ উবাচ।—নাথ নাথ মহাযোগীন বিশ্বাত্মন বিশ্বভর্ত!
পিতৃপিত্রে নমস্তুভ্যং প্রসন্নো ভবতঃ প্রভৌ ।।৪৮

বশিষ্ঠ মুণিনা চংখোন্না হায়জখি,—হে নাথ-নাথ! হে মহাযোগীন নংঙোন্দগী পোকই অসিগুম্বা জগৎ অসে, হে বিশ্বাত্মন! নহাক্না পিতানি পিতা মহনি নহাকপু খুরমজৈ। হে প্রভো! ঐখোয় পুম্নমক্কী মফমদা নহাক্না নুংশিবিয়ু ।।৪৮

হীনবীর্য্যা যশোলোকা হীনমেধস এবচ।
অল্পায়ুষো দরিদ্রাশ্চ ধর্ম্মপন্ত্র বহির্মুখাঃ। ৪৯

হে ব্রহ্মণ! কলি য়ুগ্নৌরক্লবদি পৃথিবী লৈবা পাতান্দা লৈবা জিবা পুম্নমক, বীর্য্য বাংলগনি মিংচৎসু লৈররোই বুদ্ধিসু লৈররোই পনশিসু তেল্লগনি অর্থাৎ পুনশ তেল্লবাননা পুম্নমক লাইরবা ওইরগনি ধর্ম্মগী বিচার তৌররোই মান-মান নিংবা তৌরগনি ।।৪৯

পাপানু সক্তমনসঃ পাপাচার পরায়ণা।
ব্রাহ্মণস্তপসোভ্রষ্টঃ পণ্ডিতৈঃ পিতৃনিন্দকাঃ ।।৫০

মী পুম্নমক য়ুদা পুক্লিং থমনগনি পাপকী লমচৎ পান্মরগনি ব্রাহ্মণ পুম্নমকসু ভগবান নিংগুরোই মাংগরগনি মতৌ অসুম্না লৈরিবা মী পুম্নমক মপাবু মমাবু থিনা চৈন্নরগনি ।।৫০

পুণ্যকর্ম্ম বহির্ভূতা বানিজ্যকৃষিতৎপরাঃ।
মৃষাবাদরতাঃ সর্ব্বে উপস্থোদর পোষকাঃ ।।৫১

পুণ্যগী থমক্লি তৌরক্লোই মী পুম্নমক লৌ উররগনি লল্লোনবগী থবক তৌররগনি পুম্নমক মীনম্না ন্না ভাংথনি মতৌ অসুম্না অসেংবদি মবুক থন্নবা মচাগী ইমুং মনুংগী হিংনবা হোৎনবদা ।।৫১

ক্ষত্রিয়াঃ প্রায়শোনষ্টা নষ্ট শৌচাদিকক্রিয়া।
বৈশ্যাঃ স্বধর্ম্মহানাশ্চ সুখিনঃ সুখমা সতে।।৫২

হে ব্রাহ্মণ! ক্ষত্রিয়দমক ফংগদবা মাংগরগনি মতৌ অসুম্না অসেং অমাং লৈররোই বৈশ্য পুম্নমক মখোয়গী ধর্ম্ম ত্যোক্লগনি অর্থাৎ লৌউবা লল্লোনবা তৌররোই অয়াম্বা তৌহৈদবা থবক্লা মুংভাইনা পুক্লিং লুপতুনা তৌহৈদবা থবক্লা তৌররগনি ।।৫২

শূদ্রা ব্রাহ্মণ কর্ম্মানো ব্রাহ্মণা চারতৎপরাঃ।
মহীক্ষতো রাজকার্য্য বিহিনাঃ কপটাকরাঃ ।।৫৩

শূদ্রানা ব্রাহ্মণগী কর্ম্ম তৌররগনি ব্রাহ্মণশিংদি লমচৎ চুম্নররোই অদুগী তুঙদদী মখোয় অহনা নিংথৌ ওইররগনি মখোয় অদো লাইরিক্লা লারবা নিংথৌগী থবক ময়েং ত্যারগনি কনাগুম্বা নিংথৌনা প্রজাদগী পোৎ মুল্লরগনি কনানা লৌনম তৌররগনি পাঙ্গলনা প্রজাদা সেন মুল্লরগনি মী পুম্নমকসু ওইদবা রা ভাংগরগনি ।।৫৩

নীচাঃ সর্ব্বে মহাত্মনঃ সমৃদ্ধবলবাহনাঃ।
স্ত্রিয়শ্চশুদ্রানাং দ্রোহং প্রকুর্ব্বন্তিচ নিত্যশঃ ।।৫৪

অত্তোনবা জাতিনা সেন লৈবদগী শগোল শামু তোংগরগনি মহাত্মা পুম্নমকপু কাওথোক্লগনি মুপিশিংনা মকু মনেমদা তোঙানবা অমা ওইনা খল্লরগনি ।।৫৪

পাতিব্রত্যবিহানাশ্চ পতিদ্রোহা পরায়ণাঃ।
চপলাঃ পাপকর্ম্মানো জারার্থি ন্যোহ্মনেকশঃ ।।৫৫

মুপি অয়াম্বা মপুরোইবা নিংবি ওইরলোই মতম পুম্নমক্লা মপুরোইববু য়েক্লবা ওইরগনি নোঙথাং কুপ্পগুম অত্তৎপা লৈতনা পাপকি থবক্লা মতম পুম্নমক্লা অতোপ্পা নীপাগী য়াথন্দা অম্বাবা ওইরগনি ।।৫৫

এবংলোপান্তৎ বীক্ষ্য কলেভীক্লরয়ং প্রভোঃ।
নমস্তে দেবদেবেশ পাহিনঃ শরনাগতান ।।৫৬

হে প্রভো! কলিগী তৌরক্লদোবা য়ারি ঐথোয় পুম্নমক্লা তাকপিয়ে তাজবদা কিজয়ে থুরমজরি লাইগী লাই ওইবা ঐথোয় পুম্নমক্লা চংজরি কলিগী অকিবদগী ইবুংঙো নহাক্লা কনবিয়ু ।।৫৬

যেন ঘোরেণ কলিনা ব্যস্তধর্ম্মার্থকর্ম্মণা।
ক্লিশ্যমানো দেবেশ বয়ং যামোহদ্যযোগগতিং ।৫৭
তথানুজ্ঞাপয় যথা নমস্তে পাহিনঃ প্রভো ॥৫৮

দেবেশ ! ধর্ম্ম তৌগদবা থবক কলিনা মরম ওইদুনা অয়াম্বা ধর্ম্ম মাংওরগনি ধর্ম্ম লৈত্রবদি ঐখোয় পুম্নমক নোরক্ তারগনি মরম অদুনা ঐখোয় পুম্নমক নোরক্কগী কাবা ওর্ম্মরোই অদু ওইরবদা কনানা উপাই তৌগদগে তাকপিয়ু হে প্রভো ! ঐখোয় পুম্নমক্না হন্না খুরমজরি ঐখোয় পুম্নমকপু কনবিয়ু ॥৫৭-৫৮

দ্বৈপায়ন উবাচ। -গিরঃ নিশম্য করুণামৃষীণাং ভাবিতাত্মনাঃ।

করুণস্নিগ্ধধীর্ব্বচমাদদে কমলাসমঃ।৫৯

বেদব্যাসনা লোমহর্ষদা হায়খি,—হে বৎস। ঋষিসিংগী মতৌ অশুম্বা হায়জবা মা অদু তারবদা থম্মালগী আসন্দা ফম্বা ব্রহ্মানা মুংশিবা বাইহনা মখোয় পুম্নমকপু থেমজন্দুনা হায়খি ॥৫৯

ব্রহ্মোবাচ।—মাভৈষ্টদ্বিজশার্দ্দূলা ঘোরত্তঃ কলিতোভয়ঃ।
নাস্ত্যবোসমবাপ্যত্র বাসুদেবাশ্রণঃ দ্বিজাঃ।৬০

বশিষ্ট মুণিগী মা তারবদা ব্রহ্মানা ঋষিশিংদা হায়খি—হে ব্রাহ্মণ সবেং মউন সেংপসা ! শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিরবা নখোয় পুম্নমক্না অদুগীদমক করিগী কিরুগনী ? মরম অদুনা অকিবা থাদোকউ অদুগুম্বা কলি য়োরক্রবসু নখোয় পুম্নমক কিগনু কৃষ্ণ কাওগনু ॥৬০

আরাধয়েত্ত তত্ত্বেন বাসুদেবঃ জগৎপতিঃ।
তদগুণ শ্রবনে নিত্যঃ তদ্রূপ স্মরনে রতঃ ॥৬১
তদংঘ্রি কমলধ্যানে তন্নামাক্ষর জপনে।
তদ্ভক্তসঙ্গমে বিপ্রা বর্ত্তনাস্তি তে ভয়ম ॥৬২
মুক্তাশ্চরতঃ বিপেন্দ্রা মাবোভীঃ কলিতোভয়ং ॥৬২

হে ব্রাহ্মণশা ! জগৎকি মপুঙ্গইবা শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্ব না মরম ওইদুনা নিংদুনা লৈরিবঁও মহাক্কি নাম তাদুনা মহাকপু নিংদুনা মহাক্কি চরণ থম্বাল অতংপা লৈত্তনা নিংজরিবা মনাইশিং অদুগা তিন্নদুনা লৈরিবঁও মথন মথা অয়াম্ব কর্ম্মগী থৌরি থোক্লনবা তৌও অদুদা নখোয় পুম্নমক্তা কলিগী অকিবা করিগী পোকউনি ॥৬১-৬২-৬৩

অঙ্গিরা উবাচ।—কিং কর্ম্মায়ং মহাভাগ কিং গুণ কিং স্বরূপকঃ।
বাসুদেবো রমানাথো বদতো বদতাং বর ॥৬৪

ব্রহ্মাগী পাওত্তাক তারবদা অঙ্গিরান হঙজখি হে ব্রহ্মণ—নহাক্না অদুগুম্বা কৃষ্ণ নিংঙু তাকপিরী, হে মহাভাগ ! বাগ্মীশ্রেষ্ট ! অদুগুম্বা বাসুদেব লক্ষ্মীকান্ত ওইবা রূপকি, গুণকি, কর্ম্ম হবা কি ? পুম্নমক অদো ঐখোয় পুম্নমক্তা শন্দোক্না তাকপিয়ু ॥৬৪

দ্বৈপায়ণ উবাচ। এতদাশ্রুত্য বিপ্রাণাং সংপ্রহৃষ্ট তনুরুহঃ।
স্বয়ম্ভু বদতে বাক্যং রুঢ়ভাব উরুক্রমে ।।৬৫

সত্যবতীগী মচা ব্যাসন শুকদেব লোমহর্ষনচিংবদা হায়খি, হে সূত ! ঋষিশিংগী অহুক্কি মখৈ ওইবা য়াহং তারবদা স্বয়ম্ভুগী মতমদা ব্রহ্মাণ ভগবান্দা ভক্তি তৌহুন মসা অদো তুচুওখি হংভিবা য়াহং হুংশিবা য়াহৈনা তাকপিখি ।।৬৫

ব্রহ্মোবাচ।—সাধুপৃষ্টং মহাভাগ ভবাদ্ভির্লোকমঙ্গলম।
পুনাতি প্রচ্ছক শ্রোতৃবক্তৃংস্ত্রন পুরুষাণ বিভো।।৬৬

হে ব্রাহ্মণশা ! নখোই খিবিক্কি অহুগুম্বা জিবগী মঙ্গলগীদমক ভগবানগী মহিমাবু খংনিংহুনা হংভি বাসুদেবগী মাহাত্ম্যবু তানিংহুনা ফোংদোকপা অহুনা মরম ওইহুনা মহাক্কি মহিমাবু মখোয় অহুনা ভাজরবা অতোপ্পা অমনা হায়রবা ভগবানগী মাহাত্ম্যা অদো মহাক্কা লোক অসিদা শেংহল্লি ।।৬৬

হরে কথামৃত বিপ্রা যথা গঙ্গাসরিদ্বরা।
পুতোঽহং পাবিতোঽহঙ্কং ভবত্তাং প্রশ্নতোদ্বিজাঃ।।৬৭

হে দ্বিজগণ ! প্রমান্দি তুরেন পুম্নমক্কী গঙ্গানা থোইদোকই অহুগুম্বা অমৃতপা মায়বা হরিগী কথায়া সেংনানবগী মশক্কি মরম অহুনা ঐশু ওসি শেংভে ওসি অঙ্কবা মুমিৎ ওইবদগী নখোয় পুম্নমক্কা হংভি ঐবু সেংহল্লে ৬৭

মনে। কৃতার্থমাত্মানং জন্ম সাফল্য মেবচ।
প্রনিপত্য প্রবক্ষেঽহং তদ্বিষ্ণোঃ পরমং পদম ।।৬৮

হে ঋষিগণ ! ভগবংকী সম্বন্ধ ওইবা নখোয় পুম্নমক্কা ঐভেন্দা হংভি নখোয় পুম্নমক্কা তৌরিবা অদো অমদি ঐগী মপোক অসে মহৈ য়াল্লে মরম অসিনা অহুগুম্বা বিষ্ণুগী থোইদোকপা চরণ খুরমহুনা হায়রগে ।।৬৮

যদগুহ্যং পরমং লোকে সর্ব্বরক্ষা করং নৃনাং।
যন্নকণ্ঠচিদা খ্যাতং কালত্রয় মলাপহম।৬৯

এই প্রস্তাব অর্থাৎ ভগবংকী তত্ত্ব অসে মী পুম্নমক্কী মতম পুম্নমক্কা ভাকপি মতৌ অসুম্না ইহলোক অসিদা থোইদোকপা অথুপ্পা তত্ত্বনি কনাগুম্বা অমনা ফোঙদোকখিদ্রি মসিবু য়য়াইকাবা চাকুবা মীনা মতম অহুমদা শাপ্পবদা পাপ পুম্নমক কোকই ।।৬৯

সর্ব্বাভিষ্টকরং পুণ্যং সর্ব্বপাপ বিমো চনম।
নযস্মাদাস্ত্রলোকেঽস্মিন লোক নৈশ্রেয়সং পরম ।।৭০

জিব পুম্নমক্কি নিংবনী মহৈ পিনবনি অসেবনি পাপ কোক্নবা লোক অসিদা মহাক নত্তনা অতোপ্প অমা নৈত্রে থোইদোকপা মঙ্গলগী মশক্কি অর্থাৎ অথোইবা মোক্ষ ফংগদবা ওই ।।৭০

রহস্যং পরমং কৃষ্ণো রথাহ্ননয় সঙ্কিত্তম।
নাভিহ্রদাম্বুজস্থার প্রপন্নার সুরেশ্বরঃ।
সিস্থক্ষবে যদবদচুপ্যুতোমে রাদ্বিজাঃ ॥৭১

হে দ্বিজগণ। মমাংঙৈগী মতমদা সংসার শেমগে খল্লহুনা ভগবানগী খোইদৌনদি অচৌবা ঈষেন ওইরে অতুদগী খম্বাল অতুগী মথক্তা লৈরম্বুনা মতম অতুদা জগৎকি মপু শ্রীকৃষ্ণনা ঐবু য়েংঙগা হৎখি রাধাহৃদয় কৌবা অথুপ্পা অসে ভাকপিখি। ৭১

যদপাঙ্গ কৃপালেশ লাভাত্তু বাস্তুজং প্রজাঃ।
ৎ্যিপ্রায় শ্রোত্ররন্ধ্রৈঃ পরমানন্দ নির্বৃতাম ॥৭২

অতুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা মরিক অমতং ফংজবা ঐনা অসিগুম্বা সৃষ্টি সেম্মি মরম অহুনা নখোয় পুম্নমক্তা অমৃতগা মান্নবা তত্ত্বু নাকোঙ পেন্না তারো অথোইবা নুংঙাইবা ফংগনি অৱাবা কোকপা ওইংরা ॥৭২

চরন্তঃ পৃথিবীং খঞ্চ সশৈল বন সাগরাং।
সপাতালং সনকাঞ্চ প্রলাস্তইব বায়বঃ ॥৭৩

হে ঋষিগণ! ভগবংকি তত্ত্বকথা তাজবদা কয়ামুক নুংঙাই অসিগুম্বা পৃথিবীদা লুংশিংনা মফম পুম্নমক্তা শিংপগুম অর্থাৎ স্বর্গ মফম পুম্নমক্তা সমুদ্র পাতাল মঙুং মপাল সিনবা খুনো লৈ ॥৭৩

ব্রহ্মো উবাচ।—মহালয়ে সমুৎপন্নে ঐকেবাসীৎ পুরাতনী।
প্রকৃতি মুলভুতা যা সৈব সর্ব্বো তমোময়া ॥৭৪

হে ব্রাহ্মণগণ! অসিগী ভুংদ পুক্লিং তপ্পা তারো মহাপ্রলয়গী মতমদা লৈরম্বা পুম্নমক মাংখে অথোইবা মতম কুইরবা পুম্নমক্কি মরুওইব অমখক্তা লৈ অতৈদি লৈখিদ্রে। ৭৪

তেজো ময়া নিরাকারা কোটি ভস্করভাসুরা।
তস্যা বক্ষঃস্থলাজ্জাতো বাসুদেবো কৃপানিধিঃ ॥৭৫

অহুগুম্বা প্রকৃতি অদো মওং লৈতে মঙালগী মশক্তি নুংসিং কোটিগুম্বা তাল্লি মহাক্কি হৃদিদগী থোজান্না সমুদ্র ভগবান বাসুদেব নারায়ন পোকখি ॥৭৫

যস্মাদুৎ পদ্যতে বিশ্ব যস্মিন্নেব প্রলীয়তে।
যএবচ বীভর্ত্তীদং বিশ্বং সদসদা ত্মকম ॥৭৬

অতুগুম্বা নারাযন্দগী অচৎপা চত্তবা অতুনকি মথৈ ওইব আত্মা সিনথুনা ওইখি জগৎস্তো লৈবা পোৎ পুম্নমক পোকখি মতৌ অমুম্না মহাক্ক অসিগুম্বা সংসার অসিগী য়োকপিবা মপুনি প্রলয়দা মাতোঙ্গা পুম্নি ॥৭৬

সাত্তস্য চোদ্দমানস্য কমলাং প্রকৃতিংদ্বদো ॥৭৭

অহুগুম্বা প্রকৃতিদগী পোকই বাসুদেব মহাক্কি দেহদগী লক্ষ্মী পুথোকই ॥৭৭

অঙ্গিরা উবাচ।—নিরাকারা কথং স্যাত্তু সাকারা সমজায়ত।
কথং বাস প্রয়োজনং কেন বা সকৃত্তোভবেৎ॥৭৮

অঙ্গিরানা অহুক্তি মখৈ তারবা তুঙদা হংখি হে ব্রহ্মণ! অহুম ওইবা মওং লৈতবা প্রকৃতি অহুনা করি মরমগী মওং লৈরিবনো অনুক্রমা অসিগুম্বা সংসার অসে করিগীদমক মাংহল্লিবনো কনাগীদমক শেম্মিবনো॥৭৮

লোকবন্ধগতা হেতে সর্ব্বে সদসদাত্মকাঃ।
এতৎসর্ব্বং বিস্তরেন বদতো যদি তে কৃপা॥৭৯

অসিগুম্বা সংসার অসিদা লৈবিবা অরেপ্পা অমসুং লেপ্তবা আত্ম দেহ লোক অসিদা অণ্ডকপা ওইব অপনবা ফভবগুম ওইতুনা মাগী মাগী কর্ম্মনা তৌবগুম অহু ওইরবদি ঐশোয়্যগীদমক নহাক্না মুংশিবিতুনা অহুক্তি মখৈ ওইবা মরম পুম্নমক শন্দোক্না তাকপিয়ু॥৭৯

ব্রহ্মবাচ।—সধু স্পৃষ্টং মহাভাগ লোকানুগ্রহ কাঙক্ষয়া।
আত্মনশ্চ পরিত্রাণ হেতবে কলিতঃ খলাৎ॥৮০

অঙ্গিরাগী মাহং তারবা তুংদা ব্রহ্মানা হায়খি হে ঋষে! নহাক অসে লাইবক কৈদা থোজ্ঞানবিগে অসিগুম্বা ফংত্রবা কলিগী ওইরকদোবা জিবগী শেংহনবিগে হায়বগীদমক সাধুগী মাহং হংস্তি মরম অসিনা জাহেরা॥৮০

সত্যং ত্রেতা দ্বাপরঞ্চ কলিশ্চেতি চতুর্যুগ।
মন্বন্তরমিতি প্রোক্তং কল্পস্তস্য চতুর্গুণঃ॥৮১

সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, কলি, অসিগুম্বা যুগ মরিনা দিব্যযুগ কৌই দিব্যযুগ হুমফুত্তরামাথোইনা মন্বন্তর কৌই অহুম্না হায়রি মন্বন্তর তরেংনা ব্রহ্মাগী অমুক নুংথিল অহিং অদো মন্বন্তর তরেৎ, ব্রহ্মাগী নুমিদাং মহাক্না পোথাই অহিং অদো মন্বন্তর তরেৎকী মন্নুংনি॥৮১

সত্য, ধর্ম্মনা মখোঙ মরি পাল্লি সত্য কৌই। ত্রেতা মখোঙ নামা তেকখে, ত্রেতা কৌই। দ্বাপর মখোঙ অনি তেকখে দ্বাপর কৌই। কলি ধর্ম্ম মখোঙ অহুম তেকখে নামত্তা মঙাইরে কলি কৌই। ব্রহ্মাগী চহি মন্বন্তর। ৭১০। না। থা। থা। ১২। না, চহি। চহি। ৫০। না, পরার্দ্ধ। চহি। ১০০। না দ্বিপরার্দ্ধ কৌই ব্রহ্ম চহি ১০০ পুনসি লোইরবদা মহাপ্রলয়।

মন্বন্তরা বসানে স্যাৎ খণ্ডপ্রলয় মেককং।
ত্রিখণ্ডং প্রলয়াদূর্দ্ধং মহাপ্রলয় মেককং।৮২

কল্পনা লোইরবদা, মন্বন্তরনা লোইরবদা, খণ্ডপ্রলয় অমা তৌই। মতৌ অহুম্না খণ্ডপ্রলয় অহুমক তৌরবদি অহুগী তুঙদা মহাপ্রলয় তৌগদবা ওই, অর্থাৎ প্রলয় হায়বা অসে মথল মরি লুই অর্থাৎ নিত্যপ্রলয়, নৈমিত্তিক, প্রলয়, অপ্রাকৃতিক প্রলয়, ও মহাপ্রলয়। ব্রাহ্মানা নোংঙানবদগী সংসার শেম্মে নুমিৎ ত্যুবদা পোথারে মাগী মমিং নিত্যপ্রলয় কৌই কল্লিগুম্বা অমকগী মতম চাদনা প্রলয় তৌই

মাগী মমিং নৈমিত্তিক প্রলয় ব্রহ্মাগী চহি য়াথৈ সুবদা প্রলয় তৌই মাগী মমিং প্রাকৃতিক প্রলয় প্রথম পরার্দ্ধ কৌই। থোইদোকপা প্রাকৃতিনা অমতা ওইনা লৈথিবা মমিং অত্যান্তিক অর্থাৎ মহাপ্রলয় মতম অদুদা ব্রহ্মা চহি ১০০ সুরে মহাকল্প লিয়ে দ্বিপরার্দ্ধ কৌই মহাপ্রলয় কৌই ॥৮২

স যথা জায়তে বিপ্রাঃ শ্রুতঃ পুর্ব্বং হরের্ময়া।

তদহং তে ভধ্যাম্যামি সমা হতমনা; শৃনু।৮৩

অসিগুম্বা প্রলয়গী ওইবা রা অসে মমাংদৌদা নারায়নগী মুখদগী ঐনা তাজহৌই অদুদগী নখোয়গী দমক্তা হায়রিবা অ সনি নখোয় পুম্নমক্তা পুক্লিং চংনা তারো ॥৮৩

ব্রাহ্মণ ক্ষত্রবিট্ শূদ্রবা বর্ণাশ্চত্বারএব যে।

পরস্পর ধ্যানবশাৎ পুনঃ যটত্রিংশতশ্চতে॥৮৪

অদুগুম্বা নারায়নগী বাংন্দগী ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্র, জাৎ মরি শেম্মি অমুক হন্না তোঙান তোঙান্না জাতি কুম্যাতরুক শেম্মি।৮৪

ততোলোক প্রধানেন বিষ্ণুনা প্রভবিষ্ণুনা।

স্থাপিতা জাতি মর্য্যাদা সাঙ্কর্য্যেন সহদ্বিজ।৮৫

হে দ্বিজগণ! অদুগী তুংদা পুম্নমক্কি মবুংঙো ওইবা চাংদম্লিংঙাই লৈতবা মাখল্লা মাগী ওইবা বিষ্ণুনা বর্ণসঙ্কর ওইদনবা জাতিগী বেভার থম্মি অর্থাৎ উত্তম, অধম, মধ্যম, মতৌ অসুম্না ব্রাহ্মনা হৌবা শঙ্করনা লোম্বা ॥৮৫

শত সাঙ্কর্য্য মাসন্না জায়ন্তঃ পুণরেব তাঃ।

ব্রাহ্মন যবনাকারা; যবনা শ্চোরতং পরাঃ॥৮৬

অমুক হন্না ব্রহ্মনা য শিংদা কলিগী ভিবগী হৌরক্লদোবা বর্ণ শঙ্করগী রারি লিখি কলি হৌরক্লবদি ধর্ম্ম অদুদি পুন্দুনা থমখ্নি প্রমাদি (শৈথল্য) মতৌ অদুগুম্না অদুগী রারি হাযগদবা হৌরক্লে। ব্রাহ্মণ পুম্নমক যবনগী মতৌ ওইররগান চুমদবা লমচৎ চাইদবা চিঙ্গাক ভাংইদবা রাভাং ভাংঙরগনি ফত্তবদা পুক্লিং চংঙরগনি।৮৬

বদন্তো যাবনি ভাষা তপোধর্ম্ম বহির্মুখঃ।

ক্ষত্রিয়া প্রায়শোণষ্টা স্তথা বৈশ্যাক্ষরং গতাঃ॥৮৭

পুম্নমক যবনগী লাইরিক রাভাং তম্বরগনী ব্রাহ্মণ অযাম্বা লাই নিংঙরো ধর্ম্ম লৈররোই ক্ষত্রিয় ধর্ম্ম মাংঙরগনি বৈশ্যগী লমচৎ থুনা চংলরগনি ॥৮৭

ধর্ম্মচ্যুতাস্তথা শূদ্র ব্রহ্মনা চারতৎপরাঃ।

ব্রহ্মনিন্দা পরাঃ সর্ব্বে ব্রহ্মবৃত্তি হরাস্তথা॥৮৮

শূদ্রা পুম্নমক্তা ধর্ম্মনা মাংঙবদা লমচৎ ওন্ন-তৈনবা ওইররগনি ব্রাহ্মণবু থিনা চৈররগনি অদুগী তুংদা অতৌ অসুম্না কংঙররগনি নিংথৌনা মী পুম্নমক্তগী ব্রাহ্মণদগী মরন মুন্দুনা লৌররগনি ॥৮৮

ব্রহ্মদারার্থিনো নিত্যং ভ্রমন্তি মত্তহস্তিবৎ।
দেবদ্রোহকরানিত্যং পাষণ্ডা নাস্তিকাঃ খলাঃ ॥৮৯

শূদ্রাশিংবা ব্রাহ্মণগী মুপী লৌররগনি অক-ফংত লৈররোই রাখনসু তৌররোই ময়াইকাবা শামুগুম্না মকম পুম্নমক্তা চংলরগনি মতম পুম্নমক্তা দেবালোয় মাঙহল্লগনি পুম্নমক ফত্তবা রাঙাং পাষণ্ডিগুম ধর্ম্ম লৈররোই ॥৮৯

কোধর্ম্মঃ কশ্চদেবেতি কিং কর্ম্মেতি তথাপরে।
বদন্তো দুর্জ্জনা মূঢ়া ব্রহ্মহিংসা পরায়নাঃ ॥৯০

অতোপ্পা অমনা ফত্তবা অমসুং অপংবা ওইবদগী খংনবা মিংচং থিবা মীশিংনা অতংপা লৈতনা মতৌ অসুম্না ভাংনরগনি ধর্ম্ম হায়রবা অহুনা করিনো ? লাই হায়বা অহুনা করিনো ? মতৌ অসুম্না কর্ম্ম হায়রিবা অহুনা করিনো ? অসুম তৌহুনা কয়ামুক ওইবা অতংপা লৈতনা দেবালোয় ব্রাহ্মণ মাংহলররগনি ॥৯০

সর্ব্বযোনিরতাঃ সর্ব্বে বর্ণান্তে ব্রহ্মণাদয়ঃ।
সর্ব্বযোনিরতাঃ সর্ব্বে সর্ব্বে পাপ পরায়নাঃ ॥৯১

পুম্নমক ফংঙরগনি প পকি থবক্তা পুক্নিং চংঙরগনি অয়াম্বা যোনি পুম্নমক্তা রমন, ওইররগনি ব্রাহ্মণা জাতি খিনিক্তী চাক চাবরগনি লমচং বেভাব অমসুং চাবদা বিচার লৈররোই ॥৯১

। রমন -মিথুন—সম্ভগ—স্ত্রীসঙ্গা—নারিসঙ্গা।

নষ্ট শৌচক্রিয়াঃ সর্ব্বে ভ্রমন্তু কাকবৎসদা।
নোদর পালনাসক্তা বর্ণান্তে ব্রহ্মণাদয়ঃ ॥৯২

জাতি পুম্নমক অমত্তা ওইবগনি অসেং অমাং লৈররোই কাক্নুম্না অয়েম্বা চাক চাররগনি মফম পুম্নমক্তা কোইররগনি ব্রাহ্মণ চিংবা জাতি কয়া অয়েপ্পদি মাগী মাগী মবুক থন্নবগীদমক রাখল তৌররগনি অর্থাৎ চাকনিবগী মতৌগুম অমোৎপা ফি শেংতুনা কোইনা চংলরগনি ॥৯২

বলাংকারেন কঃ কশ্য নয়য়েত্ত স্ত্রিয়ং সতীং।
এবং সাঙ্কচার্য্যা মাপন্না খোরেন তমসাবৃতাঃ ॥৯৩

পতিব্রতা ওইবি সতীবু বলাৎকার ওইনা কনানা সঙ্গা ওইররগনি ? মতৌ অসুম্না ধর্ম্ম য়েংঙররোই মী খুদিংমক অবিবা নরোক্তা থুহুম চল্লরগনি অর্থাৎ ময়াই কাবা চাবদগী কলিগী দোষনা থুহুম চন্দুনা বুদ্ধি মাংবদগী নত্তবা থবক অতংপা লৈতনা তৌররগনি ॥৯৩

অজ্ঞানঃ পশুবন্নিত্যং রুদন্তো বৈ মহীতলে।
কৈশোরং চতুরব্দাহং পৌগণ্ডং সপ্তমাবধিঃ ॥৯৪

অহুগী তুণ্ডদদি পৃথিদা লৈবা মী পুম্নমক জ্ঞান লৈতবা ওইহুনা সাগুম্না লাও খোংঙররগনি অর্থাৎ মীগী লমগীদমক খংনরগনি অতোনবা জাতিগী ঈশৈদা মতম লেপ্লরগনি চহি মরি সুবদা কৈশোর অবস্থা ওইররগনি চহি তরেংত মপু ফাবা ওইররগনি ॥৯৪

যৌবনং সপ্তমাদূর্দ্ধং বার্দ্ধক্যং ষোড়শা বর্ষিং।
দশষ্টনব বর্ষাতু রমন্তি পুরুষৈ দ্বিজাঃ। ৯৫

চহি তরেংভা য়ুম পানবা ওইরবগনি চহি তরাতরুকতদি অহল ওইদুনা মাগী মসা চংলরগনি অর্থাৎ চহি কুন্দদি পুনসি লোইরগনি কনানা চহি তরাদা কনানা চহি নিপাল্দা কনানা চহি মপন্দা ময়ুম পান্দুনা মচা পোক্লরগনি। ৯৫

প্রসূয়েত্ত সুতং সুতে নারী প্রথম যৌবনে।
পুসং যোগ বিনা কাপি প্রসূয়েত্ত বরাঙ্গনা॥৯৬

ময়ুম পানখ্রবি মুপীনা মচা ফংবগুম (বিনা পুরুষ সংযোগে) ময়ুম পান্দবি লুপীশিংসু মচা পোক্লরগনি অর্থাৎ ইচ্ছামত অনূঢ়া কালেই পুরুষান্তর হইতে স্ত্রী গর্ভবতী হইয়া সন্তান প্রসব করিবে॥৯৬

পিত্রেদ্রূহ্যন্তি পুত্রস্তু গুরুবে বান্ধবে তথা।
পিতাদ্রূহ্যন্তি পুত্রায় গুরু শিষ্যায় ভূসুরাঃ॥৯৭

হে ভূসুরগণ! তমথিরবা কলিগী মতমদা মচানা মমা মপাদ নত্তবা মিংস্নেং মংতৌ অমুমা গুরু ওইবশিংদা মরুপশিংদা নত্তবা য়াওং মমা মপা মচা গুরু শিষ্যনা অমদি মরুপকুম মরুপশিংদনা য়েক্কবগুম খল্লরগনি॥৯৭

খরাং গোষু প্রজয়ন্তে গোং খরেষু নরেষু চ।
অশ্বেষু মহিষা গাবো গোদ্ধশ্বেষু নরাঃ কচিৎ॥৯৮

সনগী গ্রভ'দা, গদ্ধাগী মচ, গদ্ধাগী গ্রভ'দা সনগী মচা, শগোলগী গ্রভ'দা সন ইরোই পোক্লরগনি করিগুম্বদা সন্দা শগোলদা মী ওইনসু পোক্লরগনি॥৯৮

অকালে বায়বো বান্তি হ্যকালে বান্তি বায়বঃ।
বর্ষন্তি কালপর্জন্যো নকালে বষতে সদা॥৯৯

মতম চানা নোং চুরবোই মতম চাদনা নুংশিং সিংলরগনি মতম চাদনা অতংপা লৈতনা নোং চুরগনি অর্থাৎ মীওইবনা লমচং চুমদবদগী মসে থোক্লরগদবনি॥৯৯

মহীরুহা ফলৈর্হীনাঃ নিগন্ধা কুসুমানিচ।
গাবঃ পয়োবিহীনশ্চ হীনস্থ রসানিচ॥১০০

মতম চানা নোং চুদবদগী মহৈ মরোং পাল্লরোই লৈ পুম্নমক মনম লৈয়রোই সন পুম্নমকসু সঙ্গোম থোক্লরোই অহুগী মতৌগুম চিন্থাক পুম্নমক মহাও লৈরোই অর্থাৎ থম্মোয়গী অপেনবা পোৎ অমত্ত লৈরোই॥১০০

ব্রীহ্যাদি ফলমূলানি দধিক্ষীর ঘৃতানিচ।
শালি মুগ্দ মসুরানি যব গোধুম মাষকঃ॥১০১






মহৈ মপাল পোৎ পুম্নমক সঙ্গোম-দী অসিনচিংবা অসিংবা পোৎ কৌ থরোই অসিনচিংবা অম্নাম্বা পোৎ ॥১০১

তিল বৎস্য অংস মুখ্য স্বাদুহীন ম গন্ধকং।
সর্ব্বানি পল্লবস্থ ন নিগন্ধানী সমস্তত্ঃ ॥১০২

কলি য়োরবদা থোইদিং ঙা মাংস অসিনচিংবা মরুওইবা পোৎ পুম্নমক মহাও লৈররোই মনমসু লৈররোই পুম্নমক মশক্তা মঙাইরগনি ॥১০২

মহীশস্যবিহীনা স্তাৎ ক্ষুৎপিপাসার্দ্দিতানরাঃ।
পরস্পরং খাদয়ন্ত নর মাংসাত্ত মেধ্যকম ॥১০৩

পৃথিবী অসিদা চানবা লৈতবদগী মী পুম্নমক অমাম্বনা অবাবা ওইগনি মহৈ মহৈ চাবা য়াবা য়াদবা জান লৈতহনা চাহৈদবা মী কাওবা চাররগনি ॥১০৩

যুগান্তে সমনুপ্রাপ্তে জগত সর্ব্বং মিরস্ত কম।
অনন্ত কোটি ব্রহ্মাণ্ডে স্বেবসীষ্যা জয়ো নরঃ ॥১০৪

মতৌ অসিগুম্ব জিবা পুম্নমক যুগনা লোইরমহাই কলিগী অতম্না লোইরবদা মপান নাইদবা জগৎ শেম্বা ব্রহ্মা তুমথগনি। ১০৪

মন্মুখা শিচতুরাদিষ্টৌ বাক্য লোকাম্পদং জগৎ।
হা হা ভুত মমর্য্যাদং ব্যাকুলং সংশয়া স্পদম ॥১০৫

অসিগুম্বা জগৎকি অরাবা অমতা চংজনিংঙাই লৈত্রবা জিববু উরগা অম্নাম্বা ব্রহ্মণ্ড তরামরি মৈং হৌহনা পুম্নমক তমগা অমগা অরাবা ওইহনা অর্থাৎ জগৎ মাংতমদাই য়োকপা কনবিনিংঙাই লৈত্রবা মতম্না খুতুমচমথবদা মাংংও মাংথ ক্রবা অসিনা অরাবা ওইথে ॥১০৫

আদিত্যঃ সবিতা সূর্য্যঃখগঃ পুষাগভ স্তিমান।
তামস্রহা ভগেহংসো ভাসত্তাশ্চ তমোনুদঃ ॥১০৬

হে ঋষয়! আদিত্য, সবিতা, সূর্য্য, পুষা খগঃ, গভস্তিমান সংসার অসে মাংহনা অমম্বা ওইথে ॥১০৬

সহস্রাংশুরিতি প্রোক্তা দ্বাদশন্বা দিবাকরাঃ।
ব্যাদিষ্টা প্রভুনা সর্ব্বে ক্রূদগমং তদোদ্ভবাঃ ॥১০৭

অসুম তৌনা লিশিং ওইবা নুমিৎ তরানিথোই মমিং তরানিথোই হায়পিবা অসে লৈ, অহুগুম্বা খঙব উমদব ভগবানগী য়াথং মতুং ইন্না মতম মমতুদা থোকহল্লি ॥১০৭

স্তুতাঙ্কারখান্ সর্ব্বে প্রদাপ্ত ইবরুবঃ।
উদিতা সিদ্ধ নগরা সপুরা ট্টাল তোরণাৎ ॥১০৮

অহুগুম্বা নুমিৎ তরানিথোই অহুক্কি মথৈ ওইবা মঙাল মৈগুম্না মঙম অমদা থোকখি মকম পুম্নমক বাখন্দগী নগর, গ্রাম, গোপুর, তরোন, অট্টালিকা ॥১০৮

সসাগর বনোদ্দেশাং সসর্ব্ব প্রাণিসঙ্কুলাং।
সংশোষ্যরশ্মিভীস্তীক্ষ্ণৈর্ব মত্ত ইবপাবকঃ॥১০৯

সমুদ্র বন দেশ অয়াম্বা থৌরাই পানবনচিংবা পৃথি থৌরবা অকুপ্পা মঙাম্না মরম ওইদুনা কংনানবগী অর্থাৎ ভুমিংকি মুত্তি পুম্নমক মঙাম্না মরম ওইদুনা অশোংবদি মৈগা মাম্নখ্রে॥১০৯

স্ত স্তঃ সংশুষ্কতাপগ্নৈ র্জগত্তি প্রাণি সঙ্করৈঃ।
সাদ্রাব্ধিদ্বীপনগরৈঃ সপুরাট্টল তোরণৈঃ॥১১০

অদুগী তুঙদা চিং, সমুদ্রা, দ্বীপ, খুন জীব পুম্নমক মীনচিংবা লোইনদুনা কোজুং অর্থাৎ চেকপন থাঙমপাং লোইনদুন পৃথি কণ্ডখ্রে॥১১০

সদেবাসুর গন্ধর্ব্ব যক্ষ কিন্নর পন্নগে।
সনাগোরগ পৈশ চাপ্সরো রাক্ষসসিদ্ধকে॥১১১

দেবগণগা লোইনবা অসুর, গন্ধর্ব্ব, যক্ষ, কিন্নর, পন্নগ, নাগ, উরগা, পিশাচ, অপসর, রাক্ষস, অমদি সিদ্ধগণ অসিনচিংবা মাগী মাগী লৈফমদা॥১১১

আবীরাসীন্মহাদ্রো রুদ্রশোষিগ্নি মুখনং।
আবৃত্য রোদশী খণ্ড ধরাং স্ববিদিশো দিশঃ॥১১২

অকিবা রুদ্রগী মশক ওইবা মৈনা চোংথোক্লকই অর্থাৎ অদুদগী পৃথিবী মপান নাইদবা লোক স্বর্গ লোক অমসুং মাইকৈ তরাগী শিনবথুংনা কুপথি অকিবা মশক ওইবা উথন, মৈহৌরক্লে॥১১২

তেজসাতেনতাব্রেন প্রজজ্বাল প্রকো পিতঃ।
কুর্ব্বন্নশ্চটচটাশব্দং সসখো বহ্নিরদনঃ॥১১৩

অদুগুম্বা অকিবা প্রলয়গী মৈ মাগী মরুপ মুংশিং লোইনদুনা অকিবা থোজেল পুথোক্লুনা মহাক্তি সারবা মঙাম্না মরম ওইদুনা মথক্তা হায়খিবা লোক পুম্নমক চাকখ্রে॥১১৩

অকরোদ্ভস্মসাৎ সর্ব্বং জগৎসসুর মানুষ ।
ভস্মী ভূতে তুজসাত সবণ প্রাণি সাগরে॥১১৪

মহাক্লা মুংশিংকা লোয়নদুনা মতিক চাওবা মৈনা লাই মী পুম্নমক অয়াম্বা থবাই পানবা জীব জগৎতা লৈরিবা উং ওনখ্রে বন, জীব পুম্নমক অদুম ওইবা সমুদ্রনচিংবা জগৎ উং ওন্দুনা মাংখ্রে॥১১৪

সংহৃত্যপ্রাণিনঃ সর্ব্বানন্দজস্বুলা নিবাসিনঃ।
সাদ্রিদ্বীপাব্ধি দেবেন্দ্রপুরোগ নগরাং পুরম॥১১৫

ঈশিংদা লৈবা জীব পুম্নমক অমসুং সমুদ্র চাংগা লোইনব পৃথি মাংক্লে ইন্দ্রলোকনা লোম্বা মৈ হৌখে অদুগুম সাইগী কোজুং লোইনবা চাকখ্রে॥১১৫

অবশিংসমহার্ণগ্নি বায়ুং পরম কোপয়ন্।
বায়ুরুদ্রা গ্ন শক্ত্যাশু পণ্ডবেগোক শব্দবান।১১৬

অদুগুম্বা মৈগ মতিক চাওবা মুংশিংকা তিন্নদুনা অশাওবগা লোইননা মহেন্দ্রলোকতা চঙখে, অকিবগী মশক ওইবা মৈগী শক্তি অদুদা মুংশিংনা অম্নাংবা খোঙচৎ ওইদুনা অকিবা খোঙেন ওইখে ॥১১৬

তেজসাসর্ব্ব সত্বাণাং বর্দ্ধিতশ্চ বিশেষতঃ।
নীত্বারসাতলং পৃথ্বীং দিক্ষু সর্ব্বচরা চরম্ ॥১০৭

থোইদোকপা অদুকি মখৈ ওই অদুগুম্বা মুংশিংনা জীবা পুম্নমক মঙান্না মরম ওইদুনা নৈহংখে, অয়াম্বা মায়কৈ অচৎ চত্তা পোৎ পুম্নমক্কা লোইনদুনা পৃথীবিস্থু রসাতল য়ৌনা চৎখে ॥১১৭

প্রচণ্ডবেগো দুর্দ্ধর্ষঃ সম্বর্ত্তক ইতি স্মৃতঃ।
একীকৃত্বা জগৎ সর্ব্বং ননাকং সতলাতলম ॥১১৮

অদুগুম্বা অম্নাংবা মুংশিংনা মথক্তা চৎখিদুনা সম্বর্ত্তক কৌবা মমিং অদু কাওনা স্বর্গ সতলাতল শিনবা থুংনা জগৎ পুম্নমক অমতা ওইখে ॥১১৮

তোয়ান্তঃ প্রাবিশংতৈশ্চ রুদ্রবায়্বগ্নি প্রাণিভিঃ।
তৈস্তোয়ং মগ্নিংলানং সমুখেষ্বজযোনিষু ॥১১৯

অদুগী তুংদা অদুগুম্বা রুদ্রগী মশক ওইবা মুংশিং অমস্তুং মৈগা অনিনা অয়াম্বা জীব পুম্নমক লোইনবা ঈশিং মনুংদা চংখিদুনা মতৌ অদুম্না অদুগুম্বা ঈশিংগা লোইনবা ঐস্থু লাক্কুনা লৌখে, মওং অদুম্না অম্নাম্বা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক ব্রহ্মাস্থু অদুগুম্না লৌখে ॥১১৯

তেষু তেষু প্রবিষ্টেষু পাথোজন নযোনিষু।
আবিশংস্তত্র নিষ্কার্ধ্যো ম'দৃশো হঞ্চৈতঃ সহ ॥১২০

অদুগুম্বা ব্রহ্মাগী খুৎশেম পুম্নমক্কা চংখিবদো ঐস্থু উই ব্রহ্মাগী থবক অরেম্বা ওইরে মতুং অদুদা মখোয় পুম্নমক্ক লোইনদুনা ঐস্থু থবক তোক্কুনা পরম ব্রহ্মদা চৎতুনা চংখে ॥১২০

পরব্রহ্মণি নাগেশ শেষউরু পরাক্রমে।
শয়ালে দেব দেবেশদেব শক্ত্যা রুচোদিতাঃ ॥১২১

লিক পুম্নমক্কী মপু অনন্ত শয্যাগী মথক্তা চেপপিবা লাইগী লাই ওইবা উরু পরাক্রম নারায়ন দেব শক্তিনা মাগী ওইব অদুগুম্বা ইবুংঙো মাঙোন্দা পুনশে অর্থাৎ মহাক্কী দেহদা পুম্নমক তিনখে ॥১২১

সর্ব্বাভিঃ শাক্তিভিঃ সার্দ্ধং প্রাণিভির্দ্দেবসত্তমৈঃ।
সসুরা সুর গন্ধর্ব্বৈ বযক্ষর ক্ষোপ্সবোগনৈঃ ॥১২২

অদুম্বা শক্তিশিংগা লোইনদুনা থৌরাই পানবা ইন্দ্রনচিংবা লাই অয়াম্বা সুরাসুর, গন্ধর্ব্ব, যক্ষ, অপসর গনের, লোইনদুনা ॥১২২

স নাগোরগপৈশ্চ বিদ্যাধব মুণী শ্বরৈঃ।
সিদ্ধচারণ দেবর্ষি রাজর্ষি মনুজৈঃ সহ।।১২৩

* নাগগন, অর্পগন, পিশাচগন, বিদ্যাধর, মুনীন্দ্রগন, সিদ্ধ, চারণ, দেবর্ষি, রাজর্ষি অসিনাচিংবা মতৌ অসুরা দানবগনগা লোইনদুনা ॥১২৩

বেতালখগকুষ্মাণ্ড ডাকিনী পুতনাদিভিঃ।
স নক্ষত্রগ্রহবর-প্রমথৈ র্যাতুধানকৈঃ ॥১২৪

* বেতাল, পক্ষী, কুষমাণ্ড, ডাকিনী, পুতনাদী, মতৌ অসুরা গ্রহশিং অদুক্কি মথৈ ওইবা কৌনচিংবা মন্ত্র মরাং লোইনদুনা ॥১২৪

দেবোরুশক্ত্যা সংযুক্তাঃ স্বরাজিব্রহ্মাণি দ্বিজাঃ।
তস্যোরুরোমকূপেষু স্থিতাব্রহ্মাণ্ড কোটয়ঃ। ১২৫

ব্রাহ্মণশা। ক্ষয়মিথ্রিবা পোং পুম্নমক লোইনদুনা জীবগী হিংনবা চিঙ্খক অদুগুম্বা থোইদোকপা লাই ওইবা নারায়নগী উরু শক্তিনা মরম ওইদুনা পবব্রহ্মদা তিনখে অদুগুম্বা ভগবানগী অচৌবা দেহগী তুখোঙদা লোগান তোঙানা মপান নাইদবা ব্রহ্মাণ্ড থমদুনা লৈখে ।১২৫

সন্দিকাশ যনন্তাস্তে হ্যনন্তস্ত্তনুং করে।
সপ্রধানং সপর্যঙ্কং কোটি ভাস্কর ভাসুরম ॥১২৬

অদুগুম্বা চাংদম্লিংঙাই লৈত্রবা নারায়নগী মতম কুইরবা দেহগী মরাইদা মপান নাইত্রবা ব্রহ্মাণ্ড মশিং লৈত্রবা সমুদ্র মযাইদা মশিং লৈত্রবা লিঙ্গী শৈজ্জা মনাইনা পোগন্দুনা চেপখে ইবুংঙো মহাক অদুদি সুমিং কোটিগী মঙানগুম্বা মহাক্না পুথোকইবা মশিং নাইদবা ভগবং বিষ্ণুগী বিভূতি রূপ ওইনা তুমখে ॥১২৬

বিরাটরূপমেকাদ্ধো শয়িতং পরমং শিশুম।
তংদেবেশবরং শক্ত্যারাধাত্ত্যা পরিসেবিতম ॥ ১২৭

অদুগুম্বা বিরাটরূপ ওইবা ভগবান অদো পিকখ্রবা অঙাংগী মতৌগুম ঈশিং মনুংদা তুম্লি অথোইব লাইগী লাই ওইবা ভগবানগী মতম অদুদা থোইদোকপি রাধানচিংবি পরা শক্তিনা মরম ওইদুনা নিংথিনা সেবা তৌরি ॥১২৭

পরাৎপরাবরা শক্তি রাধাত্ত্বাঃ পরমোত্তমাঃ।
মহাবিদ্যা মহাসূক্ষ্মা চিদ্রূপাদিশ্ব মোহিনী ॥১২৮

মপান নাইদবা অহোবা অরোইবা থোইদোকপি রাধানচিংবি প্রকৃতি পুম্নমক্না উরু শক্তি ওইবা মহাক্কী অদুগুম্বি রাধা আদ্যাপ্রকৃতি থোইদোক্না কৃপা জগৎপু ঙাকচম্নবগী মশক ওইবি চিৎস্বরূপা অর্থাৎ জ্ঞান স্বরূপাহয়েন ।১২৮

জ্যোতিঃ রূপানিরাকারা ভ্রাম্যমানা মুহুর্মুহুঃ ।১২৯

মঙানগী মশক ওইবা নিরাকার ওইবা বিকর লৈতবা অদুগুম্বী রাধান মতম অদুদা হন্না হন্না মঙাম্না কোইরি ॥১২৯

অসিগুম্বা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ থোইদোকপা অপুম্বা রারিনা তিল্লবা, ব্যাস মুনিনা লেংখ্রবা রাধা হৃদয় ব্রহ্মানা ঋষি তরেংতা লিখ্রবা মহাপ্রলয়গী রারি প্রথনে অধ্যায় লোইরে ।।

# দ্বিতীয় অধ্যায়ঃ

## সৃষ্টি বর্ণন

ব্রহ্মোবাচ। –ততো বর্ষ সহস্রাণি মন্তানিচ সহস্রশঃ।

তেজঃ পুঞ্জং ভ্রমদ্দিব্যং নিরালম্ব মলম্বনম্ ॥১

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা হায়খি হে বৎসঃ! চাম চাম অমম্পুং লিশিং লিশিং চহি চাংদম ওইবা অহুগুম্বি মগুানগী মশক আদ্যা প্রকৃতি রাধানা মশক মওং লৈতনা মগুানগী মপৈনা কোইহুনা লৈখি॥১

সিসৃক্ষুরযোনিস্ত্রিগন্ধা সর্ব্বা বয়ব সুন্দরি।

উরস্ত মুরু কর্ম্মান মুরুক্রম মত্তা জনৎ॥২

অহুগুম্বি মমা লৈতবি রাধানা সংসার শেমগে খন্দুনা মওং লৈরমদবদগী মওং লৈবা ওইনা পুম্নমক্কগী হেন্না ফজবিং মুপি অমা ওইনা ফোংদোকখে, অহুগী ভুগুদা মহাক্কি থম্মোইদগী উৎকৃষ্ট, উরু কর্ম্মা, উরু ক্রম, অর্থাৎ মকম পুম্নমক্কা চৎপা গুম্বা পুম্নমক থগুবা নীপা অমা পুথোকখে ॥২

বানঃ স্পৃষ্ট পর্ব্বাতং কোটাদিত্যোরু তেজসং।

জাতমাত্রং সুতেজাত্মা মায়য়াত্মহিতা ক্রমাৎ॥৩

অহুগুম্বা পুথোকইবা অগুাং অদো ফুরিযদ্বা চাগুই মতাং অমতগুম অহুম্নদি ওইরগা মুমিৎ কোটি গুম্বা তাদি মগুল অদো মহাক অহুব পুথোক্লগা রাধানা মগোন্দা সৃষ্টি শেম্বো অম্মা হায়রগা মতম অম্মদা মাংখে ॥৩

তদা স্বপ্নে পদ দৃষ্ট্বা পরমং বিস্ময়াস্পদং।

অচিন্তয়দ্দেবাত্মা কিং কর্ত্তব্যমিতো ময়া॥৪

থোক্তদোকপা অগুকপা রাধা অদো মগুগী মগোগুম্বা মশক উহল্লগা অহুগুম্বা চান্দল্লিগুাই লৈত্রবা অম্মানা মহাক্কি ওইবা অগুাং অহুনা রাখন তৌথ হৌজিক ঐনা করি তৌগনি? অর্থাৎ অহুগুম্বি পোক্তদোক্লা মশক ফজবি মুপি অদো কনানো? কদাইদগী লাকপনো অশেংবদি সৃষ্টি সেম্বো অম্মা তাকপিরম্মগা মাংখি বা অহুনা করিগনে? মসিগী অরেম্বা খগুবা ভমক্তে অম্মা রাখন তৌহনা মায়কৈ মরিদা কোইনা য়েংখি ॥৪

একার্ণবজলে স্বর্ণদল মেকম বেক্ষসঃ।

তত্রৈবসহসোত্থস্থা কুরুণক্র্যা দৃঢ়ীকৃত॥৫

মতো অম্মা থল্লহনা খোয়াং তৌই অহুগুম্বা সমুদ্রগী ঈশিং মথক্তা থোগুনাং মনা অমগী মথক্তা অকওই মহাক্কি শক্তিন মরম ওইহুনা অচেৎপা মশা ওইহুনা অহুগুম্বা থোগুনাং মনাগী মথক্তা হৌগৎহুনা লৈখে ॥৫

এবং কিয়ন্তং কালং সো নৈবাৰ্থ খথপর্ণকে।
ভাসমানার্ণবে ব্রহ্মণ প্রসুপ্ত মিব বালবৎ ॥৬

হে ব্রহ্মণ! অদুগুম্বা খোঙনা মনাগী মথক্তা নিংঙাইদবা নিপা মচা অমগী মতৌগুম্না লৈহুনা ঈশিং মথক্তা মতম কয়ামুক তাওহুনা কোইনা চংলি ॥৬

ঋষিরুবাচা।—শ্রুতোস্মাভিঃ পুরাণার্থ মার্কণ্ডে য়ো মহামুণিঃ।
সপ্তকল্পান্তজীবি চ মৃতোবাস্থিত এব বা ॥৭

ব্রাহ্মণগী হায়দোকলকপা রা তারবদা ঋষিসিংনা হংজখি হে নাথ! হে ব্রহ্মণ! ঐখোয় পুমএক্লা মখাংঙৈদা তাজখি অহুম ওইবা কল্প তরেং পুনশিবা মহামুনি মার্কণ্ডো মহাক্না অদুগুম্ব প্রলয়গী মতমদা কদাইদা লৈবগে অমদি শিখ্রা হিংডিব্রা? ॥৭

নাত্রকিঞ্চিত্তয়োক্তং নঃ সন্দেহো নোমহানভূৎ।
তস্যোদানরত্তে ব্রহ্মণনু রুকর্ম্মানি শংসনঃ ॥৮

হে ব্রহ্মণ। অদুগী মরমদা কনাগী মফমদা নহাক্না হায়খিদ্রি মহাকি মরম অদু ঐখোয় খিবিক্তি পুক্লিংদা চিংনবা পোক্লে মরম অসিনা অদুগুম্বা ওমকন্দ্রবা থবক পুকচেন চাওরবা মার্কণ্ডনা মতম কয়ামুক অচোবা থবক পুম্নমক ঐখোয় পুম্নমক্তা শন্দোক্না হায়বিয়ু। ৮

ব্রহ্মোবাচ।—একার্ণবজলেতিষ্ঠন্ মজ্জ্যা মজ্জ্যা সসম্রমঃ।
মৃকুণ্ডুতনয়ো ধীমান মুহূর্ত্তানি মবাপ্য চ ॥৯

ব্রহ্মানা ঋষিশিংদা হায়রকই তারো প্রলয়গী মতুঙদা ঈশিংতা মঙাইবে ঈশিং অদুদা তাহুনা লৈরবা ঋষি অখোইবা মৃকণ্ডুগী মচা অদু করিগুম্বদা পোংথাই করিগুম্বদা লুপ্পি করিগুম্বদা তাওই শিবগী মতৌগুম হন্না হন্না অরাবা ওইখি ॥৯

অস্তৌ যিদাশ্বরং বিষ্ণু সুরুচিক্রম বিক্রমম ॥১০

মহামুণি মার্কণ্ডন উপাই লৈত্রবা ওইহুনা মতম অদুদা নিংথিজরবা মঙাল্লা যাগী ওইবা উরুকর্ম্মা, জগদীশ্বর, বিষ্ণুবু নিংজখি ॥১০

মার্কণ্ডেয় উবাচ।—নমঃ পাথোজনেত্রায় পাথোজাঙ্ঘ্রি করায়চ।
পাথে জননাভায় পাথোজাস্যায়তে নমঃ ॥১১

মহর্ষি মার্কণ্ডন মতিক চাওরবা নারায়নবু থিক্লা থিক্লা কপতুনা স্তুতি তৌখি হে ভগবন! ইবুংঙো নহাক্তি ফুগাইনা শাংপা থম্বাল তমজনিংঙাই ওইবা মিং, জলজ-কর, জলজনাভি, জলজ-বদনবিশিষ্ট, ইবুংঙো নহাকপু ঐনা খুরুমজ'র ॥১১

হৃশাকেশায়দেবায় হৃষীকেশপতয়েনমঃ।
নমঃস্বান্ত জহংসায় গোপীনাথায় তেনমঃ ॥১২

হে হৃষীকেশ দেহনা থাংমৈগুম্না ঙানবা ইন্দ্রিগী মপু ওইবা গোপী পুম্নমক্তি পুক্লিংদা পদ্মহংস ওইবা শ্রীকৃষ্ণ! নহাকপু হন্না হন্না খুরুমজৈ ॥১২

ব্রহ্মোবাচ।—ইত্থং প্রস্তব বক্তস্য মুনেরাসীৎ পুরোগতঃ।

অঙ্গুষ্ঠঃ পর্ব্ব মাত্রাঙ্গঃ কোটি ভাস্কর সন্নিভঃ।

অশ্বত্থদল মধ্যস্থ ইদমাহ মুণিং হসন ॥১৩

ঋষি পুম্নমক্কি মফমদা জগৎ সেম্বা ব্রহ্মানা হায়খি হে ঋষিশা! মতৌ অস্নুম্না ভগবানবু খুক্রমখি অচুগী তুংদা নুমিৎ কোটিগুম মঙাল ওইবা মচ্চাক্না খোঙনাং মনাগী ময়াইদা লৈবা অচুদি খুবিমুক্তা চাওবা অঙাং অমম মহামুণি মার্কণ্ডগী মাংদা থুংগুরে নোক্না নোক্না অস্নুম্না হায়রকই ॥১৩

বৎস তেভিন কর্ত্তব্যা সপ্তকল্পান্তজীবিনা।

প্রাহধাস্যে যদা তোভজ্জায়তে রক্ষণং তদা ॥১৪

হে বৎস! নহাক অসে কল্পা তরেৎ পুনশিরবনী নহাক্না কিগদবা ওইদে চৎঙকউ ঐনা নহাকপু থাঙ্গৎকনি মতৌ অস্নুম্না নহাক্না কিবাপোইবা অদো অকিবা অদুদগী নহাকপু ভাকনি ॥১৪

পিপ্পমীর য়ৎস্তস্য মুণি রেবং নিশম্য চ।

জহাসাশ্বত্থপর্ণস্থ পুরুষস্য তদা গিরম ॥১৫

ভগবান মার্কণ্ডদা অস্নুম্না হায়বা অচুগীতুংদা অচুগুম্বা উনা মথক্তা লৈয়িবা নিপামচা অচুগী মা তারবদা মহামুণি মার্কণ্ডনা নোকখি ॥১৫

মনসাচিন্তয়ন্নেবং মুণিবৈষ্ণ্যা নবোপমঃ।

অঙ্গুষ্ঠ পর্ব্বমাত্রাভঃ পুরুষোশ্বত্থ পর্ণকে।

শেতেত্তমেরক্ষণয়ৈব ক্রমোয়ং বা কথং ভবেৎ ॥১৬

মার্কণ্ড মুণি মণ্ডন মণ্ডন পুক্কিংদা খল্লি অচু ওইরবদি অসিগুম্বা খুবিমুক্তা চাওবা উনাগী ময়াইদা তুমচুনা লৈরিবা অঙাং অসিনা মরম ওইচুনা প্রলয়গী ঈশিংদগী ঐবু ভাকপিগে হায়চুনা কোংদোক্লি? অসি খল্লি মাগী বা তাবদগী মঙোন্দা নোকল্লুরে অমুক থুংঙরে ॥১৬

ভাবমাজ্ঞায়বিশ্বস্য ভাবজ্ঞো মধুহা হরিঃ।

বভাষে বচনং ন্যায্যং মেঘগম্ভীরয়াগিরা ॥১৭

অয়াঙ্কা জগৎকি রাখন পুম্নমক খংঙবা মধুবু নৈহৎপা ভগবাম্না মুণিগী মিংবা খঙজিন্নুনা নোঙ খোংবগী মতৌগুম নুংশিবা রাহৈনা মঙোন্দা হায়রকই ॥১৭

শ্রীভগবানুবাচ।—স্বাগতন্তু হিবিপ্রেন্দ্র মাতেস্তু মতিরীদৃশী।

ময়ীশ্বরেশ্বরেনৈব প্রহা সোযুজ্যতে তব ॥১৮

থৌজ্ঞানবিরা রাহৈনা ঋষিগী মফমদা ভগবাম্না হায়খি হে বিপ্রেন্দ্র নহাক ওকনু ঐ অসে লাইগী লাইনি ঐনা মরম ওইচুনা হায়গদৌরিবা রা অসে নহাক মতিকচাবা ওইয়ু ॥১৮

ব্রহ্মোবাচ।—তংশ্রুত্বা বচনং তথ্যং হিত মুক্তং মহাত্মনা।

নপথ্যামিত্তিঃ তু তদ্বগাদস্তিকমেব সঃ ॥১৯

ঋষি পুম্নমক্কী মকমদা ব্রহ্মানা হায়রকই হে ঋষিগন ! মতিক চাগুবা নারায়ন্না মমম ওইচুনা অচুগুম্বা হায়রকপা বা তারবদা মার্কণ্ডনা তাকপিগদৌরিবা লিচ্ছি অদো থওইদবা তৌজরোই মহাক্কা মথংদা মহাক্কি মনাক্কা চংখে ।।১৯

লীলয়ৈব তদশ্বথ পর্নেইঙ্গ পুটং দদন্মুনিঃ।

সোপার মহিমস্তাস্ত, লৈবমানং প্রবুধ্যতে ।।২০

মুণি মহাক্কী মনক্কা অচুগুম্বা খোঙনাং মনাগী মথক্কা শান্নচুনা খুবি পি তৌইগুম্বসুং ভগবানগী চাংদম্নিংঙাই লৈতবা মরম অচুদগী অচুগুম্বা উনাগী মথক্কা লৈরম্বা অদো অচুক্কি মখৈ লাপথিবগী চাংদম অঙাং অচুগী মশা অদো করিনো হায়বা অচু খঙবা ঙমদ্রে। ২০

ততোবলেন মহতাদ দক্ষ্টুং মাত্মনঃ।

ন বুদ্ধাতস্য তম্মানং বিস্ময়োৎ ফুল্ল লোচনঃ ।।২১

অচুগী তুংদা মহষি মার্কণ্ড হায়না কৌরকই অচুগুম্বা খোঙনাং মনাগী মথক্কা খুবি পিচুবা মাংওইননা মতম অচুদা মহাক্কি চাংদমগদবা অদো ঙমদ্রে ওইরিবা মতম অচুদা অঙকপা অমা ওইরে মিৎকুপ্পনা য়েংভি অবাবনি ! মসে করিনো ? অসিগুম্বা অঙকপনা তিনবা বা, অসিস্থ মওন মওন হায়গদবদা ওইয়ে ।।২১

তারুহ্য স মুণিস্তত্র শ্বসন্ বিল ইবোরগঃ।

শ্বস্তেন তেন বিশ্বস্ত আসান শার্ঙ্গ ধন্ব নঃ ।।২২

অচুগুম্বা খোঙনাং মনাগী মথক্কা তোংঙিবা অদো লৈখুলদা লৈবা লীসগী মভৌগুম্বি মুণি অদো স্বর মপি হোল্লি মতুং অচুদা ভগবাম্না ধেমজনবা বাহৈনা পুক্কিং তপথহল্লি অচুগুম্বা খোঙনাং মনাগী মথক্কা হৌপংজুনা কমখে ।।২২

চিন্তয়া মাস দেবস্য মায়াং তাং বিশ্বমোহিনীঃ।

মানবেন ময়াশক্যং বোদ্ধুং কিং শার্ঙ্গ ধন্ব নঃ ।।২৩

অচুগুম্বা খোঙনাং মনাগী ময়াইদা কমচুবা মার্কণ্ডীদমক রাখল তৌখি অচুগুম্বা ভগবান লাইগী লাই ওইবা শারঙ্গ কৌবা লীক্কও পাইবা নারায়ন অচুগুম্বা সংসারগী মায়ানা ঐ ঙক্কি বুদ্ধি লৈতবা মীনা ঐনা ঙক্কবদা মীনদি করিগী ঙক্কোই অর্থাৎ ভগবানমকস্ম মায়ানা ঙক্কবদা মীনদি করিগী ঙক্কোই ।।২৩

যন্মায়া মোহিতো ধিয়োহ্যপি সর্ব্বদিবৌ কসঃ।

ব্রহ্মাভবশ্চ বিষ্ণুশ্চ যন্মায়া মোহিত ভবন ।।২৪

মহাক্কি মায়ানা অয়াম্বা লাই পুম্নমক ঙকহল্লি অম্নম তৌনা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিব, অসিগুম্বা লাই অহম মায়ানা ঙক্কুনা লৈরি ।।২৪

চিন্তয়ন্দেব মায়াং স দেবশক্ত্যা প্রচোদিতঃ।

প্রাবিশচুদরং তস্য দেবশক্তি বলাৎকৃতঃ ।।২৫

মতৌ অসুম্না ঈশ্বরগী মায়া অহু মাথল তৌতুনা ঈশ্বরগী শক্তিনা অয়েপ্পা ইনশনবা ওইতুনা মার্কণ্ড অদো লাইগী শক্তিনা থোং ওইতুনা অন্তাংগী মথক ওইরিবা ভগবানগী গর্ভা মমুংদা চঙখে ॥২৫

প্রবিষ্টোদরমধ্যং সতত্র ব্রহ্মাণ্ড কোটয়ঃ।
সবিকাশং স্থিতাঃ সর্ব্বে রোম কূপেষু সর্ব্বশঃ॥২৬

মতুং অতুদা ভগবানগী গর্ভা ময়াইদা চংখগা মার্কণ্ডনা মথম অতুদা লৈরম্লিবা অতুদি কোটি ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক অতুনা ভগবানগী তুখোঙ খুদিংদা লৈবা অহু উখে ॥২৬

কোটিশঃ পদ্মজন্মানো বিষ্ণবঃ পশুপাস্তথা।
ইন্দ্রাশ্চন্দ্রা গ্রাহাদিত্যা বসবোশ্বাশ্বিনাবপি॥২৭

মশিং খণ্ডদবা ব্রহ্মাণ্ড মশিং খণ্ডদবা ব্রহ্মা মশিং খণ্ডদবা বিষ্ণু মশিং খণ্ডদবা শিব মশিং খণ্ডদবা ইন্দ্র, চন্দ্র, গ্রহ অমসুং আদিত্যগণ মশিং খণ্ডদবা বসু অশ্বিনী কুমার লৈরম্মে ॥২৭

যক্ষ রাক্ষস বেতাল কুষ্মাণ্ডোরগ কিন্নরাঃ।
গন্ধর্ব্বাস্পরসঃ সিদ্ধাঃ পিশাচাঃ স্বরগারনাঃ॥২৮

মতৌ অসুম্না মপান নাইদবা যক্ষ, রাক্ষস, বেতাল, কুষ্মাণ্ড, ঔরগ, কিন্নর, গন্ধর্ব্ব, অস্পর, সিদ্ধ, চারন, পিশাচ অমসুং অসুরগণ পুম্নমক লৈরম্মে ॥২৮

রাজ্ঞানা মুলয়ঃ সর্ব্বে পবতাশ্চ সরাংসিচ।
তরুয়ঃ খেচরা নাগা নাগকন্যাঃ সহস্রশঃ॥২৯

অমদি অয়াম্বা নিংথৌ চিং পুখ্রি অয়াম্বা সমুদ্র, অকাশ উচেরুচিংবা লিলগী মপৈ নাগকন্যাগন লিশিং লিশিং লৈবা উখে ॥২৯

অজাবয়শ্চ গাবশ্চ মহিষোষ্ট্র খরাস্তথা।
ধাক্ষ্য ব্যাখ্য বরহাশ্চ তরক্ষু মৃগজাতয়ঃ॥৩০

অতোপ্পা অজ, মেখ, গো, মহিষ, উট, গদ্দভ ভল্লুক, কাখ্, বরহা, তরক্ষু মৃগ পুম্নমক অতুনা মপৈ মপৈ কোটি কোটি চংতুনা লৈ ॥৩০

ব্রাহ্মণাঃ ক্ষত্রিয়া বৈশ্যাঃ শূদ্রাশ্চ সানুগাস্তথা।
বাহনানি চ শস্ত্রানি শাস্ত্রান্যস্ত্রানি সর্ব্বশঃ॥৩১

ব্রহ্ম গুদা লৈরিবা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমসুং বর্ণসঙ্ক, জাতি ময়াম হস্তী, অস, অসিনচিংবা বাহন ময়াম অমদি লাইরিক থংলাই মপৈ ময়াম পৈতুনা লৈ ॥৩১

নগরানি বিচিত্রানি পুরান্যা পহন্যানিচ।
হয়াস্ত সমুহশ্চ রথাঃ শত সহস্রশঃ॥৩২

মতৌ অসুম্না অয়েকপা খুন অমসুং কোনুং বোন অয়াম্বা শামু শগোল চামা চাম্বা লিশিং লিশিং ওইবা দোলাই মথম খুদি দাইপেতুনা লৈ ॥৩২

যথাবয়া যথা রূপং যথাস্থানং যথাবলং ।
যথাশক্তং যথোৎসাহং তথা রূপমবস্থিতম ॥৩৩

অহুগুম্বা মাম্নবা অশেংবা মকম-পাক শক্তি লৌরাংশুমক অদো বিরাট পুরুষ ভগবানগী গ্রর্ভদা মপৈ মপৈ ওইনা পৈতুনা লৈরম্ম ॥৩৩

চরণ পার্শ্বধোবিবান বোন্ধুবৎ পরিতো বিভবং ।
শ্রান্তোদীনমনা বগ্রঃ কুধাব্যাকুল চেতনঃ ॥৩৪

বিদ্বান মার্কণ্ড অদো নুংশিবকি মত্তৌগুম্না মথক্কা অমসুং মখাদা অহুগুম্বা গ্রর্ভগী মনুংদা কোইবা অদো পোংথাকম লৈত্রে কম্নসু লৌতুরগুম মত্তৌঅমুম্না অরাম্বনা অরাবা ওইরবা অমসুং চাননবগী মক থোনমাইনা অরাবা ওইরে ॥৩৪

পুর্ব্ববৎ সংস্থিতং সর্ব্বং জগদামনে মুনিস্তদা ।
নভৈক্ষ্যং বন ভোজ্যং বা অপেয়ং চাপিকিঞ্চন ॥৩৫

মার্কণ্ড মুনিনা ভগবানগী গ্রর্ভদা চাংবা অহুবু প্রলয় ওইংয় মতম অহুদা করিগুম্বা থবক তৌগদবা অমদে মত্তৌ অমুম্না মমাংগৈদা লৈরম্বা মতৌ অহুগুম্না অপংকি লৈফম খংতি চাই অরেম্বদি চাননবা চিঞ্জাক অমদি থক্কনবা ঈশিং খিংতং ফংবা ওইদে ॥৩৫

ভ্রমন্ তত্তরক্ষেষু ব্রহ্মাণ্ডেষু সকৃপ্তঃ ।
ক্ষনাৎ বহির-গাত্রম্মাৎ পাথোজ জমনাম্বিকং ॥৩৬

লিশিং লিশিং ওইবা ব্রহ্মাণ্ড মমাইদা অত্তাওবগুম কোইতুনা ভগবানবু থিরবা মিংনা কুপ্প অমগী মনুংদা মার্কণ্ডন মতম অদো থিবা কদতুনা অরাপ্পদগী মপান্দা থোক্লক্রে মতম অতুদা মমুক্কগী ঈশিং ওাক্তা উই করিগুম্না অমতা উবা ফংদে অরেপ্পদি ভগবানগী শেম্বিবা ভগবানগী চরণ নিংতুনা লৈ ॥৩৬

মনস্তের মনোমুগ্ধন ভক্তিনম্রাত্মকন্ধরঃ ।
পাদাঙ্গুষ্ঠেন বিষ্টভ্য পূর্ণমাশ্বথ স্থেরস; ।
বহুবর্ষ সহস্রানি তপস্তেপে সুদুশ্চরম ॥৩৭

মতুং অথদা মৃকণ্ডগী মচানা পুক্কিংদা মপুরগী বাখল তৌতুনা (তক্তি তেনপ্রশরীর) অমসুং চরোন অনি কোক্ত থমতুনা অরাবা ওইতুনা লৈখি মত্তৌ অমুম্না থুংনা খোংজবি পাইবা অহুগুম্বা খোংনা চনাগী মথক্তা লৈবা মুর্তি অহুবু খোইদোক্তা অরুনবা ব্রত তৌতুনা চহি লিশিং কয়াসুক তপ তৌতুনা লৈখি ॥৩৭

ইথং প্রতপত স্তস্য নাভ্যা মকমজায়ত ।
অনন্তকোটয়স্ত্বস্মান্মুখপঙ্কজযো রয়ঃ ॥৩৮

মার্কণ্ড মুনিনা অসুম্না তপ তৌরিঙৈ মনুংদা ভগবানগী খোইদোকদগী পদ্মাজ অমা পুখোক্কই অহুগুম্বা পদ্মাজ অহুদগী ঐপা মাম্নবা মাই মরি পানবা মশিং নাইদবা ব্রহ্মা পুখোক্কই ॥৩৮

অথ মার্কণ্ডেয় তথা ক্ষুধাসংবিগ্ন মানসঃ।
শয়ানং পর্ণপর্য্যঙ্কে দেব দেবং রমাপতিং।
আদদৌ প্রণতোবাচং প্রণত্যা সঙ্গতং মুণিঃ ।।৩৯

মতুং অদুদা মার্কণ্ডনা লৈরিবা মকম অদুদা অরাম্বনা অরাবা ওইদুনা উনাগী লৈয্যাদা চেপ্পা লাইগী লাই ওইবা লক্ষ্মীগী মবুংঙো অদিপুরুস মূর্ত্তি পুথোকখি অংশিবা রূপ উবদা খুরমদুনা ( স্তবকরিয়া ) হায়জখি ।।৩৯

মার্কণ্ডেয় উবাচ।—দীনানুকম্পিন দীনেশ দীনপালক পালক।
দানত্রাম পরোদান রিপু সঙ্কটমর্দ্দন ।।৪০

মহর্ষি মার্কণ্ডনা ঈশিংগী মথক্তা চেপ্পীবা ভগবানবু অস্তুতি তৌখি অদুগা হায়জখি হেদীনানুকম্পিন! হেদীনেশ! হে অতোনববু ঙাকপিবা! ঙাকপিয়ু হেদীনতারনপরায়ণ! অতোনবা ননাইশিংগী য়েক্লবগী অকিববু মাংহনবা ।।৪০

দানোদ্ধার করোদীন ভক্ত্যভীপ্সিত দায়কঃ।
ভক্তিহিনস্য মুর্খস্য দৌরাত্মং ক্ষম মে প্রভো ।।৪১

হে প্রভো! ইবুংঙো নহাক্তি অতোনবা মীবু লৌথংপিগদবা ওই অকবা থুমিংতা ননাইশিংগীদমক অপাম্বা মহৈ পিবিগদবা ওই ননাই ঐদি ভক্তি হৈজদে অপংবনি ঐগী অরাববু ঙাকপিয়ু ।।৪১

অজাণতস্ত্বাং তত্ত্বেন কস্তত্ত্বজ্ঞো ভবেত্তব।
নমঃ পঙ্কজনাভায় পঙ্কজা স্যায়তে নমঃ ।।৪২

হে পঙ্কজনাভ! হে পঙ্কজানন! ইবুংঙো নহাকপু খুরমজে ঐদি ইবুংঙো নহাক্তি অশেংবদো খঙজদে ঐবু চানবিয়ু নহাক্তি অশেংববু খঙগদবা কনা লৈবগে ।।৪২

পাহি মাং পাদপাথোজে শরনাগত মাশুতে।
ক্ষুত্তৃড্যাং মদ্দিতং নাথ কৃপয়া মাং সমুদ্ধর ।।৪৩

হে প্রভো! ঐদি ইবুংঙো নহাক্তি পাদপদ্ম অনিদা চংজরি ননায় ঐবু ঙাকপিয়ু হে নাথ! খুদক অসিদা অরাম্বা খৌরাংবনা অরাব ওইরে মরম অসিনা কৃপা তৌবিয়ু ননাইবু থুনা লানবিয়ো ।।৪৩

শ্রীভগবানুবাচ।—সব্য পার্শ্বস্থ শুন্যোমে পিবস্তন্যং পয়োমুলে।
যথেষ্টমবিশঙ্কেন মনসা ভৃগুনন্দন ।।৪৪

মার্কণ্ডগী হায়জবা বা তারবা তুংদা ভগবাননা মঙোন্দা হায়খি হে ভৃগুগী মচা! হে মুনে! নচাক্তা চিংনবা লৈতনা মকম অসিদা ঐগী মাংদা অশিবা চুই অমোম অম্বা খৌয়িনা পুন্দুনা লৈম্লিবা চুই অসিনী ( স্তন্যদুগ্ধ পানকর )।৪৪

ব্রহ্মোবাচ।—গিরং নিশম্য বিপ্রর্ষৈবাক্যং ভগবতস্তদা।
অচিন্তয়ন্মহা যোগী কিং কর্ত্তব্যয় মিতো ময়া ।।৪৫

ব্রহ্মানা অঙ্গিরানচিংবা মচাশিংদা হায়খি হে ঋষিসা অহুগুম্বা ভগবানগী ম্নাথং তারবদা মহাযোগী ওইবা মার্কণ্ড ঋষিনা মতম অহুদা মওন মওন মতৌ অসুম্না ম্নাখন তৌই হৌজিক ঐনা তৌগদবা অসি করিনো ? ॥৪৫

ক্ষুধাদ্দিপেন শ্রান্তেন প্রাপ্তকালং হিতং মম।
এবং চিন্তয়তস্তস্য মতিরাসীন্মহাত্মনঃ।
পেয়মেব তদবগুং দেববাক্যা দপক্ষয়া ॥৪৬

অরাম্বা খোৌরাংবনা মতৌ অসুম্না থাংব ঙমদবা অহুনা অরাবা ওইরি মতৌ অসুম্না চানবগী খ'খন্দা শিবগী মতম কংভি অসুম ওইরবদা হূইগী মখোমবু ঐনা হিত্তম্নবগীদমক থক্কত্রা অর্থাৎ অহু ওইরবদি থকত্রগা অহুম তৌরবদি মতম অসিদা অকবা ওইগনি মতৌ অসুম্না খন্ন খন্ন; মহাত্মা ওইবা মার্কণ্ড ঋষিনা অহুগুম্বা হূইগী মখোম অহু য়েংভি পুক্লিংদা থল্লি মসে চিংনবা লৈতনা লাইনা হায়বনিনা হূইগী খোম অসি ঐনা শোয়দনা থক্কদবা ওই ॥৪৬

ততস্তপো মহাতেজা স্তন্যং ক্ষীরমনন্যধীঃ।
পিবতস্তস্য বিপ্রৈষৈঃ ক্ষণান্মস্তর প্রাদ্ধরিঃ ॥৪৭

অহুগী ভুদা মার্কণ্ড মুণিনা মওন মওন খল্লপা অর্থাৎ ঈশ্বরগী ম্নাথংনি মহাক পেল্লনবগী চিংনদনা হূইগী মখোম থকখে মতুগু অহুদা ব্রাহ্মণগী ম্নাংদা থুদক অহুদা ভগবান অহু মাংখে ॥৪৭

অন্তর্হিতং হরিং বীক্ষ্য বিস্ময়াবিষ্ট চেতসঃ।
চিন্তয়ামাস মনসা সম্বিগ্নেন দ্বিজোত্তমঃ ॥৪৮

ভগবান্না মাংখবা উরগা অঙকপা ওইরে থমোইদা ব্রাহ্মণ মার্কণ্ড পুক্লিংদা অবাবা ম্নাখন্না চিন্তা তৌখি ॥৪৮

স্বপ্নোবা মে মনো ভ্রান্তিরথবা জ্ঞান বিপ্লবঃ।
আঃ কিমেতত্ দহোদৃষ্টং কিমেতত্ দেবমায়য়া ॥৪৯

মার্কণ্ডগী পুক্লিংদা মওন মওন অসুম্না রাখল তৌখি ঐ অসে করিনো উরিবা অদো মঙলা নত্রগা ঐগী পুক্লিংদা অকাওবা পোক্লিবা অহু নত্রগা ঐগী রাখন অসি করিনঃ? আরাবনি। ঐনা উরগা ঙকইবসিনা করিনো তৌব্রিবা অসে লাইগী মায়ানা মরম ওইহুনা অসিগুম্বা অঙকপা থবক তৌরিবনি ॥৪৯

মোহিতো নৈব জানামি তথ্যং বাভথ্যমেব বা।
সুপ্তির্ণাস্তিকুতঃ স্বপ্নং ভ্রমং নৈবো পলক্ষয়ে ॥৫০

ঐদি অরেপ্পা লাইগী মায়ানা ঙকহল্লে খল্লুবদা খঙবা ঙমত্রে তুম্বখ নত্তে মংসু নত্তে কাউরে উবসু কংত্রে মরম অসিনা লাইগী মায়ানা ঙকহল্লি অসিনা অরেপ্পনি ॥৫০

অহোনার্য্যা মহেকষ্টং হস্তপ্রাপ্তো মণির্ময়া।
নিরস্ত ক্ষুদ্রমতিনা ময়েতি পরিচিন্তয়ন ॥৫১

বিজ্ঞাপয়িতরং দীনো দীনো দীর্ঘ দুঃখং স্বসন্মুনিঃ ॥৫২

ঐনা করিগী চাইদবা চিঙ্গাকি ঐনা করিগী হাপিবা ঐনা পুকচেন পিকপদগী খুৎনা মাণি পাইবা ফংঙম্নবা মাংখে মতৌ অমুম্না খল্লুবদা অম্নাবা ওইখি মতৌ অমুম্না পৎতিদা হায়রগা স্বর মপি হোনখি মতম কম্না কপত্তুনা তুমিন্না লৈখি ॥৫১-৫২

ব্রহ্মোবাচ।—সং প্রহৃত্য তদাত্মানং ভগবান মধুসূদন।

চিন্তয়ামাস মনসা সাংস্থজেত্য ব্রবীদ্বচঃ ॥৫৩

ঋষি মহামগী মফমদা ব্রহ্মানা হায়খি মার্কণ্ড মুণি মতং অমুম্না বা তাংদনা সমুদ্র মম্নাইদা তাওতুনা মতম লেপখি। অসোমদা মাংখবা ভগবানগী পুক্নিংদা খাথন তৌখি ঐনা মতৌ করম তৌসিগে। মতম অদুদা অহুগুম্বি পরমা শক্তিনা শূন্যদা মস্তোন্দা সৃষ্টিকর, অমুম্না হায়খি ॥৫৩

কথমজ্ঞেন মুঢ়েন সষ্টব্যাঃ বিবিধাঃ প্রজাঃ।

ইত্থংবিলপতস্তস্য তপস্যেব মনোগমৎ ॥৫৪

অদুগী তুওদা বা অহ তারবদা নারায়ন মতৌ অমুম্না কপথি অসিবু ঐদি গুণহীননি অপংবনি সৃষ্টিগী মরমদা তাকাপার করম্না ফোংদোকপা মখল কম্না ওইবা প্রজাবু ঐনা সৃষ্টি সেমগদগে মতৌ অমুম্না খল্ল খল্লগা মহাক্না তপ তৌগে হায়না পুক্নিং লেপখে অর্থাৎ তপ তৌবদা মহাক্নি মরমচং ওইখি ॥৫৪

নিমীল্যনেত্রে যত বাকশান্তঃ স্বাস্তোর্দ্ধদৃষ্টিকঃ।

অচিন্তয়দ মেয়াত্মা তৎপাথোজন নাথিক ॥৫৫

আত্মাগী মবুংতা ভগবান চরণ থম্নাস মিং উইশন্দুনা বা তাংদনা তুমিন্না পুক্নিংদা মুত্তি মিং অনিগী মরক্তা থমদুনা হৃদংনা য়েংদুনা খাথন তৌখি ॥৫৫

মনস্যেব মনোমুগ্ধন ভক্তি নম্রাত্মকন্ধরঃ।

পাদাঙ্গুষ্ঠেন বিষ্টভ্যপন মাশ্বথ মেবসঃ ॥৫৬

পুক্নিংদা খাথন তৌদুনা ভক্তিনা লুকপা কোক্না ভগবানগী চরণ অনিদা থোঙবী অহুনা মরম ওইদুনা অহুগুম্বা প্রলয়গী সমুদ্র মম্নাইদা থোঙবা মনাগী মথক্তা তোওদুনা লৈখে ॥৫৬

বহুবর্ষসহস্রানি তপস্তেপে সুদুশ্চরং।

ইত্থং প্রতপতস্তস্য নাভ্যাদজমজায়ত ॥৫৭

অদুম তৌনা চহি লিশীং কম্না কুইনা তপ তৌদুনা লৈখি অদুম তৌনা তপ তৌদুনা লৈরিবৈদা মহাক্নি থোইদৌদগী থম্বাল অমা পুথোকখি ॥৫৭

অনন্ত কোটয়স্তস্মাৎ মন্মুখাব্জ যোনয়ঃ।

আসংশ্চতুর্মুখাঃ সর্ব্বে স্রষ্টারো জগতাং তত ॥৫৮

অদুগী তুওদা অদুগুম্বা থগ্রেদগী ঐগা মাঙুমা মাই হরি পদ্মনবা ( পদ্মযোনি ) মশিং থগুদবা ব্রহ্মা পোকখি পুম্নমক অদু ঐখা মাই মাগী মাগী ব্রহ্মাণ্ড অমমগী সৃষ্টি মপু ওইখি ॥৫৮

উৎপন্নো বিষ্ণুযোপ্যাসন পালকা জগতাং দ্বিজাঃ।

উর্ব্বেরাসন মহাত্মানো রুদ্রারৌদ্র পরাক্রমাঃ ॥৫৯

অদুগুম্বা মহাবিষ্ণুগী থব'কগী জগৎ য়োকন্নবীদমক মশিং থগুদবা বিষ্ণু পুথোকখি অমনা খু অনিদগী মতিক চাওবা অকিবগী মশক ওইবা মপাঙ্গল কনবা মশিং খুগুদবা রুদ্র পুথোকখি ॥৫৯

সংহর্ত্তার স্ত্রিজগতাং তমোগুণ গণান্বিতাঃ ॥৬০

অদুগুম্বা অয়াম্বা রুদ্রগী মপৈ অদো তমোগুণ তিল্লি পুথোক্লিবা অদো মরোল অদুম মাংহল্লনবগী-দমক্লি অর্থাৎ ব্রহ্মানা সংসার শেম্বগী মপুনি বিষ্ণুনা জগৎ য়োক্লনবগী মপুনি শিবনা মাংহনবগী মপুনি ॥৬০

পাথোজযোনয়ঃ সর্ব্বে যাদৃশো হংক বিষ্ণুনা।

আজ্ঞপ্তাস্তপসা বৎসাঃ স্বজধ্বং বিবিধাঃ প্রজাঃ ॥৬১

অদুগুম্বা ব্রহ্মা ময়াম অদো মতৌ অসুম্না ঐগা বিষ্ণুনা ঐংখোয় অনিনা ময়ম ওইদুনা মথোয় অদো ওইহল্লিবনি অর্থাৎ ঐখোয় অনিনা মথোয় খিবিক্তা অসুম্না হায় হে অঙাংসা! তপ তৌরগা মথল মথা ময়াদ্রা প্রজা শেম্নু ॥৬১

বেদশাস্ত্রনি সর্ব্বানি প্রদায় পুরুষোত্তমঃ।

তনাদন্তর্হিতো হস্মাকং পশ্যতাঃ পরমেশ্বরঃ ॥৬২

অদুগুম্বা পুরুষোত্তম পরমেশ্বর মহাক্না ঐখোয়গীদমক বেদশাস্ত্র পিয়মগা ঐখোয়গী মাংদা য়েংনা য়েংনা খুদক অদুদা মাংখে ॥৬২

অন্তর্হিতে ভগবতি থোরেন ত'ন'নখঃ।

হরিরাধয়তামজ যোনানা মুগ্রকর্ম্মনাম ॥৬৩

ভগবাদ্না মাঙথ্রবা অদুগী তুওদা নিংবা কাইরদুনা ব্রহ্মা ময়াম্না অকনবা তপ তৌদুনা হরি নিংখি পুম্নমক অদুনা অকিবা থবক পদ্মযোনি ওইবা ব্রহ্মাশিংগী দেহদগী মতম অদুদা মথল মথা প্রজা পোকখি ॥৬৩

মনবো ঋষয়শ্চৈব স প্রণোপতেয় স্তিত্ৰে।

আসন্ন স্তপসা তেষাং ষর্ণাশ্চত্বার এবতে ॥৬৪

ব্রহ্মা ময়ামগী তপঃ"তগী মনু ময়াম অমসুং ঋষি ময়াম প্রজাপতিশিং লোইননা মতৌ অসুম্না ব্রাহ্মণ, বৈশ্য, শূদ্র, ক্ষত্রিয়, অসিনচিংবা জাৎ মরি পুথোকখি ॥৬৪

ব্রাহ্মণ ক্ষত্রবিট্ শূদ্রা স্তেভ্যো জাতাঃ সহস্রশঃ।

ত্রয়োদশাদন্তকঃ স্বা চুহিতু কশ্যপায়বাঃ ॥৬৫

ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমসুং শূদ্র, অসিগুম্বা জাৎ মরি অদুদগী ( অনুলোম বিলোমজ ) লিশিং লিশিং ওইবা জাতি পোকখি অর্থাৎ উত্তম, অধম, মধ্যম, কয়া অমদা জাতি কয়া পোকখি। ব্রহ্মাগী

মচা দক্ষ প্রজাপতি মহাক্কি মচানুপি তরাহুমদোই কশ্যপতা পিখি অহুদগী অমাম্বা প্রজা পোকখি ।।৬৫
তাৎপর্য্য দক্ষপ্রজাপতিগী মচানুপি হুমফুনি মচানুপি কুনতরেংনা থাদ, নিপান্না ধর্ম্মদা, তরামাথোইনা রুদ্রে তরাথোইদা তরাহুমদোইনা কশ্যপতা, অমনা মহাদেবদা, অমুম তৌনা কৈঙ্গা হুমফু অসি মগুদা দান তৌখি। কশ্যপক্কি মুপি তরাহুমদোই অহুদগী মশিং খঙদবা জাতি প্রজা পোকখি ।।৬৫

তাম্বাসনদেব গন্ধর্ব্ব যক্ষবিদ্যাধরো রগঃ।
নাগ কিংপুরুষা রক্ষোপ্সরঃ সিদ্ধপিশাচকাঃ।।৬৬

পুম্নমক অসে দক্ষপ্রজাপতিগী মচানুপিদা কশ্যপনা মরম ওইদুনা দেব, গন্ধর্ব্ব, যক্ষ, বিদ্যাধর, সর্প, নাগ, কিংপুরুষ, রক্ষ, অপ্সর, সিদ্ধ পিশাচা অসিনচিংবা পোকখি। ৬৬

বিপ্রবিরাজর্ষাসুরঋসিসংখা মহর্ষি দেবষি গুনোঘ যুক্তা।
তেজস্বিন স্তপ্তুতপঃ সমাধয়ঃ সংতৃপ্ত দেবর্ষিগণাঃ প্রশান্তাঃ।।৬৭

ব্রহ্মষি, রাজষি, অসুর, ঋষি সমুহ, অমুম তৌনা গুণ পুম্নমক্না তিনবা মহর্ষি, দেবষি, অসিনচিংবা মখোয় অহুমী মনুংদা অকনবা তপ তৌবা কনাগী রাখন লৈতবা দেবঋর্ষি মম্নাম থোইদোক্না মগুণ লৈবা মখোয় অদো চাবা থকপা লৈতবা তরেং অদো থোইদোকপা (প্রশান্ত মুর্ত্তি হয়েন) ।।৬৭

খরোষ্ট্র মহিষা কাশ গবাশ্ব স্বশৃগালকাঃ।
গোজাবয়েশ্চ মার্জ্জারা দৈত্যেয়া শ্চেদামবাঃ। ৬৮

গর্দ্দভ, উষ্ট, মহিষ, পক্ষী, অশ্ব, কুকুর, শৃগাল, অমুম্না গো মেষ ছাগল, বিড়াল, ওদৈত্য, দানবাদি, অতুক্কি মখৈ ওইবা প্রজা পোকখি ।।৬৮

তামহক্ষে গণতোবিপ্রাঃ সংক্ষেপা ওন্নিবোধতঃ।
অভ্রোমট্র বজ্রিনোদিত্যাৎ আদিত্যা দ্বাদশাত্মকাঃ। ৬৯

হে ব্রাহ্মণশা! তারো পুম্নমক অদো শংক্ষেপ ওইনা হায়রগে অদিতিগী মচা তরানিপাল ইন্দ্র অমনা সূর্য্যো তরানিথোই পুথোকখি ।।৬৯

বসবোষ্টৌ যমা ষ্টৌবট্ গ্রহনক্ষত্র ভুষিতঃ।
এতেসর্ব্বে মহাসত্বাঃ মহৌজ বলশালিনঃ।।৭০

অষ্টবসু. চতুর্দ্দশ যম্ নবগ্রহ মতৌ অমুম্না নক্ষত্র কুনতরেং মখোই পুম্নমক অতুগী মঙ্গুংদগী মগুণ লৈবী ভুপি ( মহংজিব ) মহাতেজস্বী অমসুং মপাঙ্গন কনবা মশা চাওবা কয়া পোকখি ।।৭০

নানা বর্ণবতঃ সর্ব্বে নানা স্বরবিভূষনাঃ।
তসন্ সর্ব্বে মহাত্মানঃ পৃথিবী পরিপালকাঃ ।।৭১

অসিগুম্বা প্রজা মখল মথ, অয়াম্বা মচু অমুম তৌনা মখল মথা অয়াম্বা খুংলাই পাইবা পুকচেন চাওবা মতৌ অতুম্না পৃথিবী ভাকখি ।।৭২

মতাং অসিদা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণগী রাধাহৃদয় কৌবা ব্রহ্মাগা ঋষি তরেৎকা তানবা সৃষ্টিবর্ণনঃ কৌবা,
।। অনিস্থুবা অধ্যায় লোইরে ।। ২

এই ব্রহ্মাণ্ডখ্য মহাপুরাণের উত্তরখণ্ডীয় রাধাহৃদয় খ্যানে ব্রহ্ম সপ্তর্ষি সম্বাদে প্রলয়ান্তর পুনঃ সৃষ্টী বর্ণন নামে দ্বিতীয় অধ্যায় সমাপ্ত ।।

---

## তৃতীয় অধ্যায়ঃ

## গুরু স্তব

আঙ্গিরা উবাচ।—পয়েজ জম্মনে তুভ্যং নমো হস্ত পঙ্কজাসন।
পাথোজাস্যায়স্তে নাথ এস্তয়েব সুরোত্তম ।।১

শ্রীপদ্মযোনি ওইবা ব্রহ্মাগী মুখপদ্মদগী শিঙ্করকপা অমৃতগা মান্নবা হরিগী কথা তাজবদা লুংঙাই জরহুনা মহর্ষি অঙ্গির'ন ব্রহ্মাদ অমুক হন্না হায়রখি হেপয়োজ জম্মন! অর্থাৎ পদ্মাস্তব ব্রহ্মাণ! নহাকপু খুরমজরি হে পদ্মাসন! হে পদ্মা'নন! হে নাথ! নহাকপু হন্না হন্না' খুরমজরি নহাক্কা পুম্নমক খণ্ডবিহুনা তাকপিরী হে সুরোত্তম! মাদো ঐখোয়না হঙ্গৎপা নত্তে ।।১

প্রশ্নস্য কৃতপূর্ব্বস্য হরিস্তেপে তপঃ কথম্।
অত্রোত্তর পদংনৈব লব্ধংতে সুরপূজিত ।।২

হে দেব পূজিত ব্রহ্মান! ঐখোইগীদমক মমাংঙৈদা হৌখ্রব থবক তাকপিবদগী তাজরে অহুগুম্না হরিনা করি মরমগীদমক কদাইদা তপ তৌহুনা লৈবগে গুরুদেবনা অহুবু তাকপিখে, তাকপিখ্রবঃ অহুবু ঐখোয়না খণ্ডবা উমদ্রে ।।২

দ্বৈপায়ন উবাচ।—প্রসান্নরুম পাথোজ বদনোজ সমূদ্ভবঃ।
হসন্নিব গিরং বিদ্যাদদৌ প্রশ্নপূর্ব্বতঃ ।৩

অহুগী ভুংদা লোম হর্ষবু থাগৎলহুনা মহর্ষি ব্যাসনা হাইরখি। হেবিদ্বন অঙ্গিরাগী বা অহু তারবদা (পদ্মানন পদ্মযোনি) ব্রহ্মানা মাইথোং মকাকন্না মযোন নোকুনা মখোয়গীদমক মমাংঙৈদা ওইখ্রবা বারি হন্না লিখি ।।৩

ব্রহ্মোবাচ।—নেতা বদুক্তং প্রশ্নস্য ভবিষ্যতি তবানথ।
প্রসঙ্গাদুক্ত মেদত্ত, সংক্ষেপেন ময়াধুনা ।।৪

ব্রহ্মান হায়খি—হে পাপ চেন্দবা! অঙ্গিরা অহুকি মথৈ ওইবা নখোয়না হংঙিবা অদো ঐনা লোয়না হায়বা উম্মরোই হৌজিক সংক্ষেপ ওইনা প্রলয়গী বারী অহানবদা লিয়েদে।।।৪

তাং পর্য্য। সংসার শেম্বগে থন্দুনা ভগবান্না খোঙনাং মনাগী মথক্তা লৈহুনা পরমাত্মানা প্রকৃতিদা হংগে হায়বগীদমক তপ তৌখিবা অহুগী বারী অদো লিয়গে ভারো ॥৪

তপঃ প্রতপত স্তস্য কালো বহুতরোগতঃ।
আবিরাসীত্তদা মায়া রাধা প্রকৃতিরুত্তমা ॥৫

হে ব্রাহ্মণশা! খোঙনাং মনাদা কমহুনা ভগবান্না তপ তৌবা অদো মতম কয়া হৌখে, অহুগী তুঙদা মুপি পুন্নমক্তগী অথোইবি মহামায়া ওইবি শ্রীমতি রাধা ফাওরক্লে ॥৫

সর্ব্বেষাং কৃষ্টা ভগবতী যয়া সংমোহিতং জগৎ।
কৃপয়া পরয়াবিষ্টা ভুজৈঃ ষড়্ভিঃ সমান্বিতা ॥৬

খুং তরুক পানবি মুপি পুন্নমক্তগী অথোইবি ভগবতী রাধা মহাক্না মরম ওইহুনা অসিগুম্বা জগৎ মুক্ষংনবগী মশক ওইবি ইবেম্মনা তপ তৌবিবা নারায়নগী মাংদা মহাক্না থোইদোকপা কৃপা ওইখি অর্থাৎ কৃপা তৌবিগে হায়বগীদমক ফোংদোক্লুনা দর্শন পিখে ॥৬

কোটি ভাস্কর সঙ্কাশা স্বভাসা ভাস্বতাদিশঃ।
রক্তমাল্যাম্বধরা রক্তগন্ধানুলেপনা ॥৭

মুমিৎ কোটিগুম্না ভাল্লি মাগী অঙ্গকান্তি মাইকৈ তরা শিনবা থুংনা অঙাংবা ফি শেংলি অঙাংবা লৈ পরেং অমুম্না অঙাংবা চগুনা মশাদা লৈতেংঙি ॥৭

কুণ্ডলাঙ্গদ কেয়ূরমুকুট দ্যোতিত চ্ছবিঃ।
প্রসন্নারুন পাথোজবদনা পঙ্কজাসনা ॥৮

নাদ অঙাংবা নায়িন খুং অনিদা খুজি দেহদা অঙাংবা শারি থোনবা কোক্তা রত্ন মুকুটন ভাল্লি মকত্রবা মুমিংকি মঙানগুম্বা মাইথোং থম্বাল ফুগাইনা শাংপা থম্বালগী আসন্দা লৈবা ॥৮

শঙ্খং চক্রং গদাং শক্তিং কৃপানং মুষলংমুনে।
বিভ্রতী পরিতো দেবৈ ব্রহ্মবিষ্ণু পুরোগমৈঃ ॥৯
অর্পর্য্যাপ্তৈস্তুতৈর্দেবী ভক্তাভীপ্সিত দায়িনী ॥১০

হে মুনে! খুং তরুক পাল্লি শঙ্খ, চক্র গদা, মতৌ অমুম্না শক্তি, কৃপান, মুষল, অদুগুম্বা খুংলাই তরুক পাই ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিব, অসিনচিংবা লাই পুন্নমক্না অকোইবদা লৈ অমংং মথোয় পুন্নমক্না চাংদম্লিংঙাই লৈত্রবা মগুণন, মশক ওইবা স্তবনা মরম ওইহুনা অদুগুম্বি রাধাদো ভক্তগী অনিংবা ফল পিনবিনী ॥৯-১০

তস্যাস্তু রোমকুপেষু বিদ্যন ব্রহ্মাণ্ড কোটয়ঃ।
অনন্তাঃ সহ বিষ্ণ্বীশ ব্রহ্মানঃ সহবাহনাঃ ॥১১

অদুগুম্বি শক্তী পুন্নমক্না তিনবী রাধা মহাক্কি তুখোঙ অমমমদা ব্রহ্মাণ্ড অমমম মশিং থঙদবা ব্রহ্মাণ্ড লৈ অদুগুম্বা ব্রহ্মাণ্ড অদুদা অসক্তগা লোইনবা বিষ্ণু লৈ মহাক্কি বাহনগা লোইনবা মহাদেব অমুম্না ব্রহ্মাসু লৈ ॥১১

সধরাং সহ পাতালাঃ সনাকাঃ সসুরান্তথা।
দৃষ্ট্বা প্রাঞ্জলিনা বিপ্রা দণ্ডবৎ প্রণমামচ ॥১২

হে বিপ্রগণ! পৃথিবী, পাতাল, স্বর্গ অমসুং লাই পুম্নমক দেহদা লৈবা ভগবান নারায়ন খুৎ লোপ্তিনা ওক নোল্লগা রাধাবু খুরমখি ॥১২

মেখ গম্ভীরয়া বাচা হসন্তী জলজাননা।
বভ ষে বাক্যমবাগ্রা জগন্মোহন–মোহিনী ॥১৩

অদুগী তুংদা কমলবদনী জগৎ পুম্নমক সুক্ষৎনবগী মশক ওইবি রাধানা মোমোন নোকুনা *ময়েক নিপাক্লা তিনবা সুংশিবা বা নারায়নদা হায়খি ॥১৩

দেব্যুবাচ।—শৃণু বৎস বচোমহ্যং হিতং তে করবানিকিং।
রাধয়স্ব যথাতত্ত্বং ত্বং মাং পুরুষসত্তম ॥১৪

দেবীনা হায়খি হে বৎস! হে পুরুষোত্তম! হৌজিক ঐনা নখোয়গী ফনব করি তৌসিগে নংঙোন্দা ঐনা ফনবা বা হায়রিবা অসে তারো ঐনা হায়রিবা তত অদু থংওপা নহাক্না ঐবু নিংঙো ॥১৪

তত্তস্তেসিদ্ধিকামস্য দৃঢ়াসিদ্ধির্ভবিষ্যতি ॥১৫

হে বৎস! ঐবু নিংজবগী মরম্না নখোয়গী অপাম্বা ফওগমি নখোয়গী অমিংথা ফংনবা যত্তোন তৌনা তৌগদবা ওই ॥১৫

শ্রীবাসুদেব উবাচ।–কথং রাধা ভবেন্মাতঃ স্তপসা কেনবা মম।
কেনোপায়েন মেক্রুহি যত্তপি স্যাৎ সুদুষ্করম ॥১৬

মহাদেবী রাধাগী বা তারবদা ভগবান বাসুদেবনা হংজখি হে মাতঃ ইমা নহাকপু মতৌ করম্না ফোংদোকপা কনান তপ তৌবা অমসুং করম্বা উপায়মা মরম ওইদুনা ঐখোয়না নিংগদগে মতুবু ঐখোয় খিবিক্তা তাকপিয়ু অদু নত্রবদি থওবা উমদ্রে চানবিদুনা অমুক্তদি তাকপিয়ু ॥ ৬

শ্রীদেব্যুবাচ।—গুরোঃ শকাশাৎ সাম্প্রাপ্য মন্ত্রং ব্রহ্ম সযন্ত্রকং।
ধ্যানং মালামাতৃকার্থ্যং স সমাধিং সুরারিহন ॥১৭

মতিক চাওবি রাধিকাদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়জবা বা অদু তারবদা মাঙোন্দা অরেপ্পা পাওতাক হায়খি। হে সুরারিহন! গুরুগী নাক্তগী মন্ত্র মতৌ অমুম্না মন্ত্র অদু ব্রহ্মাগী মশক ওইনা নিংগদবা ওই অমসুং ময়েক অদুনা মালা ওইনা ফংওবদা পুক্রিং চংনা উপাসনা তৌরো ॥১৭

তেমারাধয় যত্নেনক্লিপ্রং মাং সমবাপ্সসি।
গুরুনাদত্ত মন্ত্রেন মনঃ শুদ্ধি মবাপ্যচ ॥১৮
ক্ষিপ্রমারাধয়ন সিদ্ধো ভবিষ্যসি ন সংশয়ঃ ॥১

* ক্লীঁ হ্রবী কেশায় নমঃ। শ্রীঁ হ্রীঁ ক্লীঁ কৃষ্ণায় স্বহা।

অতুগুম্বা নিংনেনবা মন্ত্র অমসুং যন্ত্র ফংওগা নিংতো অতু ওইরবদি ঐবু শোইদনা ফংগনি গুরুনা পিবা মন্ত্রনা মরম ওইদুনা দেহসু শেংগনি দেহ শেংঙবা তুংদা নিংঙবদি থোইদোক্লা থুনা অফবা ওইগনি হায়রিবা অসিদা কনানা চিংনগদবা ওইদে ॥১৮-১৯

তস্মাদাদৌ গুরুঃ পুজ্যং পরব্রহ্মময়ো হিঃ সঃ।
তৎপ্রসাদাদবাপ্যেব দেহো ব্রহ্মময়ো ভবেৎ ॥২০

মরম অসিনা গুরুবু অহানবদা পূজা তৌগনি মরম অতুদগী গুরু হায়বা অসে অথোইবা ব্রহ্ম ওইয়ে গুরু কৃপাদগী মন্ত্র সিদ্ধি ওইগনি গুরু হায়বা অদো দেহ ওইবদনি অশেংবদি ব্রহ্মগী মশক্নি ॥২০

ন মন্ত্রো গুরুনাদত্তোন সপর্য্যা ন জাপনং।
গুরু পুজাং বিনা দেব নিষফলং সকলং স্মৃতম ॥২১

হে দেব! অতুগুম্বা মন্ত্র গুরুনা পিবদি নত্রবা মন্ত্র অদো মন্ত্র নত্তে গুরু পূজা তৌদবা মী অদুনা দেব পূজা তৌরবা অমনা গুরুনা পিবা মন্ত্র থিবা নত্তনা অতোপ্পা মন্ত্র থিরবদি তৌরিবা থবক পুম্নমক মহৈ ফংগোই ॥২১

নৈর্বসিদ্ধির্বিনা জাতু শতলক্ষ জপেনতু।
অপ্রসন্নোগুরুর্যস্য দেবর্ষি পিতৃ ভূসুরাঃ।
ন দৃহ্নীয়াং জলং পুষ্পং নৈবেদ্যাদি কদাচন ॥২২

গুরু কৃপাদগী ফঙবা মন্ত্র নত্তনা অতোপ্পা মন্ত্র লখা চাম জপ তৌদুনসু অফবা ওইরোই মী অদুগী মফমদা গুরুনা পিবা মন্ত্র নত্তনদি দেবগণ, ঋষিগণ, পিতৃগণ মতৌ অসুম্না ব্রাহ্মণশিংনা পিবা ঈশিং লৈ নৈবেদ্যাদিকদাচ, করিগুম্বদা কংপা লোঞ্জে ॥২২

পিতৃ দেবর্ষি বিপ্রাগ্নি যক্ষগন্ধর্ব্ব রাক্ষসাঃ।
গুরৌ প্রসন্নে কর্ত্তুং তে হ্যহিতং জাতু ন ক্ষমাঃ ॥২৩

মহাক্কী মফমদা গুরুনা পেনবিক্রবদি পিতৃদেব, ঋষি অমসুং ব্রাহ্মণগণ মতৌ অসুম্না অগ্নি অমসুং যক্ষ, রাক্ষস, গন্ধর্ব্বগণ, মখোয় অদো অফবা ওইরোট নিংহনসু ভাকপা ভস্মোই ॥২৩

জপ হোমার্চ্চনং সর্ব্বং সকলং গুরু তোষতঃ।
অনবাপ্য গুরো মন্ত্রং যো মূঢ়ো দেবতাং যজেৎ।
সযাতি নিরয়ং ঘোরং দিব্যবর্ষা যুতাযুতম ॥২৪

গুরুনা পেন্সবদি জপ হোম পূজানচিংবা পুম্নমক মহৈ লৈতে গুরুদগী মন্ত্র ফংবা নত্রবা নিপা অদুনা দেবতা পূজা তৌববা মহাক অদো অপংবনি চহি মশিং খণ্ডনা অকিবা নরক ভাগনি ॥২৪

মনসাপি ন কর্ত্তব্যা গুরুনিন্দাং সুরারিহন।
গুরো রাজ্ঞাং প্রতীক্ষন্তে ব্রহ্ম বিষ্ণু মহেশ্বরাঃ ॥২৫

হে সুর শত্রুহাবিন! পুক্নিংদা গুরু নিন্দা তৌরুদে মরম অতুদগী ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর অসিনচিংবা মতম পুম্নঃ ক্তা গুরু আজ্ঞা ভাইয়র অর্থাৎ গুরু বাক্যে বশবর্ত্তী হন। ২৫

গুরুণা দর্শিতে মার্গে মন্ত্রে দেবার্চ্চনে দ্বিজাঃ।
ক্ষান্তি মনঃ শুদ্ধিঃ সন্তো নিয়মী ভবেৎ ॥২৬

সেই মহাপ্রকৃতি রাধা ইবেম্মনা নারায়ণদা হায়খি হে শ্রীপতে! গুরুনা আক্‌পিবা প্রভি চংকনি অমুম্না দেবপূজা তৌগনি মন্ত্র জপ তৌগনি অমু নত্তবা মালা মত্রা নিংবা তৌরবদি পুক্নিং শেংঙোই অদু অদুগুম্বা মীওইশিং অদো নোরক ভাগনি ॥২৬

গুরুদেব গুরু র্ধর্ম্মো গুরুনিষ্ঠা পর তপঃ।
গুরুরের পরং ব্রহ্ম পূজ্যো ধ্যেয় স্ততোগুরু ॥২৭

গুরুনা লাইনি গুরুনা পরাৎপর ধর্মনি গুরুবু চেৎনা নিংগদবা ওই মতৌ অমুম্না গুরু হায়বা অসে অথোইবা ব্রহ্মনি মদুমে অদুগুম্বা গুরুবু পুম্নমক্তা অহানবদা পূজা তৌই মতৌ অমুম্না নিংগদবা ওই ॥২৭

গুরোঃ পরতরং নাস্তি পরাৎ পর পরাবপি।
সর্ব্বং গুরু ময়ং ধ্যেয়ং মন্ত্র মন্ত্রাদিকঞ্চযৎ ॥২৮

গুরু কৃপানা অথোইবনি অমু নত্তবা পোৎ অমা লৈতে মন্ত্র যন্ত্রনা কংবদি খক্নিজা কংভি অদুগুম্বা মপৈ অদুদি গুরুগী মশক্তি অমুম্না নিংগদবা ওই। ২৮

মনসা কর্ম্মনা বাচা গুরু তোষং সদাচরেৎ।
জ্যোতি রূপং পরব্রহ্ম সচ্চিদানন্দ বিগ্রহম ॥২৯

মনদ্বারা, কর্মদ্বারা, মতৌ অমুম্না ভাংগদবা থোং মতম পুম্নমক্তা গুরুবু পেম্নবগীদমক পূজা তৌগদবা ওই রূপেংবা মঙালগী অশকি ( সচ্চিদানন্দবিগ্রহ ) অথোইবা ব্রহ্ম গুরুনি ॥২৯

নির্গুনং নিষ্কলং শান্তনং পরমানন্দদং সদা।
তোষয়েৎ সর্ব্বকার্য্যেষু প্রণতো নতু রোষয়েৎ ॥৩০

গুরু হায়বা অসে নির্গুন শান্ত, নিষ্কল অর্থাৎ মায়া পক্তবনি কংভাইবা পিনবনি মরম অসিনা মতক পুম্নমক্তা অহানবদা গুরুবু পেনহনগনি পূজা তৌগনি করিগুম্বদা শাওহনক দ ॥৩০

রোষয়েৎ যো গুরুমূঢ়ো নিন্দাংব কুরুতে চযঃ।
সযাস্তি নরকং ঘোরং যাবদিন্দ্রাশ্চতুর্দ্দশ ॥৩১

অদুগুম্বা অপংবশিংনা গুরুবু শাওহল্লি অমু নত্রগা শংনহনা গুরুবু নিন্দা তৌই অদুগুম্বা অপংবশিং অদো চহি মদু তরামরি অকিবা নরক ভাহনা লৈগনি ।৩১

সমাবাপ্য গুরোর্মন্ত্রং বাগ্যতঃ সুসমাহিতঃ।
জপিত্বাতো গুরুং পূজ্য ততো দেবং যজেৎ সুধীঃ ॥৩২

গুরু কৃপাদগী মংবা মন্ত্রবু পুক্নিং চংনা না ভাংদনা জপ তৌরুনা শাওহনশিংনা অহানবদা গুরু পূজা তৌরগা মতুংদা ইষ্টদেবতা পূজা তৌগনি ॥৩২

সিদ্ধিকামো ভবেৎ কিঞ্চিৎ গুরু যদধিকং যজন।
তস্মাৎ সর্ব্ব প্রযত্নেন গুরোরারাধনং কুরু ॥৩৩

মতম অহুম্না গুরুগী মূর্তিবু পুক্কিং অনি খন্দনা গুরুবু পূজা তৌগনি অহু ওইরবদি অপান্বা মীশিং অহুনা অথোইবা সিদ্ধি ফংগনি মরম অসিনা যতোন্ তৌনা গুরুবু নিংগদবা ওই ।।৩৩

সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ অর্থাৎ সৎ, অসে অরেপ্পবু খনবৈ। চিৎনা, অখণ্ডববু খণ্ডবৈ। আনন্দ লুংঙাইববু খণ্ডবৈ। অহুম্না তিনববু গুরুনি।

শ্রীবাসুদেব উবাচ।—কীদৃশশোহসৌ গুরুঃ পূজ্যঃ কথংব্যক্তিং স্বরূপকঃ।

কুত্রতিষ্ঠতি কেনাথতোয়মিতি বদ স্বমে ।।৩৪

শ্রীরাধিকাগী পাওতাক তারবদা নারায়ন্না অমুক হন্না হংজখি হে দেবি! গুরুবু করম তৌনা পূজা তৌগদগে মহাক্কী মশক অহুনা করিনো? মহাক অহুনা কদাইদা লৈবগে মতৌ করম তৌনা মহাক্কি অপেনবা পোকদগে মহুবু ঐঙোন্দা অমুক্তা তাকপিয়ু ।।৩৪

শ্রীদেব্যুবাচ।—শৃনু বিদ্বন যথাতত্ত্বং সাবধানো ময়াধুনা।

শ্রোতামানং গুরোস্তত্ত্বং সমস্তং স্বার্চ্চনং হরে ।।৩৫

দেবী কহিলেন—হে হরে! হে বিদ্বন! নহাক্না পুক্কিং চংনা তারো ঐনা মস্ত পূজা লোইনবা গুরু তত্ত্ব নংগোন্দা হায়রগে ৩৫

গুরুর্হিদেবো ভগবান পরমাত্মা সনাতনঃ।

তস্যধ্যানং প্রবক্ষ্যামি সমাহিত মনাঃ শৃনু ।।৩৬

হে বাসুদেব! অশেংবা অবেপ্পা পরমাত্মা ভগবান ব্রহ্মগী মশক ওইবা গুরুদেববু ঐনা মহাকপু নিংজৈ নহাক্না পুক্কিং চংনা তাবো ।।৩৬

তুষারকুন্দশশেন্দু বরস্ফটিক সন্নিভং।

প্রসন্নোম্ভোরুহ প্রখ্য বদনং চারুহাসিতম ।।৩৭

থাওয়া ভৌবা কুন্দগুম অমকপা লৈতবা মতৌ অসুম্না অশেংবা মণিগুম অমসুং মোত্রবুওগুম নিংথিবা অমদি মহাক্কি দেহগী মঙান মণিগুম অঙৌবা থম্বালগুম মমেন নোকপা ফুগাইনা খাংপা থম্বালগুম্বা ।।৩৭

সুবাহুবক্ষ কপোলভ্রু সদন্তোষ্ঠাধরং।

প্রস্ফুরন পাথোজ পাদদ্বন্দ্ব মিরাঞ্জিতম ।।৩৮

মনাইশিংদ কিদবা পিবা নিংথিজরবা পাম্বোম অনি নিংথিজবা মিংমে মাইথোং মকাকনবা লুংশিবা শাথেক নিংথিবা য়াগী পরেং অমসুং চিনবান থোইদোক্না ফজবা লুংশিবা য়াঙাং অঙাংবা থম্বালগুম ফজবা খোঙ অনিনা লৈতেংডি ।।৩৮

কুণ্ডলোষ্ণীষ বিভ্রাজদ্ধার কেয়ূর মণ্ডিতং।

শ্বেতস্রগ গন্ধবস্ত্রাদি ভূষিতং নির্গুনাত্মকম ।।৩৯

ব্রহ্মজ্যোতিঃ স্বরূপঞ্চ ভক্তানুগ্রহ বিগ্রহম।

দিশাবিদিশিঃ কুর্ব্বান তেজরাশি মিবোজ্জ্বলম ।।৪০

কুণ্ডল অমসুং মুকুট কোক্তা অমসুং গণ্ডযুগদা ভাল্লি মণিনা কন্থদা হকচাংদা ফিনা লৈতেংঙি। অঙৌবা চণ্ড অঙৌবা ফি অমসুং অঙৌবা মালা লৈতেংঙি মায়াগী গুণ য়াওদবা গুরুদেব অদো অশেংবা ব্রহ্মগী মঙানগী মশক্তি অশেংবদি মনাইশিংগীদমক থোজানবিগে হায়রক্লা মূর্ত্তি ওইনা লংঙবা মঙাল্লা মশক ওইবা মহাক্তি মঙাল্লা মাইকৈ তরাবু অমক্তা মাংহল্লি ॥৩৯-৪০

জবাকুসুম সঙ্কাশং পট্টাম্বর ভৃতাচ্যুত।
ভাস্বৎ ভাস্বং সহস্রাভ রক্তমাল্যা নুলেপয়া ॥৪১
হযদ্বাস্যারুণাস্যাট্যা চর্ব্বত্তাম্বুল রক্তয়া।
স্বশক্ত্যা লিঙ্গিতং বাম পার্শ্বাসন কৃতাগুরুম ॥৪১

হে অচ্যুত! গুরুদেবনা মহাক্কি আসন্দা ফম্বা অর্থাৎ কোক লিশিং ওইবা থম্বালগী আসন ময়াইদা জবাপুষ্পাগুম্না ঙাংবা, অঙাংবা শক্তি, অঙাংবা ফি শেংপা মঙাল্লা লুমিং কোটিগুম্না ঙানবা অঙাংবা লৈপবেং থোনবা অমসুং অঙাংবা চণ্ড তৈবা হকচাংদা মোমোন নোকপা থা চাবগী চিনবান ঙাংবদো লুমিংকি মঙানগুম্বা ওইথংবদা অতুগুম্বি মহাক্কি ওইবি অঙাংবা শক্তিনা মরম ওইদুনা থম্বাল অমসুং থম্ভৌনা তমজনিংঙাই ওইবা পাম্বোম আনন দেহদা কোল্লি ॥৪১-৪২

মন্ত্র ঐং গুরুবেতুভাং নমঃ ইত্যস্ত মন্ত্রতঃ।
পুজায়েস্তক্তি পুত্তেন স্বাস্তো নানন্য গামিনা ॥৪৩

হে দেব! মীশিংনা সাধক তৌগদবদি (ঐং গুরুবেভ্ভ্যাং নমঃ) অসিগুম্বা মন্ত্র অসিনা অতোপ্পা বাখন তৌদনা অমত্তা ওইবা ভক্তিনা গুরুদেববু পূজা তৌগনি ॥৪৩

ইমং মন্ত্রং জপেম্মন্ত্রা স্তোত্রমেত ভুদারয়েৎ।
কবচঞ্চ মহাবাহো সর্ব্বসিদ্ধিকরং জপেৎ ॥৪৪

হে মহাবাহো! হে অচ্যুত! মন্ত্র অসিনা অহানবদা থিগনি সাধক গুরুদেববু স্তোত্র পাঠ তৌগনি। সর্ব্বসিদ্ধি ওইননবগীদমক গুরু কবচ জপ তৌগদবা ওই ॥৪৪

পূজাক্রমং ততোবক্ষ্যে তবস্নেহ দুরুক্রম।
প্রাতরুত্থায় শিরসি ধ্যায়েচ্ছশী কলাধরম ॥৪৫

হে উরুক্রম নারায়ন! নহাক্কি নফমদা ঐনা হুংশিরুরে মরম অহুদগী পূজাগী মরম নংঙোন্দা হায়রিবা অসে তারো অয়ুক হৌগংলকপদা তৌগদবা ওই থাগুম্না ঙানবা লাইবক্তা 'শ্রীমং' গুরুবু কোক্তা থম্মগা নিংজগনি ॥৪৫

শুক্লাব্জে দ্বাদশার্ণেতু স শক্তি প্রচ্ছিতাননং।
পুর্ব্বোক্তা ধ্যানেন ধ্যাত্বা প্রাতঃ কৃত্যং চরেৎসুধীঃ ॥৪৬

কোকথক্তা থমগদবা ওই অঙৌ মূর্ত্তি মনা লিশিং পানবা থম্বালগী ময়াইদা মফম তরানিথোই শক্তিগা লোইনদুনা হুংশিবা মূর্ত্তি গুরুবু অহানবদা নিংগনি মাখন তৌরগা সাধক তৌদুনা অয়ুক হৌগংলকপদা অসিগুম্বা লমচৎ তৌগদবা ওই ॥৪৬

স্নাত্বাতু বিমলে তোয়েবিভ্রৎধৌতে চ বাসসী।
বুর্ব্যাদ্দাবুপ বিশ্যাদৌ গুরু পূজাং চবেৎ সুধীঃ ॥৪৭

অহুগী তুংদা অসেংবা ঈশিংদা স্নান তৌরগা অসেংবা ফি শেংতুনা ইন্দুনা হায়খি্রবা অসে আসন্দা ফম্মগা পুক্লিং তপ্পা অহানবদা গুরুবু পূজা তৌগনি ॥৪৭

পাঠিতা স্তোত্রকবচং ইষ্টদেবং যজেত্ততঃ ॥৪৮

বিধান কাইদনা গুরুবু পূজা লোইরগা স্তব কবচ পাঠ তৌরগা ইষ্টদেবতা পূজা তৌগনি অসুম্না হায়রিবা অসে নহাকপু নুংশিবদগী নংভোন্দা হায়রিবনি ॥৪৮

শ্রীভগবানুবাচ।— অম্বস্তেম্বুজসংকাশ পাদদ্বন্দ্বং নমাম্যহম্।
অনুগ্রহাত্তে প্রক্রূহি সর্ব্বসিদ্ধি যুভো ভবেৎ ॥৪৯

ভগবান্না হায়খি হে দেবি। হে মাতঃ! ফুগাইনা শাংপা থম্বালগুম্বা নহাক্কি চরণ অনিবু ঐনা খুরমজনা হায়জরি নহাক্কা নুংশিবিদ্রবদি পুম্নমক অসি কদাইদগী ভমগদগে কৃপা তৌবিহুনা য়াথং পিনবিয়ু ॥৪৯

শ্রীদেব্যুবাচ।—অতিগুহ্যং মহৎ পুন্যং ত্রিকালকল্মষা পহম।
সর্ব্বসিদ্ধিকরং স্তোত্রং নদেয়ং যস্য কস্যচিৎ ॥৫০
বিশেষতো দাম্ভিকায় পরহিংসা রতায়চ ॥৫১

দেবীনা হায়খি– হে দেব! থোইদোক্না অথুপ্পা ওইবা গুরু স্তোত্র পুন্যগী মশক অসিবু মতম অহুমদা শোল্লবদি পাপ কোকই অমসুং সর্ব্বসিদ্ধি পিনৈ অসিবু খুদিংমক্কা পিবা য়াদে অমদি নাপন তৌবা মী হিংশা তৌবা মী অসুম্না কনাদা পিবা য়াদে ঐনা নংভোন্দা অসিগুম্বা গুরু স্তোত্র হায়রিবা আসনি নহাক্না পুক্লিং তপ্পা তাবো ॥৫০-৫১

নমোঽস্তপাথোরুহ পাদযুগ্মে জ্ঞানান্ধকারানি সহস্রভানো।
তত্ত্বাববোধাজ্ঞ সহস্রভানবে নমোঽস্তুতে দাপমহৌজসে গুরো ॥৫২

হে গুরো! ইবুংঙো নহাকপু খভজদবদগী মিৎ তাংবগুম্মে ভাকপিয়ু খুৎ লিশিং ওইবা মূর্ত্তি নহাক্কি পাদপদ্ম অনিদা ঐনা খুরমজবি ইবুংঙো নংগী তত্ত্ব অপাবশিংনা ফত্তবনি হায়না কোংদোক্লি জুমিৎ লিশিংগী অজ্ঞানগুম্বা ইবুংঙো নহাক্ক হৌরকপা মৈগুম্না ফেংদোকপা মজান চাওবা হে গুরো নহাকপু হন্না হন্না খুরমজবি।৫২

ব্রহ্মপ্রদালাস মানসার্ণব প্রোৎযুল্ল পঙ্কেরুহ দন্ত পঙ্ক্তয়ে।
কিরাট হারাঙ্গদ কুন্দলোল্লসদ্বপুষ্মতে তে সুর পুজ্যপাদ ॥৫৩

হে ব্রহ্মপদ! থোঙাম্না সমুদ্রগুম্বা ফুগাইনা শাংপা থম্বালগী আসন্দা পুক্লিংতবা য়াগী পরেংনা ভাল্লিবা অমসুং কিরীট, হাব, হকচাংদা অমসুং কুণ্ডলনা লৈতেংলি ইবুংঙো নহাকী মভাললনা অচৌবা নসা ওইবা সাই ময়াম্ন মতম ওইদুনা পাদপদ্ম অনিদা পূজা তৌরি অভকপগী মশক ওইবা নহাক্কি মরম অহুদগী নহাকপু খুরমজার।৫৩

শঙ্খেন্দুভাস প্রাতমান ভাসয়া দিশোহন্ধকারং তিরস্কৃত্ত মোনুষে।
সহস্রভানু প্রতিভানুমানিত তৎপাদ পাথোজ বরায় নাথ।।৫৪

হে নাথ! মোইবুঙ, মতৌ অস্তুম্না থাগী মঙানগুম্না নহাক্কি অঙ্গকান্তিনা মায়কৈ পুম্নমক্কি অম্বাবু মাংহল্লি মরম অচৌদগী নহাক্না মতম অসিদা ইন্দ্রগী অম্বাবু ভালহনবিয়ু ইবুংঙো নহাক্কি মুমিং লিশিংগী মঙাল গুম্না ঙানবা পুম্নমক্কি তুঙনফম ওইবা নহাক্কি চরণ থম্বালদা ঐনা খুরুমজরি ।।৫৪

নমামিতুভ্যং নমনীয়পাদ। সর্বে'ক্রহদ্বন্দ্বগুরো প্রসীদ।
ভক্তেশ ভক্তেষ্ট বিতারলালস। ত্বাস্তু প্রভো দীনদয়া পরায়তে।।৫৫

হে গুরো! ইবুংঙো নহাক্কি পাদপদ্ম অনিদা চংজরি নহাকপু খুরমজরি নুংশিবিয়ু নহাক্কি ভক্তগী ঈশ্বরগী ভক্তগী পুক্নিংগী অপাম্বা পিনবা মপুনি নহাক্না অতোনবশিংদা থৌজান পিনবিয়ু হৃদিগী অমম্বা মাংহনবিয়ু হে প্রভো! ইবুংঙো নহাকপু খুরমজরি ।।৫৫

দেবর্ষি রাজর্ষি শ্রুতর্ষিসিদ্ধ মহর্ষি বিপ্রর্ষি গনৌথ পূজ্য।
সরোজসঙ্কাশ পদাম্বুজায়তে। নমোহস্তুতে গূহ্যগুনৌখযুক্তঃ ।।৫৬

হে দেবর্ষি, রাজর্ষি, শ্রুতর্ষি অমসুং ব্রহ্মর্ষি শিংনা পূজা তৌরি! হে অথুপ্পা ওইবা গুণগী মপৈনা তিনবা! ফুগাইনা শাংপা অঙাংবা থম্বালগুম্বা ইবুংঙো নহাক্কি চরণ থম্বালদা ঐনা খুরমজরি ।।৫৬

দেবাপ্সরো যক্ষপিশাচ নাগাঃ বিদ্যাধরাদিত্য মরুদগনৌঘৈঃ।
সমীড্যপদাব্জ বর প্রসাদতাং হৃদয়ান্ধকার প্রতিনাশনো ভবান্।।৫৭

দেবগণ, অপ্সর, যক্ষ, পিশাচ, নাগ, বিদ্যাধর, আদিত্য অমসুং মরুতগণ পুম্নমক্না নহাক্কি চরণ অনিদা চংজরি ইবুংঙো নহাক্না হৃদিগী অম্বাবু মাঙহনবিয়ু হে প্রভো! নহাক্না ঐনা ইফমদা চানবিয়ু ।।৫৭

স্ফুটজ্জবারক্ত তয়া দিগন্তরং প্রকাশয়ন্ত্যা তনুভান ভসয়া।
মথ স্বশক্ত্যা পরিলিঙ্গ্যমান শরীরতে পাদযুগং নমামি ।।৫৮

হে প্রভো! ফুগাইনা শাংপা জবাপুষ্পগী মতোগুম্বা নহাক্কি শক্তি অঙাংবা মচু অহুদা নহাক্না অহুগুম্বা অঙ্গকান্তি অহুনা মরম ওইদুনা মাইকৈ অপুম্বা ফোংদোকই হে নাথ! অহুগুম্বা শক্তি অহুনা মরম ওইরগা ইবুংঙো নহাক্কি অচৌবা দেহদা কোল্লি মরম অসিনা নহাক্কি পাদপদ্মা অনিদা ঐনা খুরমজরি ।।৫৮

ব্রহ্মপ্রদাম্নম পবর্গবর্য্য ব্রহ্মেশ বিষ্ণীন্দ্র কুবের মুখৈঃ।
নতাঙ্ঘ্রি যুগ্মায় প্রসন্নপাথো জনাঙ্ঘ্রি যুগ্মায় নমামিতুভ্যম ।।৫৯

হে বর্য্য! পুম্নমক্না পূজা তৌরি ইবুংঙো নহাক্কি অবেপ্পা মূর্ত্তিবু ব্রহ্মা, শিব, বিষ্ণু, কুবেরনা লুচিংবা লাই মম্বাম্না নহাক্কি চরণ থম্বাল অনিদা খুং লোম্নরি ফুগাইনা শাংপা থম্বাল মানবা নহাক্কি চরণ অনিদা হে নাথ! ঐনা ইবুংঙো নহাকপু খুরমজরি ।।৫৯

গুনাতীতায় গুণিনে গুণগ্রাম প্রদায়চ।
সচ্চিদ্রূপায় শান্তায় পরমানন্দ দায়িনে ।।৬০

গুণগী য়াংমদা লৈবা অমদি গুণগী মশক ওইবা মতৌ অসুম্না মন্নাইদা ভক্তিগী গুণ পিবা চিৎস্বরূপ শান্তস্বরূপ থোইদোকপা, লুংঙাইবা পিবা গুরু, ইবুংঙো নহাকপু খুরমজরি ।।৬০

যোগেশ যোগগম্যায় নিষ্কলাত্মক্রিয়ায়তে।
নমঃ পঙ্কজনেত্রায় বেদান্তোরুহ ভানবে ।।৬১

হে যোগেশ! ইবুংঙো নহাকপু থবা গুমদে নম্বত্না শান্নজবনি আত্মারাম ফুগাইনা শাৎপা থম্বালগুম্বা মিংনা নহাক্কি ওইবা দেবস্বরূপ মুমিৎ থোক্লগা থম্বাল শাৎপগুম ইবুংঙো নহাকপু খুরমজরি ।।৬১

নমোজ্ঞানান্ধকারায় জ্ঞানপাথোজ ভানবে।
শ্রুতি স্মৃতি পুরানেতিহাস বেদান্ত বেদকৈঃ।
মীমাংস সমনুথৈশ্চ কথিতা স্বগুণায়তে ।।৬২

খঙদবগী মশক ওইবা অমমবু মাংহনবিবা জ্ঞানদি থম্বাল ওইরে মুমিংকি মশক ওইহনা শাৎহনবিয়ু শ্রুতি, স্মৃতি, বেদ, বেদান্ত, আগম, পুরাণ ইতিহাস অমসুং মীমাস, অসিনচিংবদা নহাক্কি আত্মাগুণ ফোংদোকচগে হে গুরো! নহাকপু খুরমজরি ।।৬২

যৎপ্রসাদস্ত্রিভুবন ব্রহ্ম সদগ্রতিং সম্মতিং রতিম।
বিকসৎ পদ্মবক্ত্রায় তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ ।।৬৩

অদুগুম্বা গুরুনা থৌজানবিরবদা দেবজ্ঞান সদগতি অমসুং পুকচেন অকবা মতৌ অসুম্না ভগবান্দা অসেংবা অপাম্বা কংননবগীদমক জীবনা তৌগদবা ওই অদুম ওইবা ফুগাইনা শাৎপা থম্বালগুম্বা শ্রীগুরুদেববু খুরমজরি।।৬৩

অজ্ঞানতিমিরধ্বংস ভানবে মচ্চিদাত্মনে।
জ্ঞানপাথোজ হংসায় জ্ঞানদায় পরাত্মনে।।৬৪

হে গুরো! ইবুংঙো নহাক্না মুমিৎকি মশক ওইহনা খঙদবদগী অমম্বু মাংহনবিনবগী মশক ওইবা সচ্চিদাত্মা, জ্ঞানরূপ পবমহংস, পরমাত্মা, ওইবা জ্ঞানবু পিনবা নহাকপু খুরমজরি ।।৬৪

জ্ঞানবীজায় শুদ্ধায় সূক্ষ্মরূপায় তেনমঃ।
হিমকুন্দেন্দু শঙ্খাভ নমস্তে হনন্ত শক্তয়ে।৬৫

জ্ঞানগী মরু ওইবা থোক্টদোক্না অশেংবা ওইবা উনগুম্না অমসুং মোইবুংগুম্না ভৌবা অনন্তশক্তি ওইবা শ্রীগুরুবু খুরমজরি ।।৬৫

নিত্যায় নিত্যবোধায় নিত্যজ্ঞান প্রদায়িনে।
নিত্যা নিত্য প্রবোধায় নিত্যা নিত্যগুণায়তে ।।৬৬

নিত্য অর্থাৎ, সদুদ্রদা লৈতবা অরেপ্পা জ্ঞান পিনবা অওকপা লৈতবা মতৌ অসুম্না অযেপ্পা অমসুং লেপ্তবা অনিমকী মশক ওইবা অথোইবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা গুরুবু খুরমজরি ।।৬৬

সর্ব্বায় সর্ব্বরূপায় সর্ব্বেশ্বর নমোঽস্তুতে ।।৬৭

শ্রীগুরুদেবনা পয়মকি মশক্তি সর্ব্ব আত্মা, সর্ব্বরূপ, পুম্নমকি ঈশ্বর ওইবা ইবুংঙো মহাকপু খুম্নমজরি । ৬৭

ইদংস্তোত্রং মহাপুণ্যং পঠেদ্ধ পাঠয়েদ্দযদি ।
অপরা ভবানীরাদ্ধৌ তরনং সুলভং ভবেৎ ।।৬৮

মহাপুন্য পিনরবা অসিগুম্বা গুরু স্তোত্র অসিবু পাঠ তৌজরবা অত্ত নত্রগা অতোপ্পনা থিরগা তাজরবা অকিবগী মথক ওইবা সংসার সমুদ্র লাইনা লালবা ওয়য়ে থোইদোক্না ফংঙমদবনি ।।৬৮

বিত্ত ধন বিমোক্ষার্থী পুত্রার্থী সর্ব্বমালভেৎ ।।৬৯

বিত্তধন, পুত্র, মোক্ষ, অদুক্তি মথৈ ওইবা অপাম্বা মীনা অসিগুম্বা স্তব থিজবা মহৈনা অদুম অদুম্না নিংবা বিষয় পুম্নমক ফংগনি অর্থাৎ গুরু স্তোত্র থিজবা মহৈ পাম্বনা মহৈ, মরন পাম্বনা মরন, মচা পাম্বনা মচা, মোক্ষ পাম্বনা মোক্ষ ফঙগদবা ওই । ৬৯

শ্রুতি সস্মৃতি পুরানেতিহাসা গম শতানিচ ।
মীমাংসা বেদ বেদান্ত শাস্ত্রান্য পঠীতান্যপি ।।
কণ্ঠস্থানি ক্ষনাদেন পাঠাদস্য ন সংশয়ঃ ।।৭০

শ্রুতি, স্মৃতি, পুরাণ, ইতিহাস, মীমাংসা, বেদ, বেদান্ত, আগমচিংবা লাইরিক ময়াম পাঠ ভমদবা ওইদুনসু অসিগুম্বা গুরু স্তোত্র পাঠগী কৃপানা খুদক অদুদা চংখোম্না পাঠ ভমগনি অসিদা চিংনিনিংঙাই লৈতে ।।৭০

করস্থাসিদ্ধয় স্তস্যহ্যনিমাদ্যষ্ট শক্তয়ঃ ।
পঠনাৎ পাঠনাদ্দপি শ্রবনাৎ শ্রবনাদপি ।।৭১

অসিগুম্বা গুরু স্তোত্র পাজবা অমদি থিজবা তাজবা অমনা অপাম্বা তাজনিংবা পুম্নমক সিদ্ধি ওই অনিমা, নচিংবা শক্তি নিপাল থুংনা ফংবগুম্ব ।।৭১

প্রসাদাৎ সদ্গুরোর্ণাত্র সংশয় কথিতং মায়া ।
পুরাকল্পে কৃতমিদং ব্রহ্মনা মুদিতাত্মনা ।।৭২

গুরুদেবনা পেনবিরবদা নিংবা পুম্নমক থুখি ঐনা নংগী দমক অবেপ্পা ওইনা হায়রিবা অসিনি চিংনগল্প হৌখিবা কল্পদা বিষ্ণুগী খোইদৌদগী থম্বাল পুথোকই থম্বালগী মথাইদা ফম্নগা মিং উইশন্দুনা ব্রহ্মানা গুরুবু স্তব তৌদুনা লৈখি ।।৭২

সৃষ্টেঃ প্রাক্চ্যুত শ্রোত্র মলাজ্জতৌ মহাসুরৌ ।
দুরাসদৌ মহাঘোরৌ মহাবল পরাক্রমৌ ।।৭৩

সৃষ্টি পুথোক্লগে হায়বগীদমক মমাংদৌদা সমুদ্রগী ময়াইদা অনন্তগী শৈয্যাদা পেপ্পগা মতিকচাওবা বিষ্ণুনা নাকোঙ অনিদগী ফত্তবা লংথোকখি অদুদগী মপাঙ্গল কল্লব অকিবা ফংবা লাক্লবা ভমদবা অসুর অনি পোকখি ।।৭৩

মধুকৈটভনামানৌ স্থিতাবেকার্ণবাম্ভসি।
ব্রহ্মাণং মোহয়িত্বাতৌ হৃতবন্তৌ তরস্বিনৌ।
বেদশাস্ত্রমি 'সর্ব্বানি মুষিত্বাতৌ রসাতলম ॥৭৪

মধু অমসুং কৈটভ কৌবা অসুর অনিনা ঈশিং ভাক্ত লৈবা অতুদা ব্রহ্মাবু অপনবা পিথি চেনশিল্লকুনা বেদ শাস্ত্র পুম্নক মুন্দুনা রসাতলদা লৈখে ॥৭৪

গতবন্তৌ হৃতজ্ঞানৌহৃত শাস্ত্রাজভূরভুৎ।
সনসা চিন্তয়ামাস কিমেতদিতি বিহ্বলঃ ॥৭৫

বেদনচিংবা জ্ঞানশাস্ত্র লোখ্‌বগী তুণ্ডদা অনি অদো লাক্লে মতুং অতুদা খণ্ডননবা লাইরিক মাংখ্‌বদা ব্রহ্মান থোইদোক্লা অরাবা ওইদুনা চিন্তা তৌখি. *হা! তৌরিবা অসে করিনো? ॥৭৫

স্তোত্রেনানেন তুষ্টাব গুরুং দেবর্ষি পুজিতং।
সন্তুষ্টোঽদজভুবে জ্ঞানং বেদসমুদ্ভবম ॥৭৬

মতম অতুদা ব্রহ্মানা দেবর্ষি পুম্নমক্লা পুজা তৌখ্‌বা গুরুদেববু অসিগুম্বা স্তোত্র অসিনা মরম ওইদুনা পেলহলখি মানা তৌখিবা স্তোত্র অতুনা পেল্লদুনা মহাক্লা বেদদগী ওইবা তত্বজ্ঞান ব্রহ্মাদা পিখে ॥৭৬

লব্ধজ্ঞানো জগৎ সর্ব্বং সসৃজেবিশ্বসৃকবিভুঃ ॥৭৭

ব্রহ্মানা জগৎ শেম্বা গুরু কৃপাদগী তত্বজ্ঞান ফংভবদা অসিগুম্বা অচৎ চৎতা সংসার শেমখে। অর্থাৎ গুরুনা পেনবিব্রবদি করিগুম্বদা মহৈ ময়াল্লোই ॥৭৭

মতাং অসিদা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণগী উত্তরখণ্ডগী ওইবা রাধা হৃদয় কৌবা ব্রহ্মাগা ঋষি তরেৎকা ভাংনবা শ্রীগুরু স্তব কৌবা অহুমসুবা অধ্যায় লোইরে ॥

---

* হা! অর্থাৎ মধুকৈটভ অনিনা য়েংবদা ব্রহ্মা চৎশল্লকপা উবদা ব্রহ্মানা কিদুনা মমিৎ উইশিনখি যোগ মায়ানা আকাসবানি লাওখি কিন্তু ঐ লৈ গুরু স্তোত্রা কাওগনু যোগ মায়ানা ভগবান্দা ভক্তি তৌখি ব্রহ্মাগী অরাবা হৃদংখি ভগবান্না মধুকৈটভ অনিগী মা'দা অনিগা অকনবা লাল চহি লীশিং তরা শোক্লে রারদুনা অহম্মক পোখানৈ ভগবান্দা মধুকৈটভনা হায়খি লাল শোক্লবগী মহুৎতা বোর নিনশি ভাবদা ভগবান্না ঐ হান্না নিরগে অনিনা পিগনি নিরো নখোই অনি শিবরো অনিনা ঈশিং লৈতবা কংফান্দা শিগে ভগবান্না যোগ আশঙ্কা ফমখি সমুদ্র থনখি চীংথৎতুনা অনি হাংখি সমুদ্রদা লংথখি অনি অতুগী মহাও অতুন পৃথি শেমখি মরম অতুনা মেদিনী কৌখি মেদ হায়বদি মহাও হায়বনি ॥

## চতুর্থ অধ্যায়ঃ

# অথগুরু কবচ

শ্রীদেব্যুবাচ।—শ্রীগুরোঃ কবচং বিদ্ধি নৈশ্রয্যসকরং পরম।
তচ্ছ্রুত্বা পরমানন্দ নির্বৃত্ত স্বান্তভাগ্যভবেৎ ॥১

দেবী রাধানা হায়খি হে নারায়ন ঐনা নহাক্কিদমক গুরু কবচ হায়রগে নহাক্কা অরেপ্পা ওইনা থংঙবা অদু ওইরবদি অদুগুম্বা শ্রীগুরু কবচ অসিদি মঙ্গল পিনবনী অসিবু তাজবদা পুক্নিংগী ঙুংঙাই ( মন পরমানন্দ যুক্ত হয় ) মতৌ অম্মুম্না ( সাধক ) তৌজবদা মোক্ষ ফংঙি ॥১

শ্রীগুরোঃ কবচং পুন্যং সিদ্ধি কামস্য সিদ্ধিদম ॥২

অসিগুম্বা শ্রীগুরু কবচ থোইদোক্না অশেংবনি সিদ্ধি পাম্বা মীশিংনা সিদ্ধি ফংঙি মরম অদুদগী অসিগুম্বা পুন্যগী মশক ওইবা কবচ। অসি নংঙোন্দা হায়রিবা অসিনি ॥২

শ্রীগুরোঃ কবচস্য ছন্দোঽনুষ্টুবদাহৃতঃ।
ঋষির্ব্যাসো মহাতেজা দেবতা শ্রীগুরুর্মতা।
সর্ব্বাভীষ্টস্য সিদ্ধ্যর্থঃ বিনিয়োগঃ প্রকীর্ত্তিতঃ ॥৩

শ্রীগুরু কবচ অসিবু অনুষ্টুপছন্দ ওইনা মঙান চাওবা বেদব্যাস ঋষিনা দেবতা ওইবা শ্রীগুরুবু অয়াম্বা সিদ্ধি পাম্বদগী পাঠ তৌখি ।৩

মস্তকং শ্রীগুরু পায়াদ্বদ্ধঃ পাতুলোচনে।
বক্তং জ্ঞান তিমিরধ্বংসী পাতু সদস্তু কম ॥৪

শ্রীগুরুনা কোক্না ঙাকপিসনু মিং অনিদা ব্রহ্মাগী মূর্ত্তি পিনশনু অমনা থঙদবদগী অমম্বা রাখম মাংথসনু য়াগা লোইনবা মাইস্য ঙাকপিরসনু ॥৪

কেশানপাতু সুরেশান পূজ্যো বক্ষোবতুস্বরম।
ভুজাববাচ্ছ কারাস্তু রেফঃ পৃষ্ঠং সদা বতুঃ ॥৫

লাইগী মপু ওইবা পূজা তৌরিবা শমদা মতৌ অস্মুম্না থবাক্তা ঙাকপিয়ু পাম্বো অনিদা ( সকার ) লাজন্দা ( রকার ) মতম পুম্নমক্তা ঙাকপিসনু ॥৫

ঈকারঃ পাতু রোমানি গকারো নাভি মণ্ডলম।
উকারং কটিদেশঞ্চ পাতুনিত্য-মতন্দ্রিতঃ ॥৬

ঈকারনা তুখোং থুদিংদা ( গ-কার ) খোইদৌদা ( উকার ) খাংদা ( অতন্দ্রিত নিত্য ) পুম্নমক অতংপা লৈতনা ঙাকপিরসনু ।৬

উরুপাতু রকারাস্তু বেকারঃ পাতুজঙ্ঘয়োঃ।
নকারো হব্যাদ্গুলফযোস্তু মকারো হব্যাদ্গুদ মম ॥৭

য়কার উরুদ্বয়, ব-কার; জঙ্ঘাদ্বয়, ন·কার, গুল্‌ফদ্বয়, মতৌ অমুম্মা ম-কার, গুহ্যদেশকে; ঙাকপিরসনু ॥৭

অঙ্গুলীষু দ্বিবিন্দু মে´ নখপংক্ত্যান্বিতাসুচ।
নমো গংগুররে পাতু সর্ব্বান্যাঙ্গানি চৈবহি ॥৮

ঐগী খুজিন লোইনবা খুৎশা খুদিং বিসর্গনা ঙাকপিসনু মতৌ অমুম্মা ( গংগুররে নমঃ ) মন্ত্র অসিনা হকচাং পুম্নমক ঙাকপিসনু ॥৮

পূর্ব্বাস্যাং ব্রহ্মদঃ পায়াদা গ্নেয়্যাং বিভু।
যাম্যা মজ্ঞান বিধবংসা নৈর্ধাত্যাং মেত্রাদোবতু ॥৯

মমাংদা ( ব্রহ্মদ ) মৈরমদা ( জ্ঞানদবিভু ) মখাদা ( অজ্ঞানধ্বংসী ) মোইরাংলাইজিদা ( জ্ঞান চক্ষুপ্রদ ) গুরুনা ঙাকপিসনু ॥৯

বারুন্যাং পাতুব্রহ্মাদি পূজ্য। পুজ্যাঙ্ঘ্রি কঃ সদা।
বায়ব্যাং সর্ব্বশাস্ত্রেশঃ কোবের্য্যাঞ্চ দ্বিলোচনঃ ॥১০

মনিংদা ( ব্রহ্মাদিব পূজ্যপাদ ) কোঞ্জদা ( সর্ব্বশাস্ত্রেশ্বর ) অরাংদা ( দ্বিলোচন প্রভু ) ঙাকপিরসনু ॥১০

ঐশান্যাং পাতু কুন্দাভ উর্দ্ধং পাতু স্বশক্তিগ্নক।
অধপদ্মপলাশাক্ষঃ সর্ব্বতঃ সর্ব্বগঃ বিভুঃ ॥১১

চিংথৈদা কুন্দগা মাম্ননা ঙৌবা গুরুনা মথক্তা ( স্বশক্তিশ্বর ) মখাদা ( পদ্মপলাশলোচন ) অমনা ( সর্ব্বগতাবিভু ) মফম পুম্নমক্তা ঙাকপিরসনু ॥১১

সর্ব্বপঃ পাতুস্তিষ্ঠন্তং শয়ানং সর্ব্বদস্তথা।
করুন বিষ্ট হৃদয়ো ভূঞ্জানং পাতু মাংসদা ॥১২

পুম্নমক য়োকপিবা গুরু খুরমবদা পুম্নমক পিনৈ তুম্বকান্দা থোজানবিয়ু হৃদয়দা চাবকান্দা ঐহাকপু ঙাকপিসনু ॥১২

সর্ব্বত্রং পাতু সর্ব্বেশো গচ্ছন্তং সুরপুজিতঃ।
ইত্যেবং সর্ব্বতোরক্ষাং বিধায় সিদ্ধিকামুকঃ ॥১৩

সর্ব্বেশ্বর থাখনপুন্না খংবা মতম পুম্নমক্তা অস্নুম তৌনা চৎপদা লাইনা পুজা তৌরিবা শ্রীগুরুদেবনা ঐবু ঙাকপিসনু অসিগুম্ব কবচা অসি অহানবদা পাঠ তৌজবদা সিদ্ধি পাম্বা মীনা সাধক মতম পুম্নমক্তা মথন থুদিংদা মাগী মশাদা গুরুগী নামনা মশা পুম্নমক ঙাকথোক্কদবা ওই ॥১৩

জপেন্মন্ত্রং ততো মন্ত্রি ব্রহ্মাক্ষর সমুদ্ভবম।
ক্ষিপ্রমেধি ধ্রুবং সিদ্ধিং বিদ্বন্নাস্তত্র্য সংশয়ঃ ॥১৪

হে বিদ্বন। অতুগী তুংদ সাধক তৌগদবা অমাং অতা লৈত্রবা মহামন্ত্র জপ তৌরবদা থোইদোক্লা থুন লোংত্রবা সিদ্ধি ফংগদবা ওই চিংনগদবা ওক্তদে ॥১৪

ইতি গুরু কবচ সমাপ্তঃ ॥

শ্রীদেব্যুবাচ।—বৎসবৎস নিবোধেদং সাধনান্তরমুত্তমম।
যদ্বিনাসিদ্ধিকামস্তনৈব সিদ্ধিঃ প্রজায়তে।।১৫

দেবীনা হায়খি অদুগী তুঙদা অতোপ্পা অথোইবা সাধন হায়রগে তারো সিদ্ধি পাম্বা মীশিংনা অসিবু তৌত্রবদি করিগুম্বদ' সিদ্ধি ওইরোই ।।১৫

কুলাচারং বিনাদেবো কল্পকোটি শতৈরপি।
সিদ্ধিংন লভতে মন্ত্রী স শক্তিদেবার্চ্চনম্।।১৬

হে দেব! শাগৈগী পুরিং নত্তনা অথাং শক্তিগা লোইননা দেব পূজা তৌবা নত্রবদি মন্ত্রতনা মন্ত্র কোটি চামরক তৌরনসু মন্ত্র অদু সিদ্ধি ফংবা ওইরোই ।।১৬

শ্রীবাসুদেব উবাচ।—অশক্তিরূপাসি সর্ব্বশক্ত সমন্বিতে।
ত্বাং বিণা শক্তয়ঃ কাশ্চিন্ন সন্তি শক্তি বৰ্দ্ধিনি।।১৭

বাসুদেবনা হায়জখি -হে শক্ত বৰ্দ্ধিনেদেবি! নহাক অসে শক্তি পুম্নমক্না তিলবিনি শক্তি লৈত্রবা ত্রিবদা শক্তি পি নহাক্না নহাক নত্তনা অতোপ্পা শক্তি পুম্নমক্কগী শক্তি হায়বা কনানা থওই-খিদবগে পুম্নমকি শক্তি ওংবি নহাকপু খুরমজরি ।।১৫

প্রানিনাং শক্তিভুতাসি সৰ্ব্বেষাং মমচেশ্বরি।
কুলাচারং ময়াসাৰ্দ্ধং কুরু ত্বং বরবৰ্নিনি।।১৮

হে ঈশ্বরি! নহাক্না অয়াম্বা থোৱাই পানবা পুম্নমক্কা শক্তিগী মশক্তি মতৌ অসুম্না ঐভোন্দসু শক্তি অদু হাপ্পিয়ু মরম অদুদগী হে বরবর্নিনি! ইবেম্মা নহাক্না ঐগী লোইনবা শাগৈগী পুরিং ওইবিয়ু।।১৮

শ্রীদেব্যুবাচ।—মদঙ্গজ দুরাচার পুংশ্চলী বদ্ষত্তো ২থমাং।
জাতুতে মানসং তুষ্টিং প্রজাস্যতি দুরাত্মবান।।১৯

দেবীনা হায়খি—রে পুকচেন চুমদবা! নহাক অসে ঐভোন্দগী পোকখিবনি ঐভোন্দসু হন্থবা বাহৈনা শাগৈগী মৌগুম্না হায়বা শারি মরম অসিনা নহাক ফত্তবনি নহাক্না মী ওইনা পোক্লগা পুক্লিংগী অপাম্বা অমসুং অপেনবা ( পুংশ্চলী ) ৱাখলদা ওইগদবা ওই ।।১৯

শ্রীবাসুদেব উবাচ।—পুংশ্চলীতি ন মিথ্যেদং বচনং ত্বয় সুন্দরি।
দ্বোত্রীন পঞ্চষট সপ্তদশবিংশতি মেববা।
পুংশ্চলী ভজতে পুংসত্বঞ্চ সৰ্ব্বং জগৎত্রয়ম।।২০

বাসুদেবনা হায়খি—হে দেবি! হে সুন্দরি। পুংশ্চলী শব্দ) নহাক্নীনক্মদা হায়খিবা রা অদু মীনম্বা নত্তে অদুগী মরমদি চহি অন, অহুম, মঙা, তরুক, তরেং মতৌ অসুম্না তরা অমসুং কুন সুত্রিভৈদা নিপাবু নিংঙবা যুবতীনা পুংশ্চলী হায়গে। তৌইগুম্বসুং নহাক্না মরোন অহুমদা লৈরিবা নিপা পুম্নমক্কা শক্তিগী মশক ওইনা নিংঙো ।।২০

তথ্য মৈত্রচামেত্বং শ্রুত্বা সপ্তবতীচমাং।
অধমেতে ময়ূরানাং যোনৌ জন্ম ভবিষ্যতি ।।২১

ঐনা অরেপ্পা ওইনা হায়রিবা অসি তারেদনা মক্তো অচঞ্জুম্না ঐঙোন্দা নহানসু হায়নিংবা হায়রে যতৌ অসিগুম্না নহাকসু হন্দবা রাহোংগী মপোক্কা পোকপা ওইরো ।।২১

দেব্যুবাচ।—শৃনুমদ্বচনং দেব ইথমেব ভবিষ্যতি।
মম্মার্গলোম্না তে সিদ্ধিঃ শিরঃ স্তেন সুদুর্মতে ।।২২

দেবী হায়রকই—হে সুদুর্মতে! মতুং অসিদা ঐ অমুক হায়গে তারো ঐবু রাহোংগী মপোক্কা পোকউ হায়রিবনিনা পোকপা তারে তৌইগুদুসুং ঐগী হায়পদোবা অমদি লৈ রাহোংগী মতুনা নহাক্কি নকোক্কা তত্তনা লৈবা ওইসনু অতুনা মরম ওইতুনা নহাক্কা পান্নিবা পুম্নমক ফংবা ওইগনি ।।২২

বাসুদেব উবাচ।—নাহ মজ্জভবো বিষ্ণুরীশানো বা সদাশিবঃ।
ভবিষ্যতেত্বা মধমে প্রাপস্যসে প্রাকৃতং নরম ।।২৩

বাসুদেবনা হায়রকই—হে অধমে! নহাক্কা ঐঙোন্দা হায়রিবা অদো করিনা ব্রহ্মানা অমদি কুবেরানা মহাদেবনা ঐবু নিংঙ্গরোই নংসু অচন্না মী ওইনা ফংগদোবা ওইরে অর্থাৎ পৃথীদা সুপি ওইনা পোক্লবদা ঐসু মী ওইনা পোক্লগা নহাকপু লুহোংলগা নপুরোইবা ওইয়ো ।।২৩

দেব্যুবাচ।—মদংশভূত যে বিষ্ণুঃ কুলাচারং করিষ্যতি।
ততঃ কতিপয়স্তস্তে কৃষ্ণমাং ত্বমু পৈস্যসি ।।২৪

দেবীনা হায়রকই—হে কৃষ্ণ! ঐঙোন্দগী ওইবা সুপি পুম্নমক নহাক্কা (কুলাচার করিবে)। সুমিং ফয়ানিমুক্তি মতুংদা নহাক্কা ঐবু কঙগনি ।।২৪

ব্রহ্মোবাচা।—ইত্যুক্ত্বা রোষতামাক্ষী কৃষ্ণায় সহসা ত্যজেৎ।
সত্তোময়ূরিনা ভুত্বা বর্ষমেকং সুরেশ্বরী।
বিহায়সো ডড্ডীয়মানা ক্ষনাদন্তরগাতদা। ২৫

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা হায়খি—হে ঋষিবর! ইবেম্মা অতুনা অসুম্না হায়রগা শাওবদগী মিং অনি শাংতুনা থোবাং তৌতুনা শ্রীকৃষ্ণবু থাদোকখে কুদক অহুদা মাংখ্গা রাহোংগী মশক ওইতুনা চহি অমা আকাসদা পাইতুনা লৈখ্ ।।২৫

অঙ্গিরা উবাচ।—অন্তর্হিতায়াং দেব্যাস্তু দেবো নারায়নস্তদা।
বসংস্তত্র কিমকরোত্তপসঃ তপতাং বরঃ ।।২৬

অঙ্গিরানা হংখি—হে ব্রাহ্মণ! মহাদেবী অতুনা মাংখ্রবা তুঙদা তপস্বি শ্রেষ্ঠ ওইবা দেব নারায়না মতম অদুদা কদাইদা লৈরগা মতৌ করম তৌনা তপ তৌখিবগে অহু তাকপিয়ু ।।২৬

ব্রহ্মোবাচ।—তদগাত্র পতিতাং মালাং পঙ্কজস্য বরাংতদা।
অম্লান কমলাং পশ্যান্মুমোদ মধুসুদনঃ ।।২৭

ব্রহ্মানা হায়রকই দেবীনা শাংবপা অভম অভ্রুদা মহাতেজি অরুণী অমসুং থম্বাল পরেং ভংতুনা তাথি অদু উংদা শ্রীকৃষ্ণনা অংগকপা ওইনা হরাওখি ॥২৭

স্রজং গৃহীত্বা তাং তেষ্পাণ্ডৰ শতসহস্রশঃ।
মৃগেন্দ্র ক্ষামমধ্যাশ্চ মৃগশাবক-লোচনাঃ। ২৮

হে মুনে! ভগবানা অদুগুম্বা থম্বাল পরেং অদু পাইদুনা য়েংশি অমুত্তম্বা প্ররেঙ অমুক্তি লিশিং চামা ওইবা মশক ফজবশি মখা চাওবি ফয়াম্বুক পোকখি পুম্নমক অদো নেঙথাগী থাংগুম্বি মিংয়েংনা মঙালগী মিংয়েংগুম্বি ওাক্সি ॥২৮

মৃজমণ্ডগত্তা স্রোচাং জিকসং পঙ্কজাননাঃ।
স্বর্ণস্রগ গন্ধবস্ত্রাদি হারকেয়ুর ভূষিতাঃ ॥২৯

পুম্নমক অদুনা মযোন লোক্তুনা চংপা ফুগাক্তনা শাংপা থম্বালনা তমজনিংঙাই ওইবা মাইথোং অদুদা মনম মুংশিবা অঙাংবা চন্দ তৈবা অঙাংবা লৈ পরেং অমসুং অঙাংবা কি লেংপা ( অমসুং হারকেয়ুরাদি ) অসিনচিংবা লৈতেংগি। ২৯

তরুণাদিত্য সঙ্কাশাঃ মকরকান্মথ মন্মথাঃ।
হাস্যলাস্য সুসৌন্দর্যা লাবণ্যগতি বাক্যতঃ।
হরন্ত্যাস্তা মনোক্ষুণাং বিস্ফুরন্ত্যো যথেচ্ছয়া ॥৩০

অদুগুম্বি পুম্নমক অদো অমুক থোকপা নুমিৎকি মতৌগুম্বা ওাক্সি অশেংবদি পুক্নিং থোগংনবগী মমক্তি লোকপা অমসুং অগোই শাবা কুজরবি টবেন্দ্রানা মতৌ অসুম্বা মথোং কারকপগী অসুম্বা পাঙ্গলনা শাম্নবা বা ডাংথোক্লকপদা মথোং কারকপা নীপাম্বিংগী পুক্নিং বাথন য়াংগি মনিংতম্বা মকম পুম্নমক্তা চংলি ॥৩০

তাশ্চসর্ব্বান বস্ত্রাক্ষাখিক্ষ্যায়ত্ত সুলোচনাঃ।
প'থোজনয়নো বাচমা বন্ধামে সুরাস্তহা ॥৩১

পুম্নমক অদু য়েংবদা মুংঙাইবগী মশক্তি য়েংথোক্লকপদা অউবসিং পুম্নমক্ পুক্তম চন্নি হিংচাববু টিন্নহংগাই মিৎচিনা থগ্গ'ল মাববা বাসুদেবনা হায়খদোবগী হৌরক্লে ॥৩১

ক য়ুয়ং দেবর্গভাভা মোহয়ন্ত্যো মনাঃসিনঃ।
কিঞ্চিকার্যেণ বা কন্যা তন্মে বদত মা মৃর্যা ॥৩২

দেবকন্যা য়য়াম য়েংঙগা মকম অসিদা শাম্নরিবি নখোই-অসে কদাইদগীনো? নখোয়গী ফজবা টিমপা ঐগী পুক্নিং অসে মঙকপনা তিল্লে নখোয় পুম্নমক অসে মহোলগী মশক্তি নখোয় পুম্নমক্তা করি পাম্বদগীনো অরেপ্পা ওইনা হায়মু-লিনথদি হায়গনু ॥৩২

ব্রহ্মোবাচ।—অশ্রুত্বা মাধবং বাক্যং রাম প্রাণার্দ্দনাদ্বিজোত্তম।
হংসগদগদা বাচা প্রপন্নাম্ভোরুহ নমাঃ ॥৩৩

ব্রহ্মান ঋষিশিংদা হায়খি—হে ব্রাহ্মণসা! ভগবানগী বা অদু তায়বদা ফুগাইনা শাংপা থম্বালগুম্বা মাইথোং ওইবি ইবেম্মশিং অদুদা ভগবানগী অপান্বনা টেল ওইদুনা থারবদা পুক্কিং রাধন পুনশনবিদুনা ওম্মু কাংগী মতোংগুম বা তাংবদা হিক্না হায়বা খোম্মাং সুদনা হায়খি ॥৩৩

আরাধয় গুরু দেব পরমাত্মানম ব্যয়ম।
প্রসন্নামনুবাপ্যৈব গুরোঃ সিদ্ধিপ্রদং হরে।
অতোহস্মাভিঃ কুলাচারাৎক্ষিপ্রং সিদ্ধিমবাপ্সসি ॥৩৪

হে দেব! অমাং অতা লৈত্রবা পরমাত্মাগী মশক ওইবা গুরুবু নিংডু মহাক্না পেনবিরবদি মতুঙ অদুদা মভোম্দগী অযাম্বা সিদ্ধি যংনবা মহামন্ত্র ফংঙগা মতুং অদুদা ঐখোয় পুম্নমক্না লোইনদুনা শাগেগী পুদং নিংডগা নত্তাক্না থুনা অপাংবা ফংগনি ॥৩৫

ব্রহ্মোবাচ।—তাসামুদগীরিতাং বাচং নিশম্য মধুহাহরিঃ।
গুরুমারাধয়ামাস বিবিধান্নিয়মাংশ্চরণ ॥৩৫

ব্রহ্মানা হায়খি—অদুগী তুঙদা (মধুরিপু) নারায়ন্না মখোই পুম্নমক্কী বা অদু তাবগা মথল মথা অযাম্বা নিয়োম পোংলম মন্ত্র অহানবদা গুরুবু অরাধন তৌননবগী থৌরাং তৌখি ॥৩৫

গতে বহুতিথেকালে প্রসন্নো গুরুরভ্যগাৎ।
শিরঃস্থ দ্বাদশ পাথোজাৎ পুরোদেবস্য নির্গতঃ ॥৩৬

মহাক্না আরাধন তৌবদা সুমিং কয়ানিমুক হৌখ্রে মতুং অদুদা গুরুনা পেনবিরদুনা অতিয়াদা দোল তিপিংনা ফোইবা থম্বালগী দোল অদুগী মনুংদা লৈবা থম্বালগী দোল তরানিংথোই অদুদগী মপান থোক্লকুনা ভগবান্না মাধবগী মাংদা থুংওরে ॥৩৬

প্রসন্ন বদনাম্ভোজঃ সশক্তি কমলাসনঃ।
তং বাক্যাৎ সমুত্থায় প্রনিপত্য প্রহৃষ্টধীঃ ॥৩৭
তুষ্টাব বিবিধৈস্তোত্রৈর্মহমাল্য স্বরাদিভিঃ ॥৩৮

মাগী শক্তিগা লোইনদুনা মোমোন নোক্কুনা থম্বালগী আসন্দা লৈবা গুরুদেববু উজবদা বাসুদেবনা মাগী আসন্দগী হৌগৎতুনা পুক্কিংদা হরাওনা থুম্মজদুন মথল মথা অযাম্বা স্তুতিবাক্য মতৌ অমুম্না ফজরবা লৈ পরেং ফিনচিংবা পেনবিনবগীদমক কংখি ॥৩৭-৩৮

ব্রহ্মোবাচ।—প্রসন্নারুন্দ পাথোজ বাহুভ্যাং পরিরভ্য সঃ।
গুরুঃ প্রসন্ন স্তং বাচমুবাচ তপতাং বরাঃ ॥৩৯

ব্রহ্মানা হায়খি—হে সপ্তর্ষিগণ! অদুগী তুংদা গুরুনা ফুগাইনা শাংপা অত্তাংবা থম্বালগুম্বা পাম্বোম অনিনা বাসুদেববু কোল্লগা মমোন নোক্কুনা মভোম্দা হায়রকই ॥৩৯

গুরুরুবাচ।—বৎসত্ত্বেহহং বরার্হস্য বরদো বরয়স্বত্তম।
বরং ত্বেহর্ভিমতং শৌবে মত্তস্তং তং দদে বয়ম ॥৪০

গুরুনা হায়রকই—হে বৎস ! নহাক্না ওক ওইনা অবতার ওইবু নংগা মরি ওইনা ঐনা মর পিগে নহাক্না অপাম্বা বর নিয়ু নহাক অসে মত্তিকচাবা পাত্রনি ঐনা ইকমদগী অপাম্বা বর হায়রে। (হে শৌরে) ঐনা নংঙোন্দা অহুগুম্বা বর অদো পিরগে ।।৪০

শ্রীবাসুদেব উবাচ।—নমামি তে পাদ-ম্ভোজদন্দ্বং দেহিমন্তুং মম।
যেনাহং নিসপৃহঃ শান্তো ভবেয়ং বাপ যতঃ সুচি ।।৪১

ভগবান্না হায়খি—হে নাথ ! ঐনা নহাকি চরণ থম্বাল অনিদা খুরমজরি ঐবু চানবিহুনা অহুগুম্বা মন্ত্র অদো পিবীরো অহু ওইরবদি ঐ অসে পুক্নিং তপচরগে অরাম্বা থৌরাংবা হায়বা অর্থাৎ তুমিন্না অমন্তুং পুকচেন সেংবা হায়বা অদো ওম্মরোই । ৪১

ব্রহ্মোবাচ।—কৃত্বা তস্য গুরুর্দীক্ষাং বিধি দৃষ্টেন কর্ম্মনা।
পূজিত স্তেন হরিনা স্বধাম পরমং যযৌ ।।৪২

ব্রহ্মানা ঋষিশিংদা হায়খি অহুগী তুংদা কর্ম্ম অহুনা মরম ওইরগা নোংদম্বা উন্নবগীদমক গুরুনা মঙোন্দা দীক্ষাগী থবক পিবিরে বাসুদেবনা পূজা তৌরবগী তুঙদা মহাকি ওইবা অহুগুম্বা অথোইবা মফমদা চৎখে ।।৪২

কৃত কৃত্য যদাত্মানং মন্যমানাব্জ লোচনম।
চিন্তয়া পরয়াবিষ্টঃ কৃত্তপস্তে পরমং তপঃ ।।৪৩

পদ্মলোচন ওইবা হরিনা গুরুদেবগী মফমদগী সিদ্ধি ওইবা মহামন্ত্রা ফংঙবদা মহাক্না তৌগদৌরিকা থবক থল্লহুনা লৈখি অহুগী তুঙদা থোইদোকপা রাখন্দা অরাবা ওইহুনা অসুম্না থল্লগা হৌজিক ঐনা মফম কদাইদা চৎলগা ফমহুনা মন্ত্র সাধন তৌসিগে তপ তৌসিগে ।।৪৩

মতাং অসিদা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণগী উত্তরখণ্ডগী ওইবা রাধা হৃদয় ধ্যান ব্রহ্মাগা ঋষি তরেৎকা ওয়ানবা গুরু কৃপা ফংবা মরিশুবা অধ্যায় লাইরে ।।৪

---

মঙাশুবা অধ্যায়ঃ

## অসিগী তুঙদা গোলোকি রারি

ব্রহ্মোবাচ।—গতে তু প্রলয়ে তস্মিন দেবদেব জনার্দ্দনঃ।
জগাম পরমং ধামং স্বকীয়ং পরমাদ্ভুতম ।।১

ব্রহ্মানা ঋষিশিংদা হায়খি প্রলয়গী তুঙদা থোইদোকপা লাইগী লাই ওইবা ভগবান জনার্দ্দনগী থোইদোকপা অঙকপা ওইবা গোলোক মাগী অথোইবা মফমদা চৎখে ।।১

শূন্যস্থিতং নিরাধারং ত্রিকোটি যোজনায়তম।
বায়ুনা ধার্য্যমাণং হি প্রকৃষ্টে বেশ্বরেচ্ছয়া ।।২

অসিগুম্বা গোলোক ধামগী অকোইবা য়ুধক কোটি অহুম ঈশ্বরগী রাধন্দগী অহাংবা লমদা ভুংশিংনা ময়ম ওইহুনা লৈ। তাৎপর্য্য ঈশ্বরগী রাখন্দগী ওইরিবা থোঙদগী থোইদোকপা ইচ্ছা শক্তি রাধামা ময়ম ওইহুনা শান্নহুনা লৈ অহুগুম্বা পরমধামদা ভগবান অতৎপা লৈতনা শান্নহুনা লৈয়ে ।।২

রম্যং কামগমং দিব্য সর্ব্বরত্ন সমাচিতম।
প্রাসাদৈঃ পরিখাভিশ্চ প্রাচীরৈঃ সুসমাবৃতম ।।৩

অহুগুম্বা পুক্নিং হুনা ফজবা মফম পুমলং লংবা ( প্রযুক্ত ) অমনা অপান্বগী ভুংনফম অর্থাৎ মন্দ্রতগী রাধম্মা মফম পুন্নমক্তা সিনবথুংবা অয়াম্বা রত্না লৈতেংবা চাংদম্নিংঙাই লৈতবা স্নাথোং রত্নাগী মন্দির চেকপন কোইসনবা। ইত্যর্থে। অধ্যাত্মতত্ত্ব ব্যাখ্যার অনুকূলতা আছে। অচং চংতা চীং তুরেল মফম অহুদা সিদ্ধি ওইবা মী কয়ামুক ।।৩

তোরণৈঃ শত সম্বাধে রত্নমাণিক্য চিত্রিতৈঃ।
হস্ত্যশ্বরথপঙক্তৌঘ নানা শস্ত্রৈরলঙ্কৃতম ।।৪

মণিনচিংবা রত্ন য়েকপা চাম চাম ওইবা য়ুম মনুংদা মত্তৌ অসুম্মা থাংঙমপাংনা থোঙদা লৈতেংঙি অয়াম্বা খুংসু খুংলাই লৈতেংবা রথ মপৈ মত্তৌ অসুম্মা সগোল শামু অসিনচিংবা মফম অহুদা লৈ ।।৪

ফলমূলজলাহারৈ র্ব্বকপনাশনৈরপি।
নিরাহারৈ র্ব্বায়ুভক্ষৈশ্চান্দ্রায়ণ পরৈঃ স্তুতম ।।৫

ব্রহ্মানা ঋষিশিংদা হায়খি—হে বৎসগণঃ ভগবৎ দর্শন পামজবা সাধু পুন্নমক উহৈ চাই মরুওইবা ঈশিংনা ময়ম ওইহুনা কনানা অসেংবা উনা চাই কনা কনানা সুকচা চাদে কনানা চন্দ্রায়নব্রত তৌই মাংওইননা তপ তৌহুনা লৈ। ৫

বিষ্ট ভ্যাঙ্গুষ্ট মাত্রৈস্তৈরগ্নি সমপ্রভৈঃ।
ঊর্দ্ধপাদৈরধঃকৈশ্চ জটাবল্কলধারিভিঃ।।৬

উকু সেংপা জটা পুবা কয়ামুক মৈপা মান্নবা মত্তাম্না কোইবা মহাত্মা ওইবা তপধর্ম্মদা পুক্নিংচংবা ওইহুনা খোঙবী অনিনা লৈপাক্তা কেপ্লগা পান্থোম রাংনা থাজংপা কনা কনানা কোক্না কৈপাক্তা খোঙনা মথক্তা থাঙৎতুনা অসুম্মা লৈ ।।৬

ব্রতৈঃ সংশুষ্কসর্ব্বাঙ্গৈ প্রাণমাত্রাবশেষিতৈঃ ।।৭

মী কয়ামুক ব্রত তৌহুনা লৈ চংথোম্না অকংবা মশ্চা অহু শরীরদা উন্না কুপ্পি অওইবগি প্রাণদং ছিংহুনা লৈ শিদে অরেপ্পনি অচুম্বনি মুক্তগী স্বভাব পরব্রহ্মদা পুক্নিং তিনখ্রবনি মিৎ উইশিন্দুনা ব্রহ্মানন্দ রসদা পুক্নিং লুপতুম্না লৈখ্রবনি ।৭

আত্মারামৈর বচ্ছৈরৌরবা জিনবাসনা।
পঠন্তিঃ শ্রুতি সুক্তানি পাঠয়ন্তি স্তথাপরৈঃ ।।৮

শক্তি মাউন্দা ফমহুনা সাধক তৌই অহুগুথা দেহদো আত্মারাম সোন্দুনা তাহুনা পাঠ তৌহুনা মতৌ অসুম্না অতোপ্পনা পাঠ তৌহুনা লৈ ।।৮

তুলসী মঞ্জুরি স্থাম্মাচ্ছনৈ স্তিলক রাজিভিঃ।
নারায়ণ পরৈঃ শান্তৈস্তপো নির্ধূ ত কল্মষৈঃ।।৯

নারায়ন্দা পুক্নিং থম্বা তপ্ন মরম ওইহুনা অতংপা সৈতনা পুক্নিং তপ্পনা মতৌ অসুম্না তুলসীগী মঞ্জরী মালা শিহুনা মতৌ অসুম্না চন্দন থিনবা কয়ামুক নিংথিজনা ভগবন্তভক্তগণ পুম্নমক্না কোইবা মফম ।।৯

চন্দন থিনবা হায়বা অসে ফজনবা নত্তে কৃষ্ণ ফংনবনি।

ব্রহ্মাণ্ড পুরাণনা হায়রি

বৌক্ষ্যাদর্পে জনেবাপি যোবিদধ্যাৎ প্রযত্নতঃ।
উর্দ্ধপুণ্ড্র মহাভাগ সযাতি পরমার গতিম ।।

মী অহুনা মিংসেন্দা ঈশিংদা মায় য়েংভগা চন্দন থিনগনি উর্দ্ধপুণ্ড্র ওইনা লাইবক ফবা অথোইবা গতি ফংননবগীদমক ।।

পদ্ম পুরাণনা হায়রি

নাসাদি কেশপর্যন্ত মূর্দ্ধপুণ্ডং সুশোভনম।
মধ্যেছিদ্র সমাযুক্তং তদবিস্তাদ্ধার মন্দিরম ।।
বামে পার্শ্বে স্থিতো ব্রহ্মা দক্ষিনেতু সদাসিবং।
মধ্যে বিষ্ণুং বিজা নীয়াৎ তস্মাৎ মধ্যং ন লেপয়েৎ ।।

চন্দন থিনবা নাতোন্দগী শম শোক্না থিনগনী ময়াইদা হোন্নগনী উর্দ্ধপুণ্ড্র ওইনা অহুগী মমিং হরি মন্দির কৌই ওইদা ব্রহ্মা য়েংতা মহাদেব ময়াইদা বিষ্ণু লৈ মরম অসিনা লাইবক ময়াইদা সিন্দুর নচিংবা নমহৈদে দোষগী মশক্নি।

স্মৃতিনা হায়রি

অনামিকা কামদোক্তা মধ্যমা আয়ুষ্করা ভবেৎ।
অঙ্গুষ্ঠঃ পুষ্টিদঃ প্রোক্তা তর্জনী মোক্ষ সাধনা।।

খুনিংথোৌনা থিনবদি নিংবা থুংডি থুংয়াইনা থিল্লগা পুনশি শাংডি খুবিনা থিল্লগা চাবা য়াংতে খুদোনবিনা থিল্লগা মোক্ষ ফংডি ।। শ্রমদ্ ভাগবত, একাদশঃ স্কন্ধঃ, অষ্টাদশঃ অধ্যায়ঃ। দস্যু হায়রি সন্ন্যাসোপনিষৎ—কুটীচক- বহুদক, হংস, পরমহংস, তুরীয়াতীত, অবধুত, এই ছয় প্রকার সন্ন্যাসীর কথা বলিয়াছেন। শ্বেত উর্দ্ধপুণ্ড্রধারী ত্রিদণ্ড।

শ্রমদ্ ভাগবতনসু হায়রি

সন্ন্যাস তরুক চন্দন অঙৌবা থিল্লি কৃষ্ণা নিংবদা চন্দন অঙৌবা থিনগনি।

বেষ্টিতং মুনিভিঃ সিদ্ধৈঃ পুরিতো ব্রহ্মবাদিভিঃ।
বেদেতিহাস মীমাংসা পুরাণা গমবেদিভিঃ॥

মুণিগণ, সিদ্ধগণ, ব্রাহ্মণ পুম্নমক্কা কৌইমুনা মতো অসুম্না বেদ, পুরাণ, ইতিহাস, মীমাংসা, আগমনচিংবা শাস্ত্রবিৎ পণ্ডিতসিং ভিল্লি॥১০

পৃচ্ছদ্ভিঃ কথয়দ্ভিশ্চ শৃন্বদ্ভিশ্চবেংগুনান্।
গৃহ্ণদ্ভিঃ পূজয়দ্ভিশ্চ নারায়ণ মনা ময়ম॥১১

হরিগুণ ভাংনবা তাজবা অসুম তৌনা হংজবা হায়বা শকচবা ভগবৎকি মমিং নিষ্কল্মষ নারায়ণ পূজাদা পুক্নিংচংবশিংনা পুংকোই কোই অহ্নগা সেবা তৌই॥১১

প্রত্যাহার পরৈঃ পূজা প্রাণায়ামৈঃ সধারনৈঃ।
নয়ন্তি দিবসান বিপ্রৈক্ষণাৎ ক্ষণমিবান্বিতম॥১২

চাদ থক্কনা পূজাদা খুরুম্নদা যোগদা থোইদোক্না থভবা ব্রাহ্মণ ময়াম্না নোংভানবদগী মুমিৎতাবা মিৎনকুপ্পি অমা পোম্বাদনা মখোই পুম্নমক্কা থোংদা কোইশিল্লি॥১২

সলাজ চন্দনৈঃ কুন্তৈর্মাল্য দধ্যক্ষতান্বিতৈঃ।
পুরিতৈঃ শীতলৈ স্তোয়ে কদলীফল পুষ্পকৈঃ॥১৩

লাজা চন্দন পুষ্পমালা সঙ্গোম অফম্বা চুহিগা তিন্নবা মতো অসুম্না, যুবি অমসুং যা লফোই অসিনচিংবা অমসুং ইংভব ঈশিং অথনবা চফু চাম্ম চাম্ম থোড খুদিংদা লৈতেংভি॥১৩

নারিকেল ফলগ্রীবৈশ্চ্যুত পল্লবরাজিতৈঃ।
শ্বেতরক্তা সিতা পীতো ডডায়মানং পতাকিনম॥১৪

সশীর্ষ যুবি অমসুং মনা ম্বাওবা হৈনৌ মঙ্গলগীদমক চফু মতো অসুম্না অঙৌবা অঙাংবা অশংবা মেমানবা মচুগী ফিরান পতাকা কোন্নবা নিংথিজনা মন্দির খুদিংদা ফজনা লৈতেংভি॥১৪

শ্বেতচ্ছত্রা যুতৈশ্চন্নং চামর ব্যজনৈ রপি।
রত্নসিংহাসনবরা যুতৈশ্চ পরি পুরিতম॥১৫

মন্দির খুদিংগী মশিং থংদনা অঙৌব ছত্র অঙৌবা চামরনচিংবা অসিনা হুম্বা চাংদম্নিংভাই লৈতবা রত্নগী সিংহাসন্দা থম্বা ওইবা ইমুং মমুং অদো নিংথিজৈ॥১৫

নানা মণিগনাকান স্বন বোদ ম্বলঙ্কৃতম।
বেদবেদান্ত বেদাঙ্গাগম পৌরাণনাদিতম॥১৬

মখল কয়া পুথোকই মুণি ময়ম্না অমত্তা ওইনা ফজনবগী দমক লৈতেংবা ম্নাগী লৈবুঙ পুম্নমক্কা কয়ামুক নিংথিজৈ মতো অসুম্না বেদ, বেদান্ত, বেদাঙ্গ, আগম, পুরাণ পাঠগী থোক্লম্না নিল্লি॥১৬

নীলকান্তৈঃ পদ্মরাগৈরয়স্কান্তৈঃ শুভান্বিতৈঃ।
চন্দ্রকান্তৈঃ সূর্য্যকান্তৈঃ মণিভির্দীপিতং দ্বিজাঃ॥১৭

হে দ্বিজসকল! অতুগুম্বা গোলোক থামদা লৈবা য়ুম পুম্নমক নীলকান্ত, পদ্মরাগ, অয়স্কান্ত, চন্দ্রকান্ত, সূর্য্যকান্ত, অসিনা লৈতেংগ্তি মণ্ডানতনা মুণি পুম্নমক্কী তেজনা মৈগী মণ্ডালগুম্মি ॥১৭

সূতৈঃ পৌরপর্বৈর্বন্দি স্তুতি পঠক মাগধৈঃ।
সুস্বরৈ মধুরালাপৈঃ স্তুতি শাস্ত্র বিশারদৈঃ ॥১৮

স্তুতি শাস্ত্র খংডবা সুত পৌরপব বন্দি অমসুং পাঠ তৌবা অসিনচিংবা সুংশিবা খোঙ্গেম্না স্তুতি থিহুনা লৈ ॥১৮

মহার্হ শর্য্যাসন পান ভোজনৈঃ কিরীট। -হারাঙ্গদকুণ্ডলোজ্জলৈঃ।
সসিংহনাদৈর্ব শাস্ত্রধারিবিঃ র্বিরাজমানঃ রথযুথ কোটিভিঃ ॥১৯.

মফম খুদিংদা পুক্নিং হুনা ফজবা শর্য্যা আসন থারিবা থক্নবা চান্নবদা অপেনবা ওই মতৌ অম্সুম্না কিরীটি, হার, কুণ্ডল, দেহদা আভরণ্না ভাল্লি অমসুং ভগবাম্না সিংহনাদ লাওবদা খুংলাই পাইবা অকনবা নিপাশিংনা রথগী মপৈ কোটি লোইনহুনা ভাল্লি ॥১৯

বিচিত্র মণি মাণিক্য হারহীরক চন্দনৈঃ।
মালাম্বর চিত্রবর্ণ নানারত্নগনো জ্জ্বলৈঃ ॥২০
বেধসা নির্ম্ম তান্যাসন তোরনাণি ত্রয়োদশঃ ॥২১

মণি মাণিক্য পরেংনা লাংঙবা মতৌ অম্সুম্না হীরাগী পরেং ফি চন্দনা অমসুং অসি নত্তবা লংলবা রত্নগী মপৈ থোংদা পবমেশ্বরনা তৌরিবা থাঙ্গপাৎ অশাংবা পুখ্রি তরাহুমদোই শেম্মি ॥২০-২১

গোলোক্কি অহানবা থোঙগী বারি

আত্ত্বেতু শস্ত্র কবচাবদ্ধ গোধাঙ্গুলিত্রকাঃ।
সশরাঃ সধনুষ্কাশ্চ খড়গ মুদগর পটিশৈঃ ॥২২

থোং তরাহুমদোই ফাংলি গোলোক অহানবগী থোঙ ভাকপা নিপাশিং অদো খুংলাই কম্না মখুৎতা শউন য়োম্মি পুম্নমক লীরুং তেল অথোবা থাং য়োংশুক তাসোন পাইহুনা মখোয় পুম্নমক্না মতৌ অম্সুম্না থোঙদা ভাকতুনা লৈ ॥২২

পরশ্বধৈ স্তোমরৈশ্চ ভিন্দিপাল গদানিতাঃ।
পাশ নারাচ মুষল বৎসদন্ত সুতোমরৈঃ ॥২৩

পরশু, তোমর, ভিন্দিপাল, গদা, পাশ মুষল, মুগর, বৎসদন্তাখ্য, তোমরস্ত্র খুংলাই পুম্নমক্না তিল্লি ॥২৩

সৌংগান্ধর্ব পৈশাচ শুল শক্ত্যষ্টি পার্ব্বতৈঃ।
ঐন্দ্রাগ্নি পাশুপত কালচক্রৈঃ সুদর্শনৈঃ ॥২৪

অতোপ্পা সূর্য্যাস্ত্র, গন্ধর্ব্ব অমসুং পৈশাচাস্ত্র, অসিনচিংবা মতৌ অম্সুম্না শূল, পর্ব্বতাস্ত্র নচিংবা অতোপ্পা ইন্দ্রাস্ত্র বজ্র স্ত্র, পাশুপতস্ত্র, কালচক্র অমসুং সুদর্শ পাইবা ॥২৪

পার্জ্জণ্যাগ্নেয় বায়ব্য সৌম্য বারুণ আগরৈঃ।
অয়শ্চক্রৈঃ কালদণ্ডৈরা সুরশ্চৈ তথাস্ত্রৈঃ।
রক্ষন্ত্যস্তং দূরং সর্ব্বে যথাস্থানমবস্থিতাঃ ॥২৫

পর্জ্জণ্যাস্ত্র, আগ্নেয়, বায়ব্য কৌবের বারুণ খুৎলাইগী মখিং মতৌ অসুম্না মণ্ডল লৈরবা লাংগবা মণ্ডান অয়শ্চক্র, কালদণ্ড, আসুরাস্ত্র পাইবা থোংজাকপা পুম্নমক মকম খুদিংদা লৈহুনা কোত্থুংগী থোং ঙাকহল্লি ॥২৫

অনিশুবা থোঙগী ৱারি

নটাবৈতালিকাঃ সুতাঃ গায়কাঃ স্তুতি পাঠকাঃ।
মাগধা বাদকাঃ সর্ব্বে শিল্পিনো বন্দিনস্তথা।
কক্ষে দ্বিতয়ে রক্ষন্ত্যিষ্ঠন্তি মধুরস্বরাঃ ॥২৬

জগোই শাবা পুঙয়ৈবা ঈশৈ শকপা খুরম্বা স্তুতি পাঠ তৌবা অসিনচিংবা মতৌ অসুম্না অয়াম্বা শাবা য়েকপা অমসুং রা ভাংবগৈবা মতৌ অসুম্না সুশিবা থোঙ্গেননা ঈশৈ শক্তুনা থোঙ ভারুনবগীদমক নাক য়েংতা ঈশৈ শকপশিংনা ঙাক্তুনা লৈ ॥২৬

অহুমশুবা থোঙগী ৱারি

তৃতীয়ে গোপবালাভা বালক্রীড়ন তৎপরাঃ।
সুকুমারা বয়স্যাস্তে কৃষ্ণস্যৈব মহাত্মনঃ ॥২৭

অহুমশুবা থোঙদা মঙামগী মশক ওই হৌকচাং গোপমচা পুম্নমক্কা অভাংনা শান্নবা অতুগুদ্না শান্নহুনা থোং ঙাক্তুনা লৈ মখোয় পুম্নমক অদো থোইদোক্কা ভনৌ ভনৌবা অভাংগী নশক মতৌ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণপা মান্নমা উই মহাত্মা ওইবা অমসুং মখোয় অহুগী মওং অদো অর্থাৎ চান্নবা মরূপ ওইয়ে ॥২৭

তেষাং নামানি বিদ্বাংসঃ কার্ত্ত্যমানানি মেশৃনু।
যথা স্মৃতি যথা জ্ঞানং যথা জ্ঞাতং বদামিবঃ ॥২৮

ব্রহ্মান ঋষিশিংদা সম্বোধন তৌনা হায়ব্ধি। হে ব্রাহ্মণশা! অহুমশুবা থোঙদা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণগী সাথাশিংগী মমিং ঐনা খঙবা নিংশিংবা মতৌ অসুম্না পুম্নমক খঙহনা লৈ মখোয় থিবিক অদো নখোয়গী গীদমক হায়গে মরম অসিনা ঐনা হায়গদৌরিবা ময়ামগী মমিং অদো নখোয়না তারো ॥২৮

শ্রীদাম সুবলশ্চৈব বসুদাম সুদামকঃ।
বৃকাননো মহাস্যশ্চ বৃহল্লোমা সুনাসিকঃ ॥২৮

শ্রীদাম, সুবল, বসুদাম, সুদাম, বৃকানন, মহাস্য, বৃহল্লোম, এবং সুনাসিক ॥২৯

লালসঃ সুপ্রভস্তোক কৃষ্ণকো লোল লোচনঃ।
কৃষ্ণাক্ষো মাল্যবান্ ঘোরো দীর্ঘচক্ষুর্মৃগাননঃ ॥৩০

অতোপ্পা লালস সুপ্রভ, তোককৃষ্ণ, লোললোচন, কৃষ্ণনেত্র, মাল্যবান, ঘোরাক্ষ, দীর্ঘনেত্র এবং মৃগবদন ॥৩০

বিরোচনো দীর্ঘবাহুঃ সুবাকঃ শুভ্ররোমকঃ।
মৃদুবাঙ মধুবাক্ শঙ্কো বাচালো মুখরো জয়ঃ ।।৩১

বিরোচন, দীর্ঘবাহু, সুবাহু, শুভ্ররোমা, মৃদুবাক, মধুরবাক, শঙ্কু, বাচাল, মুখর এবং জয় ।।৩১

দুর্জ্জয়ো বিজয়ো জন্তু প্রিয়বাদী প্রিয়াসনঃ।
সত্যবাক সত্যসন্ধশ্চ দৌবারিক বলেশ্বরো ।।৩২

মতৌ অসুম্মা দুর্জ্জয়; বিজয়, জন্তু, পিয়বাক, প্রিয়সন, সত্যবাদী, সত্যসন্দ, দৌবারিক, অমনা বলেশ্বর ।।৩২

গূঢ়বুদ্ধিব্রজো ধৌম্যঃ প্রিয়কৃষ্ণঃ প্রিয়ম্বদঃ।
গূঢ়ক্রোধো মহাদেবঃ সুক্রীড় ক্রীড়ন প্রিয়ঃ।।৩৩

গূঢ়বুদ্ধি, বজ্র, ধৌম্য, প্রিয়কৃষ্ণ, প্রিয়ম্বদ গূঢ়ক্রোধ, মহাদেব, সুক্রীড় আয়ক্রীড়া প্রিয় ।।৩৩

অধরো রামভদ্রশ্চ পারিপাত্রঃ শুভাঙ্গদঃ।
সুশীলঃ সত্যবাক সত্যধর্ম্মো দামোদর প্রিয়ঃ ।।৩৪

অধর, রামভদ্র, পারিপাত্র, শুভাঙ্গদ, সুশীল, সত্যবাক, সত্যধর্ম্ম, ও দামোদর প্রিয় ।।৩৪

ঘর্ম্মাচিত স্নিগ্ধবাক্যো হরিদাসোনবশকঃ।
ভক্তো ভজন কামশ্চ সুক্ষ্মমুক সুন্দর সদঃ ।।৩৫

ঘর্ম্মাচিত, স্নিগ্ধবচন; হরিদাস, নব, শক, ভক্তা, ভজন, কাম, ও সুক্ষ্মদর্শন, সুন্দর সদ ।৩৫

অন্যদেবো বিশালাক্ষো বিষত্তাক্ষো রগোদরঃ।
সুদেবঃ সত্যবর্ম্মাচ বসুসেনঃ সুসেনকঃ ।।৩৬

অন্যবেদ, বিশালাক্ষ, বিষতীক্ষ্ম, রোগদর, সুদেব, সত্যবর্ম্মা অরবসুসেন এবং সুসেন ।।৩৬

সুকর্ম্মা সত্যদেবশ্চ সুন্দরাক্ষঃ সুভদ্রজিৎ।
পরিভদ্রাঃ সুধর্ম্মাচ সুরসেনঃ সুরপ্রিয়ঃ ।।৩৭

সুকর্ম্মা, সত্যদেব, সুন্দরাক্ষ, ও সুভদ্রজিৎ, পরিভদ্র, সুধর্ম্মা, সুরসেন, এবং সুরপ্রিয় ।।৩৭

এতে চান্যচ বহবো নারায়ণ পরায়নঃ।
বেণুবেত্র বিষানাজা সিদণ্ড পরিঘায়ুধাঃ ।।৩৮

অসিগুম্পা অয়াম্বা গোপমচা মতৌ অসুম্মা অতোপ্পা মশিং য়ামখে নারায়ণদা পুক্লিংচংবা অণ্ডাং পুম্নমক কনানা বেনু কনান। বেত্র পায় কনানা শৃঙ্গা পায় কনাগী খুংতা অশাংপা থন্দাল কনানা অসিদণ্ড পায় অসিনচিংবা অয়াম্বা খুংগু খুংলাই পাইদুন অহুমশুবা থোঙদা লৈখি ।।৩৮

দর্শনার্থং মধুরিপো হরনা ক্রীড়নোৎ সুকাঃ।
তৈসার্দ্ধঃ ক্রীড়তেনিত্যং বালবন্মধুসুদনঃ ।।৩৯

পুম্নমক অদো কৃষ্ণগা মান্নবা গোপমচা শ্রীকৃষ্ণগা লোইনদুনা শান্নবা অদুদা পুক্লিং চংবা ওইদুনা কৃষ্ণবু উননিংবদগী লৈরিবনে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অতংপা লৈতনা মখোইগা লোইনদুনা অণ্ডাং মচাগুম শান্নদুনা লৈয়ে ।।৩৯

গাবাশন্ত সহস্রানি পালয়ন্ গোপবালবৎ।
পুপান্নফল মূলানি দধিক্ষীর ধৃতানিচ।
শক্কান্নমবনা তানি মিষ্টানি বিবিধানিচ।
ভুঙ্ক্তেচ সহতৈ নিত্যং ভগবান দুর্ধ্যানুগ্রহঃ ॥৪০

হে ঋষিগণ। ভগবান্না ময়াম অহু খোজানবিবদগী অণ্ডাংগী মতোগুম্না মী খুদিংগী চাম্ম চাম্ম লিশিং লিশিং ষণ শেন্দুনা লৈ মতো অসুম্না শান্নরিবা অয়াম্বা গোপা অণ্ডাংশিংতুগা লোইনতুনা তোওান্না অমসুং মথল মথা উহৈ অমনা দধিদুগ্ধঘৃত নবনী মতো অসুম্না চাক অহাও অথুম মখন কয়া চামিন্নৈ॥৪০

মরিশুবা থোওগী ঝারি

চতুর্থে বার যোগাশ্চনৃত্যগীত পরায়ণাঃ।।৪১

মরিশুবা থোওদা মুপ তরানিথোই অর্থাৎ জগোই শাই ঈশৈ শকই ঈশৈ শকপিশিংতুনা শ্রীকৃষ্ণ পেম্নবগী দমক লৈতুনা ॥৪১

মঙাশুবা থোওগী ঝারি

পঞ্চমেবেত্রপানিদ্বো জয়ো বিজয়এবচ।
পার্শ্বদৌ পর্ষদৎ শ্রেষ্ঠৌ গনেশৌ দ্বারপালকৌ ॥৪২

ভাগবৎকি মনাই অথোইবা জয় অমসুং বিজয় অনি অসে ভাগবৎকি মনাই থোওঙাকপা পুম্নমক্কি মকোক্লি অনি অসিনা চৈ পাইতুনা মঙাশুবা থোও ঙাকুনা লৈ ॥৪২

তরুকশুবা থোওগী ঝারি

ষষ্ঠোস্থিতা গোপবেশধারিনঃ পার্শ্বদোত্তমাঃ।
সর্ব্বের।জষয়চ্ছেব অম্বরীষ পুরোগমাঃ ॥৪৩

গোলোক ফংঙবদা গোপবেশ শেংতুনা ভগবংকি মনাই অথোইবা অম্বরীষ অসিনতিংবা রাজর্ষি ময়াম্না তরুকশুবা থোওদা লৈ ॥৪৩

তরেৎশুবা থোওগী ঝারি

সপ্তমে মুনয়ঃ সর্ব্বে নিস্পৃহাঃ শান্ত মানসাঃ।
পিবন্ত স্তুদ্গুনাম্ভোজগলিতং মকরন্দকম্ ॥৪৪

পুক্নিং তপ্পা মুনি ময়াম তিন্দুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী গুণনদি ধন্বাল ওইরে তারকপা লৈহি থোইমুনা থকপগুম নাম শোনবদা অপেনবা ওইতুনা বিষয়গী অযাবা কাওতুনা মকম অতুদা অরেৎশুবা থোওদা লৈ। ৪৪

নিপানশুবা থোওগী ঝারি

শৃম্বন্তুশ্চগৃনন্তশ্চ কীর্ত্তয়ন্তোগুণং হরেঃ।
ব্রতো পবাস নিয় মৈর্ণয়ন্তো দিবসানৃক্ষনাৎ ॥৪৫

অমনা নিপানগুবা থোক্তদা কৌরিবা মুনিসিংঙ্গ হরিগুণ তাক্লবা তানা ক্লবা শকপদা মতৌ অম্মুম্মা ব্রত উপবাস নিয়ম্মা মরম ওইহুনা থোক্তদা পোক্তাদগা সাহিং মুনিশিংঙ্গ লেন্মুনা লৈ ॥৪৫

মাপনগুবা থোংগী ওারি

অংশেঽমে কুম্ভ পাথোজ যোনয়ঃ সহবাহনাঃ ।
কিরীটোষ্ণীষ মুকুটহার তারক শোভিতাঃ ॥৪৬

মাপনগুবা থোক্ত নাক য়েংতো থম্মাজদগী ওই ব্রহ্মা ময়াম কিরীট, উষ্ণীষ, মুকুট, সবিতেং উনতেংহুনা মাগী মাগী মাহন লোইনহুনা লৈ ॥৪৬

বিষ্ণবঃ কোটি শস্তত্র শঙ্খ পাথোজপানয়ঃ ।
রুদ্রা রৌদ্রবলাঃ শূলপরশ্বধল লসৎ করাঃ ॥৪৭

মতৌ অম্মুম তোমা শঙ্খ অমসুং থম্বাল পাইবা কোটি কোটি ওইবা বিষ্ণু অমনা মপানদগী কল্লবা প্রলয়গী মুংশাগা মান্নবা ত্রিশূল শিংজং পাইবা কোটি কোটি ওইবা রুদ্র ময়াম অমুক্তঙা লানমগুবা থোক্তদা লৈ ॥৪৭

সগনাঃ সানুগাস্তত্র সায়ুধা সপরিচ্ছদাঃ ।
গায়ন্তশ্চ প্রনৃত্যন্ত হসন্তঃ প্রেমবিহ্বলাঃ ।
কুর্বন্তঃ পতন্তো ধাবন্তঃ কীর্তয়ন্তো হরেগুণান ॥৪৮

বিষ্ণু, রুদ্র, ব্রহ্মাগণ, মাগী-মাগী মমপ্পশিংগা লোইনহুনা খুদম খুৎলাই পাইহুনা ময়াম অদো শামহুনা নোক্লহুনা মরৈ অমা ওইনা ভগবৎ গুণ লাতুনা অমসুং জগোই মতৌ অম্মুম্মা অয়াম্বা যত্র য়ৈহুনা হরিনাম শোন্দুনা লৈ ॥৪৮

বর্ণয়ন্তঃ শিবভক্ত গুণামৃত মনুত্তমং ।
ধ্যায়ন্ত তৎপাদাম্ভোজমনন্যৈকা গ্রমানসাঃ ॥৪৯

মতৌ অম্মুম্মা ভগবৎকি লীলা শক শোন্দুনা অমসুং চাংদম্নিংজাই নৈতবা ভগবৎকি অমৃতগা মান্নবা গুণ তাহুনা মতৌ অম্মুম্মা পুক্নিং চোইহনা মহাক্কি পাদপদ্ম খনি নিংহুনা ময়াম অদো মাপনগুবা থোক্ত তাহুনা লৈ ॥৪৯

তরাগুবা থোক্তগী ওারি

অপরেঽপি পার্ষদশ্রেষ্ঠাঃ কুণ্ডল দ্যোতিতাননাঃ ।
শঙ্খচক্র গদাপদ্ম পরিষ্কারযুত পানয়ঃ ॥৫০

কুণ্ডলগী মঙাম্না ঙাল্লবা মাইথোং শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্ম, অয়াম্বা থুংলাই পাইবা ভগবৎকি মরাই পুম্নমক্কা তরাগুবা থোক্তদা লৈ ॥৫০

স্রগগন্ধ মুকুটোষ্ণীষ হারাঙ্গদ বিরাজিতাঃ ।
পীতবাস পরিচ্ছন্নাঃ পুলকাঞ্চিত বিগ্রহাঃ ॥৫১

অয়াম্বা ভগবংকি মনাই পুম্নমক অদো, ফজবা লৈ, পরেং অমসুং মনম সুংশিবা চন্দয়া হকচাংদা ভৈ কনানা মুকুট কনানা কোয়েং য়েংলি কনানা মসাদা মণি পয়েংনা পুমলং লংতি কনানা স্নাকিগেং সেংলি ভগবংকি ভাবন্তা পুম্নমক অদো তু চুংতুনা অশাবা মূর্ত্তিগুম লৈ ॥৫১

ত্যক্ত লোভমদা দ্বিভো হিংসা দোহবিবর্জ্জিতাঃ।

সরাজ্ঞো দ্বিজশার্দ্দুলা নিত্যোদ্দিত মহোৎসবাঃ ॥৫২

হে দ্বিজশার্দ্দুলগণ! ভগবানগী মনাই পুম্নমক অদো অপাম্বা নাপল লৈত্রবনি মতৌ অম্সুম্না (হিংসাদ্রোহা) লৈত্রবনি মখোয় পুম্নমক অদো মাগী মাগী য়াখনগী থাংবৈ থান্দুনা অয়েপ্পা ওইহনা লৈথ্রবনি ॥৫২

গায়ন্তশ্চ হসন্তশ্চ খেলযন্ত ইতস্ততঃ।

নৃত্যন্তশ্চ গুণানন্যে শৃণ্বন্তো মধুরান্স্বরান্ ॥৫৩

কনা কনান হরিগুণ শকুনা লৈ কনা কনানা অমগা অমপা নোক্লতুনা শান্নৈ কনানা জগোই শাই অতোপ্পা অমনা নুংশিবা খোঞ্জেল, হরিগী গুণ কীর্ত্তন তৌই কনানা তাই অসুম তৌনা পুক্নিং লুপতুনা লৈ ॥৫৩

অবাদয়ন্ত ভাণ্ডানি বাদিত্রানি সহস্রশঃ।

কুর্ব্বন্তো মধুরান গানান মনঃ শ্রোত্র সুখাবহান ॥৫৪

অতোপ্পা খবনা নুংশিবা লিশিং লিশিং ওইবা পুঙ যৈবা মখোন তাবদা পুক্নিং নুংঙাইনা হরিগী লীলাগ তিংতুনা নুংশিবা খোঞ্জেল্লা ঈশৈ শকুনা তরাশুবা থোঙ ভাকুনা লৈ ॥৫৪

তরামাথোইশুবা থোঙগী য়ারি

একাদশে বজ্রভৃতঃ সহস্রাক্ষঃ সহস্রশঃ।

উরুক্রমং ৎর্ব্বয়ন্তঃ করতাল জয়াদিনা ॥৫৫

তরায়াথোইশুবা থোঙদা বজ্র পাইতুনা লিশিং লিশিং মমিৎ লিশিং পানবা ইন্দ্র ময়াম্না উরুক্রম ভগবান গোবিন্দ পেন্নবগী দমক তুমদনা জয়ধ্বনি তৌতুনা খুবাক খুতুনা থোঙদা মহাক্কি গুণ শকতুনা লৈ ॥৫৫

অর্হয়ন্তো বর্ণয়ন্তঃ শৃণ্বন্তশ্চাপি তদ্গুণান।

পারেতবাদো জ্বলনা নৈর্ঋতাশ্চ সহস্রশঃ ॥৫৬

মতৌ অসিংগুম্না লিশিং লিশিং ওইবা যমরাজ অমসুং লিশিং লিশিং ওইবা মৈ লিশিং লিশিং ওইবা নৈর্ঋতবা ভগবানবু পূজা তৌরি অমসুং মহাক্কি গুণবর্ণন মতৌ অসুম্না মহাক্কি গুণ তাতুনা লৈ ॥৫৬

পাশিনো গুহ্যকাধীশ গন্ধবহা সহস্রশঃ।

ঈশাঃ সহস্রফনিনঃ শেষাঃ শত সহস্রশঃ ॥৫৭

লিশিং লিশিং ওইবা ঈশিংগী মপু বরুন, কুবের, নুংশিং, ঈশান, মকোক লিশিং পানবা চাম্প পানবা অনন্ত লিশিং তবামাথোইশুব থোঙদ লৈতুন মহাক্ক মগুণ শকুনা লৈ ॥৫৭

অকস্মিংশ্চ সাত্ত্বতো নারায়ণ পরায়ণাঃ।
মহাত্মানো কলাঢ্যাঃ সকলাঃ অপরিচ্ছেদকাঃ।।
সবাহনাঃ সংস্থুলাশ্চ কুণ্ডলো দ্যোতিতাননাঃ।
হার তাড়ঙ্ক কেয়ূর মণিদাম বিভূষিতাঃ ।।৫৮-৫৯

হায়খিবা মাইথৈ তাকপা জাতিশিংগী ঈবেম্বাশিং অদো অশাওবা লৈতে হিংসা নাপল লৈতে পুন্নমক অদো মহাত্মা ওইবা নারায়ণদা পরায়ণ ওই থোইদোক্না কল্লবা লোয়নবা লোয়ন ঙম্বা মযাম অদো মাগী মাগী বাহন কুণ্ডলগী মঙাল্লা মাইথোং অদো তাল্লি মণি, খুজি, অহনবন মণিমন্নগ ওইবা লৈ পরেং লৈতেংতি ।।৫৮ ৫৯

তরানিথোইশুবা থোওগী য়ারি

দ্বাদশে চিত্তরমনাশ্চিত্র মাল্যানুলেপনাঃ।
পা্থানিধিজ চক্রাব্জ গদায়ুধ লসৎকরঃ ।৬০

অতোপ্পা ভগবৎকি চান্নবা মনাইশিং তরানিথোইশুবা থোওদা লৈরিবা পুন্নমক অদো বিষ্ণুগী মশক্কি পুন্নমক অদো য়েংবদা পুক্নিং হুনবগী মশক ওই মচু কয়ানা তিনবা লৈ পরেং মক্রুবা চন্দন দেহদা লৈতেংতি পুন্নমক শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্ম, পাই নিংথিজবা পান্নম মরি পাল্লি ।।৬০

বিচিত্রোষ্ণীষকবচা বিচিত্রায়ুধধারিনঃ।
চিত্রবাহন সন্নাহা শ্চিত্রধ্বজ পতাকিনঃ ।।৬১

পুন্নমক অকুগী কোক্তা অরাংবা কোকয়েৎ পুন্নমক অরাংবা ফুরিৎ মশাদা পুন্নমক অরাংবা খুংগু খুংলাই চান-থক্রবা মখল কয়া মচু কয়াগী ফিরান অরাংবা ধ্বজপতাকা দোলাইদা থেংলি ।।৬১

হার কেয়ূর মুকুট তাড়ঙ্কাদি বিভূষিতাঃ।
শ্বেতা তপত্র বিলসৎ করাঃ কেচিৎস্মিতাননঃ ।।৬২

কেহবা হার, কেয়ূর, মুকুট, তাবড়ঙ্কাদি, ফিজোল শেৎলি নশাদা কনানা অঙোবা ফিরান পাই কনা কনানা নোক্নুনা লৈ ।।৬২

তরাহুমদোইশুবা থোওগী য়ারি

ত্রয়োদশে প্রিয়তম্ গোপ বেশ ধরা হরেঃ।
কৌপানা চ্ছাদিত কটি গোপীচন্দন ভূষিতঃ।৬৩

তরাহুমদোইশুবা থোওদা ভগবৎকি চান্নবা মনাইশিং লৈ মথোই পুন্নমক কৃষ্ণরূপ স্নাকিপেৎ শেৎলি খাংদা ( গোপবেশধারী ) কমানা চন্দন অঙোবা থিল্লি কয়ামুক ফরে ।।৬৩

হরিতত্ত্ববোধ দ্ধি নিমগ্না হৃতকল্মষাঃ ।।৬৪

মনাই পুন্নমক অদো ভগবৎকি তত্ত্ব তানবদা খুংতাহবা সমুদ্রদা তাওই মথোয় অদো অমকপা লৈতে অর্থাৎ মক্রুবা অশেংবা থম্মোইনি ।।৬৪

বেনুর্বেত্র বিষাণ শিক্য কুসুম শ্রেণী লসদ্দোর্ব্বরাঃ।
সর্ব্বোৎ কর্ষগতাঃ স্বনুষ্টিত কথাঃ প্রোঢ়াবদাতা পরে।
শ্রীনারায়ণ নাম কীর্ত্তন পরা বেনুচ্চরৎ সৎকথা।
উষাজ্জাম সহস্রপাদ কিরনৈঃ সন্দগ্ধপাপোৎকরাঃ ।।৬৫

মনাইশিং পুম্নমক গোপবেশ শেংলি বেন্নু, বেত্র, শৃঙ্গা, শিক্য মতৌ অসুম্না লৈ পাই নিং খিজরবা পাম্বোম মখোয় অদো পুম্নমক ফংওি মতম পুম্নমক্তা হরিগী কথা ওাংনহুনা। পৌঢ়পদবীতে অধ্যারূঢ়। ওইথোক্তবা ফিজেৎ লৈতেংহুনা শ্রীনারায়ণগী নাম সঙ্কীর্ত্তনদা পুক্নিং চংহুনা ভগবানগী সৎ সখা বেন্নু মতম পুম্নমক্তা খোংওি মখোয় অদ্রে। থোক্লকপা মুমিংকি মওানগুম্না মান্নে জ্ঞান অহুনা মওান ওইহুনা থোওদা লৈরিবা পাপকি চাকথেকথে ।।৬৫

তেষাংনামান্যতো বক্ষ্যে শৃনুপুত্র সমাহিতঃ।
নন্দ সুনন্দঃ সানন্দঃ উপুনন্দঃ প্রনন্দকঃ ।।৬৬

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা হায়খি। হে পুত্র। নহাক্না পুক্নিং তপ্না তারো তরাহুমদোইগুবা থোওদা ভগবানগী অতোপ্পা মনাইশিংগী মমিং হায়রগে নন্দ, সুনন্দ, সানন্দ, উপনন্দঃ মতৌ অসুম্না প্রনন্দ ।।৬৬

নন্দানন্দো বিনন্দশ্চ নিত্যানন্দঃ সনাতনঃ।
নন্দাঙ্কি নন্দকো ভদ্রা নন্দঃ সেনন্দকো পরঃ ।।৬৭

অতোপ্পা নন্দানন্দ; বিনন্দ, নিত্যানন্দ, সনাতন, নন্দান'ব, নন্দক, ভদ্রানন্দ, মতৌ অসুম্না সেণন্দ ।।৬৭

অদ্বৈত হর্ষকো হৃষ্টঃ শুভ্রবাসাঃ শুভাননঃ।
দিব্যো দিব্য প্রভাবশ্চ দৈবজ্ঞো দেবসেবকঃ ।।৬৮

অতোপ্পা অদ্বৈত, হর্ষক, হৃষ্ট, শুভ্রাম্বর, শুভানন, দিব্য, দিব্যপ্রভাব, দৈবজ্ঞ মতৌ অসুম্না দেব সেবক।।৬৮

জ্ঞানাবদাতঃ শুভবাক্ শুচিস্মিত শুভাঙ্গদো।
হৃতৈনাঃ কৃষ্ণদাসশ্চ কৃতজ্ঞঃ সত্যবাক্ শুচিঃ।।

জ্ঞানবদাত, শুভবাদী শুচিস্মিত অর্থাৎ পবিত্রহাস্য, শুভাঙ্গদ, হৃতকিল্মিষ, কৃষ্ণদাস কৃতজ্ঞ, সত্যবাদি মতৌ অসুম্না শেংঙবনি ।।৬৯

কপিংশ্চ শুভাচারঃ ক্ষেমবুদ্ধি বিনোদনঃ।
পুষ্টশ্চ পোষকশ্চৈব হিরন্য বপুরেবচ ।।৭০

কপিল, শুভবাদী, শুচিস্মিত, অর্থাৎ বিনোদন, পুষ্ট, পোষক মতৌ অসুম্না হিরন্ম শরীর অর্থাৎ মাভিগেৎ শেৎপা।।৭০

সুশর্ম্মা ধর্ম্মসেতুশ্চ বলাকী দৃঢ়বুদ্ধকঃ।
চিত্রবর্ম্মা সুচিত্রাঙ্গ শ্চিত্রাক্ষ শ্চিত্রভূষনঃ।।৭১

সুশর্ম্মা, ধর্ম্মসেতু, বলাকী, দৃঢ়বুদ্ধি, চিত্রকর্ম্মা, সুচিত্রাঙ্গ, চিত্রনেত্র, বিচিত্রভূষন অর্থাৎ ফজবা অরাংবা ফি শেৎপা ইনবা ।।৭১

গয়ো হয়ো ময়ো বভ্রুঃ কৃষ্ণবাসা বিকর্ত্তনঃ।
হর্ষঃ প্রহর্ষঃ শ্রীহর্ষঃ উপহর্ষ্য সুহর্ষকঃ ।।৭২

অপর গয়, হয়, ময়, বভ্রু, কৃষ্ণাম্বর, বিকর্ত্তন, এবংহর্ষ, প্রহর্ষ, শ্রীহর্ষ, উপহর্ষ অসুম্না সুহর্ষ ।।৭২

বিহর্ষঃ প্রতিহর্ষশ্চ মন্দহর্ষঃ সহুত্রকঃ।
হর্ষাহর্ষ নিত্যাহর্ষ সংহর্ষো ভদ্রহর্ষকঃ ।৭৩

বিহর্ষ, প্রতিহর্ষ, মন্দহর্ষ সহর্ষ এবংহর্ষাহর্ষ নিত্যহর্ষ সংহর্ষ, ও ভদ্রহর্ষ ।।৭৩

অশুক্রোধা বিষহনো রৌদ্রকর্ম্মা বৃষ্ণাননঃ।
মৃগাক্ষঃ শুভ্রবক্রাচ সুভাষী শুভদর্শন ।।৭৪

অতোপ্পা অমনা অশুক্রোধ, বিষহস্তা, রৌদ্রকর্ম্মা, বৃশমুখ, মৃগলোচন, শুক্লাবদন, শুভভাষী ও শুভদর্শন ।।৭৪

অন্যেচ শংখশস্তত্র মমঃ প্রীত্তিবহাহবেঃ।
অন্তপুরবরে রম্যে নার্য্যো নারায়ণ প্রিয়াঃ ।।৭৫

অসি নত্তবা অতোপ্পা কয়ামুক লৈ অহুগুম্বা পুম্নমক অদো ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মহাকি পুক্নিং চাওখৎ-নবগীদমক অর্থাৎ শ্রীহরিগী চান্নবী ওইরে মতৌ অসুম্না থোইদোকপা রমনী কোন্নুং মন্নুংদা ভগবানগী চান্নবি সুপি মন্নাম মকম অহুদা লৈ ।।৭৫

কোন্নুং মন্নুংগী বারি

যুনাং মনো হরাঃ সর্ব্বাঃ সুস্হষ্ট মণিকুণ্ডলাঃ।
সিতা সিতাম্বরাঃ পীতনীল রক্তাম্বরা স্তথা ।।৭৬

কোন্নুং মন্নুংদা লৈরিবী সুপিশিং অদো পাখং মচা পুম্নমকি পুক্নিং শুক্ষংলি ফজবদা থোইংদাকই নাদা মণিগী কুণ্ডল য়াল্লি মতৌ অশুম্না তোঙান তোঙান্না অঙৌবা, অমুবা, অশংবা, মেঘানবা, অঙাংবা ফি শেংলি ।।৭৬

কৃশোদর্য্যা মণিময় হারাহুত কুচোৎপলাঃ।
তপ্তজাম্বুনদাভাসা জাম্বুনদ বিভূষনাঃ ।।৭৭

অহুগুম্বি সুপিশিংঅদো খাং চেংভি মণিগা মশককুম্বা কুচু থম্বালগুম নিংথিজৈ কুচু অদো অমুনবা হৈজাং মচুনি মতৌ অসুম্না জাম্বুনদ স্নাগী মচু মানবা ফি শেংলি ইল্লি ।।৭৭

গজবম্মাদ গমণা হংসবন্মধুর স্বরাঃ।
চিত্রমালাধরাঃ সর্ব্বাশ্চিত্র গন্ধানুলেপনাঃ।।৭৮

শামুনা চৎপগুম ঙান্নু কাণ্ডগুম সুংশিবা স্নরনা মচু কয়াগী মালা লৈতেংবা মতৌ অসুম্না পুম্নমক অদো মনম সুংশিবা চন্দন কয়া মশাদা লৈতেংভি ।।৭৮

মানিক্য ভয়নাচ্ছন্না ভ্রাজমানা বিলোৎসুকাঃ।
মোহয়ন্ত কটাক্ষৌঘৈ রতো মূর্ত্তি ইবাপরাঃ ॥৭৯

মণিগুম্না গানবা আভরন মসাদ শেংলি থোইদোকপা মঙানগী মশক্তি পুম্নমক অদো শ্রীকৃষ্ণগী বিলাস সুখগীদমক্তি য়েংগকপদা পুরুষ পুম্নমক্তি অগুকপনা তিন্নি হুপি পুম্নমক অদো অপাম্বগী অতোপ্পা মুর্ত্তিগী মশক্তি ॥৭৯

রূপেন বয়সাচৈব গমনেন শুচিস্মিতাঃ।
হাবহাস্ত সুললিতৈঃ সাক্ষান্মন্মথ মন্মথা ॥৮০

পুম্নমক অদো অশেংবনি মমোন নোকুনা ইবেম্মশিং অহুনা থোঙদা অমসুং তনৌ তনৌবা বয়স অহুনা থোঙদা মতৌ অসুম্না শান্নহনা অমগা অমগা অসুম তৌনা য়েংনরগা নোকপা অহ্ অশেংবদি অপাম্বনা পুক্নিংবু নৈহংলি ॥৮০

রূপলাবন্য মাধুর্য্যৈঃ শ্রিয়ো মূর্ত্তাইবা পরাঃ।
তাশ্চসর্ব্বান বস্তাংশ্চ রবেস্তৃষ্টা প্রভাইব ॥৮১

ইবেম্মশিং অদো তনৌ তনৌবনি নিংথিজবনা তিন্নি মতৌ অসুম্না অশেংবনি লক্ষ্মীগী মূর্ত্তিগুম্বি গাক্তি পুম্নমক অদো য়েংবদা পুক্নিং হুংগাইনবগী মশক্তি খ্বাংদা ফজবি মশা চাওবি মঙাম্না নুমিৎকুম্না মনিং তৌনা ফোংদোকপা ফংই ॥৮১

প্রোচ্য মানানি নামানি শৃনু বিদ্বন সমাহিতঃ।
ললিতা ললিতা লাপা ললিতাঙ্গা রসোৎসুকাঃ ॥৮২

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা হায়রকই হে বিদ্বন! নহাক্না পুক্নিং তপ্না তারো ঐনা গোলোক ধামগী মনুংদা লৈবা ইবেম্মশিং অতুগী মমিং অমমম ওইনা হায়রগে॥ অমদি ললিতা, ললিতা লাপিনী, ললিতাঙ্গী ললিত রসোৎসুকা ॥৮২

বিশাখা বরবর্ণাচ বরাঙ্গা বরভূষণা।
চন্দ্রাবলা চন্দ্ররেখাচন্দ্রাভা চন্দ্রমেখলা ॥৮৩

বিশাখা, বরবর্নিনী, বরাঙ্গী ও বরভূষনা, চন্দ্রাবলী, চন্দ্ররেখা চন্দ্রপ্রভা, চন্দ্রমেখলা, হায়রিবা পুম্নমক অসে শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবি অন্তরঙ্গা শক্তি ॥৮৩

চন্দ্রমালা চন্দ্রকলা চন্দ্রভূষার্দ্ধ চন্দ্রিকা।
চারুনস্তা চারুভূযা চারুগাত্রা বরাননা ॥৮৪

অতোপ্পা চন্দ্রকলা, চন্দ্রামালা, চন্দ্রভূষা, অর্দ্ধচন্দ্রিকা অর্থাৎ থা মচেৎকি মতৌগুম লৈজেংই চারুদর্শনা, চারুবদনন, মতৌ অসুম্না নিংথিজনা মশাদা লৈতেংই ॥৮৪

চিত্ররেখা মাল্যবশ্চা সুগন্ধা চিত্রিনী কলা।
চিত্রমাল্যা চিত্রমুখী চিত্রভূষা বিচিত্রিকা ॥৮৫

চিত্রারেখা, মাল্যবতী, সুগন্ধা, চিত্রিনী, ও কলা, চিত্রমালিনী, চিত্রাবদনী, চিত্রভূষণী, বিচিত্রিকা ॥৮৫]

রমনা মদনপোঢ়া মদমা বিরজাতথা।
বিশালাক্ষা বিশালোরুচন্দ্রভাগা বিনোদনা ॥৮৬

রমনা, পুরুষ পেন্নবগী মশক অমসুং বিরজা মতো অল্লুমা বিশালাক্ষী, বিশোলরু, চন্দ্রভাগা, ও বিনোদিনী ॥৮৬

সুলোচনা সুবদনা শুভহাসা শুভাননা।
শুদ্ধা শুভ্রাঙ্গদা পীতাম্বরা লোহিত লোচনা ॥৮৭

সুলোচনী, সুবদনী, শুভহাসনী, শুভাননী, শুদ্ধা, শুভ্রাঙ্গদধারিনী, পীতাম্বরী, লোহিত লোচনী ॥৮৭

হরিপ্রিয়া হরিরতঃ হরিমোহকরীশিবা।
রাতপ্রিয়া রাতপরা রতিদা রতিমোহিনী।
রতিচিত্তহরা ভামা লালসা ললনা মতিঃ ॥৮৮

হরিপ্রিয়া, হরিরতা হরি মোহন কারিনী শিবা অর্থাৎ মঙ্গলগী মশক ওষ্টবি রতিপ্রিয়া, রতি পরায়ণা, রতি প্রদায়িনী, রতিচি ও হারিনী, ভীমা, ভয়ঙ্করা, লালসা, ললনা, ও মতি ॥৮৮

সোঙাকিমা তড়িল্লেখা আরক্তনয়না রতি।
শুভ্রহারা শুভাচারা শুভদা শোভনা শুভা ॥৮৯
মনোহরা শুভালাপা প্রীতিদা প্রীতিবর্দ্ধনা।
শত পত্রাননা রামা শুভোরু কনকোজ্জ্বলা ॥৯০

লোংশ্যাংশুয়া স্রেরুপি মস্মোন মোকপা অত্তাংবা মিংয়েঃ, রতি, শুভ্রহারধারিনী, শুভাচারিনী, শুভদায়িনী, শোভনা, এবং শুভা, মনোহরা, শুভালাপিনী, প্রীতিপ্রদায়িনী, ও প্রীতিবর্দ্ধন কারিনী, মনা চাম্ম পানবা প্রস্বালগী মায়থোং মানবী, রামা, শুভোরু, ও কনোকজ্জ্বলা ॥৮৯-৯০

হরিনা রবিম্বিচ বিশালনয়না তথা।
চম্পকাচ সুরসিকা রসদা রসমোহনা ॥৯১

হরিনী, রবিম্বি, বিশালায়নী এবং চম্পকা, রসসিকা, রসদায়িকা আর রসমোহিনী ॥৯১

চিত্রাঙ্গদা চিত্রহরা সুচিত্রা মিত্রলোচনা।
নিমেষা মাধবী মেধা মাধবী মধুরস্বরা ॥৯২

চিত্রাঙ্গদা, চিত্রহারিনী, সুচিত্রা, চিত্রনয়নী, এবং নিমেষা, মাধবী, মেধা মাধবী, ও মধুস্বরা ॥৯২

রতোরতা রঙ্গভীতা রহামোহা রহঃপ্রিয়া।
হরিনাক্ষা হারবতী লোলাক্ষী চপলাপিচ।
তুঙ্গবিদ্বেন্দুরেখাচ কান্তী ভূর্লাসিকা তথা।
বৃন্দাবন্দ্যাশ্চ বৃন্দাশ্চ বহুরূপা স্বলঙ্কৃতা ॥৯৩

রহোরক্তা, রহঃ প্রীতা, রহোমোহিনী, রহঃপ্রিয়া, হরিনয়না, হরাবতী, লোললোচনা ও চপলা অপর পূর্ণশিখা, ইন্দুরেখা, কালী, তুলসী, বৃন্দানাম্নী বরিষ্টাগোপী অসিদগী তোঙানবা মথক কয়া ফিজেৎ লৈতেংতুনা মশিং খংদবা খুরমংনা অহুক্কি মখৈ গোপী লৈ। ৯৩

তাসাং সখী গনাশ্চান্যা হরিণাক্ষ্যঃ সবাসসঃ।

সহস্রসো বরারোহাঃ কুণ্ডলত্তো ভিতাননাঃ॥৯৪

ইবেম্মশিং পুম্নমক অদো মন্নামদগী থোইদোকপি সখিশিংনী অতোপ্পা শক্তিগী মিৎয়েংগুম্বি নিংথিজবা আভোরোন ফজরবা ফি ইনবি মতৌ অসুম্না কুণ্ডল অনিগী মঙাল্লা মাইথোঙ থম্বালগী মতৌগুম ফজরবি লিশিং লিশিং ওইবা কোমুং মমুংদা মপান্দা মসাচাউবি গোপী পুম্নমক লৈবা ওইরি॥৯৪

আরামং মনসোরামং নক্ষত্রশ্রেভিত তৎদ্বিজ।

চম্পকাশোক পুন্নাগ নাগকেশর কেশরৈঃ।

মল্লিকা মালত্তী যুথী করবীর করণ্ডকৈঃ॥৯৫

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা হাযখি—হে দ্বিজ! হায়খিবা গোলোক ধামদা পুক্নিংহুবা মশিং খঙদবা বোন কয়ানা ফজবা ওইরি বোন পুম্নমক অতুদা লৈহাও, অশোক, পুন্নাগ, নাগেশর, কেশর, মাল্লিকা, মালতী, যুথী, করবীর, করণ্ড অসিনচিংবা কুসুম, কয়ানা কয়ামুক নিংথিজে॥৯৫

অপরাজিতাগন্ধ্যগুচ্ছ চম্পকৈরপি।

জয়ন্তিতগরৈঃ কুন্দৈর্জবা কুরুবকৈরপি॥৯৬

মচু কযা অপরাজিতা, বকপুষ্প এবং ভূমিচম্পক, জয়ন্তী, তগর, কুন্দ, জব, ও কুরুবক, বোট-নচিংবা কয়ামুক॥৯৬

লবঙ্গজাতী টঙ্কেশ্চ মুচুকুন্দৈ মবাম্নদৈঃ।

ঝিণ্টিভি নীলপাতাভিঃ স্থল পদ্মার্ক মাগধৈঃ॥৯৭

লবঙ্গ, জাতিকুসুম টঙ্ক মুচুকুন্দনচিংবা লৈগী জাৎ কয়া অর্থাৎ অনৌবা মনা অতুদা লুংশিংনা হুন্না কয়ামুক নিংথিজে অতোপ্প অমনা অশংবা মেমানবা শাংলিবা লৈ স্থলপদ্ম, আকন্দ, মাগধ অর্থাৎ কেন্দুক অসিনচিংবা কয়া নিংথিজে॥৯৭

মাধবীভিঃ সুগন্ধিভিঃ ইল্লিকাচয়রাজিভিঃ।

বকুলৈর্নকুলৈ রক্তপীতাপীত সিতাসতৈঃ॥৯৮

মনম লুংশিনবা কুসুম মাধবীলতা অসিনচিংবা উ কয়া ইল্লিকা অর্থাৎ মরি চংপা লৈ মাল্লিকা কুসুমগী মপৈ উগী মথোঙদা মতৌ অসুম্না বকুল অমসুং অঙৌবা অঙাংবা অশংবা মেনানবা শংবাম্নবা উপাদা হৌবা লৈ কয়ানা থোঙদা কয়ামুক ফজে॥

পারিভদ্রৈঃ পারিজাতৈঃরাযোজন সুগন্ধিভিঃ।

সন্তানকৈঃ প্রিয়াকৈশ্চ পলাশামাত্রৈঃ কদম্বকৈঃ॥৯৯

পারিভদ্র অর্থাৎ শাংলিবা লৈ পুন্নমক অদো মনম্না য়ুথক অমগী লম মনম সুংশিবা পারিজাৎ অমসুং উগী জাৎ কল্পবৃক্ষ, পিয়াল, কুঁটাল, আম্র, মতৌ অসুম্না কুসুমচিংবা কদম্ব তরু উগী জাৎনা লৈতেংঙি ॥৯৯

নদরীভিঃ কোবিদারৈ গু'বাকৈঃ খর্জ্জুরৈরপি।
বিভীতকৈস্তিন্তিড়ীভির্হরী তক্যাদিভিস্তথা॥১০০

বোবোই কোবিদার অর্থাৎ চলুই থ খর্জ্জুর উগী জাৎ কন্না অমনা বিভীতকী, অর্থাৎ বহেড়া তিন্তিড়ী মতৌ অসুম্না হরীতকী অসিনচিংবা পরেং পরেং ওইনা থোঙদা কজনা হৌই ॥১০০

অশ্বথ ধাতুকা ভিশ্চ শিবাভীরক্ত চন্দনৈঃ।
বিল্বৈস্তালৈস্তমালৈশ্চ হিন্তালৈঃ খদিরৈরপি ॥১০১

অশ্বথ ধাতুকী অর্থাৎ ধাই, আমলকী, রক্তচন্দন, আর বিল্ব, তাল, তমাল, হিন্তাল ও খদির পাম্বিনচিংবা উগী জাৎ কয়া ॥১০১

বেনু কিংশুক ন্যগ্রোধতিন্দুকেঙ্গুদ শাল্মলৈঃ।
অর্জ্জুন প্লক্ষ জম্বাল লোধ্র.বত্র সুচন্দনৈঃ॥১০২

বাগী জাৎ উগী জাৎ কিংশুক অর্থাৎ পলাশ, বট, তিন্দুক, ইঙ্গুদীবৃক্ষ অর্থাৎ ভুজপ্রতপাম্বি, শাল্মলি আর অর্জুন, প্লক্ষ, জম্বাল, লোধ, মতৌ অসুম্না চাচন্দন পাম্বিনা থোঙদা লৈবুঙ মথক্কা হৌরি ॥১০২

নাগরঙ্গ কামরঙ্গ নারিকেল সুজম্বুকৈঃ।
নিম্বৈর্দধিথ্যৈঃ কপিথ্যৈঃ স্বনৈর্দাড়াম সেফকৈঃ ॥১০৩

নাগরঙ্গ, কামরঙ্গ, নারিকেল, সুজম্বুক অর্থাৎ জাম পাম্বি নিম্ব, দধিথ, আম্রাতক, কপিথ, স্বনাম্নু, দাড়িম, এবং সেফক, অদুকি মথৈ ওইব হৈপাল কয়া ফজনা তৌরি ॥১০৩

নিত্যাদিত পুষ্প ফলৈঃ স্থিরচ্ছায়ৈঃ সপল্লবৈঃ।
বসন্তো গ্রীষ্মা বর্ষাশ্চ শরদ্ধেমন্ত শৈশিরাঃ।
স্বস্ব পুষ্পাফলা মূর্ত্তা ধাতবস্তত্রুপাসতে॥১০৪

অরাংপা লৈতনা লৈগী হৈগী জাৎ ফজরবা মনানা ভিন্দুনা মস মতৌ অসুম্না শন্দোকপা ভগবানগী শাম্নবগী মফম অদো মুাশংনা থোপন তৌরি মতৌ অসুম্না বসন্ত, গ্রীষমা, বর্ষা অমসুং শরৎ, হেমন্ত, শিশির, অসিগুম্ব' ছয়ঋতু অসিনা মূর্ত্তি ওইদুনা মতম মতমগী হৈ লৈ থোঙদা পরেং পরেং ভগবান্দা উপাসনা তৌদুনা পুম্নমক লৈ ॥১০৪

সরিৎ সরোবর বরৈঃ পদ্মৈরুপ শোভিতম।
নদীবাপী সরোভিশ্চ দীর্ঘিকাভি রিংওতঃ॥১০৫

গোলোক্তা লৈরিবা থোইদোকপা বোন পুম্নমক অহানবা থুংশেম পুখি, অমসুং মনা মপান থোঙদা কয়ামুক ফজনা মতৌ অসুম্না শিনবথুংনা অশাংবা থাঙ্গপাং অমসুং অতংপা লৈতনা লাইগী লৈকম মতৌ অসুম্না তুরেন মায়াম মপান্দা ফজবা কংঙি ॥১০৫

গিরিনির্ঝরৈঃ কুণ্ডৈশ্চ পুষ্করৈঃ পুণ্যজলৈরপি।
অন্নিক্ত মূর্তিমদ্ভিশ্চ পুণ্যৈন্যায়জলৈরপি ॥১০৬

চীংদগী চেস্বরকপা গৃহ্ব মফম মফম অশেংবা ঈশিং থোঙদা কোঙনা গোলোক অমদি ভুমেম সমুদ্রা পুম্নমক মতৌ অসুম্না পুণ্যগী মফম লেকখাঙ অসিনচিংবা থোঙদা কোইনা লৈ ॥১০৬

পুণ্যতীর্থৈঃ পুণ্যজলৈঃ স্তংপাদাচিহ্ন চিহ্নিতৈঃ ॥১০৭

মতৌ অসুম্না ভগবংকি চরণচিহ্নে তাবা পুণ্যতীর্থ অমসুং ঈশিং লৈরিবা পুম্নমক্তা থোঙদা গোলোকী মফম হায়নিংঙাই লৈতনা ফজবনা লৈতেংঙি ॥১০৭

কুমুদৈঃ শতপত্রৈশ্চ কহ্লারৈশ্চ কুশেশয়ৈঃ।
তামরসৈঃ কোকনদৈঃ কোরকৈ কুমুদৈরপি ॥১০৮

ভগবংকি ধাম গোলোকতা লৈরিবা পুখ্রি খুদিংদা থরো অঙৌবা অঙাংবা অশংবা থম্বাল অঙৌবা অঙাংবা মনা চাম্ম পানবগী দল অমসুং চাম্ম চাম্ম লিশিং ওইবা দল ফজরবা থম্বাল অঙাংবনা কয়ামুক ফজে অতোপ্পা অমনা অহুগী ময়াইদা থম্মৌ অশংবগী মপৈনা থোঙদা ফজবা ওইরি ॥১০৮

কোকিলৈঃ সুকলৈ লাপৈঃ হংসকারণ্ডবৈরপি।
ক্রৌঞ্চসারস চক্রৈশ্চ হংসাভিঃ কলজাভিভিঃ ॥১০৯

ফজরবা ঈশিং লৈবা অহুগী মপান্দা বনগী ময়াইদা শাংলিবা লৈ, উগী মশাদা ভুংশিবা শুম কোকিলনা কুহু হায়না থোঙদা নিংথিজনা অমদি ভুংশিবা থোঞ্জেলনা শব্দোক্তি বক, সারস, চক্রবাক, ঙানু কাংঙা জুরা জুরা মতৌ অসুম্না ঈশিং লৈবা কয়ানা থোঙচুনা কোইনা শাম্নরি ॥১০৯

দাত্যূহৈর্ম ধুরালাপৈঃ কুক্কুটৈর্বন কুক্কুটৈঃ।
শুকৈঃ পারাবতৈশ্চৈব ময়ূরৈঃ শারিলোকভম ॥১১০

উচেক পুম্নমক্তা মুংশিবা থোঞ্জেলনা মতৌ অসুম্না হুই লমহুই পুম্নমক্তা মুংঙাইনা শাম্নরি মহাক্কি থৌজান্দগী বাহোং চোঙা তেনবা পুম্নমক উশক্তা লৈতেংঙি অমসুং নিংথিনা থোংঙি ॥১১০

বায়সৈঃ পেচৈকেশ্চব শ্যেনৈশ্চ কলনা দ্বভিঃ।
ভৃঙ্গালীগুঞ্জন সন্নাদ হুঙ্কার মদনোৎসবৈঃ ॥১১১

কাক, শেন্দ্রাং লংজা উমাইবি ময়াম্না পাইবগী থোঞ্জেলমা নিল্লি লিংঙাইবা লৈতনা লৈহি চুপকে হায়না থোইমুনা ভংব ধ্বনিনা মফম পুম্নমক্তা নিলহল্লি ॥১১১

সমীরস্তি সমীরৈশ্চ গন্ধাকৃষ্ট মধুব্রতৈঃ।
বল্লরীভিঃ সপুষ্পাভিঃ গুল্মগুচ্ছৈশ্চ মোহনৈঃ ॥১১২

মুংশিংনা শাংলিবা লৈগী মনমগা লোইম জগোই শাখঙম মনম মাঙবা লৈহিঙ চেন্দবা ফজবা লৈ তিংখঙ পানব মম্নি চংপা ফজরবা পুম্নমক অহুনঃ য়েংবদা পোথাদখঙম উম্নি ॥১১২

লতাকুঞ্জৈঃ সুনিভৃতৈ র্মাল্যগন্ধাদিচর্চ্চিতৈঃ ॥১১৩

ফজবগী মথক্তা অমূক হল্লা ফজৈ চাংদম্লিংঙাই লৈতবা গোলোক মনম্ম ছুংশিবা লৈগী পরেং মরি চংপা থোইদোক্না নিভৃতনিকুঞ্জগী মমুংদা থোঙদা কোইরি ॥১১৩

সিংহ ব্যাঘ্র বরাহৈশ্চ গবয়ৈ র্মহিষৈরপি।
বানরৈ র্ঋক্ষ গোমায়ুপন্নগৈঃ রূপ শোভিতঃ ॥১১৪

মফম খুদিংদা নোংশা, কৈ, ওক, চমরী ঈরোই অসুম্না য়োঙ, শওম, লমহুই মহুপুবা ময়াম বন অদুদা লোয়না লৈ ॥১১৪

তরক্ষুনকুলৈশ্চৈব শল্লখী কৃষ্ণসারকৈঃ।
খাররৈশ্চ করিভিঃ ক্বরে ভিরিতস্ততঃ ॥১১৫

মতৌ অসুম্না তরক্ষু, খৈরোই, শল্লকী অর্থাৎ শজি অমুবা জাং মযাম অমসুং শগোল গঙ্কা শামু লাব অমোম মযাম্না মরম ওইদুনা মমুং অদুদা বন অদুগী ফজবা ওইরি ॥১১৫

খড়্গির্ব্বন মার্জ্জারৈ মৃগৈর্ব্বানাবিধৈরপি।
ক্রীড়াদ্ভিঃ সর্ব্বতো ব্যাপ্তং শান্তহিংস্রৈঃ পরস্পরম ॥১১৬

শামুগণ্ডা লম হৌদোং অমসুং মথন কয়াগী শজি পুম্নমক হুরাওনা মাগী মাগী চান্নবী লোইনদুনা মফম খুদিংদা শান্নরি মতৌ অসুম্না নোংশাগা অপিকপা শা খিবিক্না থোংতি অমগা অমগা পুক্লিং পেন্না মথল কয়া শান্নদুনা কোম্নরি ॥১১৬

কল্পমন্বন্তরাঃ সৌম্য যুগবৎসর মাসকঃ।
পক্ষাশ্চ তিথয়শ্চৈব দিনরাত্রৈ দ্বিজোত্তম ॥১১৭
গ্রহনক্ষত্র যোগাশ্চ রাশয়ঃ করনানিচ।
কলাকাষ্ঠা মুহূর্ত্তাশ্চ ঋতবস্তদ্রূপা সতে ॥১১৮

ব্রহ্মানা হায়খি—হে দ্বিজোত্তম অঙ্গিরা! কল্পাগী মমুং যুগ, শৎসর, মাস, পক্ষ, তিথি, বার, দিবা, রাত্র, কাল, কাষ্ট, মুহূর্ত্ত, ঋতু মতৌ অসুম্না গ্রহ, নক্ষত্রা, যোগ, রাশি, করনদি, পুম্নমক মূর্ত্তি ওইদুনা ভগবৎকি চরণ অনিদা গোলোক থামদা অতৎপা লৈতনা খুরমদুনা লৈরি ॥১১৭-১১৮

যক্ষরাক্ষস গন্ধর্ব্ব পিশাচোরগ কিন্নরৈঃ।
বিদ্যাধরৈ শ্চারনৈশ্চ থগ স্সাধ্য মরুদগনৈঃ ॥১১৯

অতোপ্পা যক্ষ, রাক্ষস, পিশাচ, নাগ, কিন্নর, গন্ধর্ব্ব মতৌ অসুম্না বিদ্যাধর চরণ; সাধ্য, সূর্পনাদি ও মরুদগন অসিনা মরম ওইদুনা সেবা তৌরি ॥১১৯

দৈত্যৈর্যাতু ধানৈশ্চ মুণিভিব্রহ্মাবেদিভিঃ।
যন্তি বেতাল কুষ্মাণ্ড ভৈরব প্রমথৈরপি ॥১২০

অহুক্কি মথৈ ওইবা মরন লৈবা পুঞ্জ তৌবা মী দৈত্য দানব অসিনচিংবা অমস্তুং বেদ বেদান্ত খঙবা মুণি ময়াম মতৌ অমুম্না লাইনিংবা ময়াম বেতাল, কুম্মাণ্ড, ভৈরব অমস্তুং ভূত প্রেতনচিংবা অহানবদা কোইনা লৈ ॥১২০

আভির্ভি মুর্ত্তিমন্তিশ্চ ধৃতরাষ্ট্রাদি পন্নগৈঃ।
সেবিতং সর্ব্বতোভদ্রে ভদ্রহ্নৈত্তর হিংসকৈঃ॥১২১

পৃথিবি পুবা বাস্তুকি মীগী মশক ওইরা ধৃতরাষ্ট্রনচিংবা লিল ময়াম মীগী মশক লৌহুনা মতৌ অসুম্না মঙ্গলগী মশক ওইনা কনাবু য়েকবা লৈতনা গোলোক ধামদা অমত্তা ওইনা সেবা তৌম্মিন্নৈ ॥১২১

ত্যক্তদন্তুমদৈর্নিত্যং নারায়ণ পরায়নৈঃ।
রম্যংপুরবং মর্ব্বং মনঃ শ্রোত্রসু খাবহম ॥১২২

গোলোকতা লৈবা মী পুম্নমক নারায়ণদা পুক্লিং থমমি বনাগুল্বা নাপন তৌবা লৈতে মথোম্ন পুম্নমক্কা থোঙদা সেবা তৌদুনা নিংথিবা অয়াম্বা অথোইবা গোলোকি অয়াম্বা মকম অদুদা পুক্লিং চংনা মতৌ অসুম্না ভগবানগী নাম তাদুনা মুংঙাইবা ওই ॥১১২

সোপধানং সপর্য্যঙ্কং সর্ব্বতোভদ্রমৃদ্ধিমৎ।
তত্রতাভিঃ সমেতাভি র্যোবাভিঃ সুরশক্রহা।
রমমানো ন বুবুধে স্বর্গনাম প্রগতানপি ॥১২৩

চাংদমনিংঙাই লৈতবা আসন শৈর্য্যানা তিনবা মকম পুম্নমক্কা নিংথিজরবা মন্দির পুম্নমক অয়াম্বা কৎতবা মাংহনবা মতিক চাওবা শ্রীকৃষ্ণনা অদুগুম্বা মন্দিরদা হায়থি্বা মনাইশিংগা লোইনদুনা শান্নবদা পুক্লিং চংদুনা মতম কয়া হোথে্ হৌথিবা অদো মহাক্কা খঙবা ঙমথিদ্রে ॥১২৩

বিসম্ম'র তদাবাচং তয়োক্তা মাহতেন্দ্রিয়ঃ।
তাভির্বিদ্বন সহস্র'নি শতান্যগনি তানিচ।
নিনায় বর্ষপুগানি তদা স পুরুষোত্তম ॥১২৪

ব্রহ্মানা অজিবাদা হায়খি—হে বিদ্বন। পুরুষোত্তম বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণনা চাংদম্নিংঙাই লৈতবা লিশিং চাম্মা ওইবা ইবেম্মশিংগা লোইনদুনা ( রমমান থাকিয়া ) চহি কয়ামুক হোথে্ মতম অদুদা মুংঙাইবদা পুক্লিং লুপখিদুনা ইন্দ্রি পুম্নমক মরম অদুদগী হাম্না হায়থি্বা ইবেম্মা অথোইবি অদুগুম্বি অদুগী রা অদু মহাকপু নিংশংবা ঙমথিদ্রে কাওখে্ ॥১২৪

মতাং অসিদা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণগী রাধা হৃদয় কৌবা ব্রহ্মানা মচা তরেৎতা লিবা গোলোকফি হান্নি মঙাগুবা অধ্যায়ঃ লোইরে ॥৫

# কাত্যায়নীর নিকট বৃষভানুর বর প্রাপ্তি।

ব্রহ্মোবাচ।—সনৎকুমারস্ত শাপাৎ সর্ব্বং সংশ্রয়িত্তৎপুরম।
তৎশাপহত সংকল্পগনাস্তে বৈষ্ণবাস্তদা ॥১

ব্রহ্মানা হায়খি—হে বৎসগণ! তাবো ঐ মহাপুর গোলোক ধাম অদো সনৎকুমারগী শাপগী পুম্নমক চিংনবা ওইরে অয়াম্বা বিষ্ণুগী মনাই বৈষ্ণ ময়াম পুম্নমক নিংবা কাইরে অর্থাৎ অতৎপা লৈতনা গোলোক্তা ভগবৎকি সেব দা পুক্নিং চংজবা মতৌ অম্নুম্বা মকম অদুদা লৈজরগা ভগবানগী মনাই ওইবা পামজবা মখোই অদুগী পামজবা অদো মখোম্ন পুম্ননক অরাবা ওইরে ॥১

জজ্ঞিরে বৃতিকুরুষু মহাত্মনো মহৌজসঃ।
নন্দাত্তা গোপবেশাঢ্যাঃ শ্রীদামাদ্যাশ্চবালকাঃ ॥২

অয়াম্বা গোলোকতা লৈরিবা মহাত্মা অমসুং অয়াম্বা ভগবৎকি পরিবার পুম্নমক পৃথিদা দ্বাপর যুগ লোইরমদাইদা যদুবংশ মতৌ অম্নম কুরুবংশদা পোকখে, অমনা নন্দনচিংবা গোপ পুম্নমক অমসুং গোপমচা শ্রীদামনচিংবা কৃষ্ণগী মমান্নবা অঙাং ময়াম মংখোয়সু ব্রজদা পোকখে ॥২

ললিতাত্তাঃ স্ত্রিয়ঃ সর্ব্বা গোকুলেষু প্রজজ্ঞিরে।
গোবর্দ্ধনাদ্রি প্রবরে নিত্য পুষ্পফলোদয়ে ॥৩
নানাধাতু ভিরাচ্ছন্নে নানা মণিগনা বৃতে।
ব্রহ্মন স্থাপিতা পুর্ব্বং কালিন্দ্যা স্তট সন্নিধৌ ॥৪

অতৎপা লৈতনা হৈ-লৈ শাংপা পানবা মখোঙদা অয়াম্বা ধাতু মণিনা তিনবা অচৌবা চিং গোবর্দ্ধনগী মনাক কালিন্দী নদি মনাক মমাংঙৈদা ব্রহ্মানা শ্রীরাধাগী মুর্ত্তি অমা মফম অদুদা পূজা তৌখিবা অদু লৈ মনাক অদুদা গোকুল নগরদা ললিতানচিংবি নুপি ময়াম পোকখে ॥৩-৪

শ্রীরাধার পুর্ব্ব স্বরূপবর্ণন

অষ্ট হস্তাবিশালাক্ষী চন্দ্রার্দ্ধকৃত শেখরা।
কিরীটহার কেয়ুর কুণ্ডলদ্যোতিতা মনা। ৫

ব্রহ্মানা পূজা তৌরম্বা মুর্ত্তি অদুদি খুৎ নিপাল (বিশালনয়না) ওই লাইবক্তা থা তংথাইনা লৈতেংঙি কোক্তা কিরীট কম্বুদা মণি পরেং পাম্বোমদা কেয়ূর লৈতেংঙি নাকোং অনিদা কুণ্ডল অনিনা ওাল্লি মঙাল্না মাইথোং ওাল্লি ॥৫

নানাভরন সংচ্ছন্না নাগযজ্ঞো পবীতিকা।
রক্তাম্বর পরিধানা দাড়িমী কুসুমো পমা ॥৭

মথল মথা অয়াম্বা ফিনা দেহদা থোল্লি শিলনা নগুণগী মতৌগুম লৈতেংঙি কফোই মপানগুম্না অঙাংবা ফি শেৎলি ॥৬

রক্তামাল্যধরাদেবী কোটি ভাস্কর ভাসুরা।
শঙ্খংচক্রংগদাং শক্তি হলং মুষলমেবচ।
দধানা ভয়মব্যগ্রা বরমেবাষ্ট ভিভূর্জা॥৭

অঙাংবা কুসুমগী লৈপরেং থোল্লি মঙাল্লা সুমিং কোটিগুম ইবেম্মগী দেহগী মঙান অর্থাৎ মহি চেনবা স্নাগী মচু মাল্লি শঙ্খ, চক্র, গদা, শক্তি, মতৌ অমুম্মা হল, মুষল, অভয় অমসুং বর, খুৎ নিপান্দা খুৎলাই নিপাল থোল্লি ॥৭

সাদেবী পরমারাধ্যা রাধাযা পরমোত্তমা।
তিষ্ঠত্যজস্রং সাদেবী বরদাপূজিতা সদা॥৮

অদুগুম্বি থোইদোকপা মূর্ত্তি অদো নিংন্নবগীদমক রাধা ইবেম্মা মহাক্না অতৎপা লৈতন্না বৃন্দাবন্দা লৈরিবনী ইবেম্মা অদো বৃন্দাবনগী মবেম্মনী বৃন্দাবনগী য়োকচবিনী মহাকপু পূজা তৌজবদা মহাক্না মতম পুম্নমক্তা পূজা তৌবা মীদা বর পিনবিরী ॥৮

অঙ্গিরাউবাচ।—শ্রুতংতে বহুশস্তাত রাধিকা বৃষভানুনা।
আবিরাসান্মহামায়া কথং তন্মেবদ প্রভো॥৯

অঙ্গিরানা হায়রকই—হে তাও। নহাক্কি মুখপদ্মাদগী মখল মখা অয়াম্বা য়ারি তাজয়ে হৌজিক মঙং করম্না অদুগুম্বি মহামায়া রাধাবু বৃষভানুনা করম তৌনা নিংঙপা মচা ওইনা ফাওররিবনো য়াশিং অদো শন্দোক্না ঐখোয়গীদমক তাকপিযু। ৯

ব্রহ্মোবাচ। -মহাভানু র্গোকুলেশো গোপানাং পৃথিবীপতিঃ।
তস্যপুত্রা মহাত্মনো বিষ্ণুভক্তা জিতেন্দ্রিয়াঃ॥১০

ব্রহ্মানা হায়খি—বৎস! গোকুল মপু ওইবা গোপ পুম্নমক্কি মপু মহাভানু কৌবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী মাগী মচা মরি অদো পুকচেন ফবা ঙাক্কি মখোয় অদুদগী জিতেন্দিয় ওইবা বিষ্ণুদ পয়াম্নগ ওইবা বৈষ্ণব ॥১০

বৃষভানুঃ রত্নভানুঃ সুভানুঃ প্রতিভানুকঃ।
তেষাং জ্যেষ্টো বৃকোরাজা মম্মাগৎ পৃথিবীপতিঃ॥১১

মহাভানুগী মচা মরি মতৌ অমুম্মা বৃষভানু হায়বা অসে বৃকভানুসু কৌই রত্নভানু, সুভানু, অমনা প্রতিভানু মরি অদুগী অহল বৃষভানুনা নিংথৌগী পদবি ফংদুনা নিংথৌ ওই ॥১১

অশ্বমেধ বাজপেয় রাজসুয় শতানিচ।
অলমিচ্ছন ভগবৎ প্রীতেচকার পরম ক্রতুন॥১২

বৃষভানুনা নিংথৌ ওইরবদা ভগবানগী পেম্নানবগীদমক অশ্বমেধ বাজপেয় রাজসুয় অসিনচিংবা চাম্ম চাম্ম দক্ষিনাগা লোইননা যজ্ঞ দান তৌই ॥১২

মহর্ষিকল্পো রাজর্ষি চক্রবর্ত্তী সতাং মতঃ।
দান্তো জিতেন্দ্রিয়ো দাতা জিতারি ধর্ম্মব সলঃ॥১৩

বৃষভানু মহাক অসে বৈশ্য শাহৈগদা পোকপনি অদুগ ওইরক্ক পাম্বোৎপী পাঙ্গলনা অয়াম্বা রাজ্য শাসন তৌই রাজর্ষিগা মান্নে এক চক্রবর্ত্তী ওইনা লৈ মহাক অসে ব্রহ্মর্ষিগা মান্নে দান্ত, জিতেন্দ্রিয়, পরম দাতা, মহাক্কি পত্নি লৈত্রি ধর্ম্ম পুন্নমক ভাঙ্গুনা লৈ মতম অদুদা কন্যাগুম্বা নিংথৌনা মহাক্কি মফংদা পিগদবা মৌ ওইবা মাবা লৈতে ।।১৩

ক্ষময়া ধরনীতুল্যো দানে পর্জ্জন্যবর্ষী।

তেজসা ভাস্করসমঃ স্থৈর্য্যেগিরিববোপমঃ ।।১৪

অসিগুম্বা বৃষভানু অসে ভাকপিবদা মকম পুম্নমক্তা পৃথিবীগা মান্নে দান্দা নোংগা মান্নে নোংদি মকম পুম্নমক্তা চুই অদুগুম্না জিবা পুম্নমক্কি থম্মোই পেলহল্লি মঙান্দা মুমিংকুম্মি লেংদবদা হিমালয়গা মান্নে ।।১৪

শৌর্য্যে রুদ্রসমঃ কোপে সপ্তজিহ্বা সম্মোবলী।

গাম্ভীর্য্যে সাগরসমো মহিম্নিঃ গিরিশোপমঃ ।।১৫

সুরতায়, রুদ্রতুল্য, শাউংগা মৈগা মান্নে পাজন্দা বজিপ মান্নে সুকপদা সমুদ্রগা মান্নে মতৌ অসুম্না মতিক মগুণদা শিবগা মান্নে ।।১৫

বিন্দুনাম মহানাসীৎ বৈষ্ণবো মুখরাপতিঃ।

তস্যপুত্রো ভদ্রকির্ত্তী চন্দ্রকির্ত্তী মহাবলঃ।

শ্রীদামাদি পুর্ব্বভ্রাতা মহাকির্ত্তী স্তথৈবচ ।।১৬

অদুগুম্না ব্রজধামদ অমি গুদবা বিন্দু কৌবা গোপ অমা লৈ মহাক্কি পত্নী মখুরা কৌই অনিমক বিষ্ণু ভক্তনি অদুগুম্নি মুখারগী গর্ভদা বিন্দুগী মচা মঙা পোকই ভদ্রকির্ত্তী, চন্দ্রকির্ত্তী, মহাবল, শ্রীদাম, এবং মহাকির্ত্তী ।।১৬

ভানুমুদ্রা কির্ত্তীমতা কির্ত্তীদা বরজামতী ।।১৭

ভানুমুদ্রা, কির্ত্তীমতী, ও কনিষ্ট কির্ত্তীদা, বিন্দুগী মচানুপী অহুমনি কির্ত্তীদা হায়বি অসে অহানবদা কালাবতী কৌই ।।১৭

ভদ্রকির্ত্ত্যাদয়ো বিপ্রবৈন্দবা বিধিনা ক্রমাৎ।

তেবূঢ়বে মেনকাং মেনাং ষষ্টিং ধাত্রীঞ্চ ধাতুকিম ।।১৮

হে ব্রাহ্মণশা! ভদ্রকির্ত্তীনচিংবা বিন্দুগী মচা মঙা অদো বিধান কাইদনা মেনক, মেনা, ষষ্ঠি, ধাত্রী অমসুং ধাতুগী অসিগুম্বী কন্যা মঙা লুহোংখে ।।১৮

বৃকস্তেষামবরজা মুপযেমে যথাবিধিঃ।

তস্যাং বদ্ধমনঃ কামে নিনায় বহুবৎসরম্ ।।১৯

অদুগুম্বা ভদ্রকির্ত্ত্যাদির, মঙা অসিগী মচনমুপি কির্ত্তীদা বৃষভানুদা বিধান কাইদনা অদুগুম্বি কির্ত্তীদা অদো লুহোংখে কির্ত্তীদগী মগং মশক মগুণ সমচং অদুদা বৃষভানুগী পুক্নিং লুপখিত্তনা অদুগুম্বা বর কন্যা (সম্ভোগসুখে মগ্ন হইয়া) চহি কয়া চৌখে ।।১৯

তস্যাং প্রজাক মহিষ্যাং নুরোমে রমণ পণ্ডিতঃ।
নলেভে তনয়ং রাজা বিষন্ন মনসো ভবেৎ ॥২০

অমুত্তগী কির্তীদাগী গর্ভদা মচা অমত্তং পামজবা অতুদগী ( রমণ পণ্ডিত ) বৃষভানুনা ( খানু ডেই তাঁহার সহিত স্বরতে রতহন ) খোঙ্গিশমজ্জং মতম কয়া হৌখে মচা ফংজে মরম অসিদগী বৃষভানু থোইদোক্না পুক্নিং ফুংঙাইতে ॥২০

ততঃ প্রকরসৌ তৌতু চিন্তা শোক পরিপ্লুতৌ।
অটণ্ডু মানৌ পুণ্যানি তীর্থান্যায়তনানিচ।
সরাংসি সরিতশ্চৈব ক্ষেত্রানি বিবিধানিচ ॥২১

অদুগী তুংদা য়ুম পানবগী মতম কয়া হৌখ্বা অহল ওইরক্লবা নিপা লুপি অনি অদো খল্লুবদা মতৌ অসুম্না অৱাবা ওইদুনা পুণ্য, তীর্থ, দেবালয়, অম্বাম্বা মানস, বিন্দু সরোবরনচিংবা গঙ্গানচিংবা মতৌ অসুম্না পরমেশ্বরা লৈবা পুণ্য ওইবা মফম কয়া কোইরগা চৎখি ॥২১

পর্যটন্তুভূরিরাজন্ দক্ষিণৈঃ সপ্ততন্তুভিঃ।
ইয়াজ পরমেশানাং মুণিভিব্রহ্মবাদিভিঃ ॥২২

অদুগী তুংদা বৃষভানুনা মচা পামজবগীদমক বেদ হৈবা ব্রাহ্মণ মুণিশিংগী থোঙদা হয়মেধ, অজমেধ, মতৌ অসুম্না চেং থোক্নদিংনচিংবা মা লুপা দক্ষিণা অম্বাম্বা যজ্ঞগী থোঙদা পরমেশ্বরবু পূজা তৌখি ॥২২

নচোপলেভে সন্তানং রাজা শোক পরিপ্লুতঃ।
মুমোহ ধরণী পৃষ্ঠে মৃতবৎ পতিত স্থলাৎ ॥২৩

দক্ষিনাগা লোইনবা যজ্ঞ লোইরে অদু ফাওবা মচা ফংজে মতম অদুদা রাজা অশাকা ওইদুনা খল্লু খল্লুরগা পৃথিদা শিবগুম্না মতম অদুদ বাস্থখে ॥২৩

তং বীক্ষ্য পতিতং ধাত্র্যাং মুচ্ছিতং কির্তীদা সতী।
পতিংরাজান মাহেদং বচনং হিতমা স্বনঃ ॥২৪

থোইদোকপা সতী ওইবি কির্তীদা মহাক্কি পতি মহারাজা বৃষাভনুনা পৃথিদা মাহতুনা লৈবা উরগা মহাক্কি ফজনবগীদমক বা হঙ্গংখি । ২৪

হে নাথ শরনং যাচি জগন্মাতারমম্বিকাম্।
সাচেৎ প্রসন্না তপসা বচসা মনসানঘ।
কর্ম্মনা নিয়মেনাপি বাঞ্ছিতার্থং প্রদাস্যতি ॥২৫

কির্তীদান বৃষভানুদা পেমজিন্দুনা হায়জখি— হে নাথ। কান্নদবদা যাথিরে যাবিন্নু হৌজিক নচা পান্নিরবদি জগন্মাতা অম্বিকাবু পূজা তৌবিয়ু নিংবিয়ু অমদি স্তোত্র পাঠ অমসুং পুক্নিংনা থোং ওইদুনা অর্থাৎ পরিচর্য্যা, মতৌ অসুম্না নিয়মা থোঙ ওইদুনা মতম অদুদা মহাক্কা পেনবিরবা অদু ওইরবদি মিতমা ইবুংঙো নহাক্কি অনিংবা ফল ফংগনি ॥২৫

তদন্যানাস্তি লোকেঽস্মিন গতির্ণ স্বাত্তনন্দনা ॥২৬

মহারাজ ! ইহলোক অসিদা মহাক্তি উপাই নত্তনা অতোপ্পা গতি লৈতে মহাক অহুদি পুন্নমক্তি চ্চদিগী মুংঙাইবা পিবিনি মরম অসিনা মাঙোন্দা চংজরবদি হৌজিক ঐখোয় অনিগী মঙ্গল ওইগনি ॥২৬

গোবর্দ্ধনাদ্রিপ্রবর পার্শ্বে কাত্যায়নীশুভা।

কালিন্দ্যাঃ স্বচ্ছতোয়ায়াঃ কচ্ছাস্তিকঃ বরেনৃপঃ। ২৭

কির্ত্তীদানা রাজা বৃষভানুদা হঙ্গংখি—হে নৃপ ! গিরিবর গোবর্দ্ধন অহুগী মনাক্তা মক্রুবা ঈশিং যমুনাগী মপাল পুক্লিং চুবা অথোইবা মফম অহুদা মঙ্গল পিবিগে হায়বগীদমক মহামায়া কাত্যায়নী মূর্ত্তি মফম অহুদা লৈংয় ॥২৭

নানামৃগ গনাকীর্ণো নানা পক্ষীনিনাদিতে।

মত্ত ভ্রমর সংঘুষ্টে লতাকুঞ্জ সমাবৃতে ॥২৮

হে রাজন ! মফম অদো পুক্লিং চুবা চাম্ব চাম্ব ওইবা তরু পাম্বি উরিনা য়েৎপা কয়ামুক কুঞ্জ য়ুম অকোইবদা মখন কয়াগী য়েংবদা নিংথিজবা শক্তি কয়া অয়াম্বা উচেক কয়া খোঙবা তাবদা মুংশিবা খোঞ্জেলনা নিল্লি ময়াই কাহুনা লৈহি চুপকদোবগী খোইমুনা অতংপা লৈতনা লৈ থিবিক্তা ওংহুনা কোইরি ॥২৮

চিদ্রূপা পরমেশানী পরমাবরদা নৃনাম।

তামারাধায় যত্নেন যদীচ্ছসি হিতং বরম্ ॥২৯

হে নাথ ! জিবা পুন্নমক্তী নিংবা পিনবী জ্ঞানগী মশক ( পরমা প্রকৃতি ) পরমেশ্বরী কাত্যায়নী দেবী। মফম অহুদা লৈয়ে অহু ওইরবদি ইবুংঙোনা ফজনবা তৌবিয়ু বর পাম্বিরবদি চংখোম্না যম্ব তৌনা মহাদেবী নিংবিয়ু ॥২৯

ব্রহ্মোবাচ।—এ তন্নিশম্য বচনং প্রিয়ায়াঃ প্রিয়মাত্মনঃ।

অনপত্যঃ সুদুখার্ত্তো জগম তপসেবনম্ ॥৩০

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা হায়খি—হে বৎস ! মচা ফংদবদগী ফওবা পামজবদা রারবা রাজা বৃষভানু মহাক্তি চান্নবি কির্ত্তীগী মচিন্দগী মহাক্তি পামজবা অহুগুম্বা রা তারবদা থিন্দনা অহুগুম্বা গোবর্দ্ধনগী মনাক্তা লৈবা বন্দা তপ তৌগে হায়না চংখে ॥৩০

কালিন্দ্যাঃ কচ্ছমভ্যেত্য অপঃ স্পৃষ্ট্বা শুচিঃ শুচৌ।

প্রানাপানৌ সমানোদানব্যানা নেক মানসঃ।

নিয়ম্য যতবাক্ স্বস্মিন্নাসনে বিশদচ্যুতঃ ॥৩১

নিংথৌ অদো পুক্লিংচুনা ফজবা যমুনা মপান ফংঙবদা অশেংবা ঈশিং শোকচবদা দেহা অদো শেংঙে অমতা ওইবা রাখন্দা মফম অহুদা চংখোম্না আসন্দা ফম্মগা মতুং অহুদা প্রাণ, অপান, সমান, উদান, অমসুং ব্যান, মুংশিং ফাজন্দুনা যতন তৌনা থোঙ থিংজন্নুনা বা ঙাংদনা লৈখে ॥৩১

অগ্নি কায়ো জলে বায়ুং জলমাকাশ চোন্নয়ং।
কুণ্ডলিন্যা সহাত্মানং সহস্রার সমুপানয়েৎ ।৩২

মহারাজ বৃষভানু মশা অকোইবা মৈনা ময়াইদা মুংশিং চাহনা লৈ ঈশিংদা কুম্মগা আকাশদা খুং থাঙ্গৎতুনা মুংশিং চাহনা লৈ অমুগী তুংদা চংখোম্না যোগম থোঙ ওইহনা কোক্কা লৈবাক্কা খোংনা মথক্কা হকচাং লেংদনা "জীব খাকে লইয়া) কোক্কা লৈবা থম্বালগী দল লিশিংগী ময়াইদা লৈবা পরমাত্মাগা লোইনহনা থম্মোইদা লেংদনা লৈখে ।।৩২

একাহারো নিরাহারো বর্ষং তোয়াসনঃ স্থিতঃ।
ফলমূল পয়ঃপর্ণ বায়ুভক্ষো জিতেন্দ্রিয়ঃ ।।৩৩

জিতেন্দ্রিয় বৃষভানু চহি অমা ঈশিংদা লৈ থা অনি উহৈ চাই থা অনি ঈশিং থকই, থা অনি উনা চাই, থা অনি মুংশিং চাই অমুম তোনা চহি অমা চাই, চহি অমা শুকচা চাদে অমুম্না দেবী নিংহনা লৈ ।।৩৩

পাদাঙ্গুষ্ঠেন বিষ্টভ্য ধরনী মূর্দ্ধবাহুকঃ।
উর্দ্ধমুখাক্ষ্য পাদৌ দ্বাবধস্কং সমুপানয়ৎ ।৩৪

মতৌ অমুম্না নিংথৌনা খোঙবিনা লৈপাক্কা নেংলগা পাম্বোম অনিনা য়াংনা থাঙ্গৎতুনা চহি অমা অতুদগী কোক্কা লৈপাক্কা খোঙনা অকাশদা অকিবা তপ তৌখি ।৩৪

অনয়চ্ছত্ত বর্ষানি রাজা নিয়ত্ত মানসঃ।
তত্তবর্ষশতে যাতে বাগুবাচা শরীরিনা।।৩৫

পূর্ক্লিং চংখোম্না রাজা বৃষভানু মতৌ অমুম্না অকনবা ব্রত চহি চাম্মা য়ানা থাওখে মতুঙ অতুদা মশাদি য়াউদবা য়ানা আকাশদগী শরৎপতিনা মাডোন্দা অমুম্না হায়রকই ।।৩৫

আভাষ্য বৃষভানুং তং নাদয়ন্তী নভস্থলম্।
বৃষভানো নিবোধেদং বচনং হিতমাত্মনঃ ।।৩৬

মহারাজ বৃষভানুবু থাগৎপা য়াহৈনা শরৎপতিনা মতৌ অমুম্না অমুকপা খোঞ্জেলনা মরম ওইহনা আকাশ থুঙনা কৌরকই হে বৃষভানো! নহাক্কি ফাননবদো ঐ হায়গে ঐনা হায়রিবা অসে তারো ।।৩৬

পথ্যং শ্রেয়স্করং বৎস কুরুষ্ব তদনন্তরম্ ।।৩৭

হে বৎস! অমুগী তুঙদা অহুঙবা মঙ্গল ওইনববগীদমক হায়রিবা ঐ অসে তারগা মত্তিকচাবা কর্ম্মা অদো তৌরো ।।৩৭

হরিনাম বিনা বৎস কর্মশুদ্ধির্ন জায়তে।
তস্মাৎ শ্রেয়স্করং রাজন্ হরিনামা নুকীর্ত্তনম্।
গৃহাম হরিনামানি যথাক্রম মণিন্দিতঃ ।।৩৮

হে বৎস! হরিনাম তাবা নত্তনদি জীবগী নাকোং শেঙদে মরম অসিনা খোইদৌক্ত মঙ্গল ওইননবগীদমক হরিনাম সোল্লো হে রাজন! হৌজিক তৌগদৌরিবা অমুগী মতুংইন্না নহাক্কা গুরুগী

নাকুগী হরিনাম লৌরুরো অর্থাৎ হরিনাম কংগুবগী তুংঙা অজোপ্প মন্ত্র পৌ অতুম তৌরবদি মহাক্কি নিংবা থুংগনি ।।৩৮

বৃষভানুরুবাচা ।—মাতস্তৎ কীদৃশংনাম হরিনাম্নেতি কির্ত্তীতম্ ।
যত্ত্বয়া জগতামস্যু স্বর্গা বলয়কারিনা ।
কৃপয়াবদ তং সর্ব্বং যথা তত্ত্বং যথাক্রমম্ ।।৩৯

আকাশবানী তারবদা বৃষভানু খুং লোন্নহুন্না দেবীদা হায়জখি । প্রথমে ভারথিনাম, দ্বিতিয়ে স্বরৎপতি, তৃতীয়ে স্বরদাদেবী, চতুর্থে হংসবাহিনী, পঞ্চমে জগৎদিক্ষ্যাত, ছষ্টে বাগেশ্বরীস্তথা, সপ্তমে কুমারিপ্রোক্তা, অষ্টমেবরদায়িনী, নবমে বুদ্ধিদায়িনী, দশমেব্রহ্মচারিনী, একাদমেচন্দ্রহাছ, দ্বাদশেভুবনেশ্বরি, হে মাত । নহাক্কি সৃষ্টি-স্থিতি-প্রলয়কর্ত্রী পরমাপ্রকৃতি ওইবি নহাক্ন অদুগুম্বা হরিনাম লৌরু হায়না ঐভোন্দা তাকপিরী অদুগুম্ব হরিনাম হায়বা অদো করিনো মতৌ অসুম্না মহাক্কি রূপ চাংদম হরিনাম লৌরু হায়না নহাক্না তাকপিরি অদুগী অরেপ্পা অদো ঐভোন্দা তাকপিয়ু ।।৩৯

ব্রহ্মোবাচ । ঈবিতাং গিরমাকন্য রাজা বৃষভা না ।
অবদদ্বাক্য মব্যগ্রা মেখ গম্ভারয়া গিরা ।।৪০

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা হায়খি—বৎস ! মহারাজ বৃষভানুগী হায়জবা তারবদা নোং খোঙবগুম গম্ভীর শব্দনা তপ্পা তপ্পা স্বরৎপতিনা অসুম্না হায়রকই ।।৪০

শ্রীদেব্যুবাচ ।—পুলিনে বিরজানদ্যাঃ পুন্যে দেবর্ষি সেবিতে ।
ক্রতুর্ণাম মুণি শ্রীমান স্তপসে তপতাম্বরঃ ।
তত্র ত্ব মহাবাহো হরিনামানি সংশৃনু ।।৪১

অদুগী তুঙদা ইবেম্মনা হায়রকই—হে মহাবাহো ! দেবর্ষি পুম্নমক সেবা তৌখ্রবা সুপুন্যবিরজা নদিগী মপান্দা শেংঙবা মফম অদুদা লাইনিংবা পুম্নমক্কগী অথোইবা লাইনিংবা মহামুণি শ্রীমংক্রতু তপ তৌদুনা লৈবনি নহাক্না মফম অদুদা চৎলগা মহাক্কি মফমদগী হরিনামগী মহিমা তাক্করো ।।৪১

ব্রহ্মোবাচ ।- নিপীয়বাক্যাম্মৃত আত্মানোহিতং ।
ত্যক্ত্বা তপোঘোরম মিত্র কর্ষণঃ ।
তুতোঃ সকাশং গতবাণক্ষনা দ্বিয় ।
শ্বসম্ সুদর্নো মুণি মৈক্ষতাশুচঃ । ৪২

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা হায়খি—বৎস ! হেক্কববু থুহুম চনবা মহারাজ বৃষভানুদা দেবীনা হায়খা মহাক্কি দেহ শেংননবগীদমক অমৃতগা মান্নবা পাওতাক তারবদা পুক্নিংদা যাম্না তোনব ওইদুনা যাম্না থুনা চৎদুনা ক্রতু মুণিগী নাক্তা থুংঙরে অরাবা ওইদুনা স্বর হোল্লোকখি তপ তৌদুম্ন লৈবা মুণিবু উন্নখি ।।৪২

অর্চ্চ্যামভ্যর্চ্চ্যমাসীনং মুনিং তং সংশিত ব্রতম্।
পপাত চরনোপান্তে দীর্ঘমুষ্ণং শ্বসং শুচা।
আহগদগদয়াবাগ; বৃষভানু মহা যশাঃ ॥৪৩-৪৪

যোগাসন্দা ফমহুনা অকনবা ব্রত তৌরিবা পুজা তৌফম ওইবা মুনিদা পুজা তৌরগা চরণ নাক্তা খুরমহুনা থোইদোক্লা অরাবা ওইহুনা (দীর্ঘ নিঃ শ্বাস) থাদোকখি মতুং অদুদা (মহাযশস্বী) রাজা বৃষভানুনা গদগস্বরনা মুনিদা অসুম্না হায়জখি ॥৪৩-৪৪

বৃষভানুরুবাচ।—পাহিপাহি মহাযোগিন্ শরণাগতপালক।
দীনানুকম্পিন্ দীনেশ নমস্তে ভগবন্মুনে॥৪৫

হে দীনেশ! হে মূনে! নহাক অসে মহাযোগীনি ননাইদি তোল্লবনি চংজরি চংজববু ঙাকপিয়ু হে ভগবন! ঐবু ঙাকপিয়ু ঐনা নংঙোন্দা খুরমজরি ॥৪৫

দীনং মামব বিশ্বার্য্য সাধবোদীনবৎসলাঃ ॥৪৬

হে বিশ্বার্য্য! অর্থাৎ জগৎ অসিদা অথোইবা ওইবা মহামুণে। সাধু পুম্নমক অতোনবশিংবু অতোনবনি খঙবিহুনা নহাক্লা ঐবু ঙাকপিয়ু ॥৪৬

ব্রহ্মোবাচ।—এবমীড়িত ঈড্যঃ সরাজ্ঞা মুণিবরস্তদা।
সান্ত্বয়ন্ শ্লক্ষ্ণয়াবাচ্য ভানুমাহ কৃপানিধিঃ ॥৪৭

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা হায়রকই—হে বৎস! থোইদোক্লা হায়জরবা খাকচবা লৈতনা মুনিদা, ক্রতুনা বৃষভানুবু পেনাবরগুনা নুংশিবা রাহৈনা তপথহন্দুনা মঙোন্দা হায়রকই ॥৪৭

ক্রতুরুবাচ।— মাভৈর্বৎস কুতোভাতি ভীরুত্বংমুপলক্ষয়ে।
কিমর্থং তপ্যসেরাজন্ কাস্তে চিন্তা হৃদিস্থিতা।
করোমিচ তবস্নেহাৎ যত্তপিস্যাৎ সুদুস্করম্ ॥৪৮

ক্রতু মুণিনা বৃষভানুদা হংখি বৎস! নহাক অসে কিনা উই করিগী কিরিবনো? কিগঞ্জু নহাক্লা করি মরমগী অদুক্কি মথৈ বারিবনো নহাক্কি থম্মোইদা অপান্বা অমগী অরাবা অমা উই অদু হায়বু ঐ অসে নহাক্কি নুংশিবা থৌরিনা পুল্লে থোইদোক্লা রারে মরম অসিনা নহাক্কি পুক্কিংনা নিংঙিবা অদে। চিংনরগনু অদু ওইরবদি অদু হায়দোক্লো করিগী চিংনরি ॥৪৮

বৃষভানুবাচ।—নাস্ত্যলভ্যং ত্রিভুবনে প্রসন্নেত্বয়িমে বিভো।
দেহিমে হরিনামানি যদি রেহনুগ্রহো ময়ি ॥৪৯

বৃষভানুনা ক্রতু মুনিদা থাগৎপা রাহৈনা পুক্কিংগী অপান্বা হায়জখি হে বিভো! অসিগুম্বা তোল্লবসিংগীদমক্তা নহাক্লা নুংশিবিরবদি অসিগুম্বা (ত্রিভুবন) ময়াইদা ফংঙোইদবা পোৎ করি লৈগদগে? মতম অসিদা ঐঙোন্দা নহাক্লা নুংশিবিবা তারবদি কৃপা তৌবিহুনা ফংঙমল্লবা হরিনামবু ঐঙোন্দা পিনবিয়ু ৪৯

শরনায়নমস্তে তু প্রসীদ বিশ্ববিন্মুনে ॥৫০

হে বিশ্ববিৎ মুণে। অসিগুম্বা সংসারগী বিষয় পুম্নক অসে মঙ্গক্তি পুম্নমক খণ্ডবিরিবনি। চংজরকপনি ভাকপিয়্ ইবুংঙো নংঙোন্দা খুরমজরি থ্রৌগী ইথমদা মুশিল্লিন্ন ॥৫০

ক্রতুমুণি বৃষভানুগী রা তাবদা কৃষ্ণ শোল্লুনা মিং উইশিনখি হাখল তৌখি কৃষ্ণগী রাম পিযা রাত্রা রাদবা মীয়া সম্মোহন তন্ত্রদা মহাদেবনা দেবীদা হায়খি। নন্দাতত্ম্যং, নদাতত্ম্যং, নদাতত্ম্যং, কদাচন দেয়ং শাস্তায় শিষ্যয় বিষ্ণুভক্ত রতায়চ। মহাদেবগী মুখবানি কিবদগী ধাম তৌখি তৌরকদোম্বিবা, তৌরিবা, লোইখ্রবা, পুম্নমক উখি কৃষ্ণ শোল্লি কৃষ্ণগী লীলাগী দমক ইবেল্লনা মহাক্তি মচা ওইনা জন্ম ওইগদৌরি অদুদা মহাক্তি মশা শেংদ্রি মহামন্ত্র ফংদ্রি অদুনা ওইরে কৃষ্ণ শোল্লুনা মিং পাংথোকই।

ব্রহ্মোবাচ।—প্রসন্নরূপ পাথো জানমঃ সমুনি সত্তমঃ।

প্রণম্যায় প্রসন্নোদাদ্ধরিনা মান্যসুক্রমাৎ ॥৫১

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা হায়খি। হে বৎস! ফুশাইনা শাংপা খদ্বাল অভাংবা মানবা মুণিগী মাইথোং ক্রতুগী চংজরকপা বৃষভানুগী হায়জবা অদুদা পেনবিদুনা বৃষভানুদা হরিনাম পিখে, মতৌ অম্মুম্না মওং অম্মুম্না নাম জপ করিতে হয়, অদুম্না হায়দুনা পিখে ॥৫১

লোমর্হষণ উবাচ।—যত্ত্বয়া কীর্ত্তিতং নাথ হরিনামেতি সংজ্ঞিতম্।

মন্ত্রব্রহ্মপদং সিদ্ধি করং তদ্বদ নং বিভো ॥৫২

লোমর্হষগী মচা সূতনা বেদব্যাসদা অমুক হয়না হংজখি—হে বিভো! হে নাথ দ্বৈপায়ন মহাত্মা হরিনামবু সাধক তৌজবদা ব্রহ্মাগী মশক ওই হায়না অদুগুম্বা মহামন্ত্র কীর্ত্তন তৌরি হৌজিক অদুগুম্বা সিদ্ধি ওইবা মন্ত্র অদো করিনো? মদো ঐঙোন্দা কৃপা তৌবিদুনা তাকপিয়্ ॥৫২

দ্বৈপায়ন উবাচ।—গ্রহনাযদস্য মন্ত্রস্য দেহী ব্রহ্মময়োভবেৎ।

সত্তঃ পূতঃ সুরাপায়া সর্ব্ব সিদ্ধিযুতো ভবেৎ ॥

দ্বৈপায়ন হায়খি—হে বৎস সূত! মহামন্ত্র হরিনাম ফঙজবদা জীবগী মপোক্তা (ব্রহ্ম ময় হয়) সুরাপান ওইবা মী কয়া হরিনাম ফঙজবদা শুদ্দক অদুদা মশা অদো শেংডি মতৌ অম্মুম্না পুম্নমক্তা মঙ্গল ওই। ৫৩

তদহং বোত্তিষ্যাম্মি মহাভাগ বতোহসি ॥৫৪

হে বৎস! নহাক অসে লাইবক ফবা ওইদা অর্থাৎ ভক্তা অথোইবনি মরম অদুনা অসিগুম্বা মহামন্ত্র হরিনামবু হংডি তারো হায়রগে ॥৫৪

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।

হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে ॥৫৫

মথেক কুম্ভানিথোইনা তিনবা ভগবানগী নাম তরাতরুক সম্বোধন অহানবদা শোল্লপদবা ওই পুম্নমক্তগী অথোইবা ওই হরি হায়বা খোম্থোক অসিনা মঙ্গলগী মশক্রি আত্মাগী অথোইবা মঙ্গলনি

লোঙবদা অসিবগী মশক অবঙল মাংভি অরেপ্পা ধর্ম্মা কংভি অয়াম্বা ম্নগৎ অসিদা আম্বাগী মরি ওইবা মহাত্মা ( কৃষ্ণপদে বাচ্যহন ) ( রাম শব্দ আত্মাবাচক ) তিননাম্—সত্যস্বরূপ, জ্ঞানস্বরূপ, আনন্দস্বরূপ, সত্যস্বরূপ হরিনাম, জ্ঞানস্বরূপ কৃষ্ণনাম, আনন্দস্বরূপ রাম নাম, নাম অহুম শুই ময়েক অনি অনিনা অমমম সেমমি ।।৫৫

মহামন্ত্র অসে, হরে নিপারি, কৃষ্ণ মরিনি, রাম মরিনি, হরে নিপান আর্থ মানৈ কৃষ্ণ মরি আর্থ মানৈ রাম মরি আর্থ মানৈ হরে এই দুইটি বর্ণ আছে। কৃষ্ণ এই দুইটি বর্ণ আছে। রাম এই দুইটি

( 'হরে' )

'হ' কারঃ পিঙ্গলবর্ণঃ সর্ব্ব বর্ণ বয়ো তমঃ
জ্ঞানা জ্ঞান কৃতং পাপং 'হ' কারো দহতি ক্ষনাৎ ।
'রে' কারো রক্তবর্ণঃ স্যাৎ গোপালেন নিরূপিতঃ ।
গুর্ব্বঙ্গনা কৃতং পাপং রেকারো দহতি ক্ষনাৎ ।
'হ' হায়বা অসে মচু য়োঙ মচুনি শোঙবদা খঙনা তৌবা পাপ খঙদনা তৌবা পাপ কোকই ।
'রে' হায়বা অসে মচু অঙাংবনি কৃষ্ণ কংনবগী থোঙনি শোঙবদা গুরু পত্নী গমন ওইরুবগী দোষ কোকই ।
কৃষ্ণমন হরে যেই আহ্লাদ রূপিনী ।
'হরে' শব্দে হয় সেই রাধা ঠাকুরাণী ।।

কৃষ্ণগী পুক্লিং হুই আহ্লাদগী মশক্তি হরে হায়বা অসে শ্রীমতি রাধানী ।।

( 'কৃষ্ণ' )

'কৃ' কারঃ কজ্জলবর্ণঃ সংহরে দুপাতকং ।
গতি-শক্তি রতি প্রেম কৃকারো জায়তে ক্ষনাৎ ।।
'ষ্ণ' কারো লোহিত বর্ণঃ নরকাদুদ্ধ রেন্নরম্ ।
তজ্জন্মার্জ্জিতং পাপং ষ্ণ কারো দহতে ক্ষনাৎ ।

'কৃ' কারঃ হায়বা অসে মচু অমুবনি শোঙবদা পাপ কোকই গতি, শক্তি, রতি, প্রেম, পাম্না শোম্নগা মুংশিনকই ।

'ষ্ণ' কারঃ হায়বা অসে কোদি মচুনি শোঙবদা নরক তাদে অদুত্তা নত্তনা মপোক কয়াদা তৌরকপা পাপ কোকই ।।

'কৃ' আদি গোপি গণের রমপুষ্টি করে ।
অতএব কৃষ্ণ নাম বলি যে তাহারে ।।

'কৃ' হায়বা অসে গোপী পুম্নমক্কি ম্না লুপা হায়বা লুবাক্কী মতৌঙম্না বৃন্দাবনদা লৈবা মী মণ উটেক পুম্নমক্কী প্রেম থম্বি হায়বদগী কৃষ্ণ ।।

## ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ

("রাম")

'রা' কারো গৌরবর্ণশ্চ বহ্নিশক্তি ভবেৎ ধ্রুবং।
যদি গৌরঃ কৃতং পাপং "রা" কারো দহেৎ ক্ষণাৎ॥
'ম' কারো জ্যোতি রূপশ্চ নিরঞ্জণ সদা স্থিতঃ।
মিথ্যা বাক্যং কৃতং পাপং "ম" কারো দহতি ক্ষণাৎ॥

"রা" কারো হায়বা অসে অঙৌবা মচুনি উত্তম শক্তিনী লুমিংত্তা থাদ তৌরবা পাপ শোঙ্খবদা কোকই।

'ম' কারো হায়বা অসে লেঙদবা মঙালগী মশক্তি ওইবা অংবেগী দোষ শোঙ্খবদা কোকই।

রাধিকার সঙ্গে সদা, করয়ে রমণ।
অতএব রাম নাম কহি যে কারন॥

রাধিকাগা শান্নবদগী পোৎথাই মরম অদুনগী রাম কৌই।

### নাম অহুমগী মচু তরক

হরিনাম হায়বা অসে জীব অতে তাহন্দনা ইথস্তা শোল্লগা মহামন্ত্রনি জীব পুম্নমক তানবা খণ্ডনবা শৌল্লপা হরিনাম মহাসংকীর্তন ইথস্তগী কান্নবা শোল্লগা হরিনাম কবচা কৌই।

### হরিনাম কবচা

পাতু মে হরে মুর্দ্ধনি সর্ব্বপাপ বিমোচনং।
কণ্ঠস্যপাতু মে কৃষ্ণ কপ্‌ফপাত বিনাসনং।
দক্ষিণ কর্ণে হরে পাতু হরি গুণ শ্রবনং
বামকর্ণে কৃষ্ণ পাতু কৃষ্ণসদা শ্রয়ণম্।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ দুই চক্ষু কৃষ্ণ মুর্ত্তি সুদর্শনং।
নাশাগ্রেপাতু মে হরে হরি গন্ধ আর্কষনং।
মুখাগ্রে পাতু মে হরে হরি গুণ সুকীর্ত্তনং।
বাহুযোগে হরেরাম হরি সেবন কারনং।
অধোযোগে হরেরাম পাতকাদি রক্ষনং।
রাম পাতু সুষুম্নস্য বায়ুবিষং বিনাসনং।
পিঙ্গনাস্য রাম পাতু অগ্ন বিষং বিনাসনং।
ইড়ানাস্য হরে পাতু জল বিষং বিনাসনং।
নাভিদেশে হরে পাতু অবমৃত্যু বিনাসনং।
অগ্নকুণ্ড ন জায়তে অস্ত্র শস্ত্র রক্ষনং।
জীয়ন্তে প্রেমভক্তি সদা ভবেৎ জনং।

ওইবা পাপ ওইরুনস্রু অসিগুম্বা হরিনাম সংকীর্তনগী গুণনা অথোইবা মুক্তি ফংজি মরম অসিনা অদোম লৈবা পণ্ডিতসিংনা মতম পুম্নমক্তা হরিনাম সংকীর্তন তৌরি ।।৬০-৬১

বিদ্বেষাধপি গোবিন্দং দমঘোষা ত্মজঃ স্মরন্।
শিশুপালো গতঃ স্বর্গং কিং পুনঃ তৎপরায়ণঃ ।।৬২

দমঘোষগী মচা শিশুপালনা ভগবানবু য়েক্নবনী খল্লি কাওবা লৈতনা কৃষ্ণ কাওজবদগী বৈকুন্থ ফংখি গোবিন্দবু নুংশিনা নিংজরবা হরিবু কাওজরবা মী খিবিক অদুদি করি হায়গনি ।।৬২

বেদব্যস উবাচ।—ইত্তি মন্ত্রং প্রদায়ৈব তদাসত্তপবান্ ক্রতুঃ।
ইদমাহবচঃ পথ্যং ভূয়োহরি মনুস্মরন্ ।।৬৩

বেদব্যাসনা লোমহর্ষদা হায়খি—বৎস! মতম অদুদা মত্তিক চাওবা ক্রতু মুণিনা বৃষভানুদা অদুগুম্বা মহামন্ত্র ওইবা হবিনাম পিখে, অমুক হল্ল হরিবু নিংজদুনা বৃষভানুদা অদুগুম্বা মহামন্ত্র ।।৬৩

শাক্তোবা বৈষ্ণবো বাপি সোরোবাশৈব এববা।
গাণপত্য লভেৎ কর্ণশুদ্ধিং নামানুকার্ত্তনাৎ।৬৪

বৎস! চন্দান অমদি বৈষ্ণবন কবিন সূর্য্যো পূজা তৌবা অমনা শৈব কয়ম্বা গনেশ নিংবা অসিগুম্বা মত্তা অসিগী দীক্ষাগী বিষয়দা হরিনাম ফংদনদি নাকোং শেংদে কাম্নদে অর্থাৎ পুম্নমক্কি অহানবদা হরিনাম দীক্ষা নত্তনা অতোপ্পা মন্ত্র লৌয়োইদবনি মরমদি নাকোং শেংদে কাম্নদে মরম অসিনা মন্ত্র পুম্নমক মহৈ ফংদে ।।৬৪

যস্তকর্ণপুত্তে রাজন্ নবিশেদ্ধরিনামকম্।
শবত্ত কর্ণৌ তাবেব বিষ্টেশুদ্ধিমিত্তো ব্রজেৎ ।।৬৫

হে রাজন্! মহাক্কি নাকোংদা হরিনাম ফংজ্রিবমথৈ মহাক্কি অদুগুম্বা নাকোং অনিদো তিল মখুনগুম্মি শেংদে অমুক হন্না হরিনাম চংওগা শেংজি অর্থাৎ অদুক্কি মথৈ হরিনাম দীক্ষা তৌজ্রিবা মথৈ নাকোং অদু শেংদনা লৈ ।।৬৫

ক্রতুরুবাচ।- অতঃ পরং মহাবাহো জপবিত্যাং সমাহিতঃ ।।৬৬

রাজা বৃষভানুদা ক্রতু মুণিনা হায়খি হে মহাবাহে! নংগোন্দা অসিগুম্বা হরিনাম পিরবা অসিনি মতুং অসিদা নহাক্কা পুক্নিং তপ্পা বিষ্ণামন্ত্র জপকর। অসিনা মরম ওইদুনা নহাক্কি নিংবা পোইদনা থুংগনি ।।৬৬

ব্রহ্মো বাচ।—আমন্ত্র্যাভার্চ্চ সংস্তুয় প্রণিপত্যাচভূসুরম।
ভক্তিনম্রাত্ম মতিমান্ বৃকো মত্নুজপন দ্বিজ ।।৬৭

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা হায়রকই - হে দ্বিজ! পুকচেন শেংডবা বৃষভানুনা ক্রতু মুণিবু পূজা তৌরগা থাংওইননা খুরমজুনা হারজরগা মহাক্কি ঐক্তা লৌরগা অমুকহন্না খুরমজুনা থুংভাইবনা মথা অদু হরিনাম মহামন্ত্র লোল্লদুনা মকম অদুদগী চংখে ।।৬৭

কালিন্দ্যা স্তটমাগত্য জজাপ পরমং মনুং।
ততঃ কতি পয়স্যান্তে কালস্য পরমং কলা।।
পরিতুষ্টা জগদ্ধাত্রী প্রসন্না পঙ্কজা ননা।
আবারাসীন্মহা মায়া ব্রহ্মরূপা সনাতনী।।৬৮

মতুং অমুদা রাজা যমুনা মপাঙ্গা থুংঙরমুনা শ্রীরাধাগীদমক অমুগুম্বা পরম মন্ত্র শোনবা হৌখে মতুং অমুদা অরাবা ওইরবা মুমিং তারমদাই থোইদোকপা মতান্না মাগী ওইবি মূলপ্রকৃতি ফুগাইনা শাংপা থম্বালনা তমজনি ও ই ওইবা মাইথোং জগন্মাতা কাত্যায়নীনা নিংথৌগী মফমদা পেনবিমুনা ফোংদোকখে অমুগুম্বি ইবেম্মা অদো অরেপ্পা ব্রহ্মনি সনাতনী মহামায়ানি।।৬৮

সবীক্ষ্য ভাসতীং ভাসা মহত্যা জগদম্বিকাম্।
পরমাং ভক্তি ভাবায় নম্রস্কন্ধ শিরাব্বকঃ।
প্রণনাম প্রহর্ষাব্ধি সংমগ্নো হস্তৌ যাদিশ্বরীম্।৬৯

পুকচেন ফজরবা বৃষভানু অদো জগংকি মমা ওইরাব ইবেম্মবু মাংদা উজবদা মুংঙাইবগী সমুদ্রদা তাওমুনা ভক্তি তৌমুনা ভক নোম্থন খুরমখি মতৌঃ অসুম্ন হরাওবগী সমুদ্রদা ইরুজমুনা দেবিবু স্তব করিতে লাগিলেন।।৬৯

বৃষভানুরুবাচ।—রূপংতে জগদম্বিকে পরমকং বাচাবর্ণ্যং করেঃ।
সূক্ষ্মাং সূক্ষ্মতরং যদত্র প্রপয়া সংদর্শিতংতদ্ধ্রুবা।
কিংবর্ণ্যং তব সাম্প্রতং মুরহরাভীষ্টপ্রদে মুক্তিদে।৭০

হে জগজ্জননি! হে মুক্তি পিনহৈবি নহাক্কি আসগুম্বা থোইদোকপা রূপ উজরে অসিদা হায়জবা ঙম্মরোই অর্থাৎ রচনা 'না' মরম ওইমুনা হায়জবা কবিশিংনা ঙমমোই নহাক্কি খঙবা ঙমদবা অথোইবা রূপ কবিগুম্বদা কনানা নিংবদা খংবা ঙম্মোই নহাক্কি মহিমা অমুদি লাপখে ব্রহ্মানা খঙদে ব্রহ্মাদগী অহানবনীনা অরেপ্পা খঙবা ঙম্মোই মুরকোব হিংচাববু হাংপা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী নিংবা পিনবীনি ঐদি থোইদোক্লা বুদ্ধি লৈতবনি ঐনা করম্না বর্ণ তৌবা ঙমগদগে ঙম্মরোই।।৭০

জীবো বাকপাততাং গতোন্ন যদনুধ্যানাত্তথাম্ভোরুহ।
যোনিস্তং পরমং নিধায় চহৃদি প্রাজাধিপত্যংগতঃ।
বিষ্ণুঃপতি সুরেশ পূজ্যচরণ ত্রৈলোক্যমেতং সুখম্।
ত্বাংনমাম্যহং জগদীশ্বরি ত্রিজগতাং মাতর্নমে ভক্তিতঃ।।৭১

হে জগদীশ্বরী! নহাক্কি অসিগুম্বা রূপ নিংজবনা লাইগী গুরু বৃহস্পতিনা বাকপতি ফংখি ব্রহ্মানা মচাক্কি খঙবা ঙমদবা রূপ হৃদিদা থমজমুনা অসিগুম্বা ত্রিজগৎ সেম্মগা প্রজাগী মপু ফংখি নহাক্কি পাদযুগল পূজা তৌজবদগী লাইগী মপু ইন্দ্র ত্রিলোকৈশ্বর্য্য ফংখি জগংকি মপু বিষ্ণুনা জগৎ পালন তৌখি মতৌ অসুম্না নহাকপু খুরমজবদগী মখন মখা অয়াম্বা মুংঙাইবা চিঞ্জাক চাবা ফংখি 'হে ত্রিজগতাং মাতঃ! মরম অমুদগী ঐনা অতৎপা লৈতনা ভক্তিতনা নহাকপু খুরমজরি।।৭১

ভক্তিহীনস্য মূর্খস্য দীনস্য ভুবনেশ্বরি।
দর্শিতং মে পদাম্ভোজং ত্বয়ানুগ্রহকা ভক্তয়া ।।৭২

হে ভুবনেশ্বরি! ঐদি তোম্লখনি ভক্তিশূন্য খঙ্গদে অপাংখনি অরেম্লদি দুংশিবিম্ বোঝাবিদুনা নহাক্কি পাদপদ্ম উক্সবা ফংজরে ।।৭২

স্তবং পাপৌজপাদেষু মুমুর্দ্ধ্ন ভ্রমরায়িতঃ।
আস্তাং সদপদাজ মকরন্দ পিপাসয়া ।।৭৩

হে মাতঃ! শুদ্ধ মে স্বরূপ ফংভমদ্রবা চয়োণ খঙ্গাজ অমিব খোইমুবী মতৌওয়া খৌমাজনমা ঐমী অমিগুম্বা কোকথক্লো পিনবিম্ পদরেণ অদো ফংজদুনা খোইমুগুম লৈবা ওইজগে ।।৭৩

অগম্যাং তপসা বাচা কর্ম্মনা মানসেনচ।
দর্শিতং কৃপয়া মহ্যং নমস্তে ভক্তবৎসলে ।।৭৪

হে ভক্ত বৎসলে! তপস্যা মরম ওইদুনা যাইহৈ কর্ম্মনা অহু নত্তবা পুক্লিংমা মরম ওইদুনা নহাক্কি অমিগুম্বা রূপ ফংবা হায়বা অসে ওইথোক্তবনি অশেংবদি দুংশিবিদুনা ঐতোন্দা দর্শং পিবিবনি মরম অমিদনা ইমাবু ঐনা খুরুমজরি ।।৭৪

নমস্তে জগদাধারে জগতাং মোহকারিণী।
ন যথা মোহয়েন্মায়া মাং তে বিশ্বেশ পুজিতে ।।৭৫

হে জগৎকি তুংনফম ওইবি দেবী! নহাক্ক জগৎ ভকহল্লি জগৎকি পূজা তৌকম ওইবি নহাক্কি খঙবা ভমদবা মায়া ঐতোন্দদি ভক্রে ইমাবু খুরমজরি ।।৭৫

নমামি তে পাদপঙ্কজে দেবা বিষ্ণু পুজিতে।
নমস্তভ্যং মহেশানি মামনাথঃ মহেশ্বর ।।৭৬

হে দেবি! নহাকপু বিষ্ণুনা পূজা তৌখি নহাক্কি চরণ অ'নদা ঐনা খুরমজরি হে মহেশ্বরি! হে মহেশানি! ঐদি অতোনবনি চংজফম লৈজদে ভাকপিনিংভাই লৈজদে ঐবু ভাকপিম্ ইমাদা ঐনা খুরমজরি ।।৭৬

শরণাগতদীনার্ত্ত পরিত্রাণ পরায়ণে।
সর্ব্বধারা নিরাধারা সাধারা ধরণীধরে ।।৭৭

সংসারগী অবাবদা তারবা তোক্সবা চংজরকপা জীববু কনবি নহাক্কা হে দেবি নহাক অসে পুম্নমক্কী তুংনুফম্মি অমস্তং নহাক্কা য়োকচবিনী (কিন্তু আধেয়রূপে আধারযুক্তও কদাচিৎ) নহাক্কা পুম্নমকপু য়োকচবি ওইদুনা য়োকপিম্ ।।৭৭

বেদবিদ্যাধরাধারো নমস্তে বিশ্ব পুজিতে ।।৭৮

হে দেবি! নহাক অসে লাইহরিক মহৈশ্ব তুংনফম্মি মতৌ অমুম্মা বেদবিদ্যা হৈবিনি আধারস্বরূপ। নহাকপু জগৎনা পূজা তৌরি নহাকপু খুরমজবি। ৭৮

ব্রহ্মোবাচ।—ইতি সংস্তুয় সংভূয় প্রণম্যাভ্যর্চ্চ্য ভক্তিতঃ।
কৃতাঞ্জলি পুটশ্চাসীদ্রাজা পূর্ণ মনো রথঃ ॥৭৯

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা হায়খি— বৎস। রাজা বৃষভানু মহাক্কি অনিংবা থুংঙতুনা মথল কয়া দেবীগী মাংদা স্তুতি তৌড়ুনা হয়া হয়া খুরমতুনা অমসুং ভক্তিনা পূজা তৌরগা খুংলোয়তুনা লৈখি ॥৭৯

শ্রীদেব্যুবাচ।—প্রসন্না তে বৎস যত্নৈস্তপসা চ সপর্য্যয়া।
ভক্ত্যা ক্ষান্ত্যা দমেনাপি স্তোত্রেণানেন বৎসকঃ ॥৮০
বরদাতে বরার্হস্ত বয়ং বরয় বাঞ্ছিতম্ ॥৮১

দেবীনা বৃষভানুদা হায়খি—হে বৎস! নহাক ইন্দ্রি খুতুম চনবনি তপতা পূজাদা ভক্তিদা তাকপিবদা গুণদা যোগদা মতৌ অমুয়া স্তুতিদা রাহৈদা ঐবু পেলহল্লি মরম অসিনা নহাক ঐগী বর পিনবা মফমনি ঐনা নঙোন্দা বর পিরগে নহাক্কা ঐঙোন্দগী অপাম্বা বর লৌরো ॥৮০-৮১

বৃষভানুবাচ।—প্রসন্না যদিমে দেবী কিমত্যাপি জগত্রয়ে।
দুর্লভং ত্বৎ পদাম্ভোজ শরণস্থ গতেনসঃ ॥৮২

বৃষভানু দেবীগী চানবিবা রাহৈ তারবদা ভকপদগী মিং পাংথোক্কুনা হায়জখি—হে দেবি! মতম অসিদা ঐগীদমক ইমা নহাক্কা মুংশিবিরবদি অসিগুম্বা মরোন অহুমদা ঐগী হায়জনিংঙাই লৈত্রে মরম অতুনা ইমাগী পাদপদ্মাদা চংজবদগী ফংভিবা অসে থোইদোক্কা ফংঙমদবনি ॥৮২

সর্ব্বস্বাস্তাসি মে স্বাস্ত গতং জানাসি মাং কথম্।
বিড়ম্বয়সি বাগ্‌জালে দেহি দেয়ো বরো যদি ॥৮৩

হে দেবি! নহাক্কি পুয়মক্কি অন্তঃ করণগী মশক্কি অমসুং অয়াম্বা জিবগী নিংবা খঙবিবনি ঐগী ইন্দ্রিগী অনিংবা অপাম্বা খঙবিফম থোকই নিত্রবসু তাকপিবা য়াথংনা থোঙ ওইতুনা করিগী অমুকহন্না তপংবিরি বন মতম অসিদা পিবিগে হায়রবদি ঐগী হৃদয়গী অপাম্বা বর ঐঙোন্দা পিবিরো ॥৮৩

ব্রহ্মোবাচ।—এবমাভাষিতং বাচমাকর্ণ্য জগদম্বিকা।
দিব্য মহস্র সূর্য্যাভং প্রদয়ান্তরগাং ক্ষণাৎ ॥৮৪
বৃষভানু র্মহাতেজা সংহৃষ্টো গৃহমাযযৌ ॥৮৫

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা হায়খি—হে বৎস। জগৎকি মমা ওইবি দেবীনা বৃষভানুগী ভক্তিগা লোইনবা হায়দোক্কপা রাঙাং তারবা তুংদা সুমিং লিশিংগুম্ব লংবা মঙাল্লা তিনবা মতুম্ অমা মহাক্কি মথংতা পিরম্নগা খঙহৈদনা মাংখে। মহাতেজা রাজা বৃষভানু অদুগুম্বা মতুম ফংজবদা হরাওখ্রুনা মকম অতুদগী চংখে ॥৮৪ ৮৫

মতাং অসিদা ব্রহ্মাণ্ড পুবাণগী রাধা হৃদয় কৌবা ব্রহ্মাগা সপ্তর্ষিগা ঙাংনবা বৃষভানুনা বর ফংবা দেবীদগী তরুকশুবা অধ্যায়ঃ লোইরে। ৬

---

## সপ্তম অধ্যায়ঃ

# শ্রীমতি রাধিকাগী পোকপগী ৱারি

ব্রহ্মোবাচ।—কীর্ত্তিদা মহিষী তস্যাৱত্নালঙ্কমাশ্রিতা।
নানায়ত্নৌঘ সংছন্না সখিকোটি বৃতাসদা ॥১

অগৎকি মপু ব্রহ্মান আঙ্গিরাদা হায়খি—বৎস! তারো রাজা বৃষভানু দেবীগী কৃপাদগী ফঙবা দিম্ব অদো পিগে হাযনা লাকপা মতম কীর্ত্তিদা অচুদি অম্নাম্বা ফিজেৎ লৈতেংহনা মসাদা মতম পুন্নমক্তা সখিশিংনা কোইশিন্দুনা শৈজ্যাদা চেপতুনা লৈবা মতম ॥১

দিব্যাম্বর পরাধানা দিব্যগন্ধানু লেপনা।
অনবদ্যোর বয়বৈমৃগশাবক লোচনা ॥২

অচুগুম্বি রাজমহিষী কীর্ত্তিদা দিব্যাবস্ত্র ছেত্লি ইল্লিবী দিব্যগন্ধা মশাদা লৈতেংঙিবি মুংঙাইনা মমান্নবিশিংগা লোইনচুনা শজিগী মিৎয়েংগুম নিংথিজরি। ২

আয়ান্তং রাজানাশোক্যং পতিং সাব্রীড়িতাননা।
ঘোরেন তপসা ক্লিষ্টং হৃষ্টং মলিনং বাসসং।
ধুলিধুসয় সর্ব্বাঙ্গ মুক্তস্থৌ সম্ভ্রমাত্তদা ॥৩

মহাবাণী কীর্ত্তিদা রত্নগী শৈজ্যাদা মনাই পুন্নমক্তা সেবা তৌহনা লৈবা মতম অচুদা রাজা বৃষভানু দেবীনা পিবা দিম্ব পাইহনা মমুমদা লাকুনা থুংঙরে অকিবা তপ তৌরুবগী মঙ্গেং তাবনা মশা অদো অমোংপনা লৈতেংঙি মতৌ অমুম্না মঞ্জুনব ফি শেংপা অমসুং হরাওজবা মবুংঙো মুমদা থুংঙরে তাবদা য়েংগে হায়না মহারাণী মতম অচুদা আসন্দগী ইকাই থুম্না হৌগৎপা ইকাইখচুনা মহাক্কি মাংদা লেপখে ॥৩

তামদ্বীক্ষ্য বিশালাক্ষীং বিশাল জঘনো রুকান্।
উত্তুঙ্গোরু স্তন তপ্ত কাঞ্চণাং সমদ্যুতিম্।
তস্যাহস্তে তদ্বাভানুঃ প্রদদৌ দিম্বযুত্তমম্ ॥৪

ৱাজা বৃষভানু কীর্ত্তিদদা য়েংঙি। রম্ভাতরুসদৃশউরু ও বিস্তীনজঘনা উচ্চতর গুরুস্তনী। মহি চেনবা স্নাগী মচু মানবি মহাকি চান্নবি কীর্ত্তিদবু মাংদা লেপ্লা উবদা দেবীগী কৃপাদগী ফংবা ডিম্ব অদো মতম অচুদা মহাকি মখুৎতা পিখে ॥৪

বাহুমাগৃহ্য তড্ ডিম্বমবেক্ষচ মুহুর্মুহুঃ।
বিস্ময়ং পরমং লেভে তদা সা বরবর্ণিনা ॥৫

মতম অচুদা কীর্ত্তিদান পান্থোম থাঙ্গৎতুনা নিংথৌদগী দিম্ব অদো লৌথি মওান্না তিল্লি হম্ন হঙ্গী য়েংবদা থোইদোক্লা ওকখে ॥৫

নানোরুগন্ধং তভ্ডিম্বং সর্ব্বশক্তিসমুজ্জ্বলন্।
কোটি সূর্য্য সমং ভাসা ভংকণাত্তস্বিধাভবৎ ॥৬

অহুগুম্বা ডিম্ব অদো অহুঙ্করানা তিল্লি মমমসু অথোইবনি শক্তি পুন্নমক্তা তিল্লি পুমলং লংতি ভুমিং কোটিগুম্বা ভাল্লি য়েংন য়েংন খুদক অতুদা অহুগুম্বা ডিম্ব অদো কাইরে ॥

পুণ্যগন্ধ বহো বায়ুঃ প্রসন্নাশ্চ দিশোদশ।
প্রসন্নঃ সলিলা ধারাঃ প্রসন্নাশ্চ মনাংসিনঃ ॥৭

ডিম্ব অদো কাইবা কান্দা অশেংবা পুক্লিং হুবা মনম পুতুনা সুংশিংনা শিংলরে মাইকৈ ভন্না অমকপা লৈত্রে পুখি ভুরেল সমুদ্র অসিনচিংবা ঈশিং লৈবা পুন্নমক অমকপা লৈতে পুমলং লংতি মতৌ অসুম্মা জিবা পুন্নমক্কী পুক্লিংসু থোইদোক্লা সুংডাইবা মতম ॥৭

আসীন্নির্ম্মল মাকাশং যথুদ্দৃষ্টাসমংতদা।
দেবদানবগন্ধর্ব্বা যক্ষরাক্ষস পনাগাঃ ॥৮

আকাশ অকোইবসু অমকপা লৈতে অমনা ফত্তবা গ্রহ পুন্নমক মাগী মাগী অকবা মকমদা লৈখে দেব দানব গন্ধর্ব্ব যক্ষ রাক্ষস অমসুং ভুজঙ্গ পুন্নমক আকাশদা তিন্দুনা লৈখে ।৮

বিদ্যাধরাপ্সরঃ সিদ্ধসাধ্য ভৈরব কিন্নরা।
খগাঃ পিশাচ দৈত্যয়া নাগাঃ ক্রুরত রাদয়ঃ ॥৯

বিদ্যাধর, অপ্সর সিদ্ধ, সাধা, ভৈরব, কিন্নর, মতৌ অসুম্মা লিলনচিংবা উচেক্কি মপৈ পিশাচ দৈত্য অমসুং অতুক্কি মখৈ ক্রুরতর জিব পুন্নমক লাকুনা তিল্লরে ॥৯

অহংবিষ্ণুর্ভাহা বিশ্বে দেবাশ্চ অশ্বিনাবপি।
গ্রহনক্ষত্র ভুতানি বায়বঃ পিতরস্তদা ॥১০

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা হায়খি—হে বৎস! মতম অতুদা ঐ অমসুং বিষ্ণু অমনা মহাদেব অমসুং বিশ্বদেব অশ্বিনী কুমার, গ্রহ, নক্ষত্র অসনচিংবা পুন্নমক 'উনপঞ্চাশৎ' মতৌ অসুম্মা 'পিতৃগণ' পুন্নমকসু লাকুনা অহাংবদা লৈরবে ॥১০

ঋষয়ো মনবো বেদাঃ শাস্ত্রাণি চ চতুর্দ্দশ।
সবাহনাঃ সানুগাশ্চ সায়ুধাঃ সপরিশ্চদাঃ।
স্বস্বযান সমারুহ্য সর্ব্বে গতাস্তদা ভবন্ ॥১১

অতুক্কি মখৈ ওইবা ঋষিশিং মনু ময়াম অমসুং বেদ মরি লাইয়িক তরামমরি পুন্নমক মূর্ত্তি ওইদুনা মাগী মাগী বাহন অমসুং মনাই লোইননুনা মাগী মাগী থুংসু খুংলাই পায়দুনা মাগী মাগী রথ তোংদুনা মথক্তা আকাশ মণ্ডদা লাকুনা লৈরবে ॥১১

জনন্যাং জায়মানায়ং কীর্ত্তিদ য়াঃ শুভোদয়ে।
গায়দসন্ধর্ব্ব স্বাদে গীয়মানাপ্সরাগণে ॥১২

সাধুনাং সংচিত্তানাং প্রসন্নেষু মনঃ সুচ।
স্তুবৎসুমুণি সাধোষু পুষ্পবৃষ্টি সমাকুলে। ১৩
চৈত্রেমাসি সিতেপক্ষে নবম্যাং শোভনে হহনি।
শুভযোগেন শুভদে নক্ষত্রেহদিতি দৈবতে॥১৪
আবিরাসীৎ পরা প্রাচ্যাং দ্বিণীন্দুরিব পুষ্কলঃ॥১৫

অফবা মতম হুমিৎ থোক্লকপা গন্ধর্ব্বসিংনা পুঙ্ ষ্টৈ ঈশৈ শকপি মন্নাম্না ঈশৈ শকই সাধু পুন্নমক পুক্লিং নুংঙাইবা মতম মুণি পুন্নমক স্তব তৌহুনা লৈ আকাশদা দেবা দেবি লৈ চাইথরকই অফবা মতম লমতাগী পানখৎলকপা মাপননি পানবা অফবা মতম পয্যানক্ষত্রে, অফবা হুমিৎ অফবা মতম জগৎকি মমা ওইবি। অযোনিসম্ভব ওইহুনা ইবেম্মনা পোকপগুম্মা কীর্ত্তিদগী তম্পাক্তা চোংথোকখে্র প্রমাণদি নোংপোক্লগী থা থোকপগুম মী পুন্নমক্কী থম্মোইদা নুংঙাইথি মওং অম্নুমা ইবেম্ম জম্ম ওইরে হায়বদা মী পুন্নমক নুংঙাইনখি॥১২-১৩-১৪-১৫

তাৎপর্য্য। চৈত্রমাসে দেবীর জন্ম যাহা বনিত হইয়াছে ইহা কল্পান্তরীয় নিখিলে কিন্তু বর্তমান বরাহকল্পে ভাদ্রমাসে রাধা জন্ম হইয়াছিল, যথাভাদ্রমাসি কৃষ্ণা পক্ষে অষ্টম্যাঞ্চ শুভদিন আবিরাসীৎ কলাবত্যাং স্বয়ং রাধা হরে প্রিয়া। ভাদ্র মাসি শুক্লপক্ষে অষ্টমী তিথিতে শুভদিনে হরিপ্রিয়া রাধা কলাবতী অর্থাৎ কীর্ত্তিদার ক্রোরে স্বয়ং অবতীর্ণা হয়েন॥

ঈশ্বরদা কৎকাদবা লৈ মখল কুনমঙানি
মালতী বকুলা শোক শেফালী নব মল্লিকা।
আম্রঞ্চ তগরাখ্যাঞ্চ মল্লিকা মধু পিণ্ডকা॥
যুথিকাষ্ঠ পদং কুন্দ কদম্ব শিখি পিঙ্গকম।
পাটল চম্পকং হৃদ্যং লবঙ্গ মতি মুগ্ধকম॥
কেতকং কুরুবকং বিল্বং কহ্লারং বাসকং দ্বিজ।
পঞ্চ বিংশতি পুষ্পানি লক্ষ্মী তুল্য প্রিয়ানি মে॥

নারদীয় পুরাণ। ভগবান বলিয়া ছেন—(১) মালতী (২) বকুল (৩) অশোক (৪) শেফালিকা (৫) নবমল্লিকা (৬) আম্র (৭) তগর (৮) মল্লিকা (৯) মধু (১০) পিণ্ডকা (১১) যুথিকা (১২) নাগেশ্বর (১৩) কুন্দ (১৪) কদম্ব (১৫) শিখি (১৬) হরিদ্রা (১৭) পাটলা (১৮) চম্পক (১৯) লবঙ্গ (২০) মাধবি (২১) কেতকী (২২) কুরুবক (২৩) বিল্ব (২৪) কহ্লার (২৫) বাসক। এতদ্‌ভিন্ন। থরো থম্বাল পলাস কৃষ্ণদা কৎপদা অথোইবা মহৈ ফংজি।

প্রহরং তিষ্ঠতে জাতি করবীর মহর্নীশং।
উৎপলজং সপ্তরাত্রানি যম্মাসন্ত বকংতথা॥

জাতি পুষ্প হায়বা লৈনা প্রহর অমা করবীরনা অহিং লেল্লবস্ম থম্বাল-থরো হুমিৎ তরেৎনি লৈরবস্ম বক পুষ্পদি থা তরুক কৎপদা দোশ লৈতে পৎলোই পুম্মোই।

কৃষ্ণদা কংলোইজবা লৈ

করবীরাশ্চ পুষ্পাণি তথা শুক্লরক্তকাশ্চ।
কৃষ্ণস্য কুটজং চার্কং দেয়ং জনার্দনে।

মনম্ অয়াকপা লৈ—অঙাংবা—শগোলহিদাক্ মপাল্—অমুবা তিংখঙ পানবা—মনম্ লৈভবা-লৈ ময়ান য়াওদনা কংপা য়াদে।

মার্কং শোমত্তকং ঝিণ্টিং তথৈব গিরিকর্ণিকাম্।
নকন্ট কাঞ্চিক পুষ্পাং অচ্যুতায় নিবেদয়েৎ।
কুটজং শাল্মলী পুষ্পাং শিরীষঞ্চ জনার্দনে।
নিবেদিতং ভয়ং ঘোরং নিত্যশ্চ প্রযচ্ছতি।

মেমানবা মনম্ অয়াকপা লৈ শগোলহিদাক অমুবা চহুই মপাল্ চিংথাও মপাল্ তিংখঙ পানবা লৈ মোঙফমদা হৌবা লৈ শিরীষকুশুম্ হায়রিবা লৈ অসে কৃষ্ণদা কংপদা অকিবা ফংগনি কংপা ভৌগদে।

শ্মশানে চৈত্যদ্রুমজং ভূমৌ বাপি নিপতিতম্।
কালিকাচ নদা তথা দেব দেবস্য চক্রিণঃ।
শুক্লান্যবর্ণ কুসুমং নাদেয়ঞ্চ তথা ভবেৎ।
সুগন্ধি শুক্লং দেয়ং স্যাজ্জাতং কণ্টকি নোদ্ৰমাৎ।
দত্বা কণ্টকি সম্ভূত মনুক্তং পরি ভুয়তে।
অনুক্ত রক্ত কুসুমদো সৌভাগ্য মবা প্নুয়াৎ।
উগ্রগন্ধি তথা দত্বা নিত্য মুদ্বেগ মা পুণয়াৎ।
অগান্ধ দত্বা বা প্নোতি হ্যশুভং পরমংনরঃ।

মোংকমদা হৌবা লৈ (চৈত্যবৃক্ষজাত) মাইকৈ মরিদা লৈবুঙ লৈবা ময়াইদা হৌবা লৈ চৈত্তবৃক্ষ কৌই, মথোঙ য়াই তৈবা লৈ অহুবস্থ চৈতবৃক্ষ কৌই হেকপদগী লৈপাকতা তাবলৈ কাম্বিকাদ কংকনি কৃষ্ণদা কংপা য়াদে অভোবা নতনা অতোয়া লৈ বিষ্ণুদা কংপা য়াদে তিংখঙ পানবা মথোম থোকপা কংলোইদবনি অহুমনদ্রি ওইবগা মনম মুংশিরবদ্রি কংকনি য়াদে হাইবা লৈশিং অসে কংপদদ কায়দে অঙাংবা লৈ কৃষ্ণদা লাইরবা ফংগনি তিংখঙ পান্-বনা অরাবা ফংগনি- তিংখঙ পানবদগী থয়াজ লোথংকনি অঙাংবদগী করবির লোথংকনি। লৈপাক্তা তাবদগী বকুল-সিংগা লৈ লোথংকনি। মনম্ অয়াকপা লৈ কংলবদ্রি রাখল লেপ্পা ওম্‌মোই—মনম্ লৈভব লৈ কংলবদি মঙ্গোল লৈরোই। অশুভ ফল প্রাপ্ত হইয়াথাকে।

রক্তবিদ্যুল্লতাকারা সর্ব্বসৌভাগ্য বৰ্দ্ধিনী।
হারকেয়ুর মুকুট নানালঙ্কার রাজিতা। ১৬।

অঙাংবা নোংথাংগী মতৌগুম্বা দেহ অর্থাৎ মহি চেনবা স্নাগী মচু মানবা, কেয়ুরহার মুকুট, আয়াম্বা অলঙ্কার পুময়্রা দেহদা থোৎলবা প্রস্ফুলং লংনা ওান্বা চংথোনবা লাইবক ফবি জগৎকি মঙোল্ পীবিগে হায়বগীদমক্ রাধানা কীর্ত্তিদাগী তম্পাক্তা ইবেম্মানা ওান্নখে ॥ ১৬

কোটি সূর্য্যপ্রতীকাশা তন্বী মনোময়ণ মণ্ডিনী।
দিব্যমাল্যাম্বরধরা দিব্যগন্ধা নু লেপনা ॥ ১৭

নিংথীজবা দেহ অদো সুর্মিং কোটিগুম্বা ওাল্লি উজাবদা পুক্লিং পেল্লি লৈ পরেং মকত্র্যবা আভোরন্ ধোল্লি মনম্ ভুংশিবা চন্দোন্, দেহদা লৈতেংঙি। ১৭

অষ্টহস্তা বিশালাক্ষী চারু চন্দ্রার্দ্ধশেখরা।
কৃপাণং শঙ্খ চক্রঞ্চ গদা মুযল মেব চ।
অভয়ং বরশক্তির্দে দধাণকাষ্টভির্ভুজৈঃ ॥ ১৮

ইবেম্মা অদো মিৎ তরু-তরু পাংঙি পাম্বোম নিপাল ওইবী মূর্ত্তি মাইদি পাক্তক্ থা তংখাইগুম ফজে থাং মোইবুঙ্ চক্র গদা মতৌ অমুম্মা মূযল অভয় বর অমসুং শক্তি অসুম্মা অতুগুম্বী খুৎ নিপান্দা খুৎলাই নিপাল্ অতুনা লৈতেংঙি অর্থাৎ মথককী খুৎ অনিনা থাঙ্, মোইবুঙ্ মখাগী খৎ অনিনা চক্র, গদা, খুৎ অনিনা অভয় য়োংস্নুক্ খুৎ অনিনা বর তাসোন পায় ॥ ১৮

কীর্ত্তিদা কান্তিদাং কীর্ত্ত্যা প্রপুরিত জগত্রয়ম্।
তণয়াং বিষ্ণুতণয়াং জগন্মাতারমম্বী কাম্ ॥ ১৯
জাত মাত্রাং তদোদ্বীক্ষ্য হৃগ্রেণ তপসা মুনে।
ভাসয়ন্তীং পুরীং রম্যাং বিশ্বরূপাং সনাতনীম্।
অযোনীজাং রবারে'হাং রাধিকাং বৃষভানুণা ॥ ২০।

ব্রহ্মাণা হাইখি—হে মুনে! জগৎকি মঙোল পীবিগে হায়বগীদমক্ মঙোননা মপুং ওইবী জগৎ অতুগুম্বী জগন্মাতা অম্বিকানা কীর্ত্তিদাগী মচা ওইনা অরেপ্পদি বিষ্ণুবু পোকপীনি সংসারগী মশক্তি লেংঙ্গ্রাবীনি ইবেম্মা অদুনা পোকপদা মহাক্কী মঙাল্লা কোলুং পুম্নমক্ পুংঙান ওাল্লি মঙোল পীবিগে হাইদুনা ইবেম্মনা অযোনি সম্ভবা ওইনা মচাগী মতৌগুম্ কীর্ত্তিদাগী তম্পাক্তা লৈখি। ইবেম্মা অদো প্রাকৃত্যা কন্যা নত্তে, বৃষভানুনা মতম কুইনা নিংজবা অমুগুম্বী অম্বিকান মচাগী মশক ওইনা কেংদোকলিবনি ॥ ১৯-২০।

প্রেষৎ প্রৈষ্যমাত্মজাং স্বাংনিবীবিংসু নৃপায়ত্তাম।
অদ্ভুতাং চারু সর্ব্বাঙ্গী সদ্ভুতাম্বর ধারিনা। ২১

কীর্ত্তিদাগী তম্পাক্তা অঙকপা ওইবা আভরোণ থোল্লিবী অঙকপা ওইনা ফজবী য়েংবদা আরাংপা লৈতবী মহাক্কী মচাগী মূর্ত্তি য়েংঙবগা মহক্ জন্ম ওইরে হায়বা খঙননবগীদমক্ মনাইশিংদা নিংথৌ মকমদা হঙংনবা থাখে। ২১।

তত্রাগমৃত সংতৃপ্তো বৃষভানু মহাযশাঃ।
সমস্তশ্চৈব হযোষা স্তনৌ তস্য মহাত্মনঃ ॥ ২২

মনাইশিংগী পাওদগী মচা কংডে তাবদা। মহাযশস্বী মহাত্মা রাজা বৃষভানু মনাইসিংগী ছাইদোকললকপা অমৃতগা মান্নবা বা তাবদা পেনখে, মতৌ অসুম্মা চংখোননা স্থুংগাইবগী মপৈনা মহাক্কী মশা অদো মপুং ফাবা ওইখে ॥ ২২।

হৃষ্টঃ প্রাদাদবহুবিধং প্রীতয়ে জগতাং জনোঃ।
ধণ বাসাংসি রত্নৌঘা কম্বলান্য জিনানি চ ॥ ২৩

বৃষভানু হরাওখ্রাতুনা সেন কয়া মখল মখা আয়াম্ব ফি কয়া মতৌ অসুম্মা সামতুনা সাবা ফি অসিনা চিংবা মখল্ কয়া মমল আয়াম্বা পোৎ কন্না দান তৌখি ॥ ২৩।

মণি মণিক্য বস্ত্রানি বহুবার্যণি সহস্রশঃ।
গো গ্রাম হয়রত্নানি করিণী করিণ স্তথা॥ ২৪।
শতশ্বেহ্স্র পুগানি পুরিত্তানি রথাং স্তথা।
খরোষ্ট মহিষান ছাগান দধিক্ষীর ঘৃতাণিচ ॥ ২৫।
শালি মুদগ মসুরাংশ্চ বিবধান্ ভূমিগ্রামনঃ।
দ্বিজপঙ্গুজরেভ্যশ্চ অনাথ বদ্ধ বালকে ॥ ২৬।

পাও তমমরিবা নিপা নুপী ময়ামদা মণিক চাবা দান্ তৌই, রাজা বৃষভানুনা মতৌ অসুম্মা নিংথৌসিংগী মফমদা মতিক চাবা লিসিং-লিসিং ওইবা অথোইবা ফি অমসুং ষণ খুন্ শঙ্গোল্ অয়াম্বা মতৌ অসুম্মা যামুলাবা অমোম্ লিসিং-লিসিং অমনা খুৎসু খুলাই হাপ্পা রথ চাম-চাম্মা উষ্ট, মহিষ, ছাগ, চাম-চাম্মা দধি, দুগ্ধ, ঘৃত, থননা হাপ্পা চফু হরাই মক্ক মরাং অসিনা চিংবা লৈপাক্নগী পোক্পা মপৈ-মপৈ ব্রাহ্মনদা মতৌ অসুম্মা মখোঙ তেক্পা অনাবা মীসিং অমসুং কনা লৈত্রবা অহল অঙাংসিংদা দান তৌখি ॥ ২৪—২৫—২৬ ॥

দরিদ্রেভ্যো বহুবিধং বণিকভোহথ সহস্রশঃ ॥ ২৭ ।

লাইরবা আরাবাসিংদা মখোয়গী পেন্নানবা স্না লুপা দান তৌখি, অমনা খুনদা লৈবা লললোবাসিংদা অর্থাৎ পণ্যজীব, হিদা পুরগা মখল মখা অয়াম্বা ফি চান থকনবা পোৎ কন্না পুন্থুনা দান তৌনবা থাখি ॥ ২৭।

পর্ত্রিক্যা বারযোষাশ্চ শিল্পিনশ্চ সংলঙ্কৃতাঃ।
গায়কাঃ সুস্বরাবিষ্টা বাদকাশ্চ সহস্রশঃ।
আজগ্মুস্তস্য মন্দিরং সুতমাগধ বন্দিনঃ ॥ ২৮।

রাজা বৃষভানু মচামুপী অমা কংলে তাবদা ফিজেং লৈতেংতুনা জগোই শাবী ভয়ানিথোই অমসুং মপুংহৈবা মী ময়াম্ মতৌ অসুম্মা মখোন ফবা ঈশৈ শকপি অমসুং জিসিং-জিসিং

ওইবা পুও, য়ৈবা স্তুতিপাঠক তৌননবীদমক্ পণ্ডিত পুম্নমক্নাংগ মতৌ অসুম্না বন্দিগণ অমাম্বা মাং-ওইননা বৃষভানুগী মনাক্তা লাকনরে ।। ২৮ ।

জগুর্ণ নৃতু র জন্ম, স্তুষ্টুবুস্তে মুদান্বিতাঃ।
হৃষ্টঃপ্রাদদ্ধাং রাজা তেভ্যোবহুবিধং দ্বিজ ।। ২৯ ।

হেদ্বিজ ! অঙ্গির মতৌ অসুম্না লাক্লিবা ঈশৈ শক্পা মমাম্ নুংশিবা ইশৈ শকখি জগোই শাবীসিংনা জগোই শাখে, অমসুং পুঙ্ য়ৈরাসিং পুঙ য়ৈখে। অগুকপা ওইনা স্তুতি পাঠসিংনা মঙ্গল ওইনানবগীদমক্ স্তুতি পাঠ তৌখে, অদু তাবদা উবদা হরাওখ্রুনা মখোয় পুম্নমক্না মক্তিক্চাবা স্না লুপা পিখে ।। ২৯ ।

ব্রাহ্মণাঃ ক্ষত্রিয়াঃ বৈশ্যাঃ শূদ্রাঃ শতসহস্রশঃ।
নগরাঃ শিল্পিমুখ্যশ্চ পৌরজানপদা অপি।
তৎশ্রুত্বা আযযুঃ সর্ব্বে বিচিত্রা ভরনোজ্জ্বলাঃ ।। ৩০ ।

বৃষভানু নিংথৌ নিংথিজবী মচানুপী অমা পোকলে হায়বা পাও তাবদা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, ও শূদ্র বর্ন মরিগী মক্লেক্ ওইবা ওইবাদা জমনা মচুং লৈবা মীসিং অমসুং কোনুংদা লৈবা মীসিং পুম্নমক্না মচু মথন্ কয়াগী কি, শেংনা ইরুনা পুক্লিবা কয়া য়েংননবগীদমক্ রাজভবনদা লাক্লখে ।। ৩০ ।

কৃতকৃত্য তদাত্মানং মন্যমানো মনাঃ সদা।
সাফল্যং তপসোবাপি জন্মনাশ্চাপি ভূমিপঃ ।। ৩১

অবনিপতি ওইবা বৃষভানু মহাত্মা তৌজবা কর্ম্মনা ফঙ্জবনি খল্লুরগা মতম অচুদা পুক্লিং মকা ফননা হরাওখ্রুনা মতৌ অসুম্না মহাক্না নিংজবগী অমসুং পোকজবা অসে মহৈ মাললে অসুম্না নিংখে ।। ৩১ ।

দ্রষ্টু প্রতিষ্য্যযৌ কন্যাং বন্ধুভিঃ পরিবারিতঃ।
ব্রাহ্মণান পুরতঃকৃত্বা স্বস্তিবাচ্য দ্বিজোত্তম ।। ৩২ ।

হেদ্বিজোত্তম ! ব্রাহ্মণ পুম্নমক্না মাংদা বন্ধু বান্ধা, মমায়া কোইত্থনা রাজা বৃষভানু মচা নুপী য়েংবা পামবাদগী কন্যাগী নাক্তা চৎলগা মতৌ অসুম্না জাতকর্ম্ম তৌনানবগীদমক্ ব্রাহ্মণনা মরম ওইদুনা স্বস্তিবাচন করিলেন ।। ৩২ ।

বিধিবৎ মন্ত্রপূতেন হবিষেত্ত্বা হুতাশনম্ ।। ৩৩ ।

পুরোহিতনা চৎনাবিধিগী মতুং ইন্না মন্ত্রানা মরম ওইদুনা মৈ পূজা অহানবদা হুন্না আহুতি হানা মৈরা পূজা তৌই ।। ৩৩ ।

পৌরৈঃ প্রকৃতিভিশ্চৈব পালিকা স্তুত মাগধৈঃ।
বন্দিগায়কঃ ষথৈশ্চৈব বাদিত্র কুশলৈঃ নরৈঃ ॥ ৩৪ ।

স্তুতি থিরিবা ঈশৈসক্পা পুঙ্ সৈবা মতো অমুম্মা স্তুতিসঙ্গীত মপুংমানা মীপুম্মক্কা লোইনাহনা কোম্মুংদাবৈবা মী অতম্ অমো মরূপ মপাং মতো অমুম্মা জগোইশারি মেংবদা পুক্লিংচংবা ওইহুন মিংথোন্না চংখে ॥ ৩৪ ।

ব্রাহ্মণ ক্ষত্রবৈশ্যৈশ্চ শূদ্রৈশ্চাপি সহস্রশঃ।
চিত্রাম্বরধরৈশ্চৈব গন্ধমাল্যানুলেপনৈঃ।
মকরকুণ্ডলৈঃ সমাসীনো বভাবিন্দ্র ইবাপর ॥ ৩৫ ।

অশাদ অরাংবা থি শেংপা মখল কয়াগী লৈ পরেং মনম্থুংশিবা মসাদা লিশিং ওইবা ব্রাহ্মন, বৈশ্য শূদ্র, লোইনবুনা নিংথৌনা মথুংদা চংকক্লে প্রধানদি লাইহ্রাওনা কোইম্পা সমারেম্মা স্বয়ম্ভোজ লৈতেংবা গুম্মী ॥ ৩৫ ।

তমপায়াত্মনুপাজ্ঞায় নরন্দ্রং কীর্তিদো তদা ।
প্রোৎফুল্ল নয়না ভোজা রাজ্ঞে স্বাচক্ষেবচঃ ॥ ৩৬ ।

মরূপ মপাং মমামা কোইথকা নিংথৌনা লাকপা অহুনু উক্নরগা কীর্তিদা মতম অমুদা ফুগাইনা শাংপা মক্ষ লংখ্রমনা নিংথৌদা খুংজাবা রাহৈন হাইখি । ৩৬ ।

কীর্তিদোবাচ। -রাজ্ঞী বরাজিনয়নাং তনয়াং তনয় প্রদাম্ ।
রাজেন্দ্রত্তেহপবর্গায় জাতাং ত্রৈলোক্যমোহিনীম্ ॥ ৩৭ ।

কীর্তিদান হরাওবদগী থুংশিবা মাহৈন বৃষভানুদা হাইরকই—হে রাজেন্দ্র! মহারাজনা ইবেম্মা নিংজবগী কৃপাদগী থুংশিবা নিংথেং ওইবি মযোল্ অহুম গুমহৈনবগী মশকওইবি নচাগুপি অমা ফংজরে য়েংবিয়ু ॥ ৩৭ ।

আবয়ো স্তপসা জাতা সর্ব্বভূতহিতায়চ ।
দুষ্টক্ষত্রিয় ভূভার হরনায় জগন্ময়া । ৩৮ ।

হে মহারাজ। ঐনা নিংথৌনা তপঃ তৌজবা অহুনা মরম্ ওইহনা অর্থাৎ নিংজবগী মহৈ য়ালসে অমসুং জিবা পুম্মক্কি ফনানবগী মতো অমুম্মা ফংত্রাবা ক্ষত্রিয়গী নাপল পৃথিবী অকন্না লোথোকপীগে হায়বগীদকম জগৎকি মমা ওইবী ইবেম্মনা। জন্মগ্রহণ করিয়াছেন ॥ ৩৮ ।

ব্রহ্মোবাচ।—এতদাকর্ণ্য তদ্বাক্যং প্রোত্ফুল্ল মুখাম্বুজঃ।
প্রণম্য দণ্ডবৎ ভূমৌ প্রাঞ্জলির্ভক্তি নম্রধীঃ ॥ ৩৯ ।

ব্রহ্মানা অজিরাদ হায়খি—হে ব্রহ্মন্! কীর্তিদাগী ঋ: তারবদা বৃষভানু মাইথোং অদো ফুগাইনা শাংপা থমসংদগা মাইথোং মকা কলে মতম অহদা লোঙজবা ইবেম্মী মূর্তী উজবদা

থুংলোম্নৈ ওক্তা ফি নৈবাক্তা নিংথৌনা থোইদোকপা ভক্তিগা লোইনাদুনা দণ্ডবৎ নৈপাক্লা ভাদুনা দেবীদা থুরম্খি ॥ ৩৯।

হর্ষগদ্গদয়া বাচা হর্ষাশ্রুপূর্ণ লোচনঃ।
উবাচ বাক্যং বাক্যজ্ঞো জগন্মাতরমম্বিকাম্ ॥ ৪০।

হরাওজবনা বা ভাংখিদে মিংতা পীনা থনদুনা মপুং ফাদবা বাহৈনা জগৎকী মমা ওইবী অম্বিকা ইবেম্মদা হঙ্গংখে ॥ ৪০।

বৃষভানুরুবাচা—মাতঃকাত্বং বিশালাক্ষি নয়নাচিত্রেক্ষণা।
ত্বাৎহং নৈবত্বত্তে ন জানে তৎকথয়স্ব যাম্ ॥ ৪১।

বৃষভানুনা দেবীদা হঙ্গংখি—হে বিশালাক্ষি! বিশাল নয়নে! মচু মৎল্ কন্নাগী ফি ছেংলিবী ইবেম্মা নহাক অসে কনানো? ঐনা অরেপ্পা নহাকপু থগুজত্রে মরম অসিনা চান্-বিদুনা ঐভোঙ্গা নহাক্না নহাকী অরেপ্পা মশক অদু তাকপিয়ু ॥ ৪১।

শ্রীদেব্যুবাচ—বিদ্ধত্বাত্ত পরাং শক্তি নারায়ণ কৃত-শ্রেয়াম্।
বিষ্ণুনারাধিত্বা মুগ্রতপস্যা ব্রতচারিনা ॥ ৪২।

বৃষভানুগী মফমদা দেবীনা হায়খি—হেপিতঃ! নহাক্না ঐবু নচা ওইনা ফংজগে হাইবগীদমক্ নারায়ণদা চংজখি থোইদোক্পা ইশ্বরী শক্তি হায়রিবা অসিনী থগুবিগদবা ওই অমসুং অকনবা তপঃ তৌবন বিষ্ণুন মরম ওইদুনা ঐবু অরেপ্পা ওইনা নিংখি ॥ ৪২।

বিশ্বসর্গাংনলয় বিধাত্রী নিষ্ঠদাং নূনাম্।
ধর্ম্মার্থকামমোক্ষানাং মূলপ্রকৃতি সংজ্ঞিতাম্ ॥ ৪৩।

হে তাত! অসিগুম্বা সংসার শেম্বা য়োকপা ভাকপা মাংহন্বা ঐ অসে স্নোক্চাবিনী আয়াম্বা জগৎ অসিদা লৈরিবা জীবগী অপাম্বা পীনবিনী ধর্ম্ম, অর্থ, কাম্ ও মোক্ষের মূল স্বরূপা ঐ অসে প্রকৃতিনী অসুম্না থগুবিগদবা ওই ॥ ৪৩।

সর্ব্বাস্তঃ পঞ্জরগতাং সংসারার্ণব তারিণীম্।
যুবয়োস্তপসা জাতা পুত্রী ভাবেন লীলয়া।
তববেশ্মনি রাজেন্দ্র তুষ্ট লিগ্রহনায় চ ॥ ৪৪।

হে রাজেন্দ্র! জীব পুম্নামকি হৃদপঞ্জর ঐনি সংসারগী মশক্তি অকিবা সমুদ্র লালবিবনি অসুম্না হায় ঐবু থগুবিগদবা ওয় অসেংবদি কীর্তিদা বৃষভানু, অনিগী তপঃ তৌবগী মরমনা অমসুং লীলাগীদমক্ মতৌ অসুম্না তুয়াম্না ওইবা মীবু লাকনগে হাইবগীদমক্ নখোই অনিগী য়ুমদা ঐনা পোকপা ওইনা তৌরারিবা অসিনী ॥ ৪৪।

বৃষভানুরুবাচ।—অম্বত্বং কৃপয়া যদীশ্বরাগৃহেক্তাতা স্বয়ংলীলয়া।
তন্মেভাগ্য চয়ান্নি তাত্ম সুকৃতঃ জ্ঞেয়ং মহন্মোক্ষদন্ ॥

দৃষ্টং রূপমিদং পর্ব্বং পরন্তরং ধ্যেয়ংভবাক্তেঃ সদা।
সূক্ষ্মাশৈবতনুংযদ্বাস্বরী কৃপামে দর্শ্য তাংস্তে মমঃ ।। ৪৫।

রূপসুন্দুনা হাইখি—হে মাতঃ। ইমাগী কৃপানা ঐগী যুমদা অম্ম ওইবীরিবা অসে ঐগী ইরাইবক্ ফবদগী ঐনা নিঙ্জবগী মহৈ মাল্লে হে ঈশ্বরি! ইমাবু মহাদেবনা চিংবা লাই পুন্নমক্তা অস্তংপা লৈত্তনা নিংঙি মতৌ অম্মুমা অথোইবা অরানবপীবিরী অহৌবা অরোইবা ইমাগী অসিগুম্বা মূর্ত্তি নত্তবা মহাদেবগী মূর্ত্তি ঐঙোন্দা দর্শন পীবিয়ু ঐনা ইমাদা থুরমজরি ।। ৪৫।

দেব্যুবাচ।—দিব্যং দদামি তে চক্ষুঃ পশ্য রূপমনুত্তমম্।
ছিন্দ্যাসং সংশয়ং তাত সর্ব্বদেবময়ং মম ।। ৪৬।

বৃষভানুগী হায়জবা মুংশিবা রা তারবা তুঙদা মক্তিক চওবী ইবেম্মনা মাঙোন্দা হাইখি—হে তাত! ঐনা নংঙোন্দা দিব্যচক্ষু পীরগে নহাক্না চিংনবা কোক্লাবা ঐ অসে লাই পুন্নমক্নী মগক্তি ঐগী, চাংদম্নিংঙাই লৈত্রবা ঐ খ্ স্বরূপ য়েংজরো ।। ৪৬।

ব্রহ্মোবাচ!—ত্বমিত্তুক্তা তদাতাত্তং দত্তাজ্ঞাণ মনুত্তমম্।
স্বরূপং দর্শয়ামাস দিব্যং মাহেশ্বরস্তদা। ৪৭।

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদ হায়খি,—হে পুত্র! পরমেশ্বরী ওইবি রাধান পিতাবৃষভানুদা অম্মুমা হায়রগা মাঙোন্দা অথোইবা দিব্যচক্ষু পিরগা অহানবদা মাগী ওইবা মাহেশ্বরী মূর্ত্তি অমুক হন্না পিখে ।। ৪৭।

কোটিন্দীবর সঙ্কাশং চারু চন্দ্রার্দ্ধ স্তকম্।
ত্রিশূল বরহস্তঞ্চ জটা মণ্ডলমণ্ডিতম্ ।। ৪৮।

মকত্রবা থা কোটিগী মঙানগুম্বা ঙৌরক্ ঙৌবা মঙান্ লাইবক্তা পুক্লিং ছনা কজবা থা তংথাই লৈতেংবা ত্রিশূল পাইবা অচৌবা পাম্বোম অনি কোক্তা জটা লৈতেংবা ।। ৪৮।

ভয়ানকং ঘোররূপং কালাগ্নিসদৃশংরুচা।
পঞ্চবক্তং ত্রিনয়নং নাগযজ্ঞো পবীতকম্ ।। ৪৯।

থোক্লদোক্লা কিবনা অমম্বা মূর্তি মঙান্না প্রালোয়গী মৈগুম্বা মায় মঙা মাই থুদিংগী মিং অহুম্ অহুম্ লিনন নগুন ওইদুনা লেংবান্দা লৈতেংবা। ৪৯।

দ্বীপিচর্ম্ম পারিধানং দ্বীপিচর্ম্মোত্তরীয়কম্।
নাগেন্দ্র ভূষণ রূপং দৃষ্ট্বাবিস্ময়মাগতম্।
বভাষে বচনং মাগ্য রূপমন্যং প্রদর্শতম্ ।। ৫০।

সাবেং মউন শেংপা সাবেং মউন্ ঈনবা অচৌবা লীলনা লৈতেংবা মতৌ অম্মুমা অঙকপা রূপ উববদা বৃষভানু থোক্লদোক্লা অঙকপা ওইপে, অহু উহল্লগা দেবীনা মাঙোন্দা হায়খি পিতঃ! নহাক্না থোক্লদোক্লা ক্লিরে মরম্ অসিনা নহাক্না অতোপ্পা রূপ উনিংঙিবদো য়েংঙো ।।৫০।

সংহৃত্য তৎপরং রূপং দর্শয়ামাস তৎক্ষণাৎ।
অন্যদ্রূপং বিশালাক্ষীং জগদ্রূপা সনাতনী ॥ ৫১ ।

অসিগুম্বা রা হায়রগা জগৎকি মশক ওইবি অরেপপি দেবীনা খুদক অতুদা অতুগুম্বী অখোইবা রূপ হঞ্জল্লগা বিশালনথয়ুন ওইবা অপ্তোপা ভগবদ্রূপ মতোম্দা উৎলখে ।৫১।

শতচন্দ্রনিভং ভাসা প্রভাসিত দিগন্তরম্।
হার কেয়ুর মুকুট বণমালা বিরাজিতম্ ॥ ৫২ ।

থা চাম চামনা ভানবা মঙানগা মান্নবা দেহগী মঙান অতুগুম্বা মঙাম্না মাইকৈ থুংনা ভানবা হার, কেয়ুর, মুকুট, স্নাফিগেং অমসুং অতৌবা লৈগী পরেং লৈতেংবা ॥ ৫২।

শঙ্খ চক্রাজ পরিঘা প্রোল্লসৎ করপঙ্কজম্।
প্রসন্নবদনং নেত্রং শ্রিজোজ্জ্বলং সুনাসিকম্ ॥ ৫৩ ।

শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্ম, খুৎ মরিদা পাইবা ফজরবা মাইথোং ফুগাইনা শাৎপা থম্বালগুম্বা নিংজবা মিৎয়েং নাসিকানা লংবা ভান্বা লক্ষ্মীনা থোগন তৌবা ॥ ৫৩।

শ্বেতমাল্যাম্বরধর শ্বেতগন্ধানু লেপনম্।
অজযোনীন্দ্র সুবন্দ্য পাদ পাথোরুহাম্বিতম্ ॥ ৫৪ ।

অঙৌবা লৈ পরেং অমসুং অঙৌবা ফি থোনবা অঙৌবা চন্দন মনম্ মুংশিবা হকচাংদা লাইপুম্নমক্না চরোণ অনিদা খুরম্বা অতুগি তুঙদা অতোপ্পা রূপ দর্শন পিখে ॥ ৫৪।

সহস্রচাহুবক্ষি শিরোবরানণং সহস্র তাড়ঙ্ক ভূজপ্রভাসিতম্।
সহস্র কর্ণাম্বর কুণ্ডলম্বিতং সহস্র শক্ত্যষ্টি গদাসি তোমরম্ ॥ ৫৫ ।

মতুঙ অতুদা ভগবৎকি রূপ লৌহনা ইবেম্মনা নিংথৌদা দর্শন পিখে, পাম্বোম লিশিং পানবা মূর্ত্তিদা আভরন থোনবা মিৎমু লিশিং কোকমু লিশিং মখুৎমু লিশিং নাকোঙ লিশিংদা কুণ্ডল লৈতেংবা লিশিংনা মূর্ত্তি অমা ওইবা অদুদা কি লিশিং পাম্বোম লিশিংদা গদা থাং, শক্তি, যষ্টি, তোমরাস্ত্র, খুংলাইনা লৈতেংবা থোইদোকপা রূপ ॥ ৫৫ ।

সহস্রদেবেন্দ্র শিরোমণিপ্রভা সভাজ্জিতং দৈত্যগণ প্রাণনাশনম্।
সহস্র যোগীন্দ্র সুসোবিতাঙ্ঘ্রিকং সহস্রধারা প্রবিরাজিতাঙ্ঘ্রিকম্।
সহস্রযোগীন্দ্র সুসেবিতাঙ্ঘ্রিকং সহস্রধারা প্রবিরাজিতাঙ্ঘ্রিকম্ ॥ ৫৬ ।

লিশিং ওইবা দেবরাজগী মুকুট মনিনা ভানবা চরন লিশিং অদুদা যোগীন্দ্রসিংনা সেবা তৌবা পাদ পদ্মা লিশিং অনন্তনা কোকথক্তা মনিগী মঙানগুম্বা ভানবা লিশিং ওইবা মূর্ত্তি দৈত্য সুর মাংহনবা ভগবানগী নিংথিজবা রূপ মতম অদুদা ওইখে ॥ ৫৬।

নিরক্ষ্য তদ্রূপমিদং পরাৎপরং নমাম মুদ্ধাভুবি রাজসত্তমঃ
কৃতাঞ্জলিঃ প্রাহ হরিপ্রিয়াং শ্রিয়া দিদৃক্ষুরন্যম্ম সাভলাম্বিতম্ ॥ ৫৭ ।

বৃষভানু মহারাজা অদ্ভুতপা রূপ মাংতুংদা দর্শন ওইরগা থোইদোক্না কিরহুনা কোক্না লৈবাক খোক্লুনা দেবীদা খুরমখে, অদুগী তুংদা অপাম্বা অতোপ্পা পুক্নিং হুবা দর্শন পামজবা ওইহুনা খুং লোম্মরগা হরিপ্রিয়া রাধাদা হায়জখি ॥ ৫৭।

বৃষভানুরুবাচ।—অদেবং পরমং রূপমৈশ্বরং পরমাদ্ভুতম্।

ভীতোঽহং তন্নিরীক্ষ্যান্যরূপং দর্শয় তে নমঃ॥ ৫৮।

থোইদোক্না কিজহুনা বৃষভানুনা দেবীদা হায়জখি—হে মাতঃ! থোইদোক্না অঙকপা মহাক্কী অসিগুম্বা ঈশ্বররূপ উজবদা থোইদোক্না কিজরে হৌজিক অতোপ্পা পুক্নিংগী অপাম্বা রূপ ঐঙোন্দা পিনবিরো হে দেবী! নংঙোন্দা খুরমজরি ॥ ৫৮।

যৎপ্রসন্নাস্তমাতস্তং তস্য বিংদুল ভং ভবেৎ।

অনুগ্রাহ্যস্তুনা মাতহরং কৃপণ ধাভূশম্॥ ৫৯।

নমঃ প্রসীদ মাতর্মে কৃপয়া বনমালিনম্।

রূপং দর্শয় দেবেশি স্বরূপং চিত্তরঞ্জনম্॥ ৬০।

হে মাতঃ! নহাক্না পুম্নমক্কা পেনবিবদা মরোল অহুমদা মখোয় পুম্নমক্কা কংঙোইদবা করি লে! ঐদ থোইদোক্না তোল্লবনি মরম অসিনা ঐবু থৌজানবিয়ু। হে দেবেশি! নংঙোন্দা খুরুমজরি মুংশিবিহুনা ঐগী হৃফমদ কৃপা তৌবিহুনা নহাক্কী ওইবা পুক্নিংহুবা লৈ অঙৌবা থোনবা রূপ উৎলবিরো ॥ ৫৯-৬০।

ব্রহ্মোবাচ।—ইত্যুদীরিত মাকর্ণ্য পিত্রা সা বৃষভানুনা।

অপহৃত্য পুনর্দেবী অন্যদ্রূপং সমাদধে॥ ৬১।

ব্রহ্মানা হায়খি—পিতা বৃষভানুগী অসগুম্বা হাইজবা বা তারবদা জগন্মাতা রাধানা বিশ্বরূপ হুপ্পলগা অমুক্ হন্না কামিনী মোহন্না ওইবা অমসুং নিংথিজবা অতোপ্পা রূপ ওইখে ॥ ৬১।

নবপাথোধর শ্যামমিন্দী বরনিভচ্ছবি।

বনমালারাজিত শ্রীবৎসবক্ষঃ স্থলাম্বিতম্ ৬২॥

ফুইনা হৌবা নোং সংবাননবা মচু থাগী মঙানগুম্বা ঙানবা ওকতা অঙৌবা লৈ পরেং থোনবা শ্রীবৎসচিহ্ন থবাক্তা অঙৌবা তুনা হঙ্গংনা লৈ[illegible] ॥ ৬২।

দ্বিভূজং কৌস্তভোরস্কং বেণুবাদনতৎপরম্।

গোপালবৃন্দ সংগীতৈ নৃত্যন্তং প্রমুদা স্থিতম্॥ ৬৩।

পাম্বোম অনি মুরলী পাইবা কণ্ঠদা কৌস্তুভ মনিনা ঙানবা উরঃস্থল, নিংথিজবা অতৎপা লৈতনা বেণু খোঙবা ঈশৈদা পুক্নিংচংবা গোপ মচা ময়ামগা লোইনাহুনা জগোই শাবা ॥ ৬৩।

প্রসন্নপাথোরুহসন্নিভাননং ভবাদিভি র্ম্মৃগ্যতমাঙ্ঘ্রি যুগ্মকম্।

সুনন্দনন্দ প্রমুখা সভাজিতং শুভাঙ্গ বহ্নিক্ষি পাদযুজাম্বিতম্॥ ৬৪।

ফুগাইনা শাংপা থম্বালনা তম্রজানিংঙাই ওইবা মাইথোং মহাদেবনচিংবা লাই পুম্নমক্না অতংপা লৈত্তনা নিংজবা চরোণ অনি নিংথিজবা নন্দগী মচা মনাইসিংনা কোইবা ফজরবা হকচাং পাম্বোম অনি নিংথিজবা মিংয়েং মতৌ অম্মুনা ধ্বজবজ্রচিহ্ন তিনবা চরণ অনিনা নিংথিজরি । ৬৪ ।

ত্রিভঙ্গমূর্ত্তিঃ প্রভয়া দিগন্তরং প্রকাশিতা জাপ তপোরিসল্লিতম ।
গোপালবেশং সুবসিদ্ধ সংস্তুতং দিব্যাদয়ম্মুগলং যুনান্বিতম্ ।। ৬৫ ।

ত্রিভঙ্গ পুক্কি হুবা মূর্ত্তিনা ঙানবা মাইকৈ অপুম্বা মুমিংকুম্না ঙান্বা মঙান অদো উজবদা দেহদা লৈবা পাপক্কী মপৈ মাংহন্বী লাই ময়াম অমংং সিদ্ধগণ পুম্নমক্না পুক্কিং চংনা লৈলি-লৈথোনবা গোপালবেশ অ‌ান্বা গোপী পুম্নমককী থোইদোক্না লুংঙাইবনা তিমবা ।। ৬৫ ।

সেদ্বাক্ষ্য পরমং পরাত্মনো রূপং ব্রকোদ্ধৰ্ভরাদ্রুলেন্দ্রিয়ঃ ।
প্রোৎফুল্লাবিজ্ঞাপ সরোজরাজিঃ সুযোগঃ বৃষভানুস্তুতাঃ ।। ৬৬ ।

বৃষভানু অদো পরমাত্মাগী মশক্ত ওইবী মহাক্কি মচা ওইবী অথোইবা ঐশ্বররূপ উজারবদা থোইদোক্না হরাওজবা মুংঙাইজবা ওইখে, মতৌ অম্মুনা মহাক্না থঙজারহুনা ফুগাইনা শাংপ্না থম্বলগুম্না মাইথোং ফজখি, নিজাবদগী ওইবিরিবনী অর্থাৎ নিংবদা থংখি মহাক্কি মচা অসে অসেবা ব্রহ্মগী মশক্কি হাযহনা থঙবা উৎখি । ৬৬ ।

ভূভ রগম্যাং ভবভাবনচ্ছিদাং ভবাব্ধভারার্থবিমুক্তিদাংনৃনাম্ ।
অ‌ান্তোষাদস্বাং তপয়াংজ্ঞপ্রদাং ঘৃণাভবা নম্রাবর্দ্ধকন্ধরঃ ।। ৬৭ ।

বৃষভানু নিংথৌ ভক্তিগা লোইনাহনা থুং লোম্মারগা রাখল্ তৌহনা অমসুং কোক নোন্দুনা পৃথিগী অরাম্বা কোক্‌ন্‌বিগে হাযবগীদমক্ পাপ্ কোক্‌পগে মতৌ অম্মুনা অম্বাম্বা জীবনা পোকপাগী মতৌগুম্ সংসারগী ফংত্রাবা জীবশিংগী মরু করুথংপীগে জগংকি মমা ওইবী ইবেম্মবু লৈশি লৈথোক্লি ।। ৬৭।

বৃষভানুরুবাচা বিশ্বেশি বিশ্বেশসমর্হণাচ্চিত পদাম্বুজেবিশ্বজলিত্রিতে নমঃ ।
বস্তুঃত্বদন্যাহি হিষ্ঠতে ভূবিজয়দ্বিভবিরণু গৃহুমাং নিজম্ ।
সুত্রাম পাথোজ জণু হরাম্বরো স্তবে দোবজগদেবসমঙ্করম্ ।। ৬৮ ।

হেবিশ্বেশ্বরি ! সংসার অসিগী মপুন, পুন্না তৌফমনি নহাক্কি চরণ অনিদা হেবিশ্বজননি ! ঐনা অতুগুম্বা চবণ থম্বাল অনিদা খুরমজরি । হে জগদ্বিভামিনি ! ব্রহ্মা, হরি, শঙ্কর, ইন্দ্র, পুম্নামক্কী নশক্কি নংঙোন্দগী ওইবা ভাক্কি অতেম্নদগী নত্তে জগত্ত অপুম্বা নহাক্নি, হেমাতঃ ! কৃপা তৌবিহনা উংনবিরি ঐ অসে নহাক্কী ননাইনি থনবিহনা থোজানবিয়ো ।। ৬৮ ।

ধাতা বিধাতা বরদা বরেশ্বরি শক্তিঃ পরাকিং মমর্থ্যমেরস্তে ।
অচিন্ত্যরূপ চরিতে বিচিত্রতং সুরেশবন্দ্যাং তবরূপমদ্ভুতম্ ।। ৬৯ ।

হে বরেশ্বরী ! নহক অসে বর পিনাহৈবিনী য়োক্পচাবিনী নোংদমবিনী নহাক্ অসে

পরমাত্মাগী মশক্তি পরাশক্তিনী হে অচিন্তনীয় নহাক্কী মওং খঙবা ঙমদে দেবী! লাইগী মপু ওইবী থুরমজরি বিচিত্রীত ওইবা নহাক্কী অঙকপা মওং ঐনা অচ্ছগুম্বা মশক্ হাইগাদবদা করম্না ঙম্বগাদগে ঙম্মরোই ॥ ৬৯ ।

স্বাহাত্মিকা সর্ব্বসুরেশতৃপ্তিহেতূঃ স্বধেতিপিতৃতৃপ্তিহেতুঃ ।
নাকস্থিতা নাকপ্রদাণরূপা সমস্তযজ্ঞাদি ফলপ্রদাণা ॥ ৭০ ।

হে দেবী! নহাক্না লাই পুম্নমক্কী পেন্নানবা স্বহা, অমনা পিতৃলোককি পেনন্নাবা স্বধাগী মশক্তি নহাক্না অযাম্বা লাই পুম্নমক্কী অহানবনী জগৎ পুম্নমক্কী স্বর্গ ফংননবগী মশক্তি মতৌ অম্ভুম্না অয়াম্বা যজ্ঞগী কর্ম্মগী মহৈ পীনবি নহাক্তি ॥ ৭০ ।

রূপং সুসূক্ষ্মং তবদেবী বিত্তয়া যদযোগিণো ব্রহ্মময়ঃ বদন্তি ।
মাতস্তবেদং মণসোদুরাসদং বাচামগম্যং বাচাসোপ্যবর্ণ্যম্ ॥ ৭১ ।

হে মাতঃ। নহাক্কী অসিগুম্বা সূক্ষ্মরূপ অদুবু জ্ঞাণচক্ষুনা মরম ওইদুনা যোগীসিংনা নহাকপু ব্রহ্মনি হায় হেজননি। নহাক্কী অসিগুম্বা অঙকপা ওইবা চাংদমনিংঙাই লৈতবা রূপ পুক্লিংনা খঙবা ঙমদে চিননা হাইবা ঙমদে ॥ ৭১ ।

ত্রিলোকবীজং পরমোক্ষ বিশ্ববিসর্গসংহারবিধীয়তে নমঃ ।
কৃপাণ শঙ্খগদাদ্যুদায়ুধং সহস্রভানু প্রতিমাণুভাসিতম্ ॥ ৭২ ।

হে মাতঃ। কৃপাণ, শঙ্খ, গদ, পদ্ম, মখল মথা অয়াম্বা খুৎস্ত খুৎলাই পাইবা অসিগুম্বা নহাক্কী অথোইবা রূপ মরোল অহুমগী মক্লগী মশক্তি অসিনা মরম ওইদুনা অদুককি মথৈ ওইবা সংসার পুথোকই মাংহনলিবনি নুমিৎ লিশিংগী মঙালগুম্বা চাংদমনিংঙাই ওইবা রূপ শনদোকই নহাক্না ॥ ৭২ ।

মাহেশি মাহেশধৃতং মনোহরং রূপং তবেদং পরমোরুবর্চ্চসা ।
সহস্রশীতাংশু সুশীত ভাস্বরং বালাংত্রিনেত্রাঃ শশিবদ্বিভুষিকাম্ ॥ ৭৩ ।

হে মাহেশ্বরি। সাতিশয় থোইদোক্না ঙানবা ফজারবা থা লিশিংগী মঙানগুম্না ঙানবা ঈংজবা অদুগুম্বা মাহেশ্বর রূপ লৌর, নহাক্না অঙাং ওইবা ত্রিপুর মাংহল্লি মিং অহুম পানবা মকত্রাবা থানা কোক্না লৈতেংবা নংঙোম্বা থুরমজরি ॥ ৭৩ ।

যোগীন্দ্র যোগেশ সুযোগযোগিতাং ভবপ্রভাব প্রভব প্রণুস্পদম ।
নাগেন্দ্রভূষণং রজতাদ্রিসন্নিভং প্রপঞ্চ পঞ্চাজবরাননংত্রিভিঃ ॥ ৭৪ ।

হে মাহেশি। যোগীন্দ্র যোগেশ্বর নিংথীজবা যোগযুক্তা ওইবা নহাক্কী মহেশ্বর রূপ অদো নিংজৈ সংসার অসিদা অমুক্ পোক্পদি নত্তে অদুগুম্বা রূপ ঙৌনা ফজবা লিলথোন্বা নিংথীজবা মাই মঙান' ফজবা ওই । ৭৪ ।

ত্রিভিঃ সুভীমায়তলোচনৈর্লসৎ ধৃতার্দ্ধচন্দ্রংজটয়া বিভূবিতম্ ।
ভবাত্তগম্যং ভবভাবনাচ্ছদং নমামি তে রূপমনুত্তমশ্রিয়া ॥ ৭৫ ।

হে দীনজননি। অঙোইবা অঙাংবা অঙাউবা মাহেশ্বরী কেহা থোঙাংদোক্লবা উংথিবা মিৎ, অরুম, মাখিদ্ধানা জেলেওবা নিংথীজবা লাইবকতা থা জংবুম কুট জটা চৈতন্যরূপিনী দেবী মহাদেবা লাই পুম্নমক। খণ্ডবা ঙমদ্রাবা অমস্তুঃ পৃথিবী অরুপা মাহননবগী খুবক মহাক্কী রূপা রূপ ঐনা নংঙাকা পুম্নমজরি ॥ ৭৫ ।

যেভির্চতুর্ভিঃ পরিঘাজ শঙ্খচক্রাদ্যায়ুধং কোটি শশাঙ্কপ্রোল্লসৎ।
স্বদেহদীপ্ত্যা জগতাং বিমোহয়ন্শ্রিয়াম্বিলিঃ গলশোভিকৌস্তুভম্।
আশ্রামি তে রূপমিদং স্মিতাননং স্বভক্ত সংলালিত পাদ পদ্মম্ ॥ ৭৬ ।

হে দেবী! মতুং অসিদ নহাক্কি মঙ্গলসী মশক ওইবা বৈষ্ণব রূপতা ঐনা খুরুমজরি, গদা, পদ্ম, শঙ্খ, চক্র, পাইবা নিংথিজরবা পাশ্বোম মরি নহাক্কী দেহন ভানবা জগৎ অপুম্বা শুকহল্লি ওক্কা কৌস্তুভমণিনা ভার্ল শ্রীবংসচিহ্ন লিংথিজরি লংঙবা পাদপদ্মদা। উরঃস্থল নহাক্কি লৈইবা ভক্তা পুম্নমক্কা পুক্সা কংল্লি মোমোন নে ক্বপা শ্রীমুখ মণ্ডল ॥ ৭৬ ।

নবীন নীলাম্বুজসন্নিভং রুচা প্রোৎফুল্ল পঙ্কেরুহ নেত্রপঙ্কজম্।
স্বকান্ত কান্ত্যা ত্রিজগদ্বিমোহনং স্মিতাননং রত্ন বিচিত্রভূষণম্ ॥ ৭৭ ।

হে মাতঃ! নহাক্কি শংবাননবা শুঙ্ককন্তি অভোবা লৈ পরেং থোনবা রূপ কমনীয়কান্তি ওইবা মরোল্ অতুম শুকহনবা ফুপাইনা শাংপ্পা খঙ্ককলনা তমজানিংভাই ওইবা মিৎ অনি স্না ফিগেং থোনবা মস্মোন নোক্পা ॥ ৭৭ !

কেয়ূরতড়ঙ্কবরোল্লসৎনমঃ স্রোত্রাভিরামং বনমালয়া স্থিতম্।
নমামিনম্যাং নমনায়পাদং পাথোরুহে রূপমণন্ত মীড্যম্ ॥ ৭৮ ।

হে মাতঃ! খুজি টল আভোরস লৈতঙবা জগৎ অপুম্বানা খুবমবা অমস্তুং লাইহিংচাবা নহাক্কি অঙোবা মুর্ত্তিদা অভোবা লৈ পরেংনা নিথিজবা অতুল্য রূপ পামজবা নিংজবনা মরম ওইদুনা ফংজরে অমদি রূপকি ধারি নাকোঙনা তাজবদা পুক্লিং পেনজরে মরম অসিনা মপান নাইদবা পেনবিনবগীদমক্ নহাক্কি চয়োণ অনিদা ঐনা খুরমজে ॥ ৭৮ ।

অনন্তরূপং তবনাম মাতঃ কেবা গুণং তে পরিগনিতুং ক্ষেমঃ।
বেদৈরগম্যাং মণসো দুর সদ বাচা নগম্যাং সুরলোকবিন্দিতম্ ॥ ৭৯।

হে মাতঃ! নহাক্কি নাম অমস্তুং রূপ মতৌ অসুম্বা গুণ অবোইবা লৈস্তে অসিনি হায়গাদোবা কুনা লৈ হায়বা ঙমমোই ? মনেরদুরাসদ, অর্থাৎ ৱাবল্না খুঙবা ঙমদে মরমদি চতুর্বেদের অগম্য অর্থাৎ বেদ পুম্নমক হাইবা ঙমদ্রে মরম অতুনা হাইগদাবদা থোইদোকখে, মীনবু করি ঙমগনি? লাই মকুসু িংবদা খঙবা ঙমদ্রে ॥ ৭৯ ।

বিদ্যাত্মকং বিশ্ববিমোহনঞ্চ বিড়ম্বন লোকহিতায়তে ধ্রুবম্।
অহং বৈধবা দেবলোকগণত্রয়ে শক্তোস্তি তে রূপমদো বিবর্ণিতুম্ ॥ ৮০ ।

হে জগজ্জননি! শংসার ওকহনবা শংসারগী আত্মওইবা নহাকি অলিগুল্বা রূপ লোককী অনৈরদগী দক অসিগুম্ব লোক অসিনা কাওবদগী নহাক্লা মরম ওইদুনা লৌমি অসিগুম্বা মরোল অহুমদা লৈবা মীনা অমনা লাইনা পুম্নমক্কি ময়াইদা কনানা নহাক্কি অসেংবা রূপ হাইগদবা অহিক লৈত্রে ॥ ৮০।

যুগৈঃ সহস্রৈরহ মেকমনুষো ব্রবীমি মে দেবী কথং স্বরূপকম্।
গুণৈঃ স্বকায়ব্দে ন বন্ধয় স্বকীয়মায়া গুণবন্ধনেন মাম্ ॥ ৮১।

যুগ লিশিং লিশিং তপ তৌদুনা লৈবা যোগসিদ্ধ ওইবা যোগিসিংনা দর্শন ফংবা ঙমদে অদুদা ঐদি তোল্লবা মীনি হে দেবী! মতৌ করম্না নহাকি স্বরূপ হাইবা ঙমগদগে? হে মাতঃ হে বরদে! নহাক্কি নহাক্কনা ওইবা গুননা ঐবু নহাক্লা নহাক্কি ওইবা ময়াগী গুননা থোও ওইদুনা পুনর্বিরন্থু হৌজিক অম্মুম্না হায়জরি ॥ ৮১।

বিশ্বেশি বিশ্বেশ্বর পূজ্যপূজ্যে নমামি তে পাদসরোজযুগ্মকম্।
ধন্যঃ কৃতার্থশ্চ জগত্রয়েন তুল্যোঽস্তি কঃ পাদসরোরুহাসরম্ ॥ ৮২।

হে বিশেশ্বরি! হে পূজনীয়ে! জগৎ অপুম্বনা পূজা তৌফম ওইবা নহাক্কি চরণ থম্বাল অনিদা ঐনা খুরমজরি মতম অসিদা ঐগা মান্নবা লাইবক ফবা নিপাবু মরোল অহুমদা কনা লৈগদগে? অসিনা নহাক্কি চরোণনদি ফম্বাল ওইরে ঐনা খোয়মুগুম্না মিং অনিনা চিন ওইদুনা লৈহি থকচরি ॥ ৮২।

যাতোপিবং দেবী দৃশা ভবচ্ছিদংততঃ কৃপ পাঙ্গবিলোকণং ময়ি।
পরাবরে ব্রহ্মণা নিস্ফলে মলে তুষাস্তু চিত্তমর্ণস্তুতং বিভো ॥ ৮৩।

হে দেবি! সংশারগী অরাবা কোক্কনবা ওইবা নহাক্কি রূপ মতম্ অসিদা ঐনা অসিগুম্বা মিংনা চিম্না থকচরি মতম্ অসিদা ঐগীদমক নহাক্লা শুংশিবিদুনা খোও তেকপগুম লৈরমবা মফম পুম্নমক্না চংপা গুমবগুম ঐনা খঙজরে মরম্ অসিন ঐনা হায়জরি মসে অদুম্না মতুংদা মহৈ য়াম্ব্রে ব্রহ্মাগী মশক ওইবা নহাক্লা নঙোন্দগী ঐগী থম্মোইদা চংবিদুনা ব্রহ্মাগী মঙান ওইহনবিয়ু ॥ ৮৩।

ভবস্য সাফল্য মতোঽনুমেয়ং যতস্তদণ্ডথ্যজবরা সবামৃতম্।
দৃশাপিবংমোক্ষবরো নদুলভং কৃপারসাদ্র্যা মম সন্নিধিংগতঃ ॥ ৮৪।

হে! মাতঃ ঙসি অসে ঐগী পোকপগি মহৈ য়াল্লে অম্মুম্না নিংজৈ মরম অসিনা মিংনা চিন্ ওইদুনা নহাক্কি চাংদম্নিংঙাই লৈতবা চরণ থম্বালগী লৈহি ঐনা থকচরে মতম্ অসিদা নহাক্কি কৃপাগী রসনা ঈচেন ওইদুনা ঐগীনাক্তা থুঙবিরে মতম অসিদা ঐগী অথোইবা মোক্ষপদি অমদি ফঙজোইদনা নত্রে ॥ ৮৪

ক্ষন্তব্যমেতস্মাৎ কৃতকিল্বিষোৎ করঃ ত্বয়া গুণৈঃ শর্বাবিমুক্তিসম্পদা।
গৃহে গৃহোৎসাহকরা স্বমায়য়া বিজৃম্ভনায়ৈ ময়দেব রাক্ষসাম্ ॥ ৮৫।

হে দেবী! অয়ানবা পদবি পিবিয়ে ঐশ্বয়গুন মস্থি। নহাক্কা মরম ওইছুনা ঐখোয় খিবিক্কী ভৌয়রূপা পাপকী মপৈ মাংহনবিগে হাইবগীদমক নহাক্কী মায়ানা ঐগী য়ুমদা পোকপাগুম্মা পিনবিয়ে অর্থাৎ মচা ফংবদগী দোষা ঐগী য়ুমপানবগী লৈত্রে নহাক অসে লাই ছিংচাবা অমম্মুং মীশিংগী থিন্দনা কন্যাগী মশক ওইনা পোকপিহুনা মচাপোক্কবগী দোষ কোকপিয়ে ঐগী য়ুম পান্নবগী ধর্ম্মা ওাকপিয়ে ॥ ৮৫।

ত্তাতাসিভূভার হৃদে সুহৃদ্‌ভ্রাং বধায়দেবেন্দ্রকৃত দ্বিষাং মম।
তাতস্তমম্বেতি কুতোহস্তসম্ভবঃ প্যথোজ জন্মিন্দ্রভবাঃ সবিত্রা ॥ ৮৬।

হে দেবী! হৃহ্দ ওইবা লাই পুম্নমক্কি য়েরুবা মাংহনবিনবা মরম্‌গীদমক মতৌ অমুম্মা নত্তবা ধর্মনা পৃথিগী অরূপ্ত কোকপিগে হায়বগীদমক নহাক্কা ঐগী য়ুমদা অবতার ওইবিরী নহাক অম্মে কনান মমানো কনান মপানো পোকইবা অহুনা কদাইদগীনো মরমদি নহাক্কা জগৎকী মমানি ব্রহ্মা, ইন্দ্র, মহাদেব, পোকইবা অসে নংগোন্দগি ওইরিবনি ॥ ৮৬।

তাতেতি মাতেতি বিড়ম্বণং ত্যজ ত্বং মাতৃ তাতো জগতামমূভূতাম্‌।
প্রসীদ বিশ্বেশ সমর্ইণাচ্চিত্ত বরাম্বি, পাথোরুহ যুগ্মকেনমঃ ॥ ৮৭।

হে মাতঃ! পিতা মাতা হায়না ঐখোই অনিদা তাকপিরিব অদো থুনা মতম অসিদা থাদোকপিয়ু মরমদি অসিগুম্মা মরোল অহুমদা লৈরিবা পুম্নমক অসিগী মমা অমম্মুং মপা নহাক্কি সংসার অসিগী মপু চংখোননা পুজা তৌকম নহাক্কি চরণ থম্বানদা থুরমজরি হায়জরি হৌজিক ঐগী ইফমদা চানবিয়ু ॥ ৮৭।

পুরোনমস্তেহস্তু পুরঃ স্থিতায়াং পশ্চান্নমস্তেবরদে তবচ্ছিবে।
ব্রবীমি ভাগ্যং মমকিং শিরেশ্বরি প্রসীদ জানাসি যতে'পুকম্পয়া ॥ ৮৮।

হে বরদে! কোনুং মমুংদ লৈরিবী নহাক্কি নহাক্কী মাংদ' থরুমজরি সংসারগী অরাবনা পুল্লিবা ককথংনবগী মশক ওইবি নহাকপু নহাক্কী তুংদা থুরুমজ চানবিয়ু পুম্নমক্কী মবেন্মা ওইবি! ঐগী লাইবক ফবগী য়াবু করি হাইগনি? নহাকপু নিংজবদগী ঐগী য়ুমদা পোকপিররীবনি ॥ ৮৮।

বিভাসি শুদ্ধস্ফটিকান্তরং প্রতাযথা দেবী সমীপসংস্থিতা।
তথাবিভাসি জগদীশ্বরি ত্বং জড়েষু রূপেষু পরমাত্মরূপে ॥ ৮৯।

হে দেবী নাক্লা লৈরিবী জবাপুস্পনা মতৌগুম তঙাং তঙাংবা অমদি স্নাগী মকত্রবা য়ুম্বি অঙাংবগুম উট হে জগদীশ্বরী? অহুম্‌ ওইবা নহাক্কা চৈতন্য স্বরূপ পরমাত্মাগী রূপ জগৎতা ফোংদোকপিয়ে ॥ ৮৯।

ব্রহ্মোবাচ। -ইতি সংস্তূয় সংস্তূয় প্রণিপাততঃ চেশ্বরীম্‌।
ভক্তিনম্রাত্মধী রাজা প্রাহর্গদ্‌গদ্‌য়া গিরা। ৯০।

ব্রহ্মানা হায়খি— বস! অসুম্মা যেংদোকুক্লিরি হয়া হমা ইবেম্মুষ্ট চরণুদা শব জৌহুনা খুমলগা বৃষভানু হিক্কা হাইবা রাহুনা, মতৌ অসুম্মা হাইকখে ।৯০।

বৃষভানুরুবাচ।—অদ্য সংস্থ রূপমুত্তমলোকি কমিতোবধ্রম্ ।

বিশ্বাত্মংস্তে সুদুর্দ্দশং যোগিনামপি তেনমঃ ॥ ৯১ ।

বৃষভানুনা দেবীগী মাংদা হঙ্গংখি—হে বিশ্বাত্মন! পরমাত্মাগী মশক ওইবি দেবী! যোগীশিংনা ফংডনব্রবা চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা অমিগুম্না ওইথোকত্রবা রূপ নহাক্কী হনজুনবিরো ঐনা নংঙোন্দা খুরমজরি ॥ ৯১ ।

কিংত্রমঃ কীর্ত্তিদায়াশ্চ ভাগ্যং জন্মশতার্জ্জিতম্ ।

ত্বয়ত্রিজগতাং মাতুরপিমাতা ভয়দয়তঃ ॥ ৯২ ।

হে জগন্মাতঃ! কীর্ত্তিদাগী লাইবক ফবগী রারি করি হায়সিগে? মরমদি মরোল অহুমগী মমানি নহাক অসে মপোক কমুদা তৌরকপা পুম্নগী কলনা মরম ওইদুনা মঙোন্দা নহাক্কা ইমা হায়ররে ॥ ৯২ ।

ব্রহ্মোবাচ—নররক্তস্য যুদাগিরেড়িতাপ্রসন্ন প্রাপ্যোক্তঃ সম্ভাষণা।

জগাদত্তাক্তং করুণার্দ্রধীশ্বরী স্বজন্তীপাথোপ্রয়নে শনৈররির ॥ ৯৩ ।

ব্রহ্মানা হায়খি—হে বৎস! রাজা বৃষভানুগী মু শিবা রাঙাং তারবদা ফুগাইনা শাংপা থল্লাজুগুম্না মাইথোং ওইবি ইবেম্মনা পেন্নবিদুনা মিং অনিদা পীতাদুনা মাংওইননা অর্থাৎ হরাওবদগী পী তৈথোক তৈথাতুনা অসুম্মা হাইরকই ॥ ৯৩ ।

শ্রীদেব্যুবাচ।—মহৃত্য নৃপসোপ্রেণ ত্বয়াত্তাত্ত গৃহস্থয়া ।

অষয়ারাধিতা রাজ্রং ত্বং পুত্রীত্রমিত্যোগ্রম্ ॥ ৯৪ ।

দেবীনা হাইখি—হে তাত! য়ুমপানবগী ধর্ম্মা চংপা খোইদোক্না তপ্র তৌবা ইমা কীর্ত্তিদাগ লোইনদুনা নহাক্কা ঐবু খোইদোক্না নিংঙি হে রাজন! নখোয় অনিনা নিংবা অদুনা মরম ওইদুনা নখোয় অমিগী নচানুপী ওইদুনা জর্ম্মা ওইরিবা অসিনি ॥ ৯৪ ।

দর্শিতানি স্বরূপানি ময়া প্রত্যয়কারনাৎ ।

মায়ৃবিশ্বমিদং ব্যাপ্তমাকাশেনৈব সর্ব্বতঃ ॥ ৯৫ ।

পয়োবা সপিষা যদ্বস্তুবেণ মুম্ময়ং জগৎ ॥ ৯৬ ।

হে পিতঃ! নখোয় অনিগী পেন্ননবগীদমক ঐনা অদুকী মুখে ওইবা রূপ নংগীদমক দর্শন পিরীবনি ঐঙোন্দগী জগৎ অপুন্দা ওইরিবনি প্রমানদি আকাশুন পৃথিবী কুপপি মনুংদা পুম্নমক লৈ অমনা আকাশনা পুম্নমক সিনবা থুংঙি অদুগুম্না ঐনা মরম ওইদুনা জগৎ অপুম্বা সিনবা থুংনা লৈ প্রমানদি ঘি হাইবা অসে শঙ্গোমুগী মনুংদা লৈ মতৌ অদুগুম্না জগৎ অসিদা ঐনা চংদুনা লৈ জগন্ময়নি শিনবা থুংনা লৈ (আমাতে বিশ্ব ও বিশ্ব ও আমি আছি) ॥ ৯৫—৯৬

ব্রহ্মোবাচ।—ইত্যুদীর্য্য তদা তাস্তং সঞ্চহার স্বরূপকম্।
আধায় সাঙ্গুলী বক্ত্রে বালবন্ প্ররুরোদচ॥ ৯৭।

ব্রহ্মানা অঙ্গিরদা হায়খি—হে বৎস! অদুগুম্বা পিতা বৃষভানুদা দেবীনা অসিগুম্বা রা হায়রগা মহাশক্তি মায়ানা মরম ওইদুনা অমুক হন্না ইচম চন্না মুপী মচা অমগুম্বা চরণগী খোঙবি মুখদা চুপতুনা অমৃতা লাম্বগুম্না কপখ্রে॥ ৯৭।

দাড়িমী কুসুমাকার সইস্রাদ্রিতবর্চ্চসা।
রূপেণাসদৃশী রম্যা বভৌ সর্ব্বাঙ্গ সুন্দরী॥ ৯৮।

ফুগাইনা শাংপা কফোইগী মপানগুম্না তঙাং তঙাংবা মুমিৎ লিশিংগী মঙানগুম্না দেহগী মঙান থোইদোক্লা ঙানবী পুক্লিং হুন ফজবা অগৎতে অদিস্সুনা লৈতবা অঙকপা ওইবা দেবীগী রূপ ফোংদোকখে॥ ৯৮।

ভূতং ভব্যং ভবিষ্যঞ্চ যদ্রূপঃ ত্রিষু বিদ্যতে।
লোকেষু দ্বিজশার্দ্দূলাঃ কিঞ্চিন্নসদৃশং ভবেৎ। ৯৯।

ব্রহ্মানা মচা তরেৎতা হায়খি—হে দ্বিজশ্রেষ্ঠগন! মরোল অহুমগী মনুংদা লৈবা রূপ শেমখি রূপ কয়াসু মাংদ লৈ কয়াস্নু ওইখ্রে অদুমনদি ওইরগা অসিগুম্বা রূপ অসিগী মনাক্তা অমগা মান্নবদি ওইদ্রে॥ ৯৯।

ততো বৃকো নরবৃকো জাতকর্ম্মাদিকাঃ ক্রিয়াঃ
চকার মতিমাস্তস্যা ব্রহ্মনৈ ব্রহ্মবাদিভিঃ। ১০০।

অদুগী তুংদা মী মরক্তগী নোংশাগুম্বা পুকচেল ফজরবা বৃষভানুনা ব্রহ্ম খঙবা ব্রাহ্মনা মরম ওইদুনা কন্যাগী জাতকর্ম্মগীদমক অয়াম্না থবক অপুম্বা সিন্নখে॥ ১০০।

রাধিত্বা তপসোগ্রেণ বাধ্যারাধ্যাতয়ামুনে।
যেন রাধেতি তসাঃ স নামচক্রে পিতাতদা॥ ১০১।

হে মুনে! মতম কুইনা দেবী নিংজবদগী (রাধা হইয়াছিলেন) মরম অদুদগী পিতা বৃষভানুনা মরম অদুদগী রাধা হায়না মিং থোনখে॥ ১০১।

মতাং অসিদা শ্রীব্রহ্মাণ্ড পুরাণগী রাধা হৃদয়
ব্রহ্মাগা মচা তরেৎকা ঙাংনবা রাধা হায়না
মিং থোনবা পোকপগী ক্লাস্রি তরেৎ শুবা
অধ্যায়ঃ লোইরে। ৭।

---

অষ্টম অধ্যায়ঃ

# গোলোক প্রতি সনৎকুমারের অভি শাপাখ্যান

অঙ্গিরোবাচ।—যোগিযোগেশ্বর্য্যা ব্রূহি যোগেশ্বরেশ্বর।
কস্মাৎ শপ্তং পুরংতেন গোলোকাখ্যং মহাপ্রভম্ ॥ ১ ।

অঙ্গিরা ঋষিনা ব্রাহ্মিকা পোক্কপগী মারী তারবদা ব্রহ্মাদা হংজখি—হে যোগেশ্বরে শ্বর। যোগী পুময়স্তি ঈশ্বরী ওইরী বাধা মওান চাওবা গোলোক মহাক্তি মহৎপুর করি মরমগী অভিশাপ ওইরিনা অদো অমুক্তা তাকপিয় ॥ ১ ।

সণৎকুমার মুনিনা সুতেনা তে পয়োজ্জ।
কৃতায়ুক্ত কিংকর্ম্ম কৃতত্রস্থঃ কৃতনান্ হরিঃ। ২ ।

হে পদ্মজ। মহাক্তি নচা ওইবা জ্ঞান লৈবা সনৎকুমারনা মরম ওইহুনা ভগবদ্ধাম গোলোক করি মরমদগী ঝারৌবিবনো মতৌ করম্না শ্রীকৃষ্ণ কদাইদা লৈখিবগে মহাক্না করি মরমগি নিংবা-কাইবা থুইরিবনো মরমুদি মাভোন্দা মহাক্না শাওহুনা শাপ তৌরি ॥ ২ ।

ভক্তায় গুরবো ব্রূয়ুঃ প্রণতায় কুগুহ্যকম্।
নতৃপ্যামঃ পিবন্তস্তং কথামৃতা মশুভমম্ । ৩ ।
পিপাসা বর্দ্ধতে নিত্যং পিবতাং তদ্গুণামৃতম্। ৪ ।

হে প্রভো। হাইনিংঙাই লৈত্তনা অথুপ্পা বারি মতম্ অসিদা ওই অতুম্ ওইনমক্ হংজবা মনাইদা গুরুসিংনা মাদো তাকপিগদব ওই মরম্ অতুনা নহাক্না থৌজানবিতুনা ঐখোয়খিমিকতা তাক্পিয় ঐখোয়খিবিক্না হরি কথা মৃত থক্চরি ঐখোয়খিবিকনা পেনবা লৈজদ্রে, হরি লীলা মৃতবু তাজবা অতংপা লৈত্তনা তাজবা পামজরে ॥ ৩—৪।

ব্রহ্মোবাচ।—বৎস যেন নধাম্ভা ব্রহ্মরূপা সনাতনী।
চিদ্রূপাঃ পরমে শানী তং ধামং মলগর্ত্তবং। ৫ ।

ব্রহ্মান হাইখি—হে বৎস। চিৎ স্বরূপা পরমেশ্বরী অরেপ্পা ব্রহ্মাগী রূপ মাধানা মরম ওইহুনা পুক্লিংনা থোও ওইহন হৃদীদা নিংবা ওইদে মরম্ অতুনা অহুগুম্বী হৃদীগি কোলুংদা উই হাইনা খওভো ॥ ৫ ।

পদ্ভ্যাং যাভ্যাং নিরবত্যায়তনানি গতা নতাঃ।
তে পদে ধরাী জম্মবন্তাবোলং মমানঘ। ৬ ।

হে অনঘ! ঐনা মচ ওইবা পাওতাকু হায়রগে তায়ো, পৃথিবীদা পোককাদৌরিবা অচু-গুম্বা মীনা মখোও অনিনা মরম্ ওইহুনা তীর্থদা চৎত্তে মরম্ অহুদগী অহুগুম্বা মখোও অনি অদো অরেম্বা ওইরে লেজ্রাব চিংগা মাম্নরে ॥ ৬ ।

অজনাভান্তকধব সিমহোষ্ঠ চরণাম্বুজৌ ।
অচ্চিতৌ লাঞ্চিতৌ বেণ স বাল্যঃ শবমাপ্নুবৎ ॥ ৭ ।

( অজনাভ ) নারায়ণ ( অন্তকারী ) মহাদেব মতো অমুম্না ব্রহ্মাণনা জগৎকি মমা ওইবি রাধিকাগী পাদপদ্ম অনিদা পূজা কংলি অদুগুম্বা চরণ অনিদা মখোয়গী মখুং অম্রিবা পূজা তৌব্রবা তৌব্রাবী অদুগুম্বা মখোয়গী মখুং অদো সিবগা মমৈ খঙতৌ ॥ ৭ ।

শ্রোত্রে বিলেতেদ্বিজবর্য্য যাভ্যাং নপীতং গুণকর্মচামৃতম্ ।
নাজঘ্রতো যে তুলসী সুগন্ধং যে নাসযুগ্মে সুষিরেমলস্তু ॥ ৮ ।

হেদ্বিজবর্য্য ! অথোইবা ব্রাহ্মণসিংগী মনুংদগী নহাক্না থোক্টদোক্না অথোইবনি মরম্ অম্রিমা ঐনা নহাকপু থাগংতুনা হায়রি মাখোইগী নাকোং অনিনা ভগবৎকি গুণ কীর্ত্তন অমসুং অদু গুম্বা লীলা কথা অমৃত তাব্রব অদুগুম্বা নাকোং অদো তঙেংবদি ফৎস্তবা থমফম্গা মাম্নে অর্থাৎ হরি কথা তানিংদ্রবা নাকোং পাললুবগী মহৈ করিনো ॥ ৮ ।

তে চক্ষুষি তচ্চরাণারবিন্দ মন্দাসবং সর্ব্ববিমোহ মোচকম্ ।
যাভ্যাং ন পীতং মন্ত্ররজ্যমানে দ্বাস্তেণ পঙ্গেতি মুখৈবধন্তে ॥ ৯ ।

মেংজবা মতম্দা অঙকপা কোকপা ভগবৎকি চরণ অনি ( শোভামৃত , অদুগুম্বা মিং অনিনা মেংজরগা থামোইদা ঐকান্তিক ওইনা নিংদ্রবা অদুগুম্বা মিং অনি অদো মাহোংগী মমৈদা থাগুম্বা লৈরিবা অদুগুম্নি অর্থাৎ অসেংবদি কজ্ঞানবগীনি কান্নাবদি নত্তে ॥ ৯ ।

বিবিৎসা বর্ত্ততে সারো জন্মকর্ম্মাদিলাপনে ।
হরেরুদার বৃত্তস্যাভিৎস্তে শৃনু সত্তম ॥ ১০ ।

হে ঋষিসত্তম্ মহাকি বারি হরিগী জর্ম কর্ম্মা লীলাগী বারি সাধু পুম্নমক্না তাংনবা তাবদা সাধুসিংনা নুংঙাইবা ওই ॥ ১০ ।

উগ্রেণ তপসা প্রাপ্তা হরিনোদার কর্ম্মণা ।
সা রাধা পরমারাধ্যা চিদ্রূপা বিশ্বমোহিনী ॥ ১১ ।

বৎস ! চৈতন্যরূপা বিশ্বমোহিনী । শ্রীবাধাবু নিংজবা ভগবাণ নারায়ণনা থোইদোক্না বানা নিংজবনা মরম্ ওইতুনা মহাকপু ফজাবনি ॥ ১১ ।

হিমালয়োদারগিরেঃ সুতাং গঙ্গাং সরিদ্বরাম ।
গাত্রেণিলীরাভ্যরক্ষৎ ভারুর্বাণ্যাঃ প্রিয়শ্চসঃ ॥ ১২ ।

ভগবাণ নরায়ণগী লক্ষ্মী অমদি সরস্বতী অথোইবিনী হিমালয়গী মচানুপী তুরেল পুম্নমক্কী গঙ্গা অথোইবিনী মাতোন্দগী ওইখি ॥ ১২ ।

দারৈশ্চতুর্ভিঃ পবমৈ রমমাণো বসৎসুখম্ ।
তাসু সর্ব্বাস্বভ্যধিকা প্রিয়া প্রিয়তরাদপি ।

আসীদ্রাধা বিশ্বরূপা পরমাত্মাস্বরূপিণী ॥ ১৩ ।

গঙ্গা লক্ষ্মী সরস্বতী অমসুনা বিরজা ভগবানগী পত্নী মরি লৈ ভ্রিংথিবী চায়বীসিংগা লোই-মল্লুবা গোবিন্দ পরম সুখ ওইহনা লৈ অদুমনদি ওইরগা পুম্নমক্ অতুগী মন্নুংদগী বিশ্বপিত্র পর-মাত্মা ওইবি রাধা মহাক্না মখোয় পুম্নমক্কী চায়বী ওইনা লৈ ॥ ১৩ ।

একদা বিরজোৎসঙ্গে রমমাণো বসন্ধরিঃ ।

আজ্ঞায়ারক্ষপয়ন প্রেষ্যাভিঃ যোগমাস্থিতা ॥ ১৪ ।

মতম্ অমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ বিরজা (রমমাণ) ওইহুন লৈবা অতুবু মনাক্কি মখীসিংগী মাদগী রাধান তারবদা শাওবন মহাক্কি মমিৎ অনি অস্তংপা লৈতনা ওাংশি অতুগুমবি মিৎ ওাংন রাধা মহাক্কি সখীসিংগা মফম্ অদুদা লাকৃখি ॥ ১৪ ।

রাধাগমস্তয়া তত্র যত্র যোগেশ্বরো হরিঃ ।

চালয়স্ত্যাঃ পদে তস্যা ভূশ্চচাল সসাগরা ॥ ১৫ ।

মামা থুনা সর্ব্বযোগেশ্বর হরিন লৈরিবা মফম্ দা হোৌগৎতুন চংখ্রে মহাক্না চৎপা কান্দা খোঙথাং খুদংগী সমুদ্রাগ লোইনবা পৃথি নিকৃখ্রে ॥ ১৫ ।

সপর্ব্বত বনোদ্দেশা সপুরাট্টাল তোরনা ।

সদ্বিভমাগা সুরা সুরা সযক্ষোরগ রাক্ষসা ॥ ১৬ ।

অসিগুম্বা পৃথিবী লেপনামক্ সমুদ্রাগ লোইনাব তুরেল, চীং, বৃণ, অতোপ্পা লৈবাক্ কোম্মুং থাওমপাং চেক্পল মাইকৈ সাম্ লাই হিংচাব লোইননা নিকৃখ্রে ॥ ১৬ ।

তদ্বাক্ষ্য ত্রস্ত মনসো গমন্ সর্ব্বেদিবৌকসঃ

কৈলাস মদ্রি প্রবরং সোমোযত্রাবসুদ্ধবঃ ॥ ১৭ ।

অতুককি মথে উংরিবা অয়াম্বা লাই পুম্নমক্ মিপাইয়ে কৈলাসদ লাকনয়ে মফম্ অদুদা থানা লৈতেংবা দেব শঙ্কর ওানদুনা লৈয়ে ॥ ১৭ ।

হরোহপিতদানাজ্ঞায় তৈসোর্দ্ধং তৎপুরঃ সরঃ ।

আসেদুর্গোলোকং সর্ব্বে স্তবস্তোরু পরাক্রম্ ॥ ১৮ ।

মহাদেব পুম্নমক্ খংওহন্ন দেবগণগা লোইনহুনা গোলোকতা চংখ্রে মতো অম্নুমা মফম্ অতুদা থুংগুারগা উরুপ্রাক্রমন্ত গোবিন্দাবু পুম্নমকনা স্তুতি তৌহুনা থোঙ্গ্গা লৈখ্রে ॥ ১৮ ।

তান্যৃহ্য সুরান সর্ব্বাংস্তৈঃ সার্দ্ধং প্রাবিশৎপুরম্ ।

বিরজোৎ সঙ্গ আসীনং বাক্যোবাচ রুষান্বিতা ॥ ১৯ ।

অতুগী তুংদা শ্রীরাধিকা ৯ মহাদেব লাই ময়াম কৌরগ মখোয় পুম্নমক্কা লোইননুনা কোম্মুং শুয়াইদা চংখ্রে মতো অম্নুম মতম্ অদুদা (বিরজাক্রোড়ে সমাসীন শ্রীকৃষ্ণকে) উবদা প্রাওখাহুনা হাইখি ॥ ১৯ ।

ময়ি জীবতি গোলোকে ভূত্যাত্তরান্তরীতৃণী।

তুবর্ব্বৃত্তং শঠত্বর্ব্বৃত্তং ধরায়বো মরাকরোহ ॥ ২০ ॥

হেহুর্ব্বৃত্ত! হে শঠরাজ! ঐনা গোলোক্তা লৈমিঙৈদা মহারাস লমচং তুমদনা চঙলিত্রা হেহুর্ব্বৃত্ত! অত্তুকন্সি মথে লৌনম তৌরা ঐভোন্দা? অর্থাৎ ঐভোন্দা তাং জোয়ম্বা পুন্নমক্ কোংদোকলে মাসিদা নহাক্পু চিংনরে! চিংনাদবা উমদ্রে? ॥ ২০ ।

সংগৃহ্যে মাংপ্রিয়ামিষ্টাং গোলোকাৎসুজলম্পট।

ভাবইং জীবাপুরা সর্ব্বং সখাভিব্যারিতং মুহুং ॥ ২১ ॥

পুণ্যক্ষেত্রে বিরজায়া সার্দ্ধং চন্দনকাননে ॥ ২২ ।

মতৌ অসুম্না বিরজাগ লোইনত্তুনা মমাংঙৈদা বিহার ওইবা অত্তু ঐনা থম্না থংতি সখী-সিংনা নহাক্পু হন্না হন্না খাম্থি অমুক হন্না বিরজগী অত্তুগুম্বা চন্দনবনদা উখি। হেলম্পট! রতি চোর অসিগুম্না লমচং নহাক্কি মরম্ অসিন হিংবা থুংনা চান্নবি অসিগা লোইনাত্তুনা থুনা গোলোকগী চংলো।। ২১—২২।

এবমাকর্ণ্য তদ্বাক্যং রাধাঃ বীক্ষ্য ক্রোধান্বিতা।

বিরজা যোগমাস্থায় সরিদ্রূপাভবৎ ক্ষণাৎ ॥ ২৩।

বিরজা শ্রীরাধাগী অশাওবা উবদা হাইরিবদো ভাবদা কিখনগী মতম্ অত্তুদা যোগনা তুরেলগী ওইত্তুনা সিংংং ওইন চেনখে ॥ ২৩।

ষট্ত্রিংশদ্যোজনায়াম্ দৈর্ঘ্যো যোজনকং শতম্।

নোদ্দিষ্ট ধরণী জাতান্ ভক্ত্যা গমন ধোমুখী ॥ ২৪ ।

তুরেল অদো য়ুথক্ কুন্থ্তারাক্ পাক্ই শাংবনা য়ুথক্ চাম্না সাংত্থনা পৃথিতম্না চেনখা-রক্পদা উ কন্না তেক্খে মখা পাংনা লু লুকথাহুমা চেনখে ॥ ২৪।

বিরজোজি ভবালোক বিদ্বন্‌সা প্রবিষ্টা ভূবি ॥ ২৫ ।

হে বিদ্বান্! অঙ্গিরা! অত্তুদাগি পৃথিবীদা বিরজা হাইরি মহাকপু অর্থাৎ তুরেলগী মশক ওইত্তুন পৃথিদ কালিন্দ্রি যমুনা হাইখি ॥ ২৫।

তত্র. সংভূয়ো দেবর্ষি গন্ধর্ব্বোরগ কিন্নরাঃ।

অহং ভবাজেণাস্ত শক্রাদি প্রমুখাঃ সুরাঃ ॥ ২৬।

সম্বর্গজঃ সাশ্রুনেত্রাঃ পুলকাঙ্কিত বিগ্রহাঃ।

স্তুবন্তো মুহুরব্যগ্রা ভগবন্তং পরাৎ পরম্ ॥ ২৭ ।

অত্তুগিতুদা ভগবানগী মাংদা তপ্ন-তপ্না দেবর্ষি, গন্ধর্ব্ব, নাগ, কিন্নর, মতৌ অসুম্না ঐ বিষ্ণু মহাদেব অমনা ইন্দ্রদেবগনা পুন্নমক্ মিংতপিতান হিক্ হাইবা রাহৈনা তুজুংবা ওইত্তুনা মাংদা তুংদা পরমপুরুষ ভগবানবু স্তব তৌখি ॥ ২৬—২৭।

জ্যোতির্ম্ময়ং পরংব্রহ্ম সর্ব্বকারণ কারনম্।
অমূল্যরত্ন নির্ম্মাণ রত্নসিংহাসনস্থিতম্॥ ২৮।

অসেংবা মঙানগী মশক্ ওইবা পুম্নমক (কারনেরকারণ) ওইবা পরমব্রহ্ম ভগবাণ শ্রীকৃষ্ণ মনি মুক্তান সেম্বা কোম্নুংদা রত্না সিংহাসণ মথক্তা ফাললি॥২৮।

সেব্যমাণঞ্চ গোপালৈঃ শ্বেতচামর বায়ুনা।
গোপালিকা নৃত্যগীতৈঃ পশ্যন্তং সস্মিতা ননং॥ ২৯।

গোপময়াম্না চামর অঙোবা পাইদুন মুংশীংন মরম্ ওইদুনা থোগন তৌবা মমোন নোক্তুন মাইথোং থব্বাল গোপীসিংনা জগোই শাই ঈশৈ শক্ই সেবা তৌদুন দর্শন ওইদুন লৈখি॥২৯।

পরিতো ব্যাবৃতং শশ্বং গোপৈশ্চ শতকোটিভিঃ।
চন্দনোক্ষিত সর্ব্বাঙ্গং রত্নভূষণ ভূষিতম্॥ ৩০।

দেহ পুম্নমক্তা চন্দ রত্ননা লৈতেংবা ক্রয়ামুক নিংথিজে মতৌ অমুম্না গোপ শতকোটিনা ম্নাইকৈ মরিদা কোইদুনা লৈ॥৩০।

নবীণনীরদ শ্যাম কিশোরং পীতবা সসম্।
যথ দ্বাদশবর্ষীয় বালং গোপালরূপিনম্॥ ৩১।

ফুইন হৌব নোং শংবাননা ফজবা দেহেদা ম্নাফিগে থোনবা চহি তরানিথোইগি বয়স ওইবা অঙাংগী মতৌগুম্বা গোপালরূপী পরমাত্মা গোবিন্দগী পুক্লিংহুবা রূপ॥৩১।

কোটি কোটি শীতাংশু সংশীত দ্যুতিং শ্রীবৎসবক্ষসম্।
কোটি কন্দর্প লাবণ্য লীলালাবণ্য ধামকম্॥ ৩২।

ঈংবদা থা কোটিদগী হেন্না ঈংনঙাল্লি থবাক্তা শ্রীবৎসচিহ্ন কোটি কন্দর্পগা মান্নৈ মতৌ অমুম্না লীলাগী মশক্ অমত্তা ওইবা লৈফম্ মশক অর্থাৎ সংসারদ লৈরিবা ফজবা পুম্নমক্কী তুংনফম্ সংবাননবা রূপ্তা হাইজাদুনা লৈ॥৩২।

সস্মিতাননং পাথেজ গোপীভিঃ সংস্পৃহং দ্বিজ।
রত্নেন্দ্রসার মাণিক্য বিচিত্রাভিমুদেক্ষিতম্॥ ৩৩।

হেদ্বিজ! গোপী পুম্নমক্কী চংখোম্না খোরাংজবা রূপ মমোন নোক্পা মাইথোং থব্বাল চাওদম্নিংঙাই লৈত্তবা রত্ন অমসুং মণিনা সেম্বা অয়াংব ফিনা লৈতেংবা দেহদা থোইদোক্লা হুরাওবা রূপ্ উৎখি॥৩৩।

প্রাণাধিকা প্রিয়তমা রাধাবক্ষ স্থলস্থিতা।
তয়াদত্তঞ্চ তাম্বুলং ভুক্তবন্তং সুবাসিতম্॥ ৩৪।

চান্নবী রাধাগী বক্ষজদ য়েংদুন লৈ অদুগুম্বী শ্রীমতি রাধান মনম্ মুংশিবা ঈসিং তাম্বুল চাবদ পুক্নিং চংবা অদুগুম্বা থোইদোকপা রূপ শ্রীকৃষ্ণবিগ্রহ॥৩৪।

সরিপুর্ণতমং রাসে প্রদুত্তরী মরবতুরাৎ ।
মুলয়ো মণবঃ সিদ্ধা তপসা দর্থাকিসবখা ॥ ৩৫ ॥
প্রহৃষ্ট মানসাঃ সর্ব্বে জগ্মুঃ পরম বিস্ময়ম্ ।
পরস্পরং সমালোচ্য তে সমুচুশ্চতুর্মুখম্ ॥ ৩৬ ॥

অয়াম্বা লাইগী মুপী ময়াম্না থললাথা পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণগী রাসহুলদা উচ্চে মুণি, মনু, সিদ্ধগণ, অমসুং তর্পন মরম্ ওইহুনা পাপকি মপৈ মাংথে, থভৌ অমুম্না তপ তৌকী মুপী মথোইথিবিক পুক্নিং হরাওনা ভগবংকি রূপ উজখি উবদা ওকথি মতুং অহুদা অমসু-অমগা ওনশুনা। প্রমুমন্না ভগবান ব্রহ্মাদ হংজখি ॥ ৩৫—৩৬ ।

নিবেদিতং জগন্নাথং স্বাভিপ্রায়মতীশ্বরম্ ।
অহংতদ্বচনং শ্রুত্বা বিষ্ণুং স্মৃত্ব স্বমানসে ॥ ৩৭ ।
অধমাং সংস্মৃত্বা কৃষ্ণো বচনং মধুরোপম ॥ ৩৮ ।

জগন্নাথপী নিংব থুংননবগী ব্রহ্মাণ হজ্জখি, ব্রহ্মাণ অঙ্গিরাদ হাইখি—বসল । মথোক্তগী অপাঙ্গ রা তারবদা মক্তিক চাওবা বিষ্ণুবু নিংসংলগা। লেপত্তল লৌখি, অদুগী তুগুদা ঐনা নিং-জাবনা মরম্ ওইরতুন শ্রীকৃষ্ণনা য়েংথংবদা ঐবু য়েংবিতুন মুংশিনা রাহৈ তাকপি ॥ ৩৭—৩৮ ।

## গোলোকে রাসরচনা

শ্রীকৃষ্ণোবাচ —ব্রহ্মান বাদয় বাদ্যানিতাস্ত্ মরসাং গণাঃ ।
ভবো গায়তু গীতানি প্রীতয়েমেহতি সুস্বরম্ ॥ ৩৯ ।

শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্মাবু থাগৎতুনা তুংদা লাকদবা হায়খি—হে ব্রহ্মান্ নহাক্না পুণ্ডরৈয় জগোই শাবীসিংনা জগোই শাইল্লু মহাদেবন মতম্ পুম্নমক্তা এব্ পেন্নবা মুংশবা সুমন ঈশৈ শকউ ॥ ৩৯ ।

তস্মিন্ মহোৎসবে রাসে সর্ব্বেষাং প্রীতিদেহপথ ।
ততোমুগুন্ প্রিয়ারোহং বিভজ্যাত্ম পমাত্মনা ॥ ৪০ ।

হে অনঘ! পাপ্ চেন্দবা অঙ্গিরা! জীবা পুম্নামকপু পেলহল্লগে হাইবগীদমক্ অদুগুম্বা মহারাস শ্রীকৃষ্ণন রাধিকাগি আশাওবা থামগ্রিতুনা মহাক্না মহাক মশাদগী মথন মথা অমাম্বা তোঙানি তোঙাননা রূপ ওইখি ॥ ৪০ ।

শতধা রূপ জাব ণৌদার্য্য মাধুর্য্যরিষ্ঠিতম ।
দ্বিভূজং মুরলীহস্তং বনমাল্য বিরাজিতম্ ॥ ৪১ ।

শ্রীকৃষ্ণণা মহাক্কি চপ্ মান্নবা চা কন্না ওইবা তোঙান তোংতানবা রূপ পুম্নমক্ অদো চপ্, মান্নে অর্থাং পাম্বোম অনি পানবা মুরলী পাইবা সংবাননা ফজবা অত্তৌবা লৈ পরেং থোনবা তনৌ তনৌনা পুকনিং হুর্না ফজবা পুম্নমক্ অদো মজং মতৌ চপ্ মান্নে ॥ ৪১ ।

মধুর পুঞ্জচঞ্চচ্চ কৌস্তুভেণ সুসন্নতি।
দিগ্ভূষণ গুণৌঘেন বয়ো রূপোজসাশ্রিয়া ॥ ৪২।

কোকুথক্তা বাহোং মতুংগী চুরা কৌস্তুভ মুনিগী মমা, মাইকৈ তুরা গুণবা লৈতেংবা মওং মগুন্ কিবম রূপ্ অমসুং অঙ্গুম চৌন পুন্নমক চপ্ রাগ্নৈ ॥ ৪২।

মূর্ত্তিকীর্তি যশোভাসো ভঙ্গিমা সমশোভনং।
কৃষ্ণং বর্জিতমাত্মানং সমং শতবিধং মুনে ॥ ৪৩।

হে মুনে। সমমূর্ত্তি সমকীর্ত্তি, সমযশ সমবাস সমান শোভা সমান ভঙ্গী মতৌ অসুমা শ্রীকৃষ্ণ মহাক্না চাম থোক্না তোঙানা শঙ্গুন পুথোকুখি ॥ ৪৩।

বক্ষ্যাত্মানং শতবিধ মকরোৎবিশ্বমোহিনী।
রাসোৎসবং রসোপেতং রসিকান্তি রসাচ্যুতঃ।
রচয়মাস সর্ব্বাঙ্গ স্তুতিভিঃ স্বাং সন্তবৈরপি ॥ ৪৪।

হেদ্বিজবর। শ্রীকৃষ্ণ মহাক্না মান্নবা রূপ চাম থোক্না পুথোকপা অসু উবদা জগৎপু ওকহল্লবি রাধান চাম থোক্ন তোঙামা ওইখি পুন্নমক অদো মাঙোন্দগী ওইবনি মূর্ত্তিসিং অমুগা লোইননা অম্নাম্ব গোপীসিংগা তিন্নদুনা শ্রীকৃষ্ণগী রস পুন্নমক্না ভিনবা রাসলীলমক্ সেমখি ॥ ৪৪।

ভূজাপাবদ্ধ্য বাহুভ্যাং স্বাভ্যাং মধুরিপুহরিঃ।
নদানৃত্যাত্তিং কৃষ্ণেস্তু নৃত্যন্তী ভরিতস্তুতঃ ॥ ৪৫।

ভগবান মধুসূদন খুৎ অনিনা গোপী পুন্নামক্কি খুৎ অমমম্গা পাইদুনা জগোই শাবদা পুক্লিং চংবিসিংগা লোইনদুনা জগোই শাখি মতৌ অসুমা জগোই শাবদা পুক্লিং চংবা গোপা পুন্নমক্না শ্রীকৃষ্ণগা লোইনদুনা মাইকৈ মায় কোইদুন জগোই শাখি ॥ ৪৫।

অচুচুম্বলা লিঙ্গস্তনবা নৃত্যব্দচ্যুতঃ।
মধ্যে মধ্যেস্থিত স্তাসো মুড়ুবাড়ুড়ুভি যথা ॥ ৪৬।

জগোই অদো গোপী অনিগী ময়াইদ কৃষ্ণ অমা, জগোই হৌখে, মতৌ অসুমা (মধ্যে মধ্যে আলিঙ্গনকরতঃ) গোপী পুন্নমক (বদণকমল চুম্বন করিতে) প্রমাণদি অতিন্নাদ থন্নান-মচাক্না থা কোইশিন্ন মতো অসুন্ন গোপী ময়াইদা গোবিন্দন লৈতেংভি ॥ ৪৬।

রমমানো হভোকৃষ্ণো নিরাহো দ্বজসত্তমঃ।
মুখবাসন তাম্বুল চর্ব্বণোৎকুবলং দদৌ।
আস্যেষু তাসাং রাধ্যাণাং মধ্যের ক্ষোদয়োর্দ্বয়োঃ ॥ ৪৭।

হেদ্বিজসত্তম। শ্রীকৃষ্ণ মুতম্ অদুদা নিগুণ খুন্নমচনদুনা লৈ অঙ্গুম্ ওইনমক রাধাগী অনু-রাগদা মরম্ ওইদুনা (রমনর্মূর্ত্তিতে ন্যায়) ভানুবগুম ওইখি রাধাগী মুর্ত্তি পুন্নমক্না মাইথোং

থম্বালদা মনম সুংশিবা ঈশি, থা পিখি মতৌ অসুম্মা গোপী অনিগী মম্নাইদা কৃষ্ণ অমমম্ ওইদুনা নিংথিজবা ওইখি ।। ৪৭ ।

অথাপ্লিব দথামন্দ সন্দোহাদ্ধিবরং পত্তাঃ ।
ভূজাবাচ্ছিত্ত তরসা ভূজাভ্যাং কৃষ্ণমাহরৎ ।। ৪৮ ।

সুংঙাইবা সমুদ্রাগী ইপোমদা তাওদুন গোপী অমগা কৃষ্ণ অমগা ( আলিঙ্গন করিতে ছেন ) কনাগুম্বী গোপীনা থুংভিংথোক্নুনা শ্রীকৃষ্ণ মহাকি থুং অনিন তাপ্‌ন চিংশনদুন লৈখি ।। ৪৮ ।

রাসোৎসবে সংপ্রবৃত্তে বাণী মধুরবাদিনী ।
বীণামাদায় বাহুভ্যামবাদয়ত সুস্বরাম্ ।। ৪৯ ।

মতৌ অসুম্মা গোলোক্কি রাস সান্নবা উজবদা স্বরসতী ইবেম্মনা বীনা পাইদুনা সুংশিবা সুরনা খোঙখি ।। ৪৯ !

ব্রহ্মোবাচ ।- অহং মৃদঙ্গং পনবং বিষ্ণুর্দ্রেবর্গণ্ডিরিহ ।
ভবস্তস্থ্রুক্রণা সার্দ্ধং সগণেভ্যো ব্যজীর্গণৎ ।। ৫০ ।

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদ হাইখি—বৎস ! মতম্ অদুদা ঐনা পুঙ্‌ৱৈ অয়াম্বা সুর পুম্নমক নৈহংপা বিষ্ণু সুংশিৎ অর্থাৎ ওসুর কৌবা পুঙ্‌ য়েখে অয়াম্বা জ্ঞান পিনবা মহাদেবন ঈশৈ শকপা তসুর পাইদুনা গন্ধর্ব ময়াম্ মতৌ অসুম্মা কাল মহাকাল ভৈরব অসিনচিংব লোইনদুনা শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলা মাধুর্য্যরস মপুং ফানবা ঈশৈ সকপা হৌখে ।। ৫০ ।

সুস্বরো মধুরালাপৈ মূর্চ্ছনা মুচ্ছিতৈক্রমাৎ ।
মুর্চ্ছিতং সাৰ গন্ধর্ব্ব সুরাসুর মনোরগম্ ।। ৫১ ।

মহাদেবগী ঈশৈ সুংশিবা তাবদা স্বমহৎতুনা বাদ্যে অসেংব সঙ্গীত মথং-মথং তাবদা অনস্তা নচিংব লিল ময়াম্ দেবা সুর, গন্ধর্ব্ব, সিদ্ধ, মতৌ অসুম্মা-সভাদ লৈরিবা পুম্নমক অমত্তা ওইনা স্নানম্থখি ।। ৫১ ।

সযক্ষো রক্ষ কিং মর্ত্ত্যাবিদ্যাধর মুনীশ্বম্ ।
বিসংজ্ঞং হরগীতেন মধুরালাপ মুচ্ছনৈং ।। ৫২ ।

যক্ষ, রাক্ষস, কিংপুরুষ, বিদ্যাধর, মুনীন্দ্রগণ পুম্নমক বাদ্যে রাপ রাগিনী সুংশিবা ঈশৈ মহাদেবন শকপা তাবদা মতম অমত্তুদা ক্ষণ লৈখিদ্রে সিবপা মান্নখে ।। ৫২ ।

বীণাবাদ রবৈবিদ্বন্ সমস্তাদ্রাস সমস্তালম্ ।
চিত্রাপিতমিবা ভাতে সত্তদারা মণ্ডলম্ ।। ৫৩ ।

হেবিদ্বান অঙ্গিরা ! মস্তিক্ চাওবী স্বরপতিগী বিনা খোঙবা ভাক্ক অয়াম্ব রাগ মণ্ডলদা লৈরিব পুম্নমক্ চেদা য়েক্‌পা লাইগী মতৌগুমখে উনশাব মুত্তিগুমখে অর্থাৎ অদুগুম্বা বীনাগী মখোন তাবদ জ্ঞাণ মাংডোইদবা লৈ ত ।। ৫৩ ।

# শিব সঙ্গীত শ্রবণে রাধা কৃষ্ণদ্রব

অত্যন্তং মধুরঞ্চৈব সুকোমল মধুস্বরম্ ।
ভূয়োলিশম্য তদ্‌গাতংদ্রবীভূতো ক্ষণাদিব ॥ ৫৪ ।

ফুগাইন শাংগ্লা থম্বান্ণী মনম্ নুংশিবা সুরগা লোইনবা তাবদ রাম্বয়োইদবা কনালৈ হন্না হন্না মহাদেবগী ঈশৈ শক্পা তাবদ তার ভারগা খুদক্ অদুদা শ্রীরাধাগা লোইদুন শ্রীকৃষ্ণসু মতম্ অমত্তদা ঈশিং ওইদুন চেনখ্রে ॥ ৫৪ ।

নির্ম্মলং স্ফটিকা ভাসং জলং গোলোক ধামকম্ ।
ব্যাপ্তবত্তেন সংভ্রান্তাঃ সর্ব্বদেবাঃ সবা সবাঃ ।
হাহাকারং তত চক্রুঃ কিমত্তে দ্বিতি চিন্তয়ন ॥ ৫৫ ।

মণিগী মণ্ডাপগুম্ মকত্রাব অহুগুম্বা ঈশিংগী মপৈন খুদক্ অদুদা গোলোকধাম সিনবা থুগখ্রে অদু উবদা শচীগী মবুংঙো ইন্দ্রগা লোইনদুনা অয়াম্বা লাই ময়াম্ মাংঙে মাংঙে হাইদুন হৌগংনরকলে ! আঃ ! একিহইল ? অসুম্বা চিন্তা তৌনাখ্রে ॥ ৫৫ ।

অহোদৌর্ব্বল্য মহাত্মাং কর্ম্মোজ্জযশসো গুণান্ ।
কর্ম্মনশ্চ পরিজ্ঞাতুং ন শক্যামঃ কথঞ্চণ । ৫৬ ।

অমগা অমগা লাই ময়াম্ পরমেশ্বরগী কর্ম্ম অমসুং যশঃগুণ থবক্তা ঐখোয় পুম্নামক্কি পাঙ্গস লৈত্রে খঙবা ঙমদ্রে অসুম্বা হাইনাখি—আহা ! করিনো অঙকপা বিষয় ভগবানগী কর্ম্ম করিনো মক্তিক, মগুণ ঐখোয় পুম্নমক্কা খঙবা ঙমগদবা ওইদ্রে অর্থাৎ থবক করমবনগী ( কিং ঘটনাহয় ) মাদু থজ্রিকতং ফাওবা হায়বা ঙমদ্রে ॥ ৫৬ ।

কযাতা মূর্ত্তয়ো হ্যেতাঃ কৃষ্ণস্য পরমাত্মা ।
রাধায়া বা মহেশান্যঃ ক্কগতং রা সমগুলম্ ।
কুতোবা তোয়মায়াতং সর্ব্বংব্যাপ্নোতি গোলোকম্ ॥ ৫৭ ।

করিনো ঙকখ্রেদা ! পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণগী অয়াম্বা মূর্ত্তি কদাইদা চংখ্রে ? অমনা শ্রীমতি রাধাগী মূর্ত্তি ময়াম্ কদাইদা চংখ্রে ? মতৌ অসুম্বা অহুগুম্বা পুক্রিং হুবা রাসমণ্ড অদো কদাইদ চংখ্রে ? মিংত্রংগী মতৌগুম্ব ঈশিং অসিন কদাইদগী লাকলিবনো ? মহাক্কা গোলোক ছিন্নবা থুখ্রে ॥ ৫৭ ।

অহোঅদ্ভুতমেতস্মো দৃষ্টংকর্ম্ম মহাত্মণঃ ।
তুষ্টবু স্তেতদা কৃষ্ণং সরাধাং দেবসত্তমাঃ ॥ ৫৮ ।

অঙকপা ওইরো দেবগর্না হায়জখি—আহ ! পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণগী অঙকপা থবক ঐখোয় পুম্নক্কা উক্তবে তৌরিবা মতৌ অসে অমুক্তা ওইখিদ্রি অসুম্বা হাইদুনা লাই পুম্নমক্কা রাধাগা লোইনবা শ্রীকৃষ্ণ অনিদ স্তব তৌখি ॥ ৫৮ ।

দেবাউবাচুঃ।—কৃষ্ণায় বাসুদেবায় সর্ব্বভূতাশ্রয়ায়চ।
নিগুর্ণায় চ শান্তায় রাধা কান্তায় তে নমঃ ॥ ৫৯ ।

জীবা পুম্নমক্কী আত্মা ওইবা শ্রীকৃষ্ণ পুম্নমক্কী অহানবা ওইবা পুম্নমক্কি চংজাফম্ ওইবা শান্ত, নিগুর্ণ শ্রীরাধিকাগী চান্নবা হে গোবিন্দ! ইবুংঙো নহাক্পু খুরমজরি ॥ ৫৯।

বিরিঞ্চি ভব সুত্রাম্নো ধ্যায়ন্তেঽহর্ণিশং বিভো।
তৎপাদ পাথোজণনং তুভ্যং নিত্যং নমোনমঃ ॥ ৬০ ।

হেবিভো! জগৎ সেম্বা ব্রহ্মা মাংহন্‌বা শঙ্কর অমন ইন্দ্রনচিংবা লাই পুম্নমক্না অস্তৎপা লৈত্তনা অহিং নুংথিল ইবুংঙো নহাক্কি পাদপদ্মবু নিংজৈ মরম অসিনা নহাক্পু ঐখোয় পুম্নমক্না হন্না হন্না খুরমজৈ ॥ ৬০ ।

সৃষ্টিস্থিতি প্রলয়ানাং কারণং করুনা নিধে।
হরি বিরিঞ্চি হরানাং ত্বং জনকত্বাং নতাস্মতে ॥ ৬১ ।

থৌজাননা সমুদ্রগী মশক্ ওইবা নহাক্না অসিগুম্বা সংসার পুথোকই লৈহল্লি হরি হর হিরন্য গর্ভগী জনকনি মরম্ অসিনা ইবুংঙো নহাক্কি পাদপদ্মদা ঐখোয় পুম্নমক্না হাইজরি ॥ ৬১ ।

সদেব সোমোদমগ্র আসীম্মধ্যান্দিনাজগুঃ।
ত্বংছিতং পরমং ব্রহ্মাতুভ্যং নিত্যং নমোনমঃ ॥ ৬২ ।

যজুর্ব্বেদদা ঋষিশিংন হায় লেংদ্রাবনি মথেং তাত্রবনি অদুগুম্ব ব্রহ্মনি পুম্নমক্কি অহানবদা লৈরমম্বনি হেগোবিন্দ! ইবুংঙো নহাক্না অরেপ্পনি নঙোন্দা হন্না হন্না খুরুমজরি ॥ ৬২ ।

যস্মাদ্বিশ্বমিদং জাতং যস্মিন্নেব প্রলীয়তে।
তদ্ব্রহ্ম শাশ্বতং তস্মৈ প্রনমামি জগৎপতে ॥ ৬৩ ।

হে জগৎপতে! ইবুংঙো নংঙোন্দগী অসিগুম্বা জগৎ পুথোক্লগা অমুক্ মাংহল্লি হিংচাবগী যেক্লাবনি অথোইবা ব্রহ্মনি ইবুংঙো নঙোন্দা খুরমজরি ॥ ৬৩ ।

দ্বেবিদ্যেবেদিতব্যঞ্চ শব্দব্রহ্ম পরঞ্চ যৎ।
তৎ ত্বংহি শব্দ পরমং ব্রহ্মাতস্মৈ নতাবয়ম্ ॥ ৬৪ ।

মুণ্ডকশ্রুতিদা হায় অপরাবিদ্যা ও পরাবিদ্যা অনিনা মবম্ ওইদুনা হাই খোজেন হাইবা অসে ব্রহ্মদগী ওইবনি খুদনগনি মাদো সগুণ, নিগুর্ণ, অনিগী মশক্কী নহাক্ অসে ইবুংঙো নংঙোন্দা ঐখোয় পুম্নমক্না খুরমজরি ॥ ৬৪ ।

একমেবাদ্বিতীয়ং যদ্বৃহদারন্য কোঽব্রবীৎ।
তদেকং ব্রহ্ম ত্বং দেবতস্মৈ নিত্যং নমোনমঃ ॥ ৬৫ ।

হে দেব! শ্রুতিদা হায় মতুদি অমাদগী অসিসুদে অদুগুম্বা অনিস্থদবা পরমব্রহ্ম ওই নহাক্কি ইবুংঙো নংঙোন্দা খুরমজরি । ৬৫ ।

একোঽহৈছ পুরুষো যো নিত্যং সদসদাত্মকম্ ।
শ্রুতিদ্বয়স্য বিষয়ং ত্বাং নৌমি পুরুষোঽব্যয় ॥ ৬৬ ।

হে অব্যয় পুরুষগোবিন্দ। অমত্তা ওইব পুরুষ নহাক্তা পুম্নমক্কি অহানবদা লৈরম্মি নারায়ণনা অহানবনি অসুম্না শ্রুতিগ হাই অসিগুম্বা অকোইব অসিদা ব্রহ্মনা অহানবনি সৎ অমসুং অসৎ অনিমক্ ব্রহ্মনি হায় মসে শ্রুতিগ, তাব অমসুং খোঙ্গেন অনি অসে পরব্রহ্ম নহাক্তি ইবুংঙো নংঙোন্দা ঐখোয় পুম্নমক্তা খুরমজরি ॥ ৬৬ ।

ইতিশ্রুত্যাদিভিঃ স্তোত্রৈর্মধুরৈঃ সুপদৈরপি ।
ততোদেবান্ প্রহস্যাহ শিবোদায্যানুসান্ত্বয়া ।
বিব্রুবান্ সজলস্নিগ্ধ মেঘগম্ভীরয়া হরি ॥ ৬৭ ।

নিংথিজবা চরোনদ ভিনবা সুংশিব খোঙ্গেন ওইবা অসুম্না শ্রুতিন হাইখ্রবা স্তব অহুনা মরম্ ইওহুনা ভগবাগনা মমোন্ নোকপ মাইথোং অয়াম্বা লাই পুম্নমক্কী মাংদ হৌরকপ নোংগুম্বা গম্ভীরস্বর থোইদোকপা মহাক্কি ওইবা মঙ্গোল ওইরো হায়বা রাগাংনা লাই পুম্নামকপু পুক্কিং তপথাহনখে ॥ ৬৭ ।

শ্রীকৃষ্ণোবাচ।—সুস্থাস্ততো নভেতব্যং কর্ম্মণা বোঽমরামম।
কৃত্য পরাক্ষ্য হ্যেতেন ব্যেতু বো মনসোজ্বরঃ ॥ ৬৮ ।

লাই ময়ামবু থাগৎত্রুন শ্রীকৃষ্ণনা হাইখি—হেওমরগণঃ নখোই পুম্নমক্ পুক্কিং তপ্থো আর্থাৎ অওক্পদো কর্ম্মন মরম্ ওইদুন নখোয় পুম্নমক্তা কিগনু অসিগুম্বা কর্ম্ম অসে ঐনা নখোই পুম্নমক্পু য়েংগদৌরিবনি নখোয়গী চিংনবা অদু থাদোক্লো ॥ ৬৮ ।

ব্রহ্মোবাচ।—ইত্যাভাষিতমাকর্ণ্য দেবা ভব পুরোগমাঃ ।
সুপ্রসন্নমুখাঃ সর্ব্বে সান্তাঃ শ্বাস্তেন সান্ত্বিতাং ॥ ৬৯ ।

মহাদেবনচিংবা লাই পুম্নমক ভগবাগগী মশা উদবা য়াথং তারবদা মাইথোং নকালামখে মতৌ অসুম্না থেমজনবা য়ানা মরম ওইদুন পুম্নমক অদো পুক্কিং সুংঙাইরে অর্থাৎ সুংভাইরবা য়াখন থাদোকলে ॥ ৬৯ ।

বিস্ময়োৎফুল্ল পাথোজ মনোবদন চক্ষুষঃ ।
তমাবভাষিরে দেবাঃ কৃষ্ণমজ্জ দলেক্ষণম্ ॥ ৭০ ।

ভগবৎগ মরম্ ওইদুন থেমজনবা ফংঙবদা লাই পুম্নমক্ ফুগাইন শাৎপা থম্বালগী মতৌগুম (মুখপদ্ম ও চক্ষু) মতৌ অসুম্না পুক্কিং সুংভাইরে হরাওব মিৎয়েংন শ্রীকৃষ্ণদা পুম্নমক্তা মতম্ অহুদা নোলুক্তুন অসুম্না হঙ্গংখি ॥ ৭০ ।

দেবাউচুঃ। নৈর্ভীকত্রং ভগবতি ত্বয়ি যোগেশ্বরে শ্বরে ।
বিচিত্র কর্ম্ম মাহাত্ম্যৎ রূপে শ্বর্য্যৎশিমুক্তিদে ॥ ৭১ ।

ভগবৎক্কি চয়োন্দা লাই ময়াম্মা পেনবিনবগী দমক্ অসুম্মা হাইজখি হে ভগবণ্ ! নহাক্কি অয়াম্বা যোগী পুম্নমক্কি মপু অহুগীসু মপুনি নহাক্কি ওইবা অসিগুম্বা মভৌ ঐশ্বর্য্য অসুম্মা মোক্ষ, পিনবিবা খঙবা ঙমমোই থবক্কি মওং নহাকপু খঙবা ঙমগদোবা ওইদে মরমদি পুম্নমক্কি মশক্কি ঈশ্বরগী থবকপু কনান খঙবা ঙমগদগে ॥ ৭১ ।

যোবিজ্ঞাতুং ক্ষমোদেব তব বিশ্বাত্মকর্ম্মণঃ ।
চরিতং মক্ষসাগমা বচস' কর্যানা হবে । ৭২'

হে হরে ! ঈবুংঙো নহাক্ অসে পুম্নমক্কি আত্মনি অয়াম্বা থবক পুম্নমক্ নংঙোন্নগি ওইবনি নহাক্কি মহিমা লোক্ অসিদা র ঙংন পুক্কিংনা থবক্কা খঙবা ঙমদে হেদেব ! নহাক্কি থবকপু কনান খঙগদগে ॥ ৭২ ।

যদিতেহনুগ্রহোহস্মাসু ভক্তাভীপ্সিতদোযদি ।
কৃপনেষুচ বাৎসল্যং দেহিনোদর্শণং বিভো ॥ ৭৩ ।

হেবিভো ! মতম্ অসিদা ঐখোয় পুম্নমক্তা থৌজ্ঞানবিহুনা অমনা য়ারবসিংগী মফমদা থৌজ্ঞানবিগদবা ওই হে গোবিন্দ । অহু ওইরবদি মুংশিবিহুনা ফোংদোকুপি তোল্লবা লাইশিংদা দর্শণ পিনবিরে নহাক্পু উদাবদগী ঐখোয় পুম্নমক অরবা ওইরে ॥ ৭৩ ।

ব্রহ্মোবাচ । এবং সম্প্রার্থিতো দেবৈরলক্ষ্য গতিরীশ্বরঃ ।
সহসাবিভুং প্রেম্ন পাবিযুক্ত কলেবরঃ ॥ ৭৪ ।

ব্রহ্মাণ অঙ্গিরাদ হায়খি— হে ব্রহ্মণ ! গতি লৈত্রাহুন শ্রীকৃষ্ণগী মফমদ (প্রেমপূর্ণ) ওইরহুন দেবগন হাইজবা তারবদা উহললমদবাদগী হায়জবা অহুদা ফোংদোকখ্রে ॥ ৭৪ ।

নবীন সজলশ্যাম পাথোধর বরচ্ছবিঃ ।
বনমালারাজিতোরঃ স্থলো রাধোরসিস্থিতঃ ॥ ৭৫ ।

ফুঙ্গনা হৌবা শংবানবা নোঙগী মচু মানবা দেহদা অতৌব লৈ পরেং থোনবা থবক্তা মভৌ অসুম্মা শ্রীরাধিকাগী মবুংঙো অঙকপা নুংশিবা মিৎযেং পুক্কিং হুবা রূপনা ঙানখ্রে ॥ ৭৫ ।

বর্হচুডঃ সস্মিতাস্যো দ্বিভূজশ্চ কমলোচনঃ ।
মনোহরন্ বেণু গীতৈ মূর্চ্ছণা মধুরস্বরৈঃ ॥ ৭৬ ।

কোক্তা য়াঙ্গোং মতুগী চুরান নিংথিজবা মোমোন লোকপা মাইথোং দ্বিভূজ মুরলী খোঙবা খোঙ্গ খোইবা ছাথেক্ মুংশিবা মিৎযেং বেণুগী মুংশিবা খোঞ্জেনা জগৎ সুমহৎনবা ওইবা পুম্নমক্কি পুক্কিং হুখ্রে ॥ ৭৬ ।

কোটিগোপাল গোপীভি বীক্ষ্য মানো মৃদান্বিতৈঃ ।
স্তূয়মানো মুনিগনৈঃ সুমন্দ নন্দকাদিভিঃ ॥ ৭৭ ।

খোইদোক্লা পুক্লিং হৱাওনা কোটি ওইবা গোপ অমস্তুং গোপী কোটি লোইনম্লুনা মাংদা উহনখে্র রূপ উজাবদা নারদনচিংব মুনি পুম্নমক্ পেলহলবিগে হায়জুনা মতৌ অস্নুম্না সুমন্দ নন্দমা-চিংবা ময়াম্না কোইশল্লি ।। ৭৭ ।

তৎপ্রোক্ষ সকলাদেবা মুদমাপুর নুত্তমাম্ ॥ ৭৮ ।

পুম্নমকী পুক্লিং পেনবা রূপ ফোংদোকপা শ্রীকৃষ্ণব দর্শণ ওইবদা লাইপুম্নমক চাংদমনিংঙাই লৈতনা হৱাওখি ।। ৭৮ ।

( গোলোকে সনৎকুমার আগমন )

এতস্মিন্নন্তরে বিদ্বৎ শ্চরন্ননুগতৈঃ সহ ।

শিষ্যৈঃ প্রশিষ্যৈ স্তচ্ছিষ্যৈমুনিভিঃ সংশিতব্রতৈঃ ।। ৭৯ ।

য়েৎবদা চহি মংঙাস্নবা অঙাংগী মতমগুম্না অথোইবা যোগী ব্রহ্মাগী মচা সনৎকুমার গোলোক্তা মতম অহুদা থুংঙরে মথং মথং ওঙ্গনা পবিবা পুম্নমক হাইনখি ।। ৭৯ । তাৎপর্য্যা—হে বিদ্বান অঙ্গিরা ! লাইময়াম্ন অশেংবা দর্শন লোইরবা শ্রীকৃষ্ণ অদো মুংঙাইনা লৈবকাল মতম্ অহুদা ইবুংঙো চরণদা সনৎকুমার ব্রতগা লোইনম্নুনা মুনিশিংগা মতৌ অস্নুম্না তুংইনবা শিষ্যা অতোপ্প শিষ্যা ময়ামগা লোইনম্নুনা গোলোক্তা থুংঙরে ।। ৭৯ ।

বেদ বেদাঙ্গ বেদান্ত পুরানা গমবেদিভিঃ ।

পঞ্চষট্ শতসংখ্যৈস্তু বায়ুবদগতিভি র্মুনে ॥ ৮০ ।

হে মুনে ! অম্নাম্বা মুনিসংগী শিষ্যা চামঙা চাত্রুক মথোয় অদো চৎপদা লুংশিংকী মাং থাই পুম্নমক অদো বেদ, বেদাঙ্গ, বেদান্ত অমসুং পুরান আগমনচিংবা শাস্ত্র পুম্নমক খঙব হৈবা ঙাক্লি ।। ৮০ ।

অশুরোষা মহাতেজা গ্রীষ্মতীক্ষ্ণকরপ্রভাঃ ।

ধমণীন্তরবচ্ছন কলেবর বরঃ সুধী ॥ ৮১ ।

লৈরিবা পুম্নমক অহুনা শাওরবদি মঙাম্না কালেনগী লুংশোগা মান্নৈ সুমিৎকুম্না শরাদা উননা লৈতেংঙ কোক্তা মৈনা কুপ্পগুম্নি পুম্নমক অদো নিংথিবা বুদ্ধিনা তিল্লি ।। ৮১ ।

মেরুলগ্নোদরা মাংসঃ কোটরাবিষ্ট লোচনঃ ।

অনাভিদোলিত শ্মশ্রু রাক্তিচ্ছন্ন কলেবরঃ ॥ ৮২ ।

পুম্নমক্ অহুগী মশা অদো মত্তোং য়াওদে য়োংকী চৈশুগুম্নি তুমিন্না লেপ্নুনা লৈ মথোয় অহুগী মমিৎ অৎদি কুংখিবনা তিন্ মখুনগুম্নি মতৌ অস্নুম্না খোইদৌনু কুৎলি ভারকপা পিনা চমাংনা মসাঅপুম্বা চোৎলি অমসুং ময়াং কংঙি । ৮২ ।

মৌরবাজিন বাসোলক্তিঃ পরীধানো ব্রহ্মীয়কঃ।
ব্রবৃদ্ধবৃদ্ধতাপন্নঃ প্রগলভবদনোরুবাক্ ॥ ৮৩ ।

পুন্নমক্ অদো রুরু হায়বা অাত্তিনি শক্তি চউন লেংলি ঊনব খিত্তমা মতৌ অসুম্না অহলগী মতৌমুম্ (প্রগলভ) মাং ওইনা ওা নবা তিন্নবা মাইথোং মকালামজবা অর্থাৎ কনা অমত্তা পত্তিং নত্তবা য়াওদে ॥ ৮৩ ।

আপিঙ্গায়ত কেশৌঘ জটামণ্ডল মণ্ডিতঃ।
কমণ্ডলু ব্রহ্মদণ্ড করদ্বিতয় শোভিতঃ ॥ ৮৪ ।

য়োওগী মচু ভাক্তি শমগী মপৈ ওইরিবা জটা (সেইজটাজাল) কোক্তা জটা পুন্নমক অহুগী খুং অনিদা দণ্ড অমসুং কমণ্ডলু পাইবা ভাক্তি ॥ ৮৪ ।

শ্রীনারায়ণ নামৌঘানুচ্চৈ রুচ্চারয়ন্মুহুঃ।
শ্রীনারায়ণ নামৌঘ কৃতংতিলক মাবহন্ ॥ ৮৫ ।

শ্রীনারায়নগী নাম পুক্রিং চংনা শোল্লি মতৌ অসুম্না নারায়নগী নাম মহা পুন্নমক্তা চন্দনতনা হৈত্তেংতি ॥ ৮৫ ।

মুণিভিঃ স্তুয়মানস্ব প্রভয়েব হুতাশনঃ।
শ্রুতি স্মৃতি পুরাণোত হাসাগম বিদাম্বর ॥ ৮৬ ।

হাইরিবা মুনিসিং অহাঁদ মছা অদো মতাম্না তিল্লি অশেংবদ্রি মৈগুম্মি মতৌ অসুম্না শ্রুতি, স্মৃতি, পুরান, ইতিহাস, আগমশিংবা পুন্নমক খংতি ॥ ৮৬ ।

সণৎকুমারো দেবর্ষিঃ কৃষ্ণদর্শন লালসঃ।
প্রতীহারী পতাম প্রেত্য প্রোবাচ মধুরং বচঃ ॥ ৮৭ ।

শ্রীকৃষ্ণদর্শণ পামজবগী দমক লাকচবা সমৎকুমার দেবর্ষি পুন্নমক্না অথোইবা গোলোক ধামদা থুংগুরবদা থোংঙ কপাসিংগী মফমদা হায়জখ খুংশিবা বাহৈনা কৃষ্ণগীনাক্ য়োজপে অসুম্না হাইখি ॥ ৮৭ ।

মার্গং দদত ভদ্রং বো দিদৃক্ষা স্বজনাভকম্।
কৃষ্ণং কৃষ্ণঘনশ্যামং ভক্তানুগ্রহ বিগ্রহম্ ॥ ৮৮ ।

হে দ্বারপালক পতে! মখোই পুন্নমক মঙ্গল ওইরো মনাইব্ খোজানবিবা (বিগ্রহবান) ভগবান পদ্মনাভ ফুইনা হৌব শংবাননবা নোংগী কুচু মানবা অহুগুদা শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো মহাকপু দর্শন ওইজগে অসুম্না ঐখোয় পুন্নক্না পামজৈ মম্ অসিনা নত্তাক্না থোঙ হাংদোকতুনা লম্বি থাদোকপিয়ু ॥ ৮৮ ।

প্রতীহারিণউচূ।—রহঃস্থো নাধুনাদ্রষ্টুং শক্যঃ কেণা প্যুরুক্রম।
ক্ষণং বিশ্রাম বিপ্রর্ষে সক্ষণংদ্রক্ষ্যসি প্রভুম্ ॥ ৮৯।

সনৎকুমারগী বা তারবদা থোঙ শংবসিংনা মখোয় পুন্নমক্তা হাইখি—হে বিপ্রর্ষে! মতম্ অসে ভগবান উরুক্রম শ্রীকৃষ্ণদি অচিকপা মকমদা রাধাগা লোয়নডুনা লৈখি মরম অডুনা কনা অমত্তা মঙোন্দা অচুগুন্না মতম অদুদা দর্শন ওইব মতম নত্তে মরম অসিন মতম্ খরা মকম অসিদা ফমডুনা নহাক্না পোৎথাখো তুংদা মপান্দা লেংখোক্লকলগা প্রভুবু দর্শণ ওইবিয়ু ॥ ৮৯।

সণৎকুমারউবাচ।—অধুনৈব ময়াকৃষ্ণোদ্রষ্ট ব্যোরহ সিস্থিতঃ।
দেহিদ্বারেমরে মূঢ় ইত্যুক্তা প্রবিশং বলাৎ ॥ ৯০।

মতিকচাওবা সনৎকুমাব পুন্নমক ধ্যানযোগদা শংঙি অহানবদা লাকপা অচুগুন্না লাইময়াম পুক্লিং হুরাওনা শ্রীকৃষ্ণগা রাসমণ্ডলদা লৈবা থোংঙাকপা অডুনা মঙোন্দা ঙাইখো হায়বা মিনল্লা রাঙাংনা খান্না মরম অডুদগী অশাওবা ওইবা ঋষি অরাবা ওইডুনা মাঙোন্দা অমুক হন্না হায়খি হায অপংবা ওইদবা বা ঙাংব্রা! মকম অসিদা খামডুনা শ্রীকৃষ্ণবু মতম অসিদা ফংহন্দবনি হাক্না ঐবু থাদোকউ অমুম্না হায়রগা পাঙ্গননা কোনুং চংগে অগুম্না থৌরাং তৌরে ॥ ৯০।

অবরোধিতোবেত্রেণ দেবর্ষিঃ প্রাহতং রুষা।
নসেহ্যে প্রতিঘাতঃ রে ক্ষণং শ্রীকৃষ্ণদর্শণে ॥ ৯১।

থোংঙাকপাসং অডুনা চৈ পাইডুনা থংলে অচু উবদা শাওখ্রডুনা ঋষিনা মঙোন্দা হান্নখি! রে মূঢ়! মিংকুপ্ অমতং শ্রীকৃষ্ণ দর্শণগী লাকপা ঐখোয়বু অরাবা পিবা নত্তিক ওইদে ॥ ৯১।

দ্বারংদেহি নচেৎ শপ্সে সপুরং ত্বাং ণরাধম।
ন জানাসিচ রে জাল্ম পশ্যমে তপসো বলম্ ॥ ৯২।

থোংঙাকপসিংনা মীনম্বা রা হায়বগী শাওবনে অমনা চৈনা থংপগী সনৎকুমার অশাওবা অনি সুডুনা মৈগী মূর্ত্তিগুম্খে, থোংঙাকপা অত্তুদা অমুক হন্না থাগৎতুনা হান্নখি (অরেজাল্ম মূর্খ! ণরেনরাধম) য়োঙমানবা অপংবশা নংনা ঐবু খঙদব্রা? থোঙ হাংদোকলবম্ব মতম অসিদা ঐ অমুক্ হন্না চংঙরোই চংহনদ্রবনিনা মিংকুপ অমগী মতমদা ক্লোনু গা লোইনবা নখোই পুন্নমক মাংবত্তারেদ কৌজিক নংনা ঐগী পোকপদগী শ্রীকৃষ্ণ নিংবগী পাঙ্গল য়েংঙো ॥ ৯২।

প্রতিহারিণউচুঃ।-অনুগৃহ্ন মুনে নাথ সুদীনাম দীণবৎসল।
গতভ্রমেণ াহপুরঃ প্রবেষ্টবাত্বয়াগুরো ॥ ৯৩।

থোঙসংবসিংদা শাওরিবা অদো উরগা তোল্লবা থেঙসংবসিংনা নোল্লুকপা রাহৈনা দেবর্ষি সনৎকুমারদা হায়জখি—হেনাথ! হেদীনবৎসল! হে ঋষে! ঐখোয় অসে অতোলবনি ঐখোয়বু থৌজানবিয়ু! হে গুরু! মকম অসিদা ভহাক্তং পোখাবিডুনা অরাবা কোক্লপা মতুংদা নহাক্না কোম্বুংদা চংবিগদবা ওই ননাইসিংদা শাওবিগদবা ওইদে শাওবিয়ু ॥ ৯৩।

সনৎকুমারউবাচ।—অনুগ্রহস্ত পাত্রাণি কোমলা বিচেতসঃ।
মূঢ়াঃ পণ্ডিতমান্যানং মন্যমানাঃ স্বপৌরুষম্ ॥ ৯৪ ।

মী ওইনা পোক্লো অসুম্না সনৎকুমারনা থোঙতাকপসিংদা হাইখে—হে প্রতিহারিগন ! নখোয়না হৌজিক থৌজানবিয়ু হাইনা হাইজখিব অদো মহৈ য়াল্লমোই করিঙ্গনো হায়বদা নাপন তৌই অসি লৈতেনখোয় অশ্নে পণ্ডিততা মাইথিবা পি অপাংবসা থংঙত্রা নখোয় পুন্নমক্লা নিপানি হাইজখুনা নাপন তৌহ্নমা মাইথিবা পিরি মরম অদুনা করিঙ্গুব্দা সাধুসিংগী মফমদা থৌজানগী হাপকম্ ওইরোই ॥ ৯৪ ।

ব্রহ্মোবাচ।—উদার্য্য বচনং রোষাৎ স্ফুরদ্রক্তান্তলোচনঃ।
মুনির্জগ্রাহ তোয়ংস স্ফুরদোষ্ঠঃ কমণ্ডলোঃ ॥ ৯৫ ।

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদ হায়খি—বৎস ! থোংঙাকপসিংগী মফম্দা সনৎকুমারনা অদুগুম্বা য়া অদু হাইরবদা মখোয় অদুমা শাওবদগী মুখিগুম্না লেপ্লগা চিনবান মথক মথা চিকুনা অমম্মুং মিৎ অনি ঙাংঙি উবদা মহাক্কিং খুংজা পাইরিবা কমণ্ডলুদগী ঈশিং লৌহুনা মাতক্ক চাওবা মুনিনা হায়রকই ॥ ৯৫ ।

মুণিরুবাচ। ঐশ্বর্য্যমদমত্তা স্থ্যরীদৃশাদুর্ম্মদাজনাঃ।
পুবস্থাভ্রষ্ট দৌরাত্ম্যাদভ্রষ্টে শ্বর্য্যামরপ্রভাঃ।
সেশ্বরাঃ সাণুগাঃ সর্ব্বে যায়াস্তুধরনী মিতিঃ ॥ ৯৬ ।

মুনি অদো প্রজাপতিগী মচানি সনৎকুমার মখোয় অদু সাওবদগী হায়রকই—রেপাম রেয়া ! নাপন্ কাবা পুকচেল চুমদবসা নাপন্না মরম ওইদুনা নসিং তাংঙে পুম্নমক ওমরনি খল্লে নাপন্দগী মাংনবা লাখি শেম্মে মরম অদুমা নখোয়গী নাপন্না ময়াই কাবদগী নখোয় পুম্নমক কত্তবমা খুদুম চল্লে নখোয় নখোয়গী মরমদগী ঈশ্বরগী অমম্মুং কোম্মুংগা লোইনবা লৈরিবা মী লাই থীনদমা গোলোকগী থুনা পৃথিবীদা চংতুনা মীওইনা পোকলো ॥ ৯৬ ।

ই ত্যুদীর্য্যবচোঘোরং মুণি বৈশ্বানরো পমঃ।
স শিষ্যো গতবাংস্তস্মাদ্ যথা গতমমিত্রহন্ ॥ ৯৭ ।

হে অমিত্রহন্ ! অদুগুম্বা অকিবা শাপ তৌরবা অদুগী তুংডা মৈগা মান্নবা মঙানগুম্বা মহামুণি সনৎকুমার মফম অদুদগী লাক্লে গোলোকতগী হল্লক্লগা শিষ্যাসিংগা লোইনদুনা মফম্ অদুদগী অমুকহন্না চংখে ॥ ৯৭ । তাৎপর্য্য—মহাজ্ঞানী ওইবা সনৎকুমার অশাওবা লৈতবা ইন্দ্রী খুদুম চন্‌বা মহাযোগী জগৎপূ অমত্তা ওইরা উবা স্বতগুম ওইবা চাবা চাদবা ফংবা ফংদবা মাস্ট পাকপা পাক্তবা লৈতবা মান্নবা উবা মহাকনা মহাক্কি ওইবা স্বভাব থাদোক্লগা অশাওবনা খন্থুর চন্দুম্না মতৌ অদুম্না সাপ্ করিগী তৌরি ? অদুগী য়া অদু জ্ঞান লৈখ্‌বা অদুনা জ্ঞান মাংবা হৌনদে অসেংবদি ইন্দ্রিগী মপু ওইবা ভগবাননা হুনশনবা পুক্নিংদা খল্লগা শাপ্ তৌননবগীদমক

গোলোকতা লাক্লিববনি। অর্থাৎ হাল্লা হাইখ্রবা ওইরবা দেবী রা অহুনা ভগবাননা পৃথিবিদা লীলা শাম্নগে হায়বগী পৃর্থিবিদা চৎননবগী তৌইগুম্বম্নুং মরম লৈত্তবা গোলোক থাদোকপা য়াদববা অসিগী রাখল লৈবদগী সনৎকুমার শাপ ফোংদোক্লি ॥ ৯৭।

ব্রহ্মোবাচ।- গতে তস্মিন মুণৌ বিদ্বংশ্চচাল তৎপুরংমহৎ ॥ ৯৮।

দেবদেবোববষাদৌ শোনিতং সম্বিচোষংম্ ॥ ৯৮

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদ হায়খি—হেবিদ্বান্! মতিক চাওবা মূনিমা মফম অদুদগী চৎখিবা মতুংদা গোলোক অমসুং কোম্নুং অপুম্বা নিকলে মতম্ পুম্নমক খল্লুবদা অদুগুম্বা লাইগী লাই ওইবা ভগবান্গী দেহদগী সিন্দুরকপা হুমাংগী মরিক্না ঈগী নোং চুবগুম্বে ॥ ৯৮।

সান্নর্ঘাতং ববুর্বাতাশ্চণ্ডবেগাঃ সুদারুণাঃ।

রাহুরগ্রসদা দিত্যাম পর্ব্বাণ নিশাকরম্ ॥ ৯৯।

থোইদোক্লা অকিবা অয়াংবা অকঙ্গব, মখোল তম্থিবা নুংশিৎ শিৎলরে মমাংঙৈদগী লৈরকপা হুমিৎপু অমসুং অহিংগা মান্নবা মম্বে রাহুনা উমখ্রে। অর্থাৎ অমঙ্গল ওইরে পুম্নমক ওয়া তৈনবা থুংঙরে ॥ ৯৯।

গতশ্রীক গতবালা গত প্রাণা গতৌজসঃ।

গতোংসবা গতোৎ সহা গতোত্তম পরাক্রমাঃ ॥ ১০০।

মঙ্গোল ওইনোইদোরিবা উবদা গোলোকতা লৈরীবা পুম্নমক্ লক্ষ্মীসু পাঙ্গল লৈত্রে থৌবাই লৈত্রবা দেহগা মান্নরে মঙান লৈত্রাব মৈগুম্বে (বিগত উৎসাহ বিগতোৎসব) পুম্নমক্ অদো মাংগদোরে মতৌ অম্বা পুম্নমক অদো মপাঙ্গল লৈত্রে ॥ ১০০।

তদ্ভ্রান্ত মনসঃ সর্ব্বে ভগবন্তং জণার্দ্দনম্।

প্রেত্যাত্তং সর্ব্ব বৃত্ত ন্তং বৈশসং নিবিবিৎসবঃ ॥ ১০১।

মাঙ্গাল ওইরোইদোরিবা য়েংবা উবদা পুম্নমক্ অকাওবা ওইরে গোলোক মাংবা তারবা অদুগী বারি খঙগে হায়বগীদমক্ ভগবাণ্ শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাক্লুনা থুংঙরে ॥ ১০১।

প্রণম্যাভার্চ্চ সংস্তুয় কৃতাঞ্জলি পুটস্থিতাঃ।

তান্নুসংপ্রেক্ষ্য তথা ভূতান্ জনান্ সর্ব্বমশেষতঃ ॥ ১০২।

ভগবাণগী চরন্দা ভক্তি তৌদুনঃ পূজা তৌজরগা নুংশিবা বাহৈনা স্তব তৌদুনা থুং লোম্নদুনা পুম্নমক্ দণ্ডবৎ তৌখি মখোয় পুম্নক্কী অদুগুম্বা অবস্থা য়েংঙগা ভগবাণ্ থোইদোক্লা অমসুং আওহবা পুম্নমক্ রাখল পুক্লি দা তৌখ্রে। অর্থাৎ সনৎকুমার লাক্লিবা আহানবগা ওইবা অমসুং চিংনবগী মরম্ দর্শন ফংদবদগী তম্থিবা বাহৈ পুম্নমক্ বাখলদা ফাওরে ॥ ১০২।

নিঃ শ্বস্য পরমঃ কৃষ্ণবিঞ্চিৎকালং দিনাঃচ।

প্রহস্য স্বনুগানাহ ভগবাণ্ মধুসুদ ঃ ॥ ১০৩।

অহুগী তুগুদা পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণনা সর মপী হল্লপা মতম্ থরা তুমিন্না লৈথি অহুগী ভুংদা ভগবাণ মধুহন্তা হরিনা নোক্নুনা মহাক্কী মনাইশিংদা অসুম্না হায়খি ।। ১০৩ ।

সর্ব্বং জানে সুরশ্রেষ্ঠা বৈশসং মুণিনাকৃতম্ ।
ভূবং গচ্ছন্ত ভদ্রংবঃ কুরু বৃষ্ণ্যান্ধকেষুচ ॥ ১০৪ ।
কুক্করেষু দশার্হেষু ভোজ পাঞ্চালে মন্মথ ।
কুরুপাঞ্চাল বাহ্লীক যদুদেবেযু তেষ্বথ ॥
জায়ন্তং সর্ব্ব সত্বাণাং প্রধানেষ্ নরোত্তমাঃ ॥ ১০৫ ।

হে অমরোত্তমগণ! মহা মুণি সনৎকুমারণ মরম্ ওইরদুনা (বৈশসপ্রাপ্ত) অর্থাৎ অমাং অতা লৈত্রাবা দশা ফংঙরে মবম্ পুম্নমক্ ঐনা খংঙে মাদো ঐনা হাইবা ঙমমরোই হৌজিক্ নথোয় পুম্নমক্ পৃথিবীদা চৎপনা মঙ্গস ওইবনি কুরু, বৃষিং, অন্ধক, কুকুর, দর্শাহ, অমস্তুং ভোজ, পঞ্চাল দেশদা চৎলগা কুরুবংশদা অমসুং পঞ্চাল রাজবংশদা (বহ্লীকালয়ে) মতৌ অসুম্না পুম্নমক্কুগী অথোইবা যদুবুল অমনা অথোই অথোইবা মীগী মহুম্দা নথোয় পুম্নমক্না পোক্উরো করিগুম্বদা মুনিগী শাপ্ অরেম্বদা মাংবা হৌনদে ।। ১০৪—১০৫ ।

মৎপরা মৎকথাল্যপমদনু ধ্যাণতৎপরাঃ ।
মন্নাম কীর্ত্তণপরা মদ্গুণ শ্রবণেরতাঃ । ১০৬ ।

পৃথিবীদা মীওইনা পোকলুরো এঙোন্দা ভক্তি পরায়োন ওইয়ু ঐগী কথা অমস্তুং ঐবু নিংবদা পূক্নিং চংবা ওইয়ু মতৌ অসুম্না ঐগী নাম সংকীর্ত্তণদা পুক্নিং চংঙু ঐগী গুণ লীলা তাবদা মতম্ পুম্নমক্তা অপাম্বা ওইয়ু ।। ১০৬ ।

মদ্ভক্তসঙ্গাণিরতা মৎপাদ সেবনেরতাঃ ।
বিদ্বাংসঃ সর্ব্বশাস্ত্রেষু শ্রেষ্ঠাঃ সর্ব্বধনুর্ব্বতাম্ ।। ১০৭ ।

ঐগী ভক্তগা অতৎপা লৈত্তনা লোইনৌ অতৎপা লৈত্তনা ঐগী চরণ সেবাদা পুক্নিং থমমু ঐগী য়াথং অমনা সর্ব্ব শাস্ত্র হৈবা লিরাং পাংবদা অথোইবা ওইয়ু অসি নত্তনা অতোপ্পা ওইরাবোই । ১০৭ ।

অজেয়াদেব দৈত্যেয় যক্ষ রাক্ষস পন্নগৈ ।
কিঞ্চিৎকালং তত্রনীত্ব পুনরপ্যা গমিষ্যাস ॥ ১০৮ ।

দেব, দাণব, যক্ষ, রাক্ষস, মতৌ অসুম্না নগগন পুম্নমক ঙম্জো মতৌ অসুম্না মকম অচুদা মতম থরা লৈকুরো অমুক হন্না অসিগুম্বা ঐগী ওইবা গোলোকতা পুম্নমক লাক্কদবা ওই । ১০৮ ।

কিং বিষাদেন শোকেন বৈক্লব্যেনাবচঃ ।
অমোঘমুক্তং মদ্বিবাগ্বজ্রং পরমোত্তমম্ ।। ১০৯ ।

হেপিয়শিষ্যগণ! হৌঙ্জিক্ নখোয় পুম্নমক্না করিগী রারি? রারগনু? আরবৈক্লব্যাচরণে কি সুসার হইবে? খোইদোক্না লংঙবা মঙাল্ ওইবা মুণি মহাক্কি অমাং অতা লৈত্রবা বজ্রগমানবা রা হিক্তোকপা ঙমস্রে অদি নঙ্গনা মতৌ করমনা লালনিংঙাই লৈত্রে ॥ ১০৯ ।

অহমপ্যাগমিষ্যামি প্রার্থিতো হ্যজযোনিনা।

দুষ্টক্ষত্রিয় ভূভার বলৌঘক্ষয় জিষ্ণুণা ॥ ১১০ ।

নখোয় পুম্নমক্না ঐগীদমক্ চিংনাগনু মরমদি ব্রহ্মানা ঐঙোন্দা হায়জাগ্রবনি শংযার ঙাকুনা-নবগীদমক্ ঐসু তুঙদা পৃথিদা অবতার ওইরগনি পৃথিবী অরুন্দা মাংহনবা হাইবদো ঐনদি ওইরোই ওইনানবদি ঈন্দ্রি থুহম্ চনবা ঙর্জ্জুণগা লোইনাহনা ফংত্রব ক্ষত্রি কলনবা মপৈ মাংহলগনি ॥ ১১০।

মৎপরাষশ্চ গোপাশ্চ গোপালশ্চ সহস্রশঃ।

গোকুলেষু সমৃদ্ধেষু মদ্ভক্তি পরমেষুচ ॥ ১১১।

ঐঙোন্দা ভক্তি লেবা অতুগুম্বা অমাম্বা গোপিসিং অমমা ভক্তি লৈবা লিশিং লিশিং ওইবা গোপ মযাম্ পুম্নমক্ (মদ্ভক্তিপরায়ণ) ওইবা অথোইবা মফম্ চাওখৎলবা গোকুলদা চৎলগা গোপগী যুমদা পোকলুরো ॥ ১১১ ।

যাত্তু রাধাতুবং দেবি প্রাণেভ্যোঽপি গরীয়সী।

কীর্ত্তিদায়াং বৃষগৃহে সম্ভব স্তেভবিষ্যতি ॥ ১১২ ।

মমপ্রাণাধিকা প্রিয়তমা দেবি! হে রাধে! নহাকসু পৃথিদা চৎলগা (নন্দব্রজে) বৃষ-ভানুগী যুমদা কীর্ত্তিদাগী ত্তম্পাক্তা নহাক (সম্ভবহইবো) ১১২ ।

ব্রহ্মোবাচ।—এব মাদিশ্যতান্ সর্ব্বাণ শোকাপহৃতচেতনঃ।

স্বাংকলাং প্রেষয়ত্যেকাং গোকুলেষুচতৈংসহঃ ॥ ১১৩।

ভগবাণনা অতুগুম্বা মমামদা অতুগুম্বা মাথং পীরবদা অরাব সুংঙাইত্তবা ওইহনা মখোয়গী-দমক্ লোইনানবা মহাক্কি কালা অমা গোকুলদা শিন্নখে ॥ ১১৩ ।

মৌন্যাস লক্ষণং দেবো নিশ্বসনবিলপম্ হসন্ ॥ ১১৪ ।

ভগবান্ গোবিন্দদেব মখোই পুম্নমক্ গোকুলদা চৎননবগী তাকপিরগা ওহাক্ তুমিন্না লৈরগা (দীর্ঘনিঃশ্বাস) ওইহনা অমুক্সু নোকই অমুক্সু কপপি ॥ ১১৪ ।

ততঃ সর্ব্বে মহাত্মানং পঞ্চাল কুরু বৃষ্ণিষু।

যদ্বন্ধক দশার্হেষু ভোজবাহ্লীক য়োরপি ॥ ১১৫ ।

ভজায়ন্ত মহাভাগা বৈষ্ণবী বিজিতেন্দ্রিয়াঃ ॥ ১১৬ ।

অতুগী তুঙদা অয়াম্ব লাইবক ফবা বিষ্ণুগী মনাই জিতেন্দ্রিয় ওইবা নিপা পুম্নমক্ শ্রীকৃষ্ণগী মাথং ইনহনা পৃথিবীদা কুরু, বৃষ্ণি, যদু, অন্ধক, দশার্হ, মতৌ অমুম্না বাহ্লীক, লৈমিব ক্ষত্রিয় শ্যাগৈদা চংহনা পোকখে ॥ ১১২—১১৬ ।

গোকুলেষু বাজায়ন্তঃ গোপ গোপ্যঃ সহস্রশঃ।
রাধাংশিকলয়া বৃন্দা কলয়াবর্ব্বরী তথা ॥
স্বয়ং যজ্ঞে কীর্ত্তিদায়াং কাত্যায়ন্যা প্রসাদতঃ ॥ ১১৭।

অপ্তোপা লিশিং লিশিং গোপা অমস্তুং গোপী পুম্মক, গোকুলদা পোকখ্রে রাধাগী অংশ অনিনা গোকুলদা বৃন্দা অমস্তুং তুলসীগী মশক ওইদুন পোকখ্রে অতোপ্পা অমনা কাত্যায়নীনা বৃষভানুবু পেনবিদুনা (অযোনিসম্ভবা) দেবীন রাধাগী মশক লৌদুন কীর্ত্তিদাগী মচা ওইনা পোকখ্রে ॥ ১১৭।

কৃষ্ণস্তু কলয়া যজ্ঞে জটিলায়াং প্রভাসতঃ।
তিলকো দুর্ম্মদশ্চাপি অায়াণাবরজৌ সুতৌ। ১১৮।

মতুং অদুদা শ্রীকৃষ্ণগী অংশকালা অমনা জটিলাগী গর্ভদা জর্ম্ম ওইখ্রে মাগী মমিং আয়ণ কৌখ্রে আয়াণগী ময়ান্বন তিলক দুর্ম্মদ মমিংন জটিলা অতোপ্পা অমনা মচা অনি পোকখ্রে ॥ ১১৮।

তেষামবরজা কন্যে কুটিলাচ প্রভাকরী।
জবন্যজা বারোহা যশোদানন্দ গোহিণী ॥ ১১৯।

কুটিলা অমস্তুং প্রভাকরি কৌই জটিলাগী মচা নুপী অনি মতম খরা লৈরগা যশোদা কৌবী পুম্মকগী অতোনবী অমা পোকই অদুগুম্বি যশোদা গোপনিংথৌ নন্দরাজগী মহারানি ওইখি ॥ ১১৯।

মতাং অসিদা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণগী ব্রহ্মাগা মচা তরেংকা ওাংনবা সনৎকুমারগী শাপ্পা শ্রীরাধান গোপা গোপী জন্ম ওইবা নিপাল শুবা অধ্যায় লোইরে।

---

নবম অধ্যায়ঃ

## শ্রীকৃষ্ণের অবতার প্রসঙ্গ

অঙ্গিরাউবাচ।—প্রসীদ নাথ মে ব্রহ্মন্ বিবিৎসামোবয়ং গুণান্।
তস্যোদার চরিত্রস্য জন্ম কর্ম্মাদি শংসণঃ ॥ ১।
অজস্যনোঽব্যয়স্যাস্য কৃষ্ণস্য পরমাত্মনঃ ॥ ২।

মহর্ষি অঙ্গিরাণ ব্রহ্মাদ হঙ্গংখি—হে ব্রহ্মণ্। ঐখোয় পুম্মক্কিদমক, লাকপিয়ু মরগদি গুরুদেবনা পুম্মামকপু অমম্বা ওইন ওাকপিরি। হেনাথ। ঐখোই পুম্মক্কা ইবুংঙো মহাক্কি মারি শ্রীকৃষ্ণগী গুণ তাজবা পামজৈ মরম অসিনা ইবুংঙো নহাক্কা ওসি অমাং অতা লৈত্রবা

পরমাত্মা ওইবা শ্রীকৃষ্ণন মর্ত্ত্যলোক্তা মতৌ করম্না জর্ম্মা ওইরিবা পুম্নমক, অদো থাকত্তনা ঐখোয় পুম্নমক্তা তাকপিয়ু ॥ ১—২ ।

ব্রহ্মোবাচ।—সাধোত্তে মনসঃ প্রীতিঃ কৃষ্ণস্যাদ্ভুত কর্ম্মণঃ।
গুণানুবাদ শ্রবনে সাধুত্তে বিহিতং মনঃ ॥ ৩ ।

ব্রহ্মাণ অঙ্গিরাদ থাগৎপা রাহৈন হায়খি— হে সাধো! মতম্ অহুদা অঙক্পা ধ্রবক্ শ্রীকৃষ্ণগী গুণ তাবদা নখোয়গী পুক্নিংদা পেন্দবা পোকলে অর্থাৎ তানিংবনা খোরাংঙে খোরাংভিবা নহাক্ অসে সাধূনি মতৌ অসুম্না নখোয় পুম্নামক্কি পুক্নিং অদো সাধু ওইবাননি ॥ ৩ ।

দুষ্টদৈত্যাংশ সম্ভূতা দুষ্টক্ষত্রা ভরামহী।
রুদন্তী শণকৈঃ প্রায়াৎ সুত্রাম ধাম ভূন্নুর ॥ ৪ ।

হেভূদেব! ফংত্রবা দৈত্যগণগি অংশদগী ওইখিবা লাকনবা রারবা ক্ষত্রিগী অক্ননবা থাঙবদা রারবা পৃথিবীন অকত্বা কোক্নবগী রাখন তৌরহুনা মহাক্না কপ্পা কপ্পপাহুনা মহাক্কি আবাব অহু হাইজগে হাইহুন স্বগগিমপু দেবরাজগি সভাদ চংখে ॥ ৪ ।

তাংরোদমানাং সংপ্রাপ্তাং প্রেক্ষ্য সর্ব্বেস বাসবাঃ।
দিবৌকসো ভয়োদ্বিগ্ন্ হতোৎসাহাঃ সভাসদঃ ॥ ৫ ।

অয়াম্বা দেবসন্ তিল্লিবা ইন্দ্রগী শোভাদ কপপিবা পৃথিবীবু য়েংঙগা সভাদ লৈরিবা পুম্নমক্ লোইনহুন ময়াম অহুনা মখন্ মখা গুননা তৈনাব অনসুং কিবদগী চংনখে ॥ ৫ ।

তাংদৃষ্টাতু তদাদেবী উপেন্দ্র বাক্যমাদদে ॥ ৬ ।

অরাবা ফংঙবা জগৎপু য়োকচবি পৃথিবীদা থেমজনহুনা মুংশিব রাহৈনা দেবরাজন মাঙোন্দা অসুম্না হংখে ॥ ৬ ।

উপেন্দ্রউবাচ।- ভয়স্য কারণং ভদ্রে রূহিমাংবরবর্ণিনি।
কর্ম্মাদ্রোদিষি সর্ব্বং ত্বং যথাবৃত্তমণিন্দি তে ॥ ৭ ।

উপেন্দ্রন হায়খি— হে লাইবক্ ফবী! দোশ লৈত্তবি বরবর্ণিনি ধরনি! নহাক্না করি মরমগী অহুক্ কিরিবনো? অমনা করি মরম লৈহুনা কপপিবনো লাকপনা করিগীখো? অহুককী মখৈ ওইবা থুদক্ অসিদা হাইনিবা পুম্নমক্ ঐঙোন্দা হাইরো ॥ ৭ ।

ধরণ্যুবাচ।—নৃশংসাঃ পাপ কর্ম্মাণো যে চ ধর্ম্মবিদুষকাঃ।
পৃথিব্যাং পৃথিবীপালা স্তানুসোঢুং নক্ষমেংথ ॥ ৮ ।

উপেন্দ্রগী ৱা তারবদা পৃথিন হায়জপি—হে অনঘ! অয়াম্বা পাপক্কি থবক ফংত্রবা রাহৈ অত্তৎপ লৈত্তনা ধর্ম্মবু মাংননবা ফংত্রবা ক্ষত্রি পুম্নমক্না পৃথিবীদ নিংথৌ ওইরে নত্তবা ধর্ম্মান প্রজাবু হাক্লে অয়াম্বা:'ফংত্রাব পুম্নমক্ অহুগী অবাব তরাম্বা ঐনা পুজবা ইতিক ওইজরে ॥ ৮ ।

ইত্যাকর্ণ্যবচোদেব্যা ধরণ্যা ধরণীসুর।
সত্যলোকং যযুঃ সর্ব্বেবদত্রাহংস্থিতঃ সুখী। ৯।

পৃথিবীগী অদুগুম্বা অরাব রা ভারবদা ইন্দ্রনাচিংবা দেবগণ সত্যলোক্‌তা চংখে, ব্রহ্মলোকতা থুংঙরে—হে অঙ্গিরা! ঐদি নুংঙাইনা মফম অদুদা লৈরি ॥ ৯।

মহিসর্ব্বং যথাবৃত্তং প্রণম্যাভ্যর্চ্চ্য তে ব্রুবন্।
ত শ্রুত্বাহং বিষন্নাত্মা তৈঃ সার্দ্ধং মগমাদ্দ্বিজ। ১০।

ব্রহ্মাণা অঙ্গিরাদ হাইখি—হেদ্বিজ! দেবগণনা ঐঙোন্দা থুরুমহুন অহানবদা পূজা তৌরগা অদুক্কি মখে ওইবা পৃথিবীগী ওইরিব অদো ঐঙোন্দা হায়বে অদুগী তুঙদা ঐগা লাই ময়ামগা লোইনদুনা থামোইদা অরাবা ওইদুন থুনা চংলি ॥ ১০।

ক্ষারোদস্যোত্তরং তারং যত্র সর্ব্বেশ্বরোচ্যঃ।
শেতেশেষে মহাবাহুর্বিরাট পুরুষা কৃতিঃ।
লক্ষ্মী সরস্বতা ভ্যাঞ্চ রমমানো বসংসুখম্ ॥ ১১।

ক্ষীরোদ সাগরগী আরাংগী তোরবানদ সর্ব্বেশ্বর ভগবাণ শ্রীকৃষ্ণ অনন্ত শয্যাদা চেপ্‌তুনা লৈব মংম্ অদুগুম্বা ইবুংঙো অদো পুরুষগী মশক্কি (মহাবাহুবিরাটরূপ) ভগবাণ, লক্ষ্মী, অমসুং সরস্বতী, লোইনদুনা। রমমাণহুইযা পরনসুখে অবস্থিত আছেন ॥ ১১।

তত্রতং গন্ধমাল্যাদ্যৈ রভ্যর্চ্য ত্বর্ষ্য ধূপকৈঃ।
অস্তুবং পরমেশাণং বাগ্‌ভিরিষ্টাভি রচ্যতম্ ॥ ১২।

মফম্ অদুদ কংনবা পোৎলম্ গন্ধমাল্য ধূপ দিপ্ কংলগা ইবুংঙো মহাকপু পূজা তৌদুনা সঙ্গোম চুহি য়াম্ লাকোই পুংগা অদুগুম্বা সমুত্রাদ লৈবা পরমেশ্বর ভগবাণ শ্রীকৃষ্ণবু ঐনা স্তুতি তৌজে ॥ ১২।

ততঃ প্রসন্নো ভগবন্মেঘ গম্ভীরয়াগিরা।
অদৃশ্যমানুবাচেদং বচনো হিতমাত্মনঃ ॥ ১৩।

অদুগী তুংদা ঐখোয় পুম্নমকপু নুংশিবীদুন ভগবাণ মধুসূদননা উহনদনা নোং ঙংবাগুম্ ঐখোই পুম্নমক্কি ফনানবগীদমক্ অসুম্না তাক্‌পিবকই ॥ ১৩।

অপন্যে মো ধরাভারং ধরায়ামভবৎ সুরাম্।
বহবো বৃষ্ণি ভোজাদি বংশেমৎপরমাশ্চমে। ১৪।

হেদেবগণ! ঐনা পৃথিবীগী অরাব অবস্থা মাংহনলগনি করিগী কিরি কিগনু? নখোয় পুম্নমক পৃথিদা মী ওইনা মযম্ মফম্ খুদিংদা পোকউরো ঐবু নিংজবা বৃষ্ণিবংশ, অমসুং ভোজবংশ, কয়া অদুদা ঐ অবতার তৌরারগে। ১৪।

জায়ায়াং বসুদেবস্য দেবক্যাং গর্ভপঞ্জরে।

অহং জায়াং সুরবরাং বোতুবো মাণসম্ভবঃ ॥ ১৫ ।

হেস্মুরবরেরা। নখোই পুম্নমক্কা নপুক্কিংদা মুংঙাইত্রিবা অদো থাদোকউ ঐস্যু অরেপ্পা ওইনা বসুদেবগী মচা ওইন দেবকীগী গর্ভাদ পোককে করিগী কিরি? ॥ ১৫ ।

দেবক্যা অষ্টমোগর্ভে ভাবয়িত্বাত্মাণমাত্মনা।

অপান্যেষ্যো ধরাভারংতৈঃ সার্দ্ধং শূক্ষণীরিব ॥ ১৬ ।

দেবকিগী নিপান্‌শুবা গর্ভদা মহাক্কি মচা ওইন ঐনা অবতার ওইরগা কংত্রব মপাঙ্গ কনবাসিং লোইনচনা প্রলয়োগী মৈগী মতৌগুম্না পৃথিবীগী অক্কম্বা অথাবা কোকহনগে ॥ ১৬ ।

শেষোহয়ং যাতু দেবকন্যা গর্ভে পরবলমর্দ্দণঃ।

ততোহহং বলদেবেণ সহ বংসামি গোকুলে ॥ ১৭ ।

অকনবাসিং নৈহংনবগীদমক্ অহুগুম্বা অনন্তদেবনা দেবকিগী গর্ভদা চংঙগা বলদেব কোহুন ফাওরসনু অহুগী তুংদা ঐগা অহুগুম্বা বলদেবগা লোইনহুনা মতমথু গোকুলদা লৈগে ॥ ১৭ ।

ইত্যাদিষ্টা ভগবতা দেবাস্তে পার্ঙ্গধন্বনা।

যযুঃ স্বংস্বং প্রমুদিতা ধামতে ত্রিদিবৌ কসঃ ॥ ১৮ ।

শারঙ্গ ধনু পাইরগা ভগবাণনা লাই ময়াম্ য়েংঙগা অসুম্না হাইরকই লাই পুম্নমক্কি মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী য়ংথং ফংঙবদা থেইদোক্কা হরাওরহুনা পুম্নমক্ অদো মাগী মাগী মফমদা চংনখে ॥ ১৮ ।

অঙ্গিরাউবাচ। – নমামিতে পাদপঙ্কজগুনাথ পুনীহিনঃ।

বাসুদেব গুণোৎকর্ষ স্বধুনী পাৎসা বিভো ॥ ১৯ ।

অঙ্গিরানা ব্রহ্মাদ হঙংখি— হেনাথ! গুরুদেবগী চরোন থম্বাল্ অনিদা ঐখোয় পুম্নমক্কা খুরুম্জরি। হেবিভো! গঙ্গাগী জলগা মাননারবা বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণগী রাগিনা মরম্ ওইরহুনা ঐখোই পুম্নমক্কিদমক্ নহাক্কা তাক্‌পিহুনা সেংহলবিরো ॥ ১৯ ।

তস্য কর্ম্মান্যদারানি ভবাদীনি ভবস্যচ।

ব্রূহিনঃ শ্রদ্ধধানানাং শুশ্রূষুনাং পিতামহ ॥ ২০ ।

হেপিতামহ! ব্রহ্মন্! ভগবাণগী চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা থবক্ অয়াম্বা অমদি পোকপগী বারি অয়াম্বা ঐখোয় পুম্নমক্কা পুক্কিংদা থাজবগা লোইনান তাজরি ঐখোয়খিবিক্কা অয়ম্বা বারি শন্দোক্কা তাক্‌পিয়ু ॥ ২০ ।

ব্রহ্মোবাচ। – অসাম্মহীক্ষিদোজ্জম্বা মথুমারাং পরার্দ্দণঃ।

সুরসেনো বৃহৎকীর্ত্তিগুর্ণৈ ভোজান্ধকেষুচচ ॥ ২১ ।

ব্রহ্মাণ অঙ্গিরাদ হায়খি - বৎস! অকনবা নৈহংনবা মগুণ চাওবা মমিং চৎপা মতৌ অম্সুম্না (অতি মহৎগুণবান্, ভোজবংশ, অমস্যুং অন্ধকবংশ অনিদা শুরসেণ কৌবা মথুরাদ নিংথৌ অমা লৈরমমি ॥ ২১ ।

মথুরান্ শৌরসেনাংশ্চ যামুনান্ ব্রজকোশলান্।
চীন হুন বিদর্ভাংশ্চ বর্ব্বরান্ পার্ব্বতান্ খশান্॥ ২২।
পটচ্চর কিরাতাংশ্চ যবনান্ কাশি গোপুরান্।
রাজধান্য ভবত্তস্য মথুরায়াং নরেশিতু॥ ২৩।

মথুরাদ শৌরসেন যমুনা মপান্দ লৈবা ব্রজভূমি, অযোধ্যা, চীন, হুণ, বিদর্ভ, বর্ব্বর, পার্ব্বতীয়, মতৌ অমুম্না খশ, অসিনচিংবা (পারসীক দেশপটচ্চর) অর্থাৎ, মৈগা মাম্নবা শৈজাল ভাকৃপা দেশ কিরাত, কম্বোজ, অসিনচিংব যবণগীদেশ মতৌ অমুম্না কাশী অমসুং গোপুর অসিনচিংবা দেশ পুম্নমক্ মহাক্কি মখা পোম্না লৈ অদুগুম্না শূরসেন রাজন ময়াইদা পুম্নমক্কা পুজা তৌদুনা মথুরাদ মহাক্কি কোন্নুং শাদুনা লৈ॥ ২২—২৩।

দেবকশ্চোগ্রসেনশ্চ বৈশ্বানর সমদ্যুতি।
অধরায়া মজায়েতাং মহাদেব্যাং তপস্বিনঃ॥ ২৪।

হে তপস্বিপ্রবর! ঋষিগণেরা! মহাদেবী অধরা মহাক্কি ভার্য্যা অনি মঙাল লৈবী মৈগী মঙালগুম্ব দেবক অমসুং উগ্রসেন কৌবা মচা অনি পোকই॥ ২৪।

বলবন্তৌ মহাত্মানৌ সর্ব্বাস্ত্রবিদুষাম্বরৌ।
পারগৌ সর্ব্বশাস্ত্রঞ্চৈর্ব্বহুগুণ যশস্বিনৌ॥ ২৫।

অদুগুম্না মচিন মনাও অনি মপাঙ্গল কল্লি অনি অদো মহাত্মা ওই (সর্ব্বাস্ত্র) হে শাস্ত্র সাগর হৈজবা লৈত্তে থোইদোক্কা মমীং চংল্লি গুণলৈ॥ ২৫।

উভৌ সুহৃদ্ ধর্ম্মাণৌ শক্র সংঘ বিমর্দ্দণৌ।
অম্বণাস চুগ্রসেনোগ্রো রাজ্যমাপ্ত ধর্ম্মতঃ॥ ২৬।

অনি অদুন চান্নবাসিংগা মু শিন থবক্ তৌমিন্নৈ য়েক্কাববু লাক্শিল্লি অহল ওইবা উগ্রসেণ মহাক্কি ক্ষত্রি ধর্ম্মগী মতুং ইন্না যৌবরাজ্য ফংখি॥ ২৬।

অব্যুবাহ কোশলজাং জয়ন্তীং জরতাম্বরঃ।
দেবকো দেবসংকাশ মনবদম্ভাং শুচিস্তুণাম্॥ ২৭।

পুম্নমক ঙমজব; মম্নাম্না উগ্রসেণ কৌশল রাজগী মচানুপী জয়ন্তী লুহোংখি অমনা লাইগা মাম্নবা মঙাণ ওইবা দেবক (অনিন্দিতা দেবরূপা) সেংঙবা গুণনা চংথোক্লবা শুচি কৌবি (পত্নীর পাণিগ্রহণ করেণ)॥ ২৭।

অস্যাং যজ্ঞে বরারোহা দেবকীদেবসুদ্দিজ্ঞ।
জয়ন্ত্যামুগ্রসেনস্য জজ্ঞিরে বহবঃ সুতাঃ॥ ২৮।

হে দ্বিজ! অদুগুম্বী দেবককী মুপী শুচিগী গর্ভদা দেবমাতা ওইবী লাইবক্ ফবী অর্থাৎ সধর্ম্মিণী ওইবি অথোইবী দেবকী পোক্‌খি। অমনা কোশল রাজগী মচানুপী জয়ন্তী দেবীগী গর্ভদা উগ্রসেনগী মচা মুপা অমসুং মুপী অয়াম্না পোকখি॥ ২৮।

কংসাস্ত্যাঃ সুদুরাত্মানো মহাবলপরাক্রমাঃ।
দেবব্রাহ্মণ হন্তারো যজ্ঞাইন বিহিংসকাঃ ॥ ২৯।

মপলঙ্গ কল্লবা কংশানচিংবা উগ্রসেনগী মচা ওইন, মথোই পুম্নমক্ লমচৎ ফজদে অর্থাৎ মী ওইনা পোকলপা আসুর ধর্ম্ম ওই মথোই অদে৷ দেব তানচিংবা অমসুং শল ব্রাহ্মণ মাং-হল্লি মতো অম্মুমা যাগ, যজ্ঞ, পূজানচিংবা পুম্নমক্ শ্রীকৃষ্ণগী থবক্তা কৈগী মতোপুম মাংহল্লি ॥ ২৯।

দেবকো মার্গ মানোহপি নোপলেভে বরং বরম্।
কন্যার্থে পরিতো বিদ্বন্ রাজ ক্ষত্রান্বয়েষুসঃ ॥ ৩০।

হেবিদ্বন্! নিংখৌনা দেবকৃকি মচা নুপী দেবকীগ মক্তিক্ চাবা বরা হেংগা লুহোংনবগী-দমক্ দেশ খুদিং মফম্ খুদংথি তৌইগুম্বাসুং দেবকীগা মান্নবা অথোইবা গুণলৈবা বর ক্ষত্রি মচা নিংখো মচা ফংদ্রে অংগী তুংদা রাশকলে ক্ষাত্র নত্রাবসু মগুণ লৈরবদি নিংথৌ ওইরবদি মাঙোন্দা দান্ তৌরগনি ॥ ৩০।

অধিগত্যামুহে সর্ব্বান্ গুণৌজাষশসঃ পরান্।
বসুদেবস্য মৈত্রেয়া দদত্তাং যোগিতাং বরাম্ ॥ ৩১।

হেমুনে! মতুং অদুদা বসুদেবগী অথোইবা শিংচৎ গুণনাতনবা উরগা হরাওপ্রে মতৌ অসুম্না হান্নাদগী হোন বসুদেববু মরূপ ওইহন লৈ মাবু নুংশি অমনা বিধিনসু তমখাবান খল্লগা মগুণ লৈবি অথোইবি দৈবকীবু বসুদেবদা লুহোংখে ॥ ৩১।

বিধিনা স্থয় সম্বোধ্য বিধিদৃষ্টেন কর্ম্মণা।
কৃতোদ্বাহায় প্রদদৌ পারিবাণ্য নেকশঃ ॥ ৩১।

থবক্ খঙনা থাগৎলহনা নিপা ওইবা বসুদেববু কৌরাহন শাস্ত্রগী বিধান উন কন্যাদানগী কর্ম্ম লোইরবা তুঙদা বর, কন্যা, আনন্দা দেবকনা মথল্ মখা অন্নাম্বা আউনপোৎ পীরে ॥ ৩২।

দাসীনাং নিষ্কন্ঠীনাং সহস্রদ্বিতয়াংদ্বিজাঃ।
দাসাশ্ব কার পাদাত রথাস্ত্র মাহবান থরান্ ॥ ৩৩।

হেদ্বিজগণ! স্না পরেং শিবী থিনাই শিশিং অনি নুপী নিপা সগোল্ শামু খোঙমী লালমী খুংলাই থননা হাম্না রথ মতৌ অসুম্না ইরোই অমসুং গর্দ্দভ মসিংথাবা ওমদবা ॥ ৩৩।

উষ্ট্র মেষাজ বস্ত্রাণি মহার্হাভরনানিচ।
রত্ন মাণিক্য হারানি মণিমদ্রথ সঞ্চয়াম্ ॥ ৩৪!

উষ্ট্র, মেষ, ছাগ, মতৌ অসুম্না (তল্লোমজাত) ফি মথল কয়া অমসুং নিংথৌগী মক্তিক্ চাব সেংনা ইন্নবা মণি, রত্ন, হীরানাচিংবা মণিময় ওইবা রথ ময়াম্ ॥ ৩৪।

শ্বেতচ্ছত্রাণি শতশো বাসাংস্যজিণ কম্বলান্।
প্রাযচ্ছং পৃথিবী পালো দুহিতুঃ পতয়েস্বকান্ ॥ ৩৫ ॥

চাম চাম অঙৌব, ফিরান ওইথোকতবা ফি মথল কয়া ( মৃগাদিচর্ম্ম ) অমসুং করন্না মথল মথা অয়াম্বা মহাক্কি ব্যবহার পোং পুম্নমক, বর কন্যা অনিদ দেবকন চংখোননা আউন পোং পীরে ॥ ৩৫ ।

কৃতোদ্বাহ: স্বস্ত্যয়নো হুত্ত্বাগ্নির্গন্তুমুদ্যতঃ ।
পত্ন্যানবোঢ়য়াসার্দ্ধং রথ মারুহ্য হেংনথ ।। ৩৬ ।

হেনিম্পাপ অঙ্গিরা ! বিবাহ লোইরবদা বসুদেববু থবক, অতৃগী মন্ত্রানা অহানবদা মৈদা ঘিন আহুতি কংলি নৌনা লুহোংবা বর কন্যা লোইননা রথদা তোংহনদুনা ময়ুমদা থিননবা থৌরাং তৌরে । ৩৬ ।

তং প্রয়ান্তং রথারূঢ় মৌগ্রসেনি র্দেবক্যাচ ।
কংস: পাপর সংহৃষ্টমনা রথমবারুহৎ ।। ৩৭ ।

দৈবকিগা লোইনদুনা বসুদেব য়ুমলোমদা মাই শনদুন লাকপা অদুবু য়েংডগা উগ্রসেনগী মচা কংস মচনগীদমক, অডক্পনা অপনবা ওইদুনা অপোপ য়ুমদা থমবা ভমথিন্নে হরাওরদুনা লাকলিবা রথ অদুদা তোংখৎখে ।। ৩৭ ।

প্রণয়াত্তপ যন্তত্বমুপংম্যা তুদনরয়ান্ ।
সান্ত্বয়ন্ ভগিনীং সামবাচা মধুরয়া দ্বিজ ।। ৩৮ ।

হেদ্বিজ ! কংস উহদা মচন্না খুবমখি বসুদেব অমসুং দৈবকী লোইনদুনা চংখে, মতৌ অসুম্না মহারা চংখোম্না সারথি ওইদুনা শগোল খুরুজি পাইদুনা মনেম মকুগী য়ুমদা চৎপা মচনবু অমতা ওইনা সুংশিবা রাহৈন শন্দোক্না থেম্ননখি ।। ৩৮ ।

বচ্ছ্যতো হয়রশ্মীধ্নুবাচ মেঘনিস্বনা ।
বাচামধুরয়া কংসমকায় বাক্ ধরামর ।। ৩৯ ।

হেধরা ময় অঙ্গিরা ! কংসনা শগোল খুরুজি পাইদুনা লাকপা মতম্ অদুদা আকাশদগী লাই পুয়মক্লা নোও থোংবগুম্ সুংশিবা শুরনা মশাগী ওইবা রাহৈ কংসবু থাগংলগা অসুম্না হাইরকই ।। ৩৯ ।

দুর্মতে ত্বংনিবোধেদং মায়াত্তো সুখদংবচঃ ।
অস্যভূভারহরায় ভগবান্ প্রত্যগাত্মজ ।
জনিত্বাহষ্টমে গর্ভে সভুয়ত্বাং হণিষ্যতি ।। ৪০ ।

হেদুষ্টমতি কংস ! ঐনা মহাক্কি সুংচাইবা বা অদু হায়গে তারো নহাক্না অদুগুম্বি দৈবকিবু রথদা হাপ্তুনা মাংদা পুদুনা চৎল্লি অদেম্না ওইব অনাবা মৈত্রবা অমাং অত্তা মৈত্রবা ভগবান নারায়ণনা পৃথিবী অদুগী লৌলোকনবগীদমক, মহাক্কি নিপান শুবা মচা ওইনা পোকলাগনি মতৌ অসুম্না পোকলগা নহাক্তু মাংহলগনি ।। ৪০ ।

এবমাকর্ণ্য তদ্বাক্য সসমন্ত্রাস্তগ্রহদাসিম্ ।
হন্তকামো বরারোহাং দৈবকীং সোঽভ্যধাবত ॥ ৪১ ।

অদুগুম্বা লাইগী রা তাবদা দুরাত্মা কংস খন্থবা তৌদনা মাগী থাং পাইদুনা লুহোংবদা ভাইরিবী দৈবকী হাংকে হাইনা খল্লদুনা শম্ পাইখে ॥ ৪১ ।

মূর্দ্ধজং প্রতিসংগৃহ্য মন্যুমাচ পরিপ্লুতঃ ।
তং তথাভূতমালক্ষ্য বসুদেবঃ সুদুর্ম্মণাঃ ।
সান্ত্বয়ন্ শ্লক্ষয়া বাচা মৃদুপূর্ব্ব নিগ্রহেণ ॥ ৪২ ।

শাওখ্রাদুন কংসনা মতম্ অদুদা কোক্কাগী বেনীগা লোইনবা দৈবকীগী শম্ পুন্নমক্ ওইগী খুৎনা পাইবা অৎক্প ও উরগা বসুদেব অরাবন তিল্লাখনা কংসগী মফমদা দুংশিবা রাহৈনা থেমদুনা তপনা তপনা হায়জারকই ॥ ৪২ । তাৎপর্য্য ।—কসং দৈববাক্য তাবদা থোইদোক্না কাথ মতম্ অদুদা অদুম্না খনখে অসিগুম্বী দৈবকীগী নিপান শুবা মচানা ঐবু মাংহনগদৌরি ? অদু ওইরবদি ভাসমক্ নানি মাংহল্গে অদু ওইরবদি নিপান শুবা মচাগী করিগী চিংনগনি ? কবিগীনো হায়বদা উ য়ানথৎলবদি মহৈ য়ালারাই ।

বসুদেবউবাচ ।—হন্তেমাং কৃপণাংবালামবলাং রাজসত্তম ।
অযশোক্ষয্য মৈনস্ত্বমবপ্সাস সুদারুণম্ ॥ ৪৩ ।

বসুদেব কংসদা অ শুখা পাওতাক্ পিখি—হেরাজসত্তম ! শক্রমদ্দন ! নহাক্তি নিংথৌ পুন্নমক্কগী অথোইবা গুণ লৈবান থোইদোক্না ভাকপি হৈবান অসিগুম্বী নচন নুপী নহাক্না মচাপোকত্রিবী রারবীনি লুহোংবগী মংদা মাসিবু হাৎলবদি নহাক অসে থোজান্ হৈত্রবনি পাঙ্গল শোলবী অভাং থোইদোক্না অমাং অও হৈত্রবা মিংচংথবা ফংডগনি মরম্ অসিনা ( অযশস্কর ) ওইরাগনি অসিগুম্বা কর্ম্ম নহাক্না তৌগদবা ওইদে ॥ ৪৩ ।

যদ্যপি যৎক্ষনে প্রসাং বিরাগো বোগএবষা ।
নির্দ্দিষ্ট বেধসা রাজন্ সত্যাং তদন্যথা নহি ॥ ৪৪ ।

হেরাজন ! এনা রাশকুণ্ডনা হাইজাব নিপা হাইবা অসিসু পোকলবদি অমম্বুং শিবা হাইবা অসে নুমিৎ খুদিংগী মতম্ পুন্নমক্ক শিধাতান মবম ওইদুনা খওহনত্রিবনি নুমিৎ খুদিংগী মতম্ পুন্নমক্না মখোয় পুন্নমক পোকই অমসুং মাংহনবা সোইত্রাবনি মখোয় পুন্নমক অপ্তোপ্পা অমা ওন্তে মরম্ আসনা মাক্লিক্চাদবা নুপী হাৎপ্পা নহাক্না তৌরবদি নহাক অসে মিংচৎ থীরগনি দারগী তৌগদগে ॥ ৪৪ ।

জায়মানস্য লোকস্য মৃত্যুর্ধাবতি পৃষ্ঠতঃ ।
অবশ্যং জয় মানস্য মৃত্যুর্জন্ম মৃতস্য চ ॥ ৪৫ ।

ভো ভূপতে! অচুবৃক্কি মনৈ ওইবা লোক্ অসিদা পোকক্লিবা মখোই অদো মতুঙ মতুঙদা শিবা অমসুং সোইড্রবনি অর্থাৎ পোকক্লিবা নিপা শিবা সোইড্রবনি মতৌ অসুম্না পোকক্লিবা পুন্নমক্ শিরগা পোকপা হায়বা অসে সোইড্রবনি মরম অচুনা পোকপা শিবা অনিনা চক্রেগুম্না কোইচুনা লৈরিবনি ॥ ৪৫ ।

যদহ্নি ষৎক্ষনে দণ্ডে যল্লগ্নে যন্মুহূর্ত্তকে।
তস্মিং স্তস্মিন্ ভবেত্তন্নোন্যথা রাজসত্তম ॥ ৪৬ ।

হেরাজসত্তম কংস! যে যে দিনে, যে যে ক্ষনে, যে যে লগ্নে, যে যে মুহূর্ত্তে, মী পুন্নমক্ নঙ্গং অসুম্না ওই হাইরিবা অসিদা অপ্তোপ করিগুম্বদা ওইরোই পোকপা শিবগী ডাকনানবা উপায় খললবদা ওইখোকত্রে অরেপপাদি হাইল তৌবিবনা চুমগনি ॥ ৪৬ ।

বেধস্য যত্তু বিহিতং সুকৃতৈস্ত্র বিশাম্বনাম।
অঘোনাহসি হন্তব্যমমাং তে পুত্রকোপ মাম্ ॥ ৪৭ ।

মহারাজ! মহাক্না তৌরকপা কর্ম্মগী মহৈনা থোঙ্ ওইরবুনা বিধাতানা মপু ওইচুনা মী পুন্নমক্ মাগী মাগী ওইবা পুক্কিং তম্লা ওইরিবনি মাচুদা কনানা কক্থৎপা ঙমদে অরেপ্পা ওইয়ে মাচুবু তৌগদবা ওইবে মবম্ আসনা নহাক্কি নচানুপীগুম্না য়োকপিবা অসিগুম্বী দেবকী অসিবু লুহোংবগী মতুংদা হাৎপা হায়বা অসে নহাক্কী অফবা ওইরোই ॥ ৪৭ ।

রোগিণাং বালবৃদ্ধোচ প্রাংস্ত্রীয়ং ব্রাহ্মণং গুরুম্।
নহন্যাচ্ছত্ত দোষাপ্তুং হন্তেনা ক্ষমামাপ্নুয়াৎ।
অযশো বাপ্নুয়াং সর্ব্বং ত্রিলোকং সচরাচরম্ ॥ ৪৮ ।

হেরাজন্! অনাবা, অঙাং, অহল্, বা ব্রাহ্মণ, নুপী, অমসুং গুরু হাইরিবা অসে হাৎপা য়াদে দোষ কয়া লৈ হায়রিবাসিং অসে হাৎলবাদি অমাং অতা নৈত্রাব নবক্ সোইদনা তাগনি মতৌ অসুম্না অচৎ চৎত্তা মরোল অচুমগী ময়াইদা মফম পুন্নমক্তা মহাক্কি মিংচৎথোবা ছিনবা থুংনা মতম্ কুইনা লৈহৌরগনি। ৪৮ ।

বরং মৃত্যুনচা শ্রেয়ং ধর্ম্ম ত্বং কর্ত্তু মর্হ ষি ॥ ৪৯ ।

মহারাজ! অথোইবনি শিবা হাচবা অসে লাইবক্ ফবনি অচুমনাদি ওইরগা নিপা ওইবগী থবক্কি নত্তে মরম অসিনা নহাক্কী মঙোল ওইবোদবা থবক তৌগ হাইনা থৌরাং তৌবিগনু মরমদি সংসার অসিদা লৈরিবা নীপা পুন্নমক্কি মফম্না মসে মক্কিক চাদবা থবকনি ॥ ৪৯ ।

সম্ভাবিতোসি শূরাণাং রাজ্ঞাং পুন্যবত্তামপি।
অসম্ভাব্যং কথং কুর্য্যাৎ কর্ম্ম লোকবিগর্হিতম্ ॥ ৫০ ।

ভোভূপতে! নহাকুতি ফাওরবা অথোবনি পুন্য চেনবা রাজ বংশদা পোকপনি মরম্ আসিনা মীনা ঙাংনাগদবা তৌহৈদবা কর্ম্ম তৌগাদোবনী নহাক্না করিগী থৌরাং তৌরি? ॥ ৫০ ।

ত্যক্তেণাং কৃপণাং বালাং রাজন্তং দীণবৎসলঃ ॥ ৫১ ।

হেরাজন্ ! নহাক্কি তে'ল্লবাশিংবু খোজানবিদ্রে নহাক্কি নচাজুপীগুম্বি তোল্লবী নহাক্কি নচন জুপী অঙাং ওইরিবী দেবকীবু থাংনবগী থৌরাং তৌরিবা অদো থাদোকপিয়ু ॥ ৫১ ।

ব্রহ্মোবাচ।—তথা পথ্যং শ্রেয়োবাক্যং নিশম্যাচ্চূর্ম্ণাভূশম্ ।

জহৌ শোক পরী তাঙ্গোবীরঃ স্বগৃহ মাগমৎ ॥ ৫২ ।

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদ হাইখি—বৎস ! বসুদেবনা হায়হবা মঙ্গোল ওইননবগী লম্বী ওইবা রাঙাং তায়বদা মহাবির কংস খাঙবা ওম্দবা ওইখে, মতুঙ অদুদা মঙল মঙল খললগা অবাবা ওইদুনা মশা অদো দেবকীবু থাদোক লম্নগা মহাক্কি ময়ুমদা চংখে, অর্থাৎ বসুদেব—দৈবকী অনিদি চংখিদ্রে ॥ ৫২ ।

বসুদেবো'হপি সংহর্ষো শিরস্তে কুণপাং শগে।

কংসে স্বভার্য্যা মাদায় জগাম স্ব নিবেশণম্ ॥ ৫৩ ।

কুলাঙ্গার ওইবা কংসনা মচনবু হাংকে তৌরমবদগী হঙ্গনখিবা মতুং অদুদা হাইনিংঙাই চৈতনা হরাওদুনা বসুদেব মহাক্কি ওইবী লুহোংবদা ঙাহরিবী দেবকীবু পুদুনা ময়ুমদা চংখে ॥ ৫৩ ।

এতস্মিন্নগবে দেবো বিবিচ্য পরমং হিতম্ ।

নারদং প্রেষয়ামাস ত্বরা কৃষ্ণাগমা শয়া । ৫৪ ।

বসুদেব মহাক্কি ময়ুমদা চোখ্রাবা মতুং অদুদা লাই পুম্নমক্না মখোয়গী ফনানবগীদমক্ খননাশি পৃথিবীদা মহাক্না শ্রীকৃষ্ণনা থুনা অবতার ওইনবগীদমক্ থীনদানা কংসগী নাক্তা নারদ থাননবা খননাখে ॥ ৫৪ ।

গচ্ছত্বং মোহিৎার্থায় যথাশীঘ্রং ধরাং প্রভুঃ ।

ঈরাত্তং প্রযত্নং ত্বং হিনঃ পরমো গুরুঃ । ৫৫ ॥

লাই পুম্নমক্না নারদদা তয়েং তরুক্ ওইবা নোল্লুকপা রাতে হাইজখি হে মুণে ! কংসবু ওক্হনগা মরমদি মতৌ অসুম্না মযম্ অদুদা পৃথিদা প্রভু নারায়ণ থুনা জন্ম ওইরাগনি মরম্ অসিগী নহাক্না মরম্ অসিদা রাখল অমত্তং তৌবিয়ু হায়ুভো নহাক্কি লাই পুম্নমক্কি অতো ওইবা অথোইবা ফনাবা সেম্বা অমস্নুং অথোইবা গুরু ওইবিয়ু ॥ ৫৫ ।

ইত্যাদিষ্টো মঘবতা নারদো' দেবদর্শনঃ ।

ইচ্ছন্দেব হিতং যস্মাদাত্মণশ্চ বিশেষতঃ ॥ ৫৬ ।

সরাদৈণগী পাওতাক পীববদা থোইদোক্না ( দেবদর্শণ ) নারদ মুণি লাই পুম্নমক্কি ফনানবা অদুক'ক মথৈ ওইরাসনু অমনা ওইদাসনু পোইদোকপদি হায়ুভো নহাক্না হন্লগ। মত্না তৌবি-গদবা ওই ॥ ৫৬ ।

আসসাদ ক্ষণার্দ্ধেণ রণয়ন্ম ধুরাং মুণিঃ।
বীণাং কৃষ্ণগুণোঘ ঢ্যাং কংসস্য পুরমাবিশৎ ।। ৫৭ ।

নারদনা বীণা খোঙহুনা নুংশিবা সুরনা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ শকপা শক্পাহুনা মিংনাকুপপি অমগী মনুংদা ভোজরাজ কংসগী কোংনুংদা লাকত্তুনা চংখে ।। ৫৭ ।

আরাদ্বায়ান্ত মালোক্য দেবর্ষিং দেবলোকতঃ।
মন্যমানঃ কৃতার্থং স্ব মাত্মানং পুনর্বাশীবাম্ ।। ৫৮ ।

মহাক্কি সিংহাসন্দা ফমহুনা ক সনা য়েংবদা অহুগুম্বা দেবলোক্তগী দেবর্ষি নারদ ঐগী কোনুংদা লেংঙকাল অচম ওইবা নিংথৌনা মহাক্কি মপুঙ ফাবা মঙ্গোল্ ওইগাদৌরি মতৌ অসুম্না ঐনা কপানবা করি তৌসগে অসুম্না মঙল মঙল্ খলখি ।। ৫৮ ।

প্রত্যুত্থাণাভিবাবাদ্যৈ রহমার্হাীশ্মশ্বরম্ ।
কৃত্বাত থোপবিশ্য স মুনিরাহনৃপং তদা ॥ ৫৯ ।

নারদ মুনি লাক্পা উবদা কংস আসনদগী হৌগংতুনা খুরুমহুনা পূজাগী পোৎলম্ মুণিগী আসন কংত্তুনা পূজা তৌখি নিংথৌনা কংপা আসনদা নুংঙাইনা কমলগা দেবর্ষি নারদনা নিংথৌদা মতম্ অহুদা অসুম্না হাইবকই ।। ৫৯ ।

সাধু প্রীতিরাদৃণীতে মদ্বিধেষু নরেশ্বর।
প্রীতোঽহংতে নবদোন শীলেন বচনেণচ ॥ ৬০ ।

হে নরপতে! ঐঙোন্দা তৌবা অসুম্ন সাধু পুম্নামকসু পেলহল্লি মরম্ অসিনা নহাক্কি নুংশিবা ৱাহৈনা মতৌ অসুম্না নুংঙাইহল্লি মহৌণা ওহবা গুননা ঐনা তরেং মঙা থোক্লা খললে ।। ৬০ ।

বৎোবৎস নিবোধেদং হিতংতে রায়িশ্যা স্বতং।
যেজাতা বৃষ্ণিভোজাদৌ যদ্বন্ধক কুলেযুচ ॥ ৬১ ।

বৎসকংস! নহাক্কি অসিগুম্বা সম্পতি মান্নৈ অরেপ্পনি অফবানি অরেপ্পা ৱানি ঐনা নংঙোন্দা হায়গে নহাক্কা পুক্লিং চংনা তাও বৃষ্ণি, ভোজ, যদু, মতৌ অসুম্না অন্ধকবংশ পুম্নমক্ সংসার অসিদা পোকল্লি ।। ৬১ ।

কুরু পাঞ্চাল বাহ্লীক কুকুরেষু নরেশর।
গোকুলে নন্দগোপাদ্যা দেবক্যাদ্যা যদুস্ত্রিয়ঃ ॥ ৬২ ।

হে নরেশ্বর। কুরু, পাঞ্চাল, বাহ্লীক, মতৌ অসুম্না কুকুরবংশ অমনা গোকুল নগরদা নন্দা-চিংবা গোপ অতোপ্পা অমনা যদুবংশদা দেবকীনা চিংবী নুপী কয়া অমা পোক্লি ।। ৬২ ।

যশোদাদ্যা গোপনার্য্যাঃ শ্রীদামাদ্যাশ্চবালকাঃ।
সর্ব্বদেবণি‌রান্তে গোলোকাদ্বা গত্বানৃপ । ৬৩

হে-রাজন! যশোদানচিংবী গোপনী সুপী মন্নাম্ অমদি শ্রীদামনচিংবা গোপমচা কন্নানু পোকলি মথোন্ন অদো দেব রূপনি লাইগা মান্নে দেবক্যাগীদমক্ গোলোকতগী পৃথীবিদা লাকলগা ওইন্নিবনি ॥ ৬৩।

তাদৃক্কৃষ্ণপ্রিয় ভূভার হারায়জ ভুবলিহ্নতঃ।

কৃষ্ণঃ কমলপত্রাক্ষো দেবক্যষ্টক গর্ভজঃ ॥ ৬৪।

নহাক্কি মতৌ অসে (অংরপ্রায়) কক্কগী ভারনা লুমমবা পৃথিগী অন্নাবন্ন মাংহনবীগে হায়নবীদমক্ ব্রহ্মাণ মরম্ ওইরদুনা হায়জবদগী পদ্ম লোচন ওইবা ভগবাণনা দেবকীগী নিপান্ গুবা মচা ওইনা পোককাদৌরি ॥ ৬৪।

সংভূয় অচিরাদেব হন্তা তদ্গণ্ডনরেশ্বরান্।

যথা ন নাশ মভ্যেতি লোকং তৎ গুরু মাচিরম্ ॥ ৬৫।

হে রাজন্ দেবকীগী মচা ওইনা পোবলগা শ্রীকৃষ্ণনা নহাকপু মাংহলগনি সোইন্দ্রাবনি অদুগী তুডদা নিংথৌ কযাম্ন হেরবা ওইদুনা মাংহলগনি হৌজিক্ ঐনা নংগীদমক্ হায়রিবা অসিনি পুন্নমক্ মাংন্দ্রীডৈদা থীন্দানা নহাক্না মহাক্পু মাংনবা উপায় তৌ ॥ ৬৫।

তাং শ্রুত্বা বচণং তস্য পরমোদ্বিগ্ন মানসঃ।

অনার্য্য প্রকৃতং সর্ব্বাঃ পুরোহিত পুরোগমাঃ ॥ ৬৬।

মহারাজ কংসদা নারদনা খংহনবা মহাক্কি মঙ্গল্ ওইরোইদবা রা হাইরকপা তাবদা অরাবা ওইদুনা মতুঙ ইন্দা মহাক্কি পুরোহিত অঙম্ অথৌ মন্ত্রি মহাক্কি নাক্তা কৌদুনা লাক্লে ॥ ৬৬।

মন্ত্রয়ামাস যত্নেনা মিচ্ছন্নাত্মা হিতং নৃপম্।

কংসে দুর্মিত্রিভিঃ সার্দ্ধং তৃণবর্ত্ত বকাদিভি ॥ ৬৭।

অদুগী তুডদা অয়াম্বা ফংত্রাবা মন্ত্রী তৃনাবর্ত্ত বক অসিনচিংবা লোইনদুনা রাজা কংস মহাক্কি ফননবগীদমক, রাখলূনানবা যতেল্ তৌনা খননাল্লে ॥ ৬৭।

নিগৃহ্য পিতরং রাজ্য মগ্গাৎ পৃথিবী পতিঃ।

আনীয় বসুদেবঞ্চ দেবকীং পিতরং তদা।

কারাগারে রুধরোহনিগরে বৃষ্ণিভোজকান ॥ ৬৮।

কংস মহাক্কি পীত উগ্রসেনবু লাবশিনদুনা মহাক্না পৃথিবীগী নিংথৌরেন ওইখি মতৌ অসুম্না বসুদেব দৈবকী কৌরুদুনা কারাগারদা ন্নোংক্কি থৌরিনা পুনদুনা থম্খি হাংনানবগীদমক্ অপ্তোনা বৃষ্ণি বংশ ভোজ বংশনচিংবা নিপা পুন্নমক্ বন্দি ঘোরদা পুন্দুনা থম্খি ॥ ৬৮।

দৈবকা প্রসবে পুত্রান ষটকং সোন্যহন চচ্ছাল্।

ভতোধক্ষজ আজ্ঞাপা শেষং পর্য্যঙ্করূপিনম্।

দেবক্যাঃ সপ্তমে গর্ভে জন্মার্থং স্বাংশরূপিনম্ ॥ ৬৯।

অদুগী তুগুদ দৈবকীগী মচা তরুক্ কারাগৃহ মনুংদা মথঙ্ মথঙ্ প্যোক্পা অদু দুরাত্মা ওইবা কংসনা পুম্নমক্ মুনহ্নুনা মাংহলখি ভগবাণগী শৈজ্যাগী মশক্ ওইবা অনন্তদা শ্রীনারায়ণ হ'য়খি দৈবকীগী তরেৎশুবা মচা ওইনা নহাক্কি অংশনা পোকউ হায়না য়াথং পীখে ॥ ৬৯ ।

তে নাজ্ঞপ্তো ভগবতা সহস্রা নন মূর্দ্ধবান্ ।
বিশেষ দৈবকী গর্ভং দরীৎ মেরো মৃগেন্দ্রবৎ ॥ ৭০ ।

ভগবাণগী য়াথং লৌরাদুনা মমাই লিশিং অমসুং মকোক লিশিং ওইবা অনন্তদেবগী অংশনা দৈবকীগী গর্ভদা লাকতুনা চঙখে, প্রমানদি স্ম জিংগী লোক্তা ছাগী নিংথৌ নোংশানা চংবাগুম্মি ॥ ৭০ ।

তস্মিন্ প্রবিষ্ট তস্মিং স্তু বীক্ষ্য সর্ব্বদিবৌকসঃ ।
বৃষ্ণান্ ভোজান্ধকাদীংশ্চ বসুদেবঞ্চ দৈবকীম্ ।
ত্রস্তনধস্তান বিলানাশ্চ ক্লিষ্যানামন্ দুরাত্মনা ॥ ৭১ ।

দৈবকীগী গর্ভদা অনন্তদেবনা চঙখে, মতৌ অসুম বৃষ্ণি, ভোজ, অন্ধক, শাগৈসিংদা লাই ময়াম্মা নিপা ওইনা চঙবা উরুরগা অমনা দুরাত্মা কংশনা দৈবকী বসুদেব অসিনা চিংবা য়াদবসিং নৈহৎপা পাঙ্গল ময়েং তানবা থোইদোক্লা অরাবা ওহরবদ। ভগবাণনা কাত্যায়নীদা পাওতাক পীখে ॥ ৭১ ।

কাত্যায়নাং মহামায়ামাজ্ঞাপয়ত জন্মনে ।
আকৃষ্য দৈবকা গর্ত্তাং শেষং গোকুলমণ্ডলে ।
রোহিন্যা গর্ভ আধায় যশোদায়াং ভবিষ্যসি । ৭২ ।

সুংশিবা রাহৈনা বলদেবগী জন্ম ওইনানবা মরমগী মহামায় কাত্যায়নী দেবীদা নারায়ণনা অসুম্মা হাইখি—হে মাতঃ! নহাক্না দৈবকীগী গর্ভদগী অংতবু পুরগা গোকুলদা লৈবা রোহিণীগী গর্ভদা থম্মুরো নহাক্না যশোদাগী গর্ভদা পোক্উ ॥ ৭২ ।

ইত্যাদিষ্টা ভগবতা দেবী কাত্যায়না শুভা ।
আকৃষ্ট দেবকা গর্ভং রোহিন্যা গর্ভ আদধৎ ॥ ৭৩ ।

মঙ্গোলগী মশক্ ওইবী কাত্যায়নী ইবেমাদা ভগবাণগী য়াথং মতুং ইননা মথুরাদা লৈবী দৈবকীগী গর্ভদা চংদুনা অনন্তবু পুরককনা বসুদেবগী পত্নী রোহিণীগী গর্ভদা থম্খে। তাৎপর্য্য— বৃন্দাবনদা নন্দানচিংবা পেপ মথুরদা বসুদেব দৈবকী মতৌ অসুম কংসগী মনাইসিং মহামায়ান তৌরিবদো কনানা খঙবা ওমদে মখোইনা খঙবদি ( দৈবকীর গর্ভস্রাব ) ওইরে অসুম্মা সন্দোকুখি ॥৭৩।

ততো মুকুন্দো ভগবাণ স্তয়া স্বাং শেণ চাবিশৎ ।
যশোদা গর্ভ আনন্দ মুবহন গোকুলো কসাম্ ॥ ৭৪ ।

অদুগী তুগুদা জগৎপু লান্বিবা ভগবাণ গোবিন্দ অদুগুম্বী মহামায়া ভগবতীগা লোইনদুন

অমসুনা ওইনা যশোদাগী গর্ভদ' চন্তখে, অতুদা গোকুলদা ৈরিবা মী পুন্নমক পুংভাইনখে, অর্থাৎ যশোদা ব্রজরাজ—পত্নী অসে মচা পোকত্রে ভাংনবা মরম্ অহুনা মহাক্তী গর্ভগী মতো উবদা পুন্নমক পুংভাইনখি । ৭৪ ।

আবির্বভূব ভগবাণ স্বয়ং দেবো রমা পতিঃ।
দৈবকী গর্ভদর্যাত্ত শঙ্খচক্রগদা ধরঃ ॥ ৭৫ ।

শঙ্খ চক্র গদ পদ্ম পাইবা চতুর্ভুজ লক্ষ্মী কান্ত ওইব স্ব ং ভগবান্ বিষ্ণু দৈবকীগী গর্ভদা লাকতুন ( আবির্ভূত হইলেন্ অর্থাৎ অংযানিসম্ভব নারায়ণ মুংসিংকী মতোগুম্না দৈবকীগী গর্ভদা চংবনি । ৭৫ ।

অথ বলদেব প্রাবির্ভাব ।
তং প্রবিষ্ট মুপাজ্ঞায় ভগবন্ত মুরুক্রম ।
সচাবর্তিরহং বিষ্ণু সশ্রীঃ সোমা মহেশ্বরম্ ॥ ৭৬ ।

উরুক্রম ওইবা ভগবান দৈবকীগী গর্ভদা চন্তখে, হাইবা অতু উবদা খংগুম্না লক্ষ্মী লোইনম্লনা নারায়ণ অমনা উম' লোইনতুনা মহাদেব লাই ময়'ম্ ॥ ৭৬ ।

ঐরাবত করীন্দ্রস্থঃ সঙ্খ্যাভুক্ষঃ সহস্রদৃক্।
স্বাহয়াহুতভুগ দেব সমবর্তী সবাহণঃ ॥ ৭৭ ।

ঐরাবত্ তোঙতুন ম'মৎ লিশিং পানবা দেবরাজ ইন্দ্র দেবগনগা লোইনহুনা মহাক্তি বাহন্ তোংতুনা মৈ স্বাহাদেবীগা লোইনহুনা ॥ ৭৭ ।

নৈঋতঃ পবনে মৃত্যুরপাং পতি রুদারধীঃ।
সগুহ্য গুহ্যকা ধীশো ঈশো রাক্ষস খেচরাঃ ॥ ৭৮ ।

পুন্দগী মশক্ ওইবা নৈঋতপতি মুংশিং প্রেতপতি যমরাজ উদারবুদ্ধি জলাধিপতি বরুন্ যক্ষাসিংগ লোইনতুনা কুবের সন্দগ্না তোঙতুনা ত্রিশূল পাইবা মহাদেব মাইকৈ ভাকপা লাই মতো অগুম্না রাক্ষস অমসুং আকাশদা লৈব ময়'ম্ ॥ ৭৮ ।

অব্ধয়ঃ সরিতাং শ্রেষ্ঠৈর্গ্রহাবসব এবচ ।
দেবরাজর্ষয়শ্চৈব ব্রহ্মা বিপ্রর্ষয়ানব ॥ ৭৯ ।

হে পাপ লৈতবা অঙ্গির ! অথোই অথেইবা তুরেল লোইনহুনা বরুন্ সমুদ্রানদিংবা নবগ্রহ অমসুং ধ্রুবনা চিবা অষ্টবসু মতো অসুম্না দেবর্ষি রাজর্ষি অমসুং ব্রহ্মর্ষি লোইনহুনা [illegible] । ৭৯ ।

মুনয়ো মুণিপত্ন্যাশ্চ সগণো মনুজ্ঞাপরে ।
মিশ্ররোবগ পৈশাচ দৈত্য দাণব পন্নগাঃ ॥ ৮০ ।

মুনি অমসুং পত্নীশিংগা অণ্ডগী মনুং অসুং মচা ময়াম্ মতৌ অসুম্না কিন্নর সর্প পিশাচ দৈত্য দানব অমসুং পন্নগ অর্থাৎ খুং হৈব ময়াম্ ॥ ৮০ ।

ধৃতরাষ্ট্রাদি নাগেশো যাতুধনাঃ সহস্রশঃ ।

কুষ্মাণ্ড ভৈরবাঃ সর্ব্বে ডাকিনী পুতনাদয়ঃ ॥ ৮১ ।

ধৃতরাষ্ট্র অসিনচিংবা লিল্ ময়াম্ অমসুং মকোক্ লিশিং লিশিং পানবা কুষ্মাণ্ড, ভৈরব ময়াম্, ডাকিনী অমসুং মাংসিপ্পি পুতনা অসিনা চিংবী দৈবকীগী সুতিকা গৃহদা লাকখুনা লৈরমে ॥ ৮১ ।

নারদোগস্ত্য ভৃগবো মার্কণ্ডেয়ো মহাতপাঃ ।

জমদগ্নির্ভরদ্বাজঃ সশিষ্যো রেণুকাসুতঃ ॥ ৮২ ।

অদুগী তুংদা মুণি ময়াম লাকলে মকম অদুদা নারদ অগস্ত্য ভৃগু, মহাতপস্বী মার্কণ্ড, জমদগ্নি ভরদ্বাজ অমনা শিষ্যশিংগা লোইনাদুনা পরশুরাম ॥ ৮২ ।

কৌশিকো দেবলো ধৌম্যো মৈত্রেয়থ্য কৌমুনি ।

দ্বৈপায়নঃ শুকঃ কণ্বো গর্গ গৌতমকাদয়ঃ ॥ ৮৩ ।

কৌশিক, বিশ্বামিত্র, দেবল ধৌম্য, মৈত্রেয়, উতথ্য অমনা বেদ তোকান তোকাম্না পুরাণ কয়া লেংবা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন, মহর্ষি মচা মহাযোগি শুকদেব অমনা যজুঃ বেদচংপা কণ্ব মঙাল লৈবা মতৌ অসুম্না তর্ক শাস্ত্র হৈবা গৌতমন চিংবা মুনি ময়াম্ ॥ ৮৩ ।

সশিষ্যাঃ সানুগাঃ সর্ব্বে সপ্রিয়াঃ সপরিচ্ছদাঃ ।

সায়ুধাঃ সহযানাশ্চ সহভূষাঃ সবল্কাঃ ৮৪ ।

হাইখিবা পুম্নমক্ অসে মাগী মাগী শিষ্য অমসুং তুঙইনবা পত্নী ময়াম লোইনদুনা অমনা খুংসু খুংলাই তোঙনানবা বাহোন মাগী মাগী (বেশভূষণ) সেংনা ইননবা পুদুন লাকলে ॥ ৮৪ ।

পরমং যোগমাস্থায় দেবকী গর্ভ পঞ্জরম্

বিবিশুর্যোনি রন্ধ্রেণ ভগবন্ত মধোক্ষজম্ । ৮৫ ।

হায়খিবা লাই ময়াম্ থাইদে কপা যোগগী পাঙনা মরম ওইদুনা (যোনিরন্ধ্রদ্বারা) দেবকীগী গর্ভদা পুম্নমক্ চঙখাগ মথাদা লৈদুনা ভগবান্ নারায়ণবু স্তুতি তৌখি । ৮৫ ।

শঙ্খ চক্রাব্জ পরিখ প্রোল্লসৎ করপঙ্কজম্ ।

পীতাম্বরং স্মেরপাথো জনুবদর নাননম্ ॥ ৮৬ ।

অঙৈকপা ওইবা ভগবান্ । শঙ্খ, চক্র, পদ্ম, অমসুং গদা পাম্বোম্ মরিদা লৈতেংডি স্মা- কিপেং খোনবা মোমোন নোকপা অঙাংবা থম্বাল মানবা মাইথোং ॥ ৮৬ ।

কিরীট কেয়ূর, তাড়ঙ্কা ভাতি ভাসিতম্ ।

কৌস্তুভোরক্ষমাসীনং কুণ্ডলদ্যোতিঃ তাননম ॥

কোটি কন্দর্প লাবণ্য মুরুহা সমুকক্রম ॥ ৮৭ - ৮৮ ॥

কোক্তা মণিগী কিরীটি লৈত্তেঙবা খোম্বিদা স্না পরেং খোনম্বা কেয়ুর, তারক্ক লৈত্তেংবা দেহগী মঙাল ফজবদা ( কোটিকন্দর্প ) তুণ্যলাবন্য উরুক্রম ভগবাণগী হৃদিদা কৌস্তুভ লৈত্তেঙবা না অনিদা রত্নগী কুণ্ডল ঙ'াল্লি মুখপঙ্কজ দেবকীগী হৃদি মংক্তা ঙাল্লি অহুগুম্বা গোবিন্দবু লাই ময়াম্না লৈশি লৈথোলখি ॥ ৮৭ ৮৮ ।

দেবাউচুঃ । নমঃ পঙ্কজানাভায় নমস্তে পঙ্কজাশ্রয়ে ।

পঙ্কজোদ্ভবয়ে পঙ্কজোদ্ভবে ভুত যে নমঃ ॥ ৮৯ ।

হে মহাভাগ ! ইবুংঙো নহাক্না খোইদোদগী থম্বাল্ পুথোকই চরোণ থম্বাল্ লক্ষ্মীনা থৌগল তৌরি থম্বাল্ পুথোকপা সংসার শেমনানবগীদমক্ ইবুঙো নহাকপু ঐথোয় পুম্নমক্না চরোণদা হন্ন হন্না খুরমজরি ॥ ৮৯ ।

পঙ্কজাস্যায় তে নাথ নমঃ পঙ্কজাবাহবে ।

নমঃ পঙ্কজনেত্রায় ভক্তহৃৎ পদ্ম ভাণবে ॥ ৯০ ।

হে নাথ ! ইবুংঙো নহাক অ স ফুগাইনা শাংপা থম্বালনা তমজা নিংঙাই ওইবা মাইথোং ( পদ্মবাহু ) পঙ্কজণয়ণ মতো অশুম্না ভক্তগী হৃদগী থম্বালদা নুমিংক্কি মশক্ ওইনা ঙানবিবা ইবুংঙো নহাক্পু খরুম্জৈ । ৯০ ।

হৃষীকেশায় দেবায় হৃষীকপতয়ে নমঃ ।

হৃষীকানামধিষ্ঠায় হৃষীকায় নমো নমঃ ॥ ৯১ ।

হে ভগবান্ ! অয়াম্বা ইন্দ্রিগী ঈশ্বরনি ইন্দ্রি পুম্নমক্কি মপুনি ইন্দ্রি পুম্নমক্ থৌদাবনি অয়াম্বা ইন্দ্রি পুম্নমক্না লৈবী মতৌ অংগম্না অয়াম্বা ইন্দ্রি পুম্নমক্কি মশক্ ওইবা ইবুংঙো নহাকপু হন্না হন্না খুরুমজরি ॥ ৯১ ।

সাধুত্রাণায় সাধুনাম ভবায় নমো নমঃ ।

সাধু পুজা নু পমায়াসাধু.পশয় তে নমঃ ॥ ৯২ ।

হে জগবন্ধো ! ইবুংঙো নহাক্না সাধু পুম্নমক্পু ঙাকপীগে ফংম্ববা পুম্নমকপু মাংহননবগী মরম্ ওইবা ইবুংঙো নহাকপু হন্না হন্না খুরমজরি ইবুংঙো নহাক্ অসে ননাই পুম্নমক্না মতম্ পুম্নমক্না পুজা তৌরিবা অদুবু চংথোম্না ঙাকুনা হম্মপা অহুগী তুংদা সাধু পুম্নামক্কি হৃদিদ লেংদনা লৈবীবা নহাক্পু খুরমজৈ ॥ ৯২ ।

সাধবে সাধুসাধয়ে সাধুবৎসল তে নমঃ ।

দৈত্যারয়ে দৈত্যদর্প সুদনায় নমো নমঃ ॥ ৯৩ ।

হে পরমাত্মন্ ! নহাক্ অসে সাধুগী মশক্কি সাধু পুম্নমক্না নিংঙাবদা অমসুং ননাইসিংনা খুদম্ লেপ্লিব নহাক্পু খুরমজরি নহাক্ অসে দৈত্যবু মাংহনবা অমসুং দৈত্যগী নাপন্ মাংহনবা ওইবা ইবুংঙো নহাক্পু হন্না হন্না খুরমজরি ॥ ৯৩ ।

গোবিন্দায় গোপ বালবয়স্যা হারি নাসিনে ।
যোগায় য়োগ গম্যায় যোগনাথায়স্তে নমঃ ।। ৯৪ ।

হে গোলোক্কি মপু ওইবা ! নহাক্কি গোবিন্দনি অর্থাৎ সকলগী পুম্নমক্ ঙাক্পীবনি অমস্তুং ধর্ম্ম পুম্নমক্ ঙাক্পীবনি শ্রীদামনা চিংবা গোপ ময়াম্ সমবয়স মতৌ অম্নমা গোকুলগী মেরুবা মাংহন্বিনবা ওইবা নহাক্না যোগরূপ ওইবা পুম্নামক্কি নিংনাফম ওইবা ইবুংঙো নহাক্পু খুরমজরি ।। ৯৪ ।

প্রপন্নান দুঃখশোকার্ত্তাণ শরণাগতপালক ।
ত্রাহিমাং পরমে শান্ ত্বং হি নঃ পরমাগতিঃ ।। ৯৫ ।

চংজবব্ ঙাক্পীবা হে দীনবন্ধো ! আসঙ্গগ তোল্লবা লাই ঐখোয়গী নহাক্না পাঙ্গলনি ইবুংঙো নহাক্ নত্তনা অপ্তোপা উপায় লৈজাদে ঐখোয় পুম্নমক্কি অবাবা নুংঙাইতবানা থাংবা ওমদবা ওইদুনা নহাক্কি, নহাক্কি তুং ইনদুনা ঙাকপীনবগী দমক ঐখোয় পুম্নমকপু ইবুংঙো নহাক্না ঙাকপীয়ু ।। ৯৫ ।

ব্রহ্মোবাচ ।—ইত্যাকর্ণ্য বচস্তেষাংভুত ভাবন ভাবনঃ ।
প্রসন্নারুণ পাথোজনয়ণঃ প্রহসংশ্চতান্ ।
অবদদ্বদতাং শ্রেষ্ঠো ভগবানাদি পুরুষঃ ।। ৯৬ ।

জগৎপীতা ব্রহ্মাণ অঙ্গিরাদ হায়রি— বৎস । জীব পুম্নমকপু পোক্লানবগী অমত্ত ওইবা থবক অয়াম্বা ঙাক্পীবা অথোইবা ভগবাণ ( আদিপুরুষ, গোবিন্দগী তঙাং ঙঙাংবা চরোণ থাংলা অনিদা লাই পুম্নমক্না অহুককী নথৈ হাংজাবা তায়বদা পেনবীরদুনাহুমোমন্ পোক্লুন শ্রীকৃষ্ণনা হাইখি ।। ৯৬ ।

শ্রীভগবাণুবাচ ।—তত্রর্থোহয়ং মমারম্ভোনাস্তিবো ভয়মন্বপি ।
স্বপদং প্রাপ্সথ ক্ষিপ্রমৃদ্ধি যেগমহেতুকম্ ।। ৯৭ ।

ভগবাণনা থেমজদুনা লাই ময়ামদা হায়রকহ—হে লাই শা নখোইনা কীরিবদো কীগনু মরমদি নখোয়গী অকিবা কোকনবা মরম্গীদমক্ ঐনা অবতার ওইগাদৌরি অবাবা কোকলগনি চাওখৎনবগীদমক্ নংগী নংগী অথোইবা অদুগুম্বা মফম্ চিংনদনা ফংঙাগনি ।। ৯৭ ।

সাধুনাং সমচিন্তানাম ভাবায় সুরদ্রু হাম্ ।
ধরা ভারায়মানাম্মা মভাবায় সুরাধিপাঃ ।। ৯৮ ।

হে সুরাধি পতিরা ! পুম্নমক্না অমত্তা ওইনা উবা সাধু পুম্নমক্কি অকীবা মাংহনগে হাইগীদমক্ মতৌ অম্নমা লাইগী মেরুবা লৈহৌলোই অমন দৈত্যগী ভারনা রারবা পৃথিবী অরুম্বা লোৎপোক্কে হায়বাগীদমক্ ঐনা মৌরকলিবনি থংঙো ।। ৯৮ ।

সম্ভবোহয়মব্যয়স্থা মুৰ্ত্তস্থ পরমেষ্ঠিমঃ।
ধাম গচ্ছত ভদ্রং বঃ করিষ্যে নাত্রসং শয়ঃ ॥ ৯৯।

অধ্যাত্মা ওইবা অপাত্মা লৈত্তবা অমত্তা ওইবা লেংদবা অমগস্থ মরি লৈত্তবা পরমেশ্বর ওইবা ঐনা অবতার তৌগাদৌরিবা অসে নখোই পুন্নমক্কিদমক্কি নংগী নংগী নশক্ নংগী নংগী লৈফম্দা চংলো কীরাগনু চিংনারগনু ঐনা নখোয়গীদমক্ মঙ্গল ওইনবা রায়েল্ তৌরগে ॥ ৯৯।

ব্রহ্মোবাচ। –ইত্যাভাষিত মাশ্রুত্য দেবাস্তে মনুযা মুনে।
ধামং স্বস্ব প্রমুদিতা যযুঃ প্রণত কন্ধরাঃ ॥ ১০০।

মহর্ষি অঙ্গিরাদা মক্তিক চাওবা ব্রহ্মানা হায়খি—হে দ্বিজবর! ভগবাণগী অসিগুম্বা থেম-জনবা রা তারবদা হান্নগী মত্তৌগুম্না হরাওরদুনা ইবুংঙো মাঙোন্দা থুরম্মগা লাই পুন্নমক্ মাগী মাগী মফম্দা হন্নাখ্রে ॥ ১০০।

অথ বলদেবের জন্ম

জ্যৈষ্ঠে মাসি সিতষ্টম্যাং নক্ষত্রে যমদৈত।
জাতোরামো রৌহিনেয়ঃ শেষোংশেষ পরাক্রম ॥ ১০১।

লাই ময়াম্না হনখ্রবা তুংদা অফবা মতম্ কালেনগী পান্থংলক্পা নিপান্নি পান্বা অুমিংত্তা (যমদৈবত্ত মঘানক্ষত্র) ওইবা মতম্ পাঙ্গলদা চাংদমনিঙাই লৈত্রবা অনন্ত ভগবাণনা পুন্নমক্কী পুক্কিং সুমহংনবগী মশক্ রামরূপ রোহিণীগী গর্ভদগী পৃথিবীদা অবতার ওইখ্রে ॥ ১০১।

দেবাড়ন্দুভয়োনেদুঃ পুষ্পবৃষ্টি মুচো দিবি।
জগুর্গন্ধর্ব্বপতয়ো ননৃতুশ্চাপ্সরো গনাঃ ॥ ১০২।

বলরাম দেবনা জন্ম ওইরবদা (সুতিকা গরোপরি) আকাশদগী লৈনা নোংচুবগুম্ চাই-থরকই মত্তৌ অসুম্না আকাশদা লৈদুনা লাইময়াম্না (মহাংসবজ্ঞানে) দুন্দুভি থীনখ্রে গন্ধর্ব্বপতি হা হা হু হু তুম্বুরুনা চিংবা পুঙ্ ভগবংক্ক নঙ্গোনগীদমক্ ঈশৈ জগোই মত্তৌ অসুম্না জগোই শাবী জগোই শাখ্রে ঈশৈ শকখ্রে ॥ ১০২।

অথ শ্রীকৃষ্ণ বির্ভাব

ভদ্রমাস্যা সিতাষ্টম্যাং রোহিন্যক্ষঃ যুতেহহনি।
হরিস্তান্ সুদৃঢ়ান্ মত্বা কারাপারস্থ রক্ষিণঃ।
মায়েশো মায়য়া মেথৈ রাবণোৎ থং থরস্বনৈঃ ॥ ১০৩।

বলদেব জন্ম ওইরবগী তুংদা থরানগী থাসিগদবা নিপানী রাৎপ রোহিণী নক্ষত্র ওইবা মতম্ অদুদা মক্তিক চাওবা কংসনা থমমিবা কারাগার ঙাকলিবা ময়াম্ অদু থঙঙাদুনা মায়াগী মপু ভগবান্ গোবিন্দ নোঙ খোংবন' মরম্ ওইরদুনা আকাশ পুন্নমক্ ছিনবা থুংনা নোঙ চুখাখি ॥ ১০৩।

ইরম্মদস্ফুর্য্যাম্বুভি স্তণন্তি স্তণয়িত্নুভিঃ।
ঘন ঘর সংঘোষ প্রবহা ঘোর ঘোষনৈ।
ভীরুসন্তীতি জণনৈঃ ভাগয়ন্তির্দ্দিশোম্বরম্। ১০৪।

আকাশদগী চুথারকপা নোঙ অকম্বা অকিবা থোঙ্গেল (ঘন ঘন) (ঘঘন্নিত শব্দে) মী পুম্নমক্ অকিবা ওইখে, মতৌ অম্সুম্না অত্তুংপা লৈত্তনা ছোরালেননা ব্রহ্মা থাদৈ জিবা পুম্নমক চিংনারক্লে মরক্ মরক্তা মাইকৈতরা থুনা নোংথাং কুপ্পী মঙাম্না লংঙি॥ ১০৪।

কুর্ব্বানৈ ধ্বান্ত পটলং নিবিড়ং পয়মোম্বনম্।
হুদাগার গিরিবরৈঃ প্রাসাদা ট্টাল তোরনৈঃ॥ ১০৫।

ঈরেল্ লোক্ চিঙ্ স্নাথোঙ চেকপ্ন থাঙমপাৎ থোইদোক্পা অকিবগী মশক্ ওইরে মম্বনা অকিবগী মশক্ ওইনা কুপখে, অর্থাৎ কদাইদা য়ুমলৈ চেকপন্ মণ্ডির হ্রদ কদাইদা চিঙ অমদি অমম্বনা কুপ্পনা উবা ফংদ্রে॥ অসিনি হাইবা খঙদ্রে॥ ১০৫।

প্রাচীর গিরিশৃঙ্গৈশ্চ পতিতৈর্ধরণী সুর।
চণ্ডব্যত প্রমুদিতৈর্ণাদৃশ্যত ধরাতলম্॥ ১০৬॥

হে অবনীসুর! অঙ্গিরা! কোম্নুং চেকপন্ অয়াম্বা অমসুং মাংগদোরে, চীংগী চীংদোন্ অকনবা নুংশিংনা থুদেক্লে অমসুং মফম্ পুম্নমক্তা তারে উবা তেকপা পৃথীবী উবা ফংদ্রে॥ ১০৬।

পতত্তাং দ্রুমসংঘানাং প্রাচীর গিরিবেশ্মনাং।
প্রাসাদ তোরাণাট্টাল রথাশ্বখর দন্তিণাং।
নাদিতৈর্নাদিতাঃ সর্ব্বা ধরাকিঞ্চন্নলক্ষ্যতে॥ ১০৭।

তেক্পা উগী মপৈ অমসুং য়ুম চেকপন্ মন্দির মতৌ অম্সুম্না চীংদোন নিংথাইবগী থোঙ্গেল তাবদা সগোল্ শামু গর্দ্দভ পুম্নমক্ কীতুনা খোংঙে অহুগুম্বা অয়াম্বনা নিন্বা উখিদ্রি পৃথীগী মফম্ থুদিং নিন্খি মতৌ অম্সুম্না অতেক্পা য়ুম্ অমম্বানা কুপখিবনা পৃথীবী উবা ফঙখিদে চংপ্পা ঙমখিদে॥ ১০৭।

খরস্থূলোল্বণৈ র্লোকানাসারৈ রিষ্টকো পমৈঃ।
পয়োধাঃ পীড়য়া মাসুর্য্যগান্তইব সম্মতঃ। ১০৮।

সম্বর্ত্তা নাচিংবা নোঙ পুম্নমক্তা থোইদোক্পা অকীবগী মশক্ ওইনা চুবা প্রলোইগী মতৌগুম্ উবদা জীবা পুম্নমক্ অৱাবা ওইরে মতম্ অত্তুদা পুম্নমক্তা খন্নৈ মতম্ লোইহুনা প্রলয় থুংঙরে॥ ১০৮।

গোহশোষ্ট্র মহিষাণ্ দন্তি খরমেখ বরাহকান্।
মনুজ্জান পীড়িতান্ বীক্ষ্য মেনিরে যুগসংক্ষয়ম্॥ ১০৮।

গো, অশ্ব, উষ্ট্র, মহিষ, হস্তী, গর্দ্দভ, মেষ, বরাহ, অমদি মী পুম্নমক্ অকীবা ফংনা চুবা নোঙ উংগা মতম্ অদদা মহাপ্রলয় তোগাদোরে হায়না জীবা পুম্নমক্তা খন্নাখে॥ ১০৯

নধরানমভোভান্তি ন প্রভান্ সুযোগবিৎ ॥ ১১০ ।

নিংবা পুম্নমক্ কাইরে মতৌ অসুম্না অবাবা থুংওরে পুমম্ মম্‌খে, মাইকৈ খওদ্রে অহিং সুংথিল সন্ধ্যা অমদি পৃথিবী অকাশ অয়ুকল্ নোংঙান্‌বা হাইবা অসে খওবা ওমদ্রে ॥ ১১০ ।

আসারৈঃ প্লাব্যমানাভূ র্নালক্ষ্যত নভোস্বতৎ ।

পেত্তিরে শতশস্তত্র নক্তসোদ্বাশনি প্রভাঃ ॥ ১১১ ।

ইঙা ইঙেনদা চুবা নোংঙদগী শরুক চাম হেল্লি মতম চাদনা প্রলয়গা মান্নখে, পৃথিবী অসে পাতান্দা য়োৎতারে করম তৌরগা অহাংবা আকাশ উগদগে উবা ফংওরোই মতম্ অহুদা পুম্নমক্ অসে পুম্ম মম্‌খে অমদি নোঙ্ মরক্তা চামা চামরক্ নোঙ্‌থাংগী মঙাল্লা খজিক্লুং উবা ওইথি ॥ ১১১ ।

এতস্মিন্নন্তরে বিদ্বন্ নিশার্দ্ধং সমমৃত্থত ।

তেবাক্ষ্য দুর্দ্দিন খোরং কারাগারস্তরক্ষিণঃ ।

সুসুপ্তনিদ্রায়াচ্ছন্না নায়য়া শঙ্খধ্বনঃ ॥ ১১২ ।

হে বিদ্বন্ ! সুংথিন্দা দুর্দ্দিন হৌখে, অমাবু অমনা উবা ফংনদে মথং মথং ( দ্বিতীয়প্রহর ) অহিং ওইরে অহুগী তুঙদা অমম্বনা নোংঙগু কুপ্‌খে অহিংগী মতৌ উরে দৈবকীগী কারাগার ঙাকলিবা কংসগী মনাই ময়াম্ পুম্নমক্ ভগবাণগী মায়ানা হিপস্তুনা পুম্নমক্ তুম্‌খে ॥ ১১২ ।

এতস্মিন্নরে নন্দ গেহিনী সূতিকাগৃহম্ ।

প্রাবিশৎ প্রসবায়ৈব বেদবার্ত্তা ধরাসুর ॥ ১১৩ ।

হে অবনীদেব অঙ্গিরা ! অহুগুম্বা মতম্ অহুদা থোইদোকপা ( নন্দরাজ গৃহিনী ) যশোদা ইবেম্মা অদো অঙাং উনবগী মতম্ ওইরাহুনা থোইদোক্না অন্নাবা ওইরে অঙাং উনানবগীদমক্ সুতিকা গৃহদা চংখে ॥ ১১৩ ।

সুসুবে মিথুনং রাজ্ঞী কন্যামেকং সুতঞ্চহ ॥ ১১৪ ।

অহুগী তুঙ্‌দা ( নন্দ মহিলা ) যশোদা রাণী মচানুপী অমা নুপা অমা থোইদোক্লা ফজবা মচা অনি ফংখে ॥ ১১৪ ।

নবীন জলদ শ্যাম পাথো ধর বরচ্ছবিম্ ।

সুণাসং সুকপোলঞ্চ সাম্যদন্তোষ্ঠ বাহুকম্ ॥ ১১৫ ।

নবীন-নীল-নীরদ, শংবানননা ফজবা অর্মাদ ফুইনা হোবা নোঙ্‌গী মচুগুম্না নিংথীনা ঙান্‌বা অনি অদো নাতোল মাইথোং চিনবান্ পান্বোম্ চপ্ মান্নৈ ॥ ১১৫ ।

চার্ব্বায়ত ভুজদ্বন্দ্বং বণমালা বিরাজিতম্ ।

বেত্রবেণু বিষাণাদি স সংন্যস্ত মুকচ্ছবিম্ ॥ ১১৬ ।

পাম্বোম্ অনি অদো শাংন' ফজৈ অডৌবা; লৈ পরেং থোন্‌বা বেত্র, বংশি শৃঙ্গাদি সম্বন্ত অর্থাৎ খুং অনিনা চংখোম্না পাই মুরলী খাৰ্ভদা স্নাফিগেং সঞ্জেনজৈ থেংলি মতৌ অম্মুনা পুক্লিং হুবা মূর্ত্তি মণ্ডাম্না তিনবা ॥ ১১৬ ।

বেণুবাদননিরতঃ প্রসন্না জরুনা ননম্ ।

অজযোনান্দ্র সংবন্ধ্যা কোটি সুর্য্য প্রভান্বিতকঃ ॥ ১১৭ ।

অতৎম্না লৈত্তনা বেণু খোঙবা ফুগাইনা শাংপা অঙাংবা থম্বাল্‌না তমজানিংঙাই ওই মুখপদ্ম কম্নামুক ফজবা কোটিসূর্য্যগুম ঙানবা তঙাং তঙাংবা চরণ অনিদা ব্রহ্মা, মতৌ অম্মুনা দেবরাজ খুরমমি অঃগুম্বা চরণ অনিদা ॥ ১১৭ ।

কোটি কন্দর্প লাবন্য ইশজং শাঙ্গ ধম্বনঃ ॥ ১১৮ ।

কোটি কন্দর্পের ন্যায় ফজবনা তিনবা ভগবাণগী রূপ, তৌইগুম্বসুং কন্দর্প'গা চাংদমনিংঙাই ওইবদা থোইদোকই মরম্দি ফজবা হাইবদো ভগবান্‌গী অংশদগী ওইবনি হাইনৈ ॥ ১১৮ ।

প্রভাতারুণ সূর্য্যাভাং দ্বিভুজাং পরমা রুচা ।

নচোপলেপতাং কন্যাং যশোদানন্দ গেহিনা ॥ ১১৯ ।

অমুক্তা থোকপা নুমিৎকী মঙানগুম্না তঙাং তঙাংবা পাম্বোম্ অনি নুপী অমা পোকলে তৌইগুম্বসুং নন্দগৃহিনী যশোদ অহুদি মতম অহুদা উবদি ফংখিদে । ১১৯ । অহুগী অরেপ-পদি মচা অমা ফংঙে হাইবদি থংঙি নিপানি হায়বা খংখিদে মতম অহুদা মহামায়না মহাকপু জুমথিবদগী মরম্দি দৈবকীগী মচা ওহনা লেনংবগীদমক্ মহাক্না মতুংদা ফোংদোকলগা থঙঙাগদবনি ॥ ১১৯ ।

এবংবাক্যদম্পতীতৌ জ্ঞাত্বা তৎ পরমেশ্বরম্ ।

তুষ্টাবতু মুদাযুক্তৌ নত্বাপ্রনত কন্ধরৌ ॥ ১২০ ।

অঙকপা ওইনা ফজবা লৈখোম্না তিনবা মচাবু পরমেশ্বরনি হায়না খঙহুনা থোইদোকনা হরাওজরহুনা পুকনিংনা লোম্লুকা খুরমচনা নন্দ যশোদ অনিনা মঙোন্দা স্তুতি তৌখি ॥ ১২০ ।

মায়েশো মাম্নয়াচ্ছন্নৌ দম্পতী ব্যাকুলেন্দ্রিয়ৌ ।

নিদ্রয়াচ্ছন্ন গাত্রৌ তৌ সুস্বাপতুরথো নিশাম্ ॥ ১২১ ।

মায়া পুম্নমক্কি মবুংঙো, শ্রীকৃষ্ণগী মায়ানা মরম্ ওইহুনা খুহুম্ চন্‌বনা নন্দ যশোদ অনিনা ইবুংঙো মাঙোন্দা স্তুতি তৌবদি ঙম্খিদে অহুগী মরম্দি যোগমায়ানা মতম অহুদা অনিমক্ লেংবা ঙম্খিদে নিদ্রানা খুদুমচন্‌বনা অবাবা ওইখি অনিমক্ লৈপাক্তা তুমহুনা অহিং মতৌ অম্মুনা লেম্খে ॥ ১২১ ।

এতস্মিন্নন্তরে বিদ্ব নির্ম্মলঞ্চাভবন্নভঃ ।

ববুর্গন্ধবহা দিব্যা ননৃতু শ্চাপ্সরো গনাং ॥ ১২২ ।

ব্রহ্মাণ্ডা অঙ্গিরাদা হাইখি। –হেবিদ্বন্। অদুগী তুঙদা মথুরাদা মতম্ অদুদা অণ্ডরূপা নোঙ চুম্নমবদগী লেপখিবা অমরূপা লৈত্রবা আকাশদা থৌরামিচাক্ নিংথীনা থোকখি পুক্লিংহুনা ফজখি জুংশিবা মনম্ পুত্থনা মুংশিং শিংখি অদুককি মথৈ ওইবা জগোই শাবী জগোই শাগদোবগী ঈশৈ শককাদোবগী হোখে ॥ ১২২।

জায়মানে জনে সর্ব্বে দেবাঃ ঋষিগনা খগাঃ।

বিদ্ধ্য ধরোরগা যক্ষাঃ পিশাচাশ্চ উপাবিশন্ ॥ ১২৩।

গোকুলদা গোকুলচন্দ্র অবতার ওইরে অদুগী তুংদা মথুরাদা দৈবকী ইবেম্মাম্ ভগবাণ্ জন্ম ওইরম্দাইগী অরাবা ওইরে মতম্ অদুদা আকাশদা লৈরিবা অয়াম্বা লাইময়াম্ ঋষিগন, পক্ষিগন, বিদ্যাধর, উবগন, যক্ষগন, মতৌ অমুম্না পিশাচগন, অমাং অতা লৈত্রবা পরমাত্মা নারায়ণদা পুম্নমক্না লৈশি লৈথোনখি ॥ ১২৩।

অবিরাসী জ্জগন্নাথঃ শঙ্খাজ পরিঘা য়ুধাঃ।

পীতবাসা বৃহদ্বাহু রক্তাস্যোজ পদদ্বয়ঃ ॥ ১২৪।

পুক্লিংহুনা ফজবা মতম্ অদুদা দৈবকী সূতিকাগারদ জগন্নাথ শঙ্খ চক্র গদা পদ্ম পাইবা পাম্লোম সাংবা চতুর্ভুজ স্নাফিগেৎ থোলবা অংভৌবা লৈ পরেং থোলবা মাইথোং ফুগাইনা শাংপা থম্বাল্গুম্বা অভাংবা থম্বাল্ মানবা ভগবাণগী চরণ নারায়ণ মহাক্কী (পরিকরসহ) অবতার ওইরে ॥ ১২৪।

এবমালোক্য তদ্রূপং বসুদেবো মুদান্বিতঃ।

অস্তোষীদবধার্য্যাথ দণ্ডবৎ প্রণমন্মুহুঃ ॥ ১২৫।

পরমেশ্বরগী স্বরূপ, লক্ষণ তিনবা মচাবু উরে বসুদেব থোইদোক্না পুক্লিংদা হরাওপি মতুং অদুদা ঐগী য়ুম্দা ভগবাণনা অবতার ওইরারে অমুম্না মহাক্কি রাখলদা খল্লদুনা লৈপাক্তা দণ্ডবৎ তাদুনা হন্না হন্না খুরুম্মগা লৈশি লৈথোনখি ॥ ১২৫। তাৎপর্য্য—করম্না স্তুতি তৌখিবগে হাইবা অদু (ভাগবত) তা ফোংদোক্না হাইখে। ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ। অসিদ দ শ্রীরাধাগী মাহাত্ম্য বর্ণন শ্রীকৃষ্ণগীদি সংক্ষেপতঃ ওইনা ॥ ১২৫।

ততোহৃষ্টোচ্যুতোদেবঃ প্রাহতাতং কৃপাণিধিঃ।

মেঘগম্ভীরয়া বাচা প্রসন্ন পঙ্কজা ননঃ ॥ ১২৬।

অদুগুম্বা বসুদেবগী স্তুতি পেন্থিবহুনা ভগবাণগী মাইথোং ফুগাইনা শাংপা থম্বাল্ তমজানিঙাই ওইবা শ্রীমুখনা নোং ভংবগুম অংকৃপা রাহৈনা মপাগী মশক্ ওইবা বসুদেবদা অমুম্না হাইরকই ॥ ১২৬।

শ্রীভগবাণ নুবাচ।–তাত মাংশিদ্ধি পরমং তপঃ ফলমুপাগতম্।

ইতত্ত্বা সংজহারাশুরূপমৈশ্বর মুত্তমম্ ॥ ১২৭।

ভগবাণনা হাইখি—হে পিতঃ! নহাক্না নিংজবাগী মহৈনা ঐবু অসেংবনি থংঙো অসিভং হাইরমমগা থুনা অথোইবা ঈশ্বরগী রূপ হঞ্জনখে ॥ ১২৭। তাৎপর্য্য।—বসুদেবদা ভগবাণনা হায়রিবদি অসিনি নহাক্না নহান্ মুক্তি মপোক্না ঐবু নিংখি অহুগী মহৈনা নচাগী মশক্ ওইররি নহাক অসে মমাংগৈদা পৃশ্নি হ'ইনা ফাওরম্মি—নহাক্কি পত্নীগ শতরূপা কৌরম্মি নখোই অনিনা ঐবু নচা ওইনা ফংজগে হাইনা নপুকনিংদা অকনবা তপ্ তৌখি মরম্ অদুনা বসুদেব—দৈবকী কৌদুনা হন্দক্কি মপোক্না ঐবু নচাগী মশক্ ওইনা ফংঙরি। ১২৭।

অথ বসুদেবা বির্ভাবঃ

তাতংপ্রহ পুণঃ শীঘ্রং নয়মাং গোকুলং প্রতি।
তদাশ্রুত্য তস্যবাক্যং মন্বেষান্নন্দ গোকুলম্॥
সূতিকাগৃহমধ্যে তং বেশয়ত্বাণয়ণ্ সুতাম্।
যশোদয়া মহাভাগ কারাগারমথা গমৎ॥ ১২৮।

হে মহাভাগ অঙ্গিরা। ভগবাণনা অমুক হয়া বসুদেবদা হাইখি—হেতাতঃ! নহাক্না ঐবু থুনা পুদুনা গোকুলদা চৎলো নন্দালয়য়োরগা যশোদগী সুতিকাগারদা চংঙগা মহাক্কি মনাক্না ঐবু থম্মম্মু মহাক্কি মচানুপী অদো অমুক্ পুরকউ অদুম্না বসুদেবদা হাইবা বা তারবদা থুনা পুদুনা নন্দ গোকুল য়োংগা সুতিকা গৃহমধ্যেদ যশোদাগী নাক্না মচা থম্মে মহাক্কি মচানুপী অদু পুদুনা লাকপনা মহাক্কি কারাগারদা লাকুনা থুংঙরে॥ ১২৮। তাৎপর্য্য।— ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ অসিদদি বসুদেবনা কৃষ্ণ পুদুনা চৎপদা অনম্তুনা নোঙ থনবা যমুনাদ কৃষ্ণ তাখিবা অমদি মহামায়ানা অমহুইগী মশক লৌদুনা বসুদেবদা লম্বী তাকপ যমুনা লানবা মতৌ, অসুম্না বসুদেবনা কন্যা পুরকলগা কারাগারদা থুংঙবা অসিনচিংবা ফোংদোক্না ইদ্রে—অপ্তোপা পুরাণসিংদা চাওনা লেংখে—অকুপা পুম্নমক অদুদি লেংদ্রে অমনা মতম অদুদা বসুদেবনা মচা থন্বা মতম্দা যশোদাগী মচা শ্রীকৃষ্ণ বসুদেবগী মচা কৃষ্ণ অনি অদো অমত্তা ওইখি (পূর্ণরূপ) ফোংদোকখিদ্রে॥ ১২৮।

ততোবুধাস্ততে সর্ব্বে কারাগারস্য রক্ষিণঃ।
বালস্বণমবাশ্রুত্য ত্বরারাজ্ঞেন্যবেদয়ণ্॥ ১২৯।

অদুগীতুংদা কারাগারদা বসুদেবনা দৈবকী নাক্না মহামায়াবু থন্বা মতম্ অদুদা অচম্বা অঙাংগুম্না কপ্প্লি কপ্পগী খোল্লে তাবদা লৈরিবা পুম্নমক্ হৌগৎতুনা থুনা লাকলগা রাজা কংসদা হঙ্গৎখি—মহারাজ! দৈবকী ভ'স মচা ফংঙে॥ ১২৯।

অবেত্যত্বরচঃ কংস স্তুরসেত্যা বধাচচতাম্।
বিদ্যুত্রূপ ধরা গৌরা জগাম শঙ্করান্তিকম্। ১৩০।

মনাইশিংনা হাইবা দৈবকীগী মচা ফংঙে তাবদা কংসরাজ মশম্ ফানা চেললকলে সুতি কাদগী অদুগুম্বী কন্যা অদো লৌরগা মুংপাক্না হাইহৎকে তৌবদা মাহামায়া জগৎক্কি মম্না ওইবা

অদো কৃষ্ণগা পোকমিন্নবীনি মথুৎ নিপান্ পানবী ওইদুনা আকাশদা লেপ্পগা মহাদেবগী নাক্তা তৎখ্রে । অর্থাৎ জগৎক্তি মশক্ ওইবী ( ঐশ্বরী শক্তিকে ) মহাকপু কনানা মাংহন্বা ঙমগদগে ? মহাক্কি শক্তিনা অসিগুম্বা জগৎ পুথোক্তুনা লৈরি ॥ ১৩০ । তাৎপর্য্য ।—শ্রীমদ্ভাগবততা অদুগুম্বা পোকলিবী ঘ.দা লাই ফদিবীগুম্মি অর্থাঃ কংসগী খুৎতগী কৃষ্ণগী মচন্ অদুনা আকাসদা লেপ্পথা নোক্তুনা হাইখি—রেদুর্ব্বিনীত! নংগুম্বানস্থ ঐবু মাংহনবা নক্তী করি লৈ ? নংবু হাৎলগদবা নংগী য়েক্লবা অদুদি-মফম্ অমদা পোক্খ্রে অসুম্না হাইরগা দেবী মফম অদুদগী চৎখ্রে ॥ ১৩০ ।

ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ অসিদদি কৃষ্ণা পোকপগী ৱারি শ্রীরাধিকা জন্মা ওইরবগী তুঙদা বাল্যলীলাগী ৱারি অর্মাদ গোকুলদা নন্দ উৎসব পুন্না তৃনাবর্ত্ত অঘ বক বৎসবধাদি অমস্নং ভগবানগী গো-চারণ আধান্বা লীলা অদুদি ইদ্রে অসেংবদি শ্রীরাধিকগা লোইনদুনা শ্রীকৃষ্ণগী ( মিলনাবধিমাধুর্য্য ) লীলা ওন্তিক্ত ইরি শ্রীকৃষ্ণগী বাল্যলীলাদি অগাম্বা পুরান্দ য়েংবিগদবা ওইরে ॥

মতাং অসিদা ব্রহ্মাণ্ড মহাপুরাণ ব্রহ্মাগা মচা তরেৎক্তা
ঙাংনবা রাধা হৃদয় শ্রীকৃষ্ণ জন্ম মাপন্ শুবা
অধ্যায় লোইরে ॥ ৯ ।

---

অধ্যায় তরাশুবা – ১০

দৈবকীগী মচা ওইনা পোকলগা ( স্তনপান ) শুহৈদবগী ৱারি ত্রেতা যুগক্তা শ্রীরামগা কৈকেয়ীগা অনিনা ওইনব অনিগী ৱারি খরদং ইজবা ।

| | |
|---|---|
| চৌদ্দবর্ষ পরে আসি লেন দেশে । | চহি তরা মরিগী তুঙদা নন্দী গ্রামদা থুংওরে । |
| কৈকেয়ী শুনিল রাঘবের আগমণ | কৈকেয়ীনা রাম লাকলে তারবদা ॥ |
| পুর্ব্বের কলঙ্ক লজ্জ যুক্ত হয়ে মন | হান্নগী ৱাথোক্ খল্লুবদা ইকাইবনা তিল্লি । |
| মধ্য পথে বসি রহে দুঃখিনী যে মন | আৱাবা ওইদুনা লম্বি ময়াইদা ফমদুনা লৈখি ॥ |
| দুরহৈতে ভরথ দেখিল কৈকয়ীরে | অরাপ্পদা ভরতনা কৈকেয়ীবু উখি । |
| রাম পথ আগুলিয়া কহে যোড়করে | রামগী লম্বি থৎত্তুনা থুং লোয়াখি ॥ |
| এই পথ পরিত্যাগ কর প্রভু রাম | লম্বি অসো দা সেংওগনু রঘুমণি রাম ! |

এই পথে যাইতে রাম মণেভয়বাসি
পথি মধ্যে বসি য়াছে দুরন্ত রাক্ষসি—
হাসিয়া বলেণতবে দেব রঘুবর
রাক্ষস পাইলে মোর আনন্দ বিস্তার
রাক্ষস অন্তক অমি তারেনা ডরাই
সেরাক্ষস নহে এই শুন রঘুমনি
মায়া পাতি বসেছে কৈকয়ী চণ্ডালিনি
শ্রীরাম বলেন ভাই নাবল এ কথা
চল চল মাতঃ কেন বসি রাজ পথে
এত বলি রঘু নাথ দ্রুতগতি গেল
কৈকেয়ী চরনে গিয়া প্রনতি কলিল
কৈকেয়ী বলেন এস দয়ানিধি রাম
যে কর্ম্ম করিনু আমি শ্রবনে অদ্ভুত
চণ্ডালিনী হয়ে তোরে পাঠাই বন
একবার মোরে রাম ডাকহ মাবলি
এতবলি কোলে করি চুম্বিল বদন
এক সত্য কর রাম কমল লোচণ
অকাশ ভাঙ্গিয়া পড়ে ভর তেরমুণ্ডে
পুণঃ কিবা বনেতে পাঠান রঘুমনি
ভরত বলেন শুণ আরে চণ্ডালিনী
পুণঃ যদি র খরে বলহ কিছু বানী
খাণ্ডা পানে চাহি কথা কহিবি বুঝিয়া
কৈকেয়ী বলেন শুন কমল লোচণ
এই মত চৌদ্দবৎ করয়ে শাসন
এতেক শুনিয়া তবে বলে রঘুমনি
কহ কেনঃ মাতারে কহিছ কটু বানী
পুনঃ বনে পাঠাতে মায়েরহয় মন
ক্রন্দা করিয়া তবে বলে রাজরানী
আর পোড়া মুখেকি বলিব হেনধানী
ভরত বলেন যারঃ খল আচরল

লম্বি অসোমদা চৎলবদি পুক্লিংদা অক্রিবা ওইরে ॥
লম্বি ময়াইদ তমথিবী রাক্ষসী অমা লৈরে
শ্রীরামনা নোক্লগা হায় মতম্ অদুদা ॥
হিঙচাববু ফঙবদি ঐদি খোইদোক্লা জুংঙাই ।
হিঙচাবগী মমনি ঐদি মখোইবু কিদে ॥
হিঙচাবী নত্তে তাবিয়ু রঘুমনি ।
ফংত্রাবী কৈকয়ী মায়া ভোঠনা লৈরি ॥
শ্রীরামনা হায় অতুগুম্বা বা হায়গনু ইবুংঙো ।
চৎলসি ইমা করিগী লম্বিদা ফম্‌বনো ॥
আস হায়দুনা রামনা চেনসনুনাকৃহ ।
কৈকেয়ী চরন্দা চত্নুনা খুরমখে ॥
কৈকেয়ীন হায় লাও দয়ানিধি রাম্ ।
পুমমক্ ঐননি খম্নবদা ওক্লে ॥
রাখন চুমদবদগী নহাকপু বেন্দা থাই ।
অমুক্লা ঐভোন্দা ইমা হাইখো রাম্ ॥
অসি হাতুনা কম্পাক্লা পমদুনা চুপখে ।
রাম অমুক্লা রাশকউ কমল লোচন ॥
তাবদা ভরতকি কোক্লা আকাশন ননম্বাগুম্ ।
রামবু অমুক বন্দা থাগদোরিত্রা ॥
ভরতনা হাই তাও চণ্ডাসিনী ।
শ্রীরামদা অমুক্ হন্না অতুগুম্বা বা হাইগনু ॥
হায়গদবা বা থাং য়েংভগা হংনৈ ।
কৈকেয়ীনা হাই তাও কমল লোচণ ॥
অম্মম তৌনা চহি তরা মরি সেল্লি ।
ভাংনবা বা ভায়বা তুভদা শ্রীরামনা হায় ॥
করিকনো ইমাদা অতুগুম্বা বা হায়বদি ।
হন্না বন্দা থারবম্ম ইমানা নিংবা ভৌসনু ॥
রাজ রানীনা কৃপপগা হ ইরকই ।
অতুগুম্বা বা অদো ইচিনদগী ওইথে ॥
ভরতনা হায় মাগী ফংত্রবা লমচৎ ।

কালসর্প মুখে যদি ঢালিয়েপীয়ুষ
বিযের সংযোগে দেখসে হয় হিষ
শুনিয়া ভরতে নিবারিল রঘুমনি
যে আজ্ঞা করিকে মাতা পালি বসন্তরে
এই সত্য কর পুত্র হবে জন্মান্তরে

গর্ভে যে জনম গেল করিব পালন
শুণিয়া লবে ন তবে রঘুনন্দন
গর্ভে জণমিব তবে ইথে নাহি আন
কিন্তু মাতানা করিব তবস্তন পান্

শুণিয়া কৈকেয়ী বলে শুন বাপধন

শ্রীরাম বলেন মাত' শুন ভ'র কথা
পুর্বে মোরেমুদ্ধ খেতে নিষে খিলে
অভিষে কৈকেলপিতা রাজ্যের কারন

দশ দণ্ড বেলা যে করিল নিরূপন
প্রাতঃ কালা বধি আমি কিছুইনা খাই
কৌশল্যা জননী দুগ্ধ আনি দেন
তখন আমারে মা বিদায় দিল বন
কৌশল্যা বলেন দুগ্ধ করবে ভক্ষণ
তুমি তাহে কহিলে না খাও দুগ্ধ আর
নগর বাহির গিয়া কর ফলা হার
তব অজ্ঞা শিরে ধরিনা খাইমু পয়
দুগ্ধ বাটি ফেলিয়া কৌশল্য মোহ হয়

সে কারনে দুগ্ধনা খাইব তব কোলে
হেন কথা ছিলওটে আমি চণ্ডালিনী
দৈবব,শ মোরে তুণ্ডেছেল দুর্ব্বচন

লিসগী মচিঙ্গা অমৃত্তা তৈন্থনস্থ হ ওল্লি ।।
হুগবু তিন্নরবদি অমৃত্তা হদো হু ওল্লি ।
শ্রীরামনা ভরতপু খাম্থে ।।
ইমা তাক্পীয়ু নচা য়াজগে ।
রাশকউ হাইবদি হয়েং মুক্তি মপোক্তান ·
ঐগী গর্ভদা চংহুনা পোকউ হাইবনি ।।
পোকলবদি পমহুনা অমৃত্তা ঈনজগে ।
তাবদা শ্রীরামনা হায় ।।
ইমাগী গর্ভদা পোকচগে চিংনবীগনু ।
অহুমনদ্দি ওইরগা ইমাগী অমৃত্তদি
থকথ্ৰারোই ।।
তাবদা কৈকেয়ীনা হায় করিগীনো ইবুংঙো
পোকলপা অমৃত্তা থকওই হায়বদি হায়রু ।
শ্রীরামনা হায় অহুগী রা তারো ইমা ।।
মমাংতৈদা ঐঙোন্দ শঙ্গোম পীথক্খিদে ।
পিতানা নিংথৌ ওইহনবিনী হাইহুনা ঐবু
মুমিদাং অদো বত্রা তৌরে অভিষেকতীদমক্ ।
নোংউল্লপা পুং তরাদা নিংথৌ হাপ,কনি ।।
নোংঙানবদগী ঐ কবি অমত্তা চাদ্রে ।
কৌশল্যা ইমানা শঙ্গোল পুরকই মতম্ অদো ।
মতম অহুদা ঐবু ইমানা বনদা চংলো হায় ।
কৌশল্যা ইমানা হায় শঙ্গোম থকথ থাম্মি ।।
নহাক্ত হায় মতম অসিদা শঙ্গোম থক্কম্মু ।
খুস অসে লাম্লগা উহৈ চাও তাক্পী ।।
ইমাগী য়াথং পুহুনা ঈশিং ফাওবা থকৃতে ।
কৌশল্যা ইমা ভক্লহুনা শঙ্গোম চফু অহু
লংথোক্খি অরেম্বদা মাংখি ।।
মরম্ অহুনা নতম্বাঙ্গা অমৃত থকওই ।
রা অশি লৈবদগী ঐবু চণ্ডালিনী কৌখিবনি ।
বিধিনা খুংগম্ চন্খিহুন ঐগী ইচিনা অসিনা—
ওস্থাক্লপা রা হাইক্লইদ্রা ।

| | |
|---|---|
| ভরত বলেন এই তব ভাগ্য চাই | ভরতনা হায় মাদো নহাক্কি লাইবক ফৈদা ।। |
| কিব লিব সেই কালে আমিথা কিনাই | করি হাইনি মতম্ অদো ঐ লৈতে ঐ লৈরবদি । |
| পিয় বাক্য বলি শান্ত কৈল নারায়ণ | মুংশিবা ৱাহৈনা থেম্জনখি নারায়ণনা ।। |

মরম অসিনা কারাগারদা পাম্বোম মরি পান্দুনা পোক'লিবনি অমৃত থকওই হাইবদগী অমুক্ গোকুলদা থৈরিবনি ।

## কৈকেয়ীগা লক্ষ্মণগা ৱাংনবাৱা

| | |
|---|---|
| তবে লক্ষ্মনে রে রাণী লইলেন কোলে | অতুগী তুংউদা লক্ষ্মণবু র নীনা তম্পাক্ত পমখি । |
| কিবা থণ দেখি বাপু তব কটিতলে | করিন ইবুংঙো খাংদগী অদ য়েংগে ।। |
| লক্ষ্মন বলেন মাতা শুন গোবচন | লক্ষ্মণনা হায় তাবিয়ু ইমা হঙ্গংচগে । |
| যবে আমা তিন জনে পাঠাইল বন | ঐখোই অহুম বন চংলদাইদা ।। |
| তিন মুষ্টি ক্ষুদদিলে পথের সম্বল | লম্বিদা চাও হাইহুনা চেংউ মুং অহুম্পী । |
| সেই ক্ষুদনা খাই ভকত বৎসল | চেংউ অদু চাদে মনাইনা খুতুম চন্বা রামনা ।, |
| অদ্যাবধি আছে বান্ধা সহিত বাকল | অদুদগী উকুনা পুনহুনা থমমিবনি । |
| এত শুনি কৈকেয়ী শিরেতে কর হানে | অদু তাবদা কৈকেয়ী কোক্তা খুৎহাপখে ।। |
| এ অখ্যাতি রাখাবনা হই লত্রি ভুবনে | অসিনা মরোল অহুমদা মিংচৎখীরি । |
| বুকেতে কলঙ্ক কেণ দেখিয়ে লক্ষ্মণ | থবাক্তা চিহ্ন অমা উই করিগী লক্ষ্মণ ।। |
| সৌ মিত্রি বলেন রাবনের যুদ্ধ কালে | সুমিত্রাগী মচানা হায় রাবণগী লালদা । |
| বক্ষেতে বিন্ধিল মাদারান শাক্তিশেল | থবাক্তা তমখিবা শক্তি শেলনা থাবনি ইমা ।। |
| শুনেছ সেসবহনু মারনের মুখেতে | পুয়মক হনুমানা হাইবদগী তাৱে । |
| কৈকেয়ী বলেন ধন্য ধন্য পুত্র তুমি | কৈকেয়ীনা হাই নংগুম্বা ইচাদি অতাংবনি ।। |
| তব কর্ম্ম দেখিয়া বিস্মিত হৈনু আমি | নংগী থবক উবদা ঐ ঙকলে । |
| মোর বাক্যেকৈলে বাপু কাননেগমন | ঐনা বনদা চংহনবদাগী থোকপনি ইবুংঙো ।। |
| সে কারনে শক্তিশেন পড়িলে লক্ষ্মণ | মরম্ অদুদগী শক্তি শেলনা থাবনি । |
| তুমিহ করহ সত্য পুনঃ জন্ম স্তরে | নহাক্তা অমুক্ত রাশকউ হম্বেং মুক্তি মপোক্ত ।। |
| জন্ম লভিবে বাছা আমার উদরে | ঐগী গর্ভদা ইচা ওইনা পোককে হাইনা । |
| লক্ষ্মণ বলেন জবহব গর্ভ জাত | লক্ষ্মণনা হাই নহাক্কি গর্ভদা পোককে ।। |
| পুর্ণনা হইতে কিন্তুহবে গর্ভ পাত | তোইশুম্বাস্থং মপুং ফাদনা গর্ভ পাত ওইশনু ! |
| কপট করিয়া যেণ কহিছ আমারে | লৌশম্ তোহুনা ঐঙোন্দা হাইখি ।। |
| সে কারনে অবিভাব হইব উদরে | মরম্ অতুদগী অবির্ভাব ওইগে । |
| এই মত পরস্পর হৈল নিরূপন | মতৌ অম্মুম্বা অমগ অমগা হাইনাখি ।। |

ত্রেতা যুগক্তা কৈকেয়ীগ, লক্ষ্মণগা অনিনা হাইনখিবা অহুনা ৱাপুরদা দৈবকিগী গর্ভদা থা ভরেং লৈরগা যগমায়ানা পুখিহুনা রোহিণীগী গর্ভদা থা অহুম্ লৈরগা জর্ম ওইখি আসোমদসু রোহিণী অদ দৈবকিগী গর্ভ ওইবদা রোহিণী গর্ভ ওইবনি। দেহগা মিপা তৌবশুম্ যগমায়াবা তৌবনি।

লক্ষ্মনন বলদেব কৌহুনা রামনা কৃষ্ণ কৌহুনা
পোকপা জ'মগী নৈনবা ৱারি লক্ষ্মণগী লমন,

রাম অগ্রে লক্ষ্মণ রহেন্ যোড় কর
সকরুনেজিজ্ঞাসেন ত্রৈলোক্য ঈশ্বর
কহদেখি লক্ষ্মণ কিবলে মুনিগন
চৌদ্দবর্ষ কাননে কিনা কৈলেভক্ষন
চৌদ্দবর্ষ রমণীর মুখ না দেখিলে
চৌদ্দবর্ষ নিদ্রালস্য ত্যজিলে করিলে
চৌদ্দবর্ষ নিদ্রালস্য ত্যজিলে লক্ষ্মণ
নিদ্রালস্যস্থানে তাহা করেছি শ্রবণ
চারিকর্ম্মে পারক নহিলে কদাচন
ইন্দ্রজিত অতিকায়ে না হয় নিধন

পুণঃ পুণঃ এইত কহেন মুনিগণ
এক কর্ম্মে তাহারে প্রত্যয় পাই মনে
আবত্তিন কর্ম্ম কিবা করিলে লক্ষ্মণ
আমারে সাক্ষাতে বল স্বরূপ বচন
শুনিয়া সৌমিত্রি কহে যুড়িহুই কর
যেবলিলা মুণিগণ সত্য এ উত্তর
রাম বলে চৌদ্দবর্ষ সঙ্গেতে জাণকী

একদিন বদন কিনা দেখ ধণুকী
লক্ষ্মণ বলেণ শুণ কমল লোচণ
মাতার চরণ বিনা না দেখি বদণ
কণ্ঠের ভুষণ ভরনা দেখি কে য়ুর

শ্রীরামগী মাংদা লক্ষ্মণ খুং লোয়্নে।
মুনিশিংনা হংন্তি মরোল অহুম্গী মপু শ্রীরামনা॥
মুণি ময়াম্না হায়রিবাসে চুম্ব্রা লক্ষ্মণ।
চহি তরা বনদা কবি অমত্তা চাদ্রবরা॥
চহি তরা মরি মুনীগী মাংইথোং য়েংদব্রা।
চহি তরা মরি বিষ্ণু সেবা তৌব্রা॥
চহি তবা মরি তুমদাব্রা তনদাব্রা।
তুমদাবা তনদাবা নিদ্রালস্য অনিদগী তাম্নে॥
করিগুম্বদা থবক মরি অসি ভমম্মোই।
থবক মরি অসি ভমবা মিগী মথুৎতা
ইন্দ্রজিত অতিকায় শিগনি হাইরি॥
হয়া হয়া হাইরি মুণি ময়াম্না।
থবক অমদি খংডে অরেপ্পা ওইনা॥
থবক অহুমদি করম তৌই লক্ষ্মণ।
ঐগোন্দা অরেপ্পা হাইয়ু লক্ষ্মণ॥
তাবদা লক্ষ্মণ খুং অনি লোয়্নে হঙ্কৎচৈ।
মুনিশিংনা হাইরিবা অসে অচুমবনি॥
শ্রীরামনা হায় চহি তরা মরি অসি সিতগা।
লোইনহুনা লৈরিবা অজিদি।
নোংম ফাওবা সীতাগী মাইথোং য়েংব্র ধাণুকি॥
লক্ষ্মণনা হঙ্গংশি তাবিয়ু কমল লোচণ।
ইমাগী চরণ নত্তনা মাইথোং য়েংজদে॥
খোবিদা থোনবা স্না পরেং লৈ পরেং অমনা
তুংগী শমজি য়েংজাদে।

সবে মাত্র দেখি তাম্ চরণে নপুর

রাম বলে কহ সীতা রূপ বরণ
দেখিলে কি লক্ষ্মণের কেমন নয়ণ

সীতা বলে যখন দেবরন্তিতে চাই
অধো মুখে থাকে চক্ষু দেখিতে নাপাই
শুনিয়াদয়ার নিধি শোকে বাড়ে মনে
কহ ভাই বিষ্ণু পুজা করিলে কে মনে
সৌমিত্রি বলেন প্রভু অপনাবিস্মৃতি
বিধাতার ধাতা তুমি গোলোকেরপতি

তুমি বিষ্ণু তোমা সেবিতাম রাত্রি দিনে

অন্যনাহি জানি অই পাদপম বিনে
অই পদ সেবিনিদ্রা লক্ষ্য পরি হরি
অই পদ সেবি তুচ্ছ দেখি তাম নারী

ফলমুল অন্ন কিবা নাহি খাই পয়
যখনক্ষু ধায় অঙ্গ হইতে দাহন

অই পাদপদ্মে মতি দি তাম তখন
ভাবিলে অভয়পদ ক্ষুধা যেত দুরে
চৌদ্দবর্ষ কাননে বঞ্চিলু এ প্রকারে
কুটীরে বিবাজ কর লক্ষ্মী নারায়ণ
হাতে অস্ত্রদ্বারে অমি করি জাগরণ
রাম বলে চৌদ্দবর্ষ ন খাও কে মনে

আমি ফল তোমারে দিতাম দিনে দিনে
সে সকল ফল কোথা কহরে লক্ষ্মণ

য়েংজবদি অমথক্ ইমাগী চরণদা থোমবা
নপুরদগী হেন্না য়েংজদে ॥
শ্রীরামনা হায় সীতা অরেম্বা হাইয়ু ।
উব্রা উদ্রব্রা লক্ষ্মণগী মাইথোং
অোংমা ফাওবা য়েংব্রা ॥
সীতানা হায় ইনাওগী মাইকৈদা য়েংবদা ।
রঘুমণি ইনাওদি য়েংভুবদা লুকথাদুনা
হেক্তা সেবক্মী নোংমা ফাওবা মমাই উদে ॥
তাবদা চানবী হৈবা আম্বাবা ওইরে ।
হ ইয়ু ইবুংঙো বিষ্ণু পুজা করম্না তৌই ॥
লক্ষ্মণনা হঙ্গংলি কাওবীরব্রা প্রভু ।
ইবুংঙো নহাক্ অসে ব্রহ্মাগী মবুংঙোনি নহাক্না
গোলোক্কী মপুনি ॥
ইবুংঙো নহাক অসে বিষ্ণুনি অহিং অুংখিন
সেবা তৌই কাওবিরবননি ।
চরণ থম্বাল নত্তুনা অপ্তেপ অমা খঙ্গদে ॥
চরণ সেবা তৌজবদা তুম্বা তনবা কাওই ।
চরণ সেবা ফংঅধদা হুপীই মাইথোংদি করি
লৈ উ কুম্ম ।
উহৈ চাক্ অমদি ঈশিং ফাওবা থক্চদে চাজদে ।
মতম্ অদুদা অরম্বা খোরাংবনা চাকলবদা দেহা
অসে আরাবা ওইরবদা ॥
চরণ থম্বাল নিংশংজবদা উবিদুনা ।
কৃপাদগী অরাম্বা খোরাংবা চেনদ্রে ॥
চহিতরামরি বনদা অম্মা লৈজে ।
উনাগী মমদা লক্ষ্মী নরায়ণ চেপ্পগা ॥
থুংলাই পাইদুনা থোাদ ঐনা লৈজে ।
শ্রীরামনা হায় চহুতরামরি করম্না চ্রিবনো
হাইয়ু লক্ষ্মণ ॥
ঐনা নংঙোন্দা হৈপী মুমিং থুদংগী ।
হৈ অদুদি কদাইদা থম্মি হাইয়ু লক্ষ্মণ ॥

যোড় করে সৌমিত্রি করেন নিবেদন
চারিবৎ সরের ফল পুন্ আছে তুন
দশবৎসরের ফল পঞ্চবটী বনে
রাশিকৃত্ত ফল আছে গৌতমীর তীরে
এতশুনি ভদ্রপত্রে ডাকিলেন হরি
চারি বৎসরের ফল লহসংখ্যা করি
হনুমানে আজ্ঞা দিল কমল লোচন
তুনসহ ফল আন পবন নন্দন
মারুতি বলেন আজ্ঞা লঙ্ঘিতে নাপারি

কিন্তু মনে বিবে চনানা করেন হরি

তুচ্ছ কর্ম্মে আমারে পাঠান যথাতম
হীন কর্ম্মে কেবল এল যুতারে কথা
গোটাকত ফল মাত্র তুলেতে আছয়
তাহাও আনিতে মোরে কন দয়াময়
এত মতে ভাবি হনু ফল কাছে গেল

দুই হস্তেধরি তুন টান দিল
টানাটানি করে যত চাগাতে না পারে
শতে কযোজন গন্ধমাদন যে শিলা
মস্তক আনিনু যেনাশ মুলেয় তুলা
লোমে লোমে পর্ব্বতে আনিনুতিন কোটি

তাহা হৈতে ভারি হেল এই ফল কটী
বুঝিলাম ছন্নমাত্ত হৈলু অহঙ্কার

সেকারনে দর্পচুন হইল আমারে
এতবলি, মহাস্তব করে হনুমান

খুৎ লোম্নহনা হঙ্গৎচৈ লক্ষ্মণনা।
চহি মরিগী হৈ থন্না রাওরি তেন্দোঙদা।।
চহিতরাগীনা পঞ্চপটী বনদা লৈ।
গৌতমী তুরেল মপান্দা পৈন্থনা থমজরি।।
অদু তাবদা মনাই কৌরক্লে হরিনা।
চহি মরিগী হৈ লৌরু মশিং থীগে।।
হনুমান্দা রাথং পীরে শ্রীরামনা।
পবন নন্দন তেন্দোংগা লোইননা হৈ পুরকউ।।
হনুমান্না হায় তাকপীরিবা রাথং অদো হিক-
তোকচবা ওমজদে ননাইনা।
অদুমনদি ওইহরগা পুক্লিংদা রাখল তৌবিদে
হরিনা।
অপিক্পা থবক্ অসিবুম্ন ঐবু থাবি।
অচৌবা থবকশু নত্তে কম্না লুনা তাক্পিরি।।
তেনন্দোংদবু হৈ কয়ামুক্ হাপ্পিগদগে।
অদুবু পুরকউ তাকপীরি শ্রীরামনা ঐঙোন্দা।।
অসুম্না খল্লগা হৈগী মনাক্তা চৎখে।—
পুন্নমক্ উবা ভগবাণনা তেনন্দোংদ ভারি থমখে
খুৎ অনিনা তেনন্দোং থাংগৎপা ওমদ্রে।
হৈন্না হন্না থাংগৎকে হোৎনৈ ওমদ্রে।।
যুথক্ চাম রাংবা গন্ধমাদন লুং নয়াম্।
কোক্তা পুরকই লাশিংগুম্ রাংভি অ'সগদি মন্নদে।।
তুখুদিংগী চিং কোটী অহুমসু পুরকই তেরা
মাফলগুম্ রাংভি।
অদুদগী লুপ্না হৈ অসিনা হেল্লি।।
খংঙে ঐনা পুক্চেন চুমদদুনা নাপন্ তৌরুং
বদাগী নি।
মরম্ অদুদগী ঐগী নাপল মাংহনগে তৌরিবনি
ভগবাণনা।
অসি হাইরগা হনুমান স্তুতি তৌখে।

ভব ভয়হর মেকং ভানু কোটি প্রকাশম্

করধৃত শরচাপ কাল মেঘ শরূপম্

দুর্জন অন্ধকারি শাস্ত্রৈক লধারিং

কনকবিচিত্র বস্ত্ররঞ্জং কম্ব লাহ্যম্

কমলাবশাল নেত্র সানুজরাম লক্ষণ

পৃথিবীগী অকিবা মাংহনবিগে হাইনা অবতার
তৌবা মঙ্গাম্না নুমিৎ কোটিগুম্ ঙানবা ॥
খুৎ অনিনা লীরাং তেন পাইবা কাপথোক-
রকপা তেননা প্রলোয়গী নোং চুবাগুম্বা ।
ফৎত্তব মীগী মকমদা যোংগা মান্নবা মনাইগী
মফমদা পুক্লিং তপ্পা ঙাক্পিবা ॥
অয়েক্পা সাকিগেৎ থোনবা মপিগুম্বা ঙানবা ।
থম্বালনা তমজনিংঙাই ওইবা মিৎ শ্রীরাম লক্ষ্মণ
অনিবু খুরুমজরি ॥

---

## হনুমানা হৈ লোকবা
## লক্ষ্মণ হৈ কংপা

পুনঃ ভূপবরে হৈল শোনার সমান
অবেশুন্ত্র প্যাত্র সব সুম্বার করিল
চারিবৎ সরের ফল গননে হইল
তিন দিব সের ফল হৈল অকুস'ণ
দেখিয়া লক্ষ্মণে জিজ্ঞা সেন ভগবাণ

লক্ষ্মণ বলেন তিন দিন নাহি দিলে
জানকী হরন নাগপাশ শক্তি শেল
তিন দিন ফল প্রভু আনা নাহি হয়
শোকে প্রেমেকাতর হইলে মহাশয়
দশবৎসরের ফল আনগীয় বনে

লক্ষ্মণের আরাতি লহয়া হনু যয়
পর্ব্বত প্রমাণ ফল দেখি যারে পায়
কেহগাছ হইল ধরিল ফুল ফল

খুরমলগা অমুক থাঙৎপদা লশিংগুম্বা য়াংতি ।
পুরকপা হৈ অহু মনাইশিংনা মশিং থীরে ॥
চহি মরিগী হৈ মশিং থীবদা ।
নুমিৎ হুমনিগী হৈ য়াংলে ॥
লক্ষ্মণ য়েংঙগা শ্রীরামনা হংখি হৈ অহুম
ঝাংলিবা অসে করিগীনো হাইয়ু ।
লক্ষ্মণ হঙৎখি নুমিৎ হুমনিদি হৈ কংত্তে ॥
সীতা হুখিবা নুমিৎ নাগ পাশ শক্তিশেল ।
নুমিৎ হুমনি অসে প্রভু ননাই হৈ কংত্তে ॥
নুংঙাইত্তবনা আরাবা ওইখে শ্রীরাম ।
চাহি তরাগী হৈ বনদগী পুরক্লো লক্ষ্মণনা
হনুমান্দা হিবুংঙো হৈ লোক্ল ॥
লক্ষ্মণগী য়াথং লোঠনা হনুমাণ চৎখে ।
হৈ অদো য়েংবদা চিংগুম্বা উখি ।
হৈ খরন মশা পালে খরনা মপাল শাংলি
হৈ খরনা মহৈ য়াল্লে অমুনবম্বু য়াওয়ে ।

কেইনব গাছ হইল ধরি ফুল ফল
চতুর্দ্দিকে বেড়িছে বিষম জড়িলতা
দেখি অনুমাণ করে পবন নন্দন
ধন্য ধন্য সাধু ঠাকুর লক্ষ্মণ

খরনা অনৌব। মমে'ন খরন। মনা অনি ॥
মাইকৈ মরি অঙকৃপা উরিনা কোইশল্লি।
হনুমাননা য়েংঙগা রাখল তৌই ॥
অতাংবনি সাধুনি ঠাকুর লক্ষ্মণ অন্দুমা থাগৎ-
লগা হৈ পুম্নমক্ পুরকুলে।

ক্ষণ মাত্রে হনুমাণে সভাতে অ সিল
ফলের পর্ব্বত দেখি চমকিত মণ
নিমিখনা পালটেয়ে যতসভাজণ
লক্ষ্মণের মহিমা বাড়ায় সর্ব্বজনা
তবে ভগ্নপাত্র যত শিকড় কাটিয়া
গুটি গুটি ফল গাছ হইল গনিয়া
দপবৎসরের ফল মিলিল শকল
লক্ষ্মণ বলেন লহ ভগত বৎসল
আনিয়া দিতাম ফল শ্রীমধুসুদন
আপনি বাটিয়া দিতে কমল লোচণ

মিৎনা কুপ্পিদা সভাদা থুংঙরে হনুমান ॥
য়েংবদা হৈ অদো চিংগুম্না উখি শুক্নৈ।
সভা অপুম্বা য়েংবদা মিংকুপ্নদে ॥
মী পুম্নমক্না লক্ষ্মণবু থাগৎনৈ।
অহুগী ভুংঙদা মনাইশিংনা ককৃথংত্নো ॥
মপৈ মপৈ হৈ মনা মছা লোথোকই।
চহিতরা মরিগী হৈ পুম্নমক্ অদো ॥
লক্ষ্মণনা হঙ্গৎখি লৌবিরো ভগত বৎসল।
লোজারগুনা কংচরে হৈ শ্রীমধুসুদনা।
কমল লোচণ ইবুংঙো নহাক্না থমজললু পীবিবা
হৈ অগুনি।

সীতারে বলিতে ফল করহ ভক্ষণ
আমারে বলিতে ফল ধররে লক্ষ্মণ
খাইতেনা দিলে আজ্ঞা খাইব কে মনে
সেকারনে ধরিয়াত রাখিণু যতনে

ইমাদদি তাকপীয়ে চাও হাইনা ॥
ঐঙোনদদি হৈ অসি থমজললু তাকপীয়ে।
চাও হাইবা য়াথং পীদবনা করম্না চাগদগে ॥
মরম অহুদগী য়াথং ইঞ্জাহুনা য়োতন তৌনা
থমজবনি।

যখনজডরঠালা আমার হয়েছে
দেখরাম্ কটির বাকল পুড়েগেচ্ছে
কেবল তোমার পদচিন্তি মনে মন
চৌদ্দবর্ষ করিলাম কালের হরণ
শুনি রাম লক্ষ্মণে তুলিয়নিল কোলে
শত শত চুম্ব খান ভাসি অশ্রু জলে
মোর সমস্ত পাপী নাহি ত্রিভুবণ

অরাম্বা খোরাংবনা ইন্দ্রি চাকলবদা ॥
য়েঙবিয়ু রঘুমণি খাঙদা উকুনা পুললিবা অসে।
অরেপ্পা পুক্লিংদদি চরণ থম্মাল নিংজে ॥
অম্মুম তৌনা চহিতরা মরি হৌখে।
তাবদা শ্রীরামনা লক্ষ্মণবু তম্পাক্ত পমখে ॥
চামরক্ হম্না চুপ্পি মিৎক্কি পীনা চোংখে।
মরোল অহুমদা ঐগা মান্নবা পাপ তৌবা
কনা লৈগদগে লৈত্রে ॥

থাও বজি বজি নারে এ পাপবদণ — চাও হাটবা পাপ চেনবা ইচিক লাইমিল্লে।

ধিকধিক আমারে জনমে থাক্‌ধিক — ঐগী মপোক জগে তোল্লেদা।

জন্মে জন্মে তোর ধার্ত্ত শোধিতে নারিব—মপোক্ খুদিংদা ইনাওগী লমল ঈম্মাম্বনা করম শিংছিগে।

পরজন্মে জ্যেষ্ঠ করি কনিষ্ঠ হইব — সিংগদবদি হল্লেং মুম্বি মপোক্ত নহাক্না ঈম্মাগ ওইনা পোকউ ঐনা ননাও ওইনা পোকে দ্বাপরদা ॥

হাইনাধিবা দা অজুনা লক্ষ্মনানা বলদেব কৌহুনা রোহিণীগী মচা ওইনা শ্রীরামনা কৃষ্ণ কৌহুনা দৈবকিগী মচা ওইনা মতাং অসিদা বলদেব জন্মগী নৈনবা রাগি কৃষ্ণগী জন্মগী রাগি

লোইরে।

